শ্রীশ্রী৺কৃষ্ণপঞ্চপ্রাণতুল্য—

# শ্রীশ্রীরাসপঞ্চাধ্যায়ঃ।

---

শ্রীকৃষ্ণদ্বৈপায়ন বেদব্যাস প্রণীত

---

শ্রীঅতোম্বাপু কৃত—

মণিপুর ভাষায়াম্ অন্বযানুবাদানুবাদ

ভাষা-ব্যাখ্যাভিঃ সমলঙ্কৃতঃ।

---

চূড়াচান্দ প্রিন্টিং প্রেসে—
শ্রীসানন্দ সং সিংহেনাঙ্কিতঃ
তথা
ভাগ্যবতী কার্য্যালয়ে শ্রীমধুমালী সিংহেন
প্রকাশিতঃ।

# পরিশিষ্ট।

## রাস।

শ্রীবৃন্দাবনদা গোপীসীংগা লোইনাদুনা শ্রীকৃষ্ণনা সান্নখিবা লীলাবু রস-সমুহ—রস পুন্নমক ম্নই, হায়্রদুনা রাস কৌই। কলিকাল অসিদা পাপনা চাকতুনা মন্নবা তাইবংপান অসিদা শ্রীকৃষ্ণনা 'শ্রীভাগবত' পুরাণগী মশক ওইবা মুমিৎ ওইনা থোকপিদুনা ভাম্থোকপিরিবনি। মাদুদা দশম স্কন্ধদা—শ্রীকৃষ্ণগী পঞ্চপ্রাণগা চপ মান্ননা পঞ্চাধ্যায়— অধ্যায় মঙানা শ্রীশ্রীকৃষ্ণগী লীলা পুম্নগী সম্পৎ-শিরোমণি ওইবা রাসবু বর্ণন তৌই।

শ্রীকৃষ্ণগী বয়স চহি তরেৎ ম্নবা মতমদা ব্রজগোপকুমারীসীংনা "নন্দগী মচা শ্রীকৃষ্ণনা ঐগী ইপুরোইবা ওইসনু" অস্নুমনা পামদুনা হেমন্ত ঋতুগী অহানবা থাদা থা অমা চুপনা হবিষ্যান্ন চাদুনা কাত্যায়নী পূজাগী মশক ওইবা ব্রত তৌখি। মাদুদা গোপকুমারীসীংনা মখাদা ইরিবা মন্ত্র অসি—শোনখি, মাদুদি,—

> "ওঁ কাত্যায়নি মহামায়ে মহাযোগিন্যধীশ্বরি।
> নন্দগোপসুতং দেবি পতিং মে কুরু তে নমঃ॥

—হে কাত্যায়নী! হে মহামায়ে! হে মহাযোগিন্যধীশ্বরী! হে দেবী! নন্দ গোপকী মচা শ্রীকৃষ্ণবু ঐখোইগী ইপুরোইবা ওহনবিয়ু, নহাকপু খুরুমজে।

ব্রত অসিগী উদ্‌যাপন দিনদা গোপীসীংনা মাখোইগী মফি মরোন যমুনা মপান্দা থনমদুনা যমুনাদা কুমদুনা অবভৃত-স্নান তৌখি। মতম অদুদা—শ্রীকৃষ্ণ লেংঙকতুনা গোপীসীংগী ফি পুম্বা হুদুনা কদম্ব মথকতা কাখৎতুনা বস্ত্রহরণ লীলা সান্নখি। মাতদা শ্রীকৃষ্ণনা মাখোইগী ফি পীরগা হায়্রমই,—"ময়ে মাঃ রংস্যথ ক্ষপাঃ"— লাক্কদবা— ওইরক্কদবা অহিং ময়ামদা ঐহাক্কা লোইনাদুনা নখোই পুন্নমক সান্নমিন্নগনি। মা মনা শ্রীকৃষ্ণনা গোপী পুম্বদা তাকপিরমই। মাস্নুম তৌদুনা শ্রীকৃষ্ণগী চহি তরেৎম্নবা বয়স অদু হৌখরে।

১। অষ্টম বর্ষ— চহি নিপানম্নবা বয়সদা শ্রীকৃষ্ণনা শরদ্‌কী অহিং—ফজবা ময়াম উদুনা, মাদুম্না শরদ্‌ঋতুদা শাৎপা মল্লিকানাচিংবা লৈ ময়াম উরদুনা গোপীসীংগা লোইনাদুনা রাসক্রীড়া (১) সান্নগে হায়্রনা নিংলে।

---

(১) রাসক্রীড়াবু মণিপুরীয়সীংনা 'রাসলীলা' অস্নুমনা হায়্রনৈ, মাদুদিসিনি,

২। শ্রীকৃষ্ণনা রাস সান্নগে, হাঙ্গৈনা নিংবা মতম অদুমক্তদা পুর্ণিমা তিথিদা থানিলনা থোকপদা ভাইরিবগী অঙাংবা মঙাম্না নোংপোক মাইকৈ মুপী অথোইবীগী মাইথোং থম্বালবু ঙাংসং ঙাংহন্দুনা থোকই, মতম কুইনা উনরুদ্রবদগী হেক উন-বত্তা ভাইরিবী চান্নবীগী মাইথোংবু চান্নবনা ঙাংশং ঙাংহনবা অদুগুমই।

৩। রমা— লক্ষ্মী— সর্ব্বলক্ষ্মীময়ী শ্রীরাধাগী মাইথোং মানবা মকোঙ্গ তাংথক নাইদবা থা উবদা শ্রীকৃষ্ণনা গোপীসীংবু আকর্ষণ তৌগে হাঙ্গৈনা নিংদুনা বেণুগান তৌখি।

৪। শ্রীকৃষ্ণগী বেণু খোঞ্জেল তাবা-মক্তদা খুথক্না গোপীসীংনা মহাক মহাকনা তৌরম্বা থবক পুম্বা থাদোকতুনা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা লাকখি।

৫। মাঙ্গুমনা লাক্লবা গোপীসীং অদু উরগা শ্রীকৃষ্ণনা তরাম তরাম কৌই, অদুগা ব্রা ঙাংবগী রাহে রাতা হৈসিংবা রাহৈনা গোপীসীংদা হাঙ্গৈ।

৬। গোপীসাংনা শ্রীকৃষ্ণগী রাহৈ অত তাবদা ঙকথরদুনা শ্রীকৃষ্ণদা প্রার্থনা তৌখি।

৭। অদুগী মথংদা যমুনা মপান্দা গোপীসীংগা লোইনাদুনা সান্নখি।

৮। গোপীসীংনা শ্রীকৃষ্ণগা লোইনাদুনা সান্নবা ফংলবদা মাখোইবু— পুম্নমগী ইহেন হেন্না লাইপক ফবীনি, হাঙ্গৈনা নিংদুনা নাপন তৌখি,

---

—ব্যাখ্যা— শক্তি-ভ্রমনি। মিতৈলোমদা রাসলীলা সান্নবা হাঙ্গৈবদি মঞ্চ নগুবদা অভিনয় তৌবা নাট্যবু হিন্দী অমসু মণিপুরী ভাষাদা লীলা, অমসু বাঙ্গলাদা যাত্রা কৌই। ভাগ্যচন্দ্র জয়সিংহ মহারাজনা মবুঙো শ্রীশ্রী৺-গোবিন্দজীউদা কংপা রাস নাট্যদি মক্তদা অভিনয় তৌদে, স্মৃতিশাস্ত্রগী মত মতুংইন্না মাগুপতা রাস মণ্ডল সেমদুনা কংপনি, অদুনা মহাকপু রাসলীলা হাঙ্গৈবনি। শ্রীশ্রীকৃষ্ণনা গোপীসীংগা লোইনাদুনা শ্রীধাম বৃন্দাবনদা সান্নখিবা অদুবুদি শ্রীভগবতনা রাসক্রীড়া কৌই। মাসিনা মতম অসিদা চংনবা লোন—ভাষাগী মতুংইন্না হাঙ্গৈবনি। অদুগা শ্রীশ্রী৺কৃষ্ণনা ব্রজগোপীসীংগা লোইনাদুনা সান্নখবা অসিবুসু গোস্বামী পাদসীংনা বর্ণনা তৌবদদি—রাসবু শ্রীকৃষ্ণনা সান্নবা লীলা পুম্বগী অথোইবনি, হাঙ্গৈদুনা সর্ব্বলীলা সম্পৎ-শিরোমণ কৌই।

অমস্থু শ্রীরাধানা ইবেমা মহাকপু গোপী অতৈগা মান্নবা ওইনা উরদুনা মান তৌই। মতম অদুদা শ্রীকৃষ্ণনা গোপীসীংগী মরাইপক ফবদগী থোরকপা নাপন অদু কোকহনগে হাঈদুনা অমস্থু শ্রীরাধাগী মানবুস্থু কোকহনগে, হাঈদুনা রাসমণ্ডলীগী ময়াইদা শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধাগা লোইনাদুনা গোপীসীংবু খংহন্দনা মাংখি।

৯। শ্রীকৃষ্ণ মাংখরবদা গোপীসীংনা শ্রীকৃষ্ণ উত্রদুনা য়ামনা ৱাখি। মাখোইনা সাংলবা অহিং অদুদা বন বন খূদিংদা শ্রীকৃষ্ণবু কোইনা চৎ-তুনা থিখি। মাস্থম তৌদুনা শ্রীকৃষ্ণস্থু শ্রীরাধাগা লোইনাদুনা চৎলমবদগী বন মচি অমদা শ্রীরাধাবু হুন্দোক্লমদুনা মাংখি।

১০। গোপীসীংনা শ্রীরাধাগা উনরদুনা মাখোই ময়াম তিন্নদুনা কৃষ্ণবু লেংলক্লবা হাঈদুনা যমুনা মপান্দা প্রার্থনা তৌখ।

১১। শ্রীকৃষ্ণনা অমোকহন্না শ্রীরাধাগী নাক্তা হল্লকই, মাদুদা গোপী-সীংনা শ্রীকৃষ্ণবু উরদুনা তোঙান তোঙাননা গোপী নিপান্না সেবা তৌই।

১২। গোপীসীংনা মাখোইগী ইন্নফিনা শ্রীকৃষ্ণগী ফম্নবা ফিদা থাদুনা মাদুদা ফম্বা শ্রীকৃষ্ণদা হংই। মাদুদা শ্রীকৃষ্ণনা খুমই,—"ঐদি গোপীসীংগী প্রেমগী লম্মন তোল্লে, মাদুগী লম্মন সিংবা ঙম্নরোই" হাঈ।

১৩। অমোকহন্না গোপীসীংগা লোইনাদুনা রাসলীলা অমোক হৌই।

১৪। অদুগী মথংদা অথুপপা রহস্য লীলা সান্নে। অদুগী মথংদা যমুনাদা কুমদুনা জলকেলী সান্নে। অদুগী মথংদা বনদা কোঈদুনা সান্নে।

১৫। অদুগী মতুংদা মুমিংকী মঙান উরদুনা গোপীসীংনা মহাক মহাক্কী য়ুমদা হনখি।

শ্রীকৃষ্ণনা চহি নিপানস্থুবদা ব্রজ বৃন্দাবনদা, শরৎঋতুদা— রাসলীলা সান্নখিবা অহানবদি মাসিনি, অস্থুমনা শ্রীভাগবতনা হাঈ। মাসিগুম্বা মথং মনাও অসিনা অহানবনি, মতুংদা সান্নবদদি মাস্থমনা তৌদে। মহামুনিনা রাসলীলা অসি হাঈরগা শ্রীভাগবততা হাঈরমই,—

"বিক্রীড়িতং ব্রজবধূভিরিদঞ্চ বিষ্ণোঃ, শ্রদ্ধান্বিতোঽনুশৃণুয়াদথ বর্ণয়েদ্ যঃ।
ভক্তিং পরাং ভগবতি প্রতিলভ্য কামং, হৃদ্রোগমাশ্বপহিনোত্যচিরেণ ধীরঃ॥"

মীওইবনা য়ামনা থাজনা শ্রীকৃষ্ণগী ব্রজবধূসীংগা লোইনাদুনা সান্নখিবা

রাসক্রীড়া অসি তাগদবনি, অদুগী মথংদা মচিন্নসু মাসি হাঈগদবনি, মাদুমা তৌরবা ধীর ওইবা মী অদুনা শ্রীভগবান্দা পরাভক্তি ফংদুনা থমোইগী—লাঈনাগী মশক ওইবা কাম থুনা থাদোকই।

কনা কনাগুম্বনদি নিংই, মাদুদি —ব্রজগোপীসীংগা লোইনাদুনা শ্রীকৃষ্ণনা সান্নখিবা রাসলীলা অসিদি কবি-কল্পনা রূপকতনি। ভৌতিক বৃন্দাবন—অসিদা কারগুম্বা মতম অমদা শ্রীকৃষ্ণগী গোপীসীংগা লোইনাদনা সান্নবা রাসক্রীড়া অসি ওইখিদে, মাসি ঐতিহাসিক নত্তে, অসুমনা হাঈ। কনা কনাগুম্বনা হাঈবনা "সূর্যনা জ্যোতিস চক্রদা নক্ষত্রসীংগী মরক্তা চৎলি মাদুবু রাসলীলানি, অসুমনা রূপক তৌদুনা হাঈবনি" অসুমনা হাঈ।—মাখোই অদুনা অসুম্নাসু হাঈ, মাদুদি,— "মহাভারততা শ্রীকৃষ্ণগী চরিত হাঈ, মাদুদা শ্রীকৃষ্ণগী ব্রজলীলা য়াওদে, শ্রীভাগবততা শ্রীকৃষ্ণনা গোপী সীংগা লোইননা সান্নবা হাঈ। তৌইগুম্বসু মাদুদসু শ্রীরাধানা চিংবী গোপী সীংগী মিং অমত্তা য়াওদে, অদুনদি মাসি ময়েকনা তারে; মাদুদি রাসলীলা হাঈবাসিদি মতুংদা কবিসীংনা কল্পনা তৌবনি, চান্নবা নত্তে।" অসুমনা—হাঈবা অসি বিচাব য়াওদবনি, চুমদবনি।

শ্রীকৃষ্ণগী ব্রজদা সান্নখিবা লীলা পুম্নমক বীজগী মশক ওইবা বেদদা লৈ। মাদু উরগা কনা কনাগুম্বনা "রূমিৎপু হাঈবনি" অসুমনা ব্যাখ্যা তৌই। মাদুদি মিতৈ লৈপাক মণিপূর অমসু মিতৈপুরাণগী রাসু বীজগী মশক ওইনা বেদদা লৈ, অদু ওইরবদি মাদুবু ঐতিহাসিক নত্তে, হাঈগদ্রা মাদু হাঈরবদি ঙাওরবা রানি। অদুগী মরমদা শ্রীভাগবতনা হাঈ,—

"যদ্‌ব্রহ্মনিত্যংবিরজংসনাতনংশ্রদ্ধাতপোমঙ্গলমৌনসংযমৈঃ।
সমাধিনা বিভ্রতিহার্থদৃষ্টয়ে যত্রেদমাদর্শ ইবাবভাসতে।।৪০।।
তেষামহং পাদসরোজরেণুমার্য্যাবহেয়াধি কিরীটমায়ুঃ।
যং নিত্যদা ব্রত আশু পাপং নশ্যত্যমুং সর্ব্বগুণা ভজন্তি।।৪১।।

বেদদা পুম্নমক অসি সুংশেনদা মমিনা লৈবগুমনা লৈ। মীওইব শ্রদ্ধা, তপস্যা, মঙ্গল, মৌন, ইন্দ্রিয় সংযম, মাদুমা সমাধি (চিত্তগী একাগ্রত) না মরম ওইদুনা নির্মল, সনাতন ওইবা বেদগী অর্থ উনবগী দমকতা হোৎ চুন লৈ। হে আর্যসা! ঐ (পৃথু) না বেদগী অর্থ থংবাসীংগী চরণধূলি

ঐগী মুকুটতা পুনসি চুপ্পা হাপচগে, মবমদি— বেদগী অর্থখ বাসীংগী চরণ-ধূলিদি চুম্নগী অচম্বা পোন অমা নত্তে, বেদার্থ খংনগী থূয্যগী উকুলবু— কোক্তা হাপচবা ফংলবা মী অতুদি মহাককী পাপ পুম্বা থিন্দনা কোকই; গুণ পুম্নমক লাকতুনা মাঙোন্দ নৈবৈ ৪০—৪১।

শ্রীভাগবতনা বৃন্দাবনগী লীলাবু রূপকনা হাঙৈদে। মহাককী মততদি সূক্ষ্মজগৎতা বৃন্দাবন লীলা অতু মতম পুম্নমক্তা তৌগনা লৈ। মাতুম্বা—লীল অতুনা মতম অমদা পাগিব বৃন্দাবনদা থাঙ্গৎশংনা ফা দোকখি। মহাভাবততাম্ভ শ্রীকৃষ্ণনী বৃন্দাবন-লীলা সম্নগী কবগুম্বা ইঙ্গিত অমত্তা—তৌবনদনা নত্তে মাংলুনী পুদমগী মশক গুনা হঙৈবা বাই,— গীতাগী তরা নিপানম্নবা অধ্যাযদা অহানবা শ্লোকক্তদা অর্জ্জুননা শ্রীকৃষ্ণবু "কেশি-নিসূদন" হাঙৈনা কৌই মাহুমনা পুতনা বধ, গোবর্দ্ধন ধাবণ অসিনাচিংবগী কথা মহাভাবততা বাজসূয পর্ব্বদা হাঙৈ। কৌবব সভাদ দুঃশাসননা দ্রৌপদীগী ফি মুনবদা মতম অতুদা — দ্রৌপদীনা শ্রীকৃষ্ণবু— "গোপী-পতি! গোবিন্দ!" হাঙৈন কৌই। তৌইগুম্বস্ত হবযা, দি,— মহাভাবততদি— মাতুপ ফজনা সন্দোক্ত ব্রজলীলা হঙৈদে, পুবাণবাবসীনা কদাইদগী লৌকত্না—পুরাণদা লেংবনো? মাসগুম্বা সমস্ত। অসি সমাধানদি নাসনি,— মতম অসিদা ঐখোইনা ফলিবা মহাভাবত অসি লেংবদি, বৃন্দাবনলীলানা মাতুগী মমাদা যামনা কুপ্থবনা মতমদা তৌথিবনি। পুবাণ লেবা কবিসীংনা—মাখোইগী সমাধিদা বৃন্দাবনলীলা অতু সংসংনা উগনা মাখেহনা খংবা ফংবা অতু পুরাণসীদা লেথোক্লম্বনি। বৃন্দাবনলীলা অসি অচুম্বনি হাঙৈবসি যুগ অসিদা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুনা প্রমাণ তৌরমলে। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহা-প্রভুনা হুজিককী বৃন্দাবন আসদা চংতুনা শ্রীকৃষ্ণনা কদাইদা রাসলীলা—সান্নবম্বগে, হাঙৈবা পুম্নমক সমাধিদা সংসনা উখি। অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণনা সান্নরম্বা লীলাসীং অতুদা অখোইবা লীলাদি রাসলীলানি, অমসু মহাককী অপূর্ব্ব কবিত্বময বর্ণনাদি শ্রীভাগবততা লৈ। অসিগুম্বা রাসলীলা অসিবু জীবাত্মা পরমাত্মা অনিগী তিন্নবগী রূপকনি, হঙৈনা ব্যাখ্যা তৌবদি—য়ামনা কষ্টকল্পনানি অমসু মাতুম তৌবনাদ অদুগুম্বা মংলাইদ্রবা শ্রীভাগবত পুরাণবু মতা অমা তৌদুনা হুন্দোকপা থোকই। পুরাণ অতুগী মতুংইননা

রাসলীলাদি নিপা মুপীগী দৈহিক-মিলননি— আত্মাগা আত্মাগা তিন্নবনা— দেহগী মিলন— তিন্নবা ওইখিবনি, মাতুগী অশেংবা আধার অমসু যন্ত্রগী মশকনি। অমোক্তদা আসগুম্বা দৈহিক অমসু আধ্যাত্মিক মিলন অসি ওইবা য়াননবগী দমক সচ্চিদানন্দ, অনন্ত ভগবান্না অপূর্ব সৌন্দর্যময় •রদেহ— লৌখিবনি। ভগবান্ পূর্ণব্রহ্মদি ইবুঙো মহাককী করিগুম্বা মনিং থুংদবা অমা থুংগে হাঈতুনা নত্তে, করিগুম্বা কান্নবা অমগী দমক্তা তৌবনি। অতুবু ইবুঙো মানা তাইবংপানবা সেমই, মাতুগী মরমদি— ইবুঙো মাদি রসময়নি (রসোঽহং সঃ), আনন্দময়নি—আনন্দনা মহাককী স্বভাবনি, মহাক্কী সত্তাদা ওইবা অতোপ্পদা ওইদবা আনন্দবু লোইবা নাইদবা— অনন্ত ওইনা ফোংদোক্নবগী দমক ইবুঙো মানা অন্তর্জগৎ সেমই, মাসিদি মাগী লীলানি,—

"লোকবত্তু লীলা কৈবল্যম্।"

(বেদান্ত সূত্রং ২।১।৩৩)

তাইবংপানবদা অসিগুম্বা থূদম য়ামনা লৈ, মাতুদি, কান্নবা লৈত্রবসু মীওইবনা সান্নতুনসু থবক মখাদ তৌই। মতৌ অদুগুম্না কান্নবা লৈত্রবসু ব্রহ্মনা সুপনগী সান্নতুনা তাইবংপানবা শাস সেমই। তাইবংপানবা পুম্বা অসি চাওরবা রাসলীলা অমনি। মীওইবগী অচম্বা হকচাং অসিদসু রাংখ্রবা উচ্চতম অধ্যাত্ম-আনন্দবু থোকহনবা য়াই। অদুগুম্বা ক্রীড় – সান্নবা অদুগী দমক্তা অসিগুম্ব অচম্বা জড়জগৎ অসি সেমই। মাতুম্না জড়জগৎ অসিদা তাইবং মীওইবগী হকচাং অসি পুথোকপনি, অমসু মাম্নম তৌতুনা জড়দেহ অসিদা অধ্যাত্ম আনন্দ ফোংদোকপা য়াই, হাঈবা খ হনগে হাঈবগী দমক— ভগবান্না বৃন্দাবনদা রাসলীলা সান্নখিবনি।

"রেমে রমেশো ব্রজসুন্দরীভিঃ যথার্ভকঃ স্বপ্রতিবিম্ব বিভ্রমঃ।

(শ্রীভাগবতম্ ১০।৩৩।১৭)

—অর্থদি— রাসমণ্ডলদা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা গোপীমণ্ডলীনা কোইসিন্দুনা মখন মথা অযাম্বা বিভ্রম ফোংদোকতুনা অঙাংনা মহাককী প্রতিবিম্বগা— সান্নবাগুমনা ইবুঙো মাগী কলা, কৌশল, লাবন্য, মাধুর্যনাচিংবা ব্রজাঙ্গনাসীংদা চংহন্দুনা মাখোইগা লোইনাডুনা রাসক্রীড়া সান্নখি। বিশুদ্ধরসময়ী লীলাবু রাসলীলা কৌই। থোইদোকনা রসময় ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা মাধুর্য আস্বাদন

তৌখিবা মাতুম্না প্রেমগী মশক ওইবা আলিঙ্গন, চুম্বন, নীবি উন্মোচন, কর স্পর্শ, নখ-ক্ষতনাচিংবা লীলা ওইনা ইবুঙো মহাক্কী মশক ওইবী শক্তি—হ্লাদিনীগী প্রাতমূর্ত্তি রসময়ী ব্রজাঙ্গনানা অতুগুম্বা রস আস্বাদন তৌবা ফংবগী সৌভাগ্য পীতুনা সান্নখি। মাসিনি শ্রীভাগবততা হাঙ্গৈরিবা রাসলীলাদি। ঐখোইনা মথক্তা লৌখৎলিবা শ্লোক অতুদা হাঙ্গৈরি, মাতুদি.—"ব্রজসুন্দরী-সীং অতু শ্রীভগবানগী প্রতিবিম্বনি. হাঙ্গৈবা নত্তে।" মাতুদি গোপীসীং অতু ছায়া—মমিগুম্বা চান্নবাপোৎ নত্তবা সিনেমাগী অয়েকপা মমি চান্নবা নত্তবা, মনুং য়াওদবা নত্তে। উপমাদি উপমা ফাউবতনি—উপমাদি চাংদম্নবা ফাউবা-তনি, হেনথনা চখবা য়াদে। শ্রীভগবাননা একান্ত রতিসুখ আস্বাদন তৌ-নবগী দমক ইবুঙো মহাকনা মহাকপু ময়াম ওইনা রাসদা থোকহনখিবনি।

"স একাকী না রমত"— মহাক মথন্তনা মুঙাইতে, মরম অসিনা—ইবুঙো মাগী "সত্য সঙ্কল্প" থোকখি। ঐ ময়াম ওইনা ফোংদোক্কে, "বহুস্যাং প্রজায়েয়" সৃষ্টি রহস্য অসি উপমা অদুনা শংহনলে। মাসুম তৌতুনা ঐ-খোইনা শংবা ঙমলে.— করি মরমনা ব্রহ্মনিষ্ঠ শুকদেবগুম্বা আত্মারামসীংনা অমসু মধুসূদন সরস্বতীগুম্বা ঘোর অদ্বৈতবাদীনসু শ্রীভাগবতকা শ্রীকৃষ্ণতত্ব লৌখিবনি। শ্রীভগবাননা ময়াম ওইখিবা অসি মিথ্যা মাযা নত্তে, ছায়া—মমি নত্তে, কাযাহীন ছাযাগা লোইনাতুনা রতি ওইবা য়াদে। মাতুগুমনা শ্রীভগবানসু অসগুম্বা রক্ত-মাংসগী হকচাং নৌতুনা গোপীসীংগা লোইননা রাসলীলা সান্নখি।

ময়ামগী লীলাবু অওইবা—বাস্তবতা ওইহনগে, হাঙ্গৈতুনা শ্রীভগবাননা মহাক মশাবু জড়জগৎ অমসু জড়জগৎকী পোৎপুম্বা ওইবিখি। মরম-সিনা ইমা শ্রুতিনা হাঙ্গৈ,—"সর্ব্বং খলু ইদং ব্রহ্ম।" শ্রীকৃষ্ণনা করম্বা ফখরবা মতম অমদা শ্রীবৃন্দাবনদা রাসলীলা সান্নতুনা জগৎবাসী মমাংদা অসিগুমবা ফিদম আদর্শ অসি থম্বিরম্বা? মাতুবু করিগুম্বদসু কাওফদ্রবনি। অসিগুম্বা মীওইবগী জড়দেহ অসিদা দিব্যপ্রেম থোকহনগদবনি। মাতুগী মরমগীদমক পৃথিবীদা মীওইবনা পোক্লরিবনি। ধন্য! মণিপূরাধিপাত জয়সিংহ ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ! মহাক্না অসিগুম্বা সুপ্রাচীন মণিপুর অসিদা পোকপিতুনা অতুগুম্বা দিব্যপ্রেম পুথোককে হাঙ্গৈতুনা মহাকনা মণিপুর সেমগৎলে। অতুগা মবুঙো

শ্রীশ্রী৺গোবিন্দদা অতুগুম্বা সর্ব্বরস-কদম্বময় রাসলীলাবু সঙ্কীর্ত্তন মহাযজ্ঞগী মশক ওইনা কৎখি।

নিংথৌরেন অসিদি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভু প্রবর্ত্তিত ধর্ম্মদা দীক্ষা তৌই। মরম অতুনা মহাভাগ্যবান্ নিংথৌ ভাগ্যচন্দ্র জয়সিংহনা মৈতৈগা সনাতনধর্ম্ম অমসু শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভুনা পুথোকপা গৌড়ীয়ধর্ম্ম অনি অসি সমন্বয় তৌ-তুনা প্রসিদ্ধ মণিপুরীয় কীর্ত্তন পুথোকই। শকাব্দ ১৬৯৮ দা খৃঃ ১৭৭৬ তা কার্ত্তিক মাসগী শুক্ল দ্বাদশী তিথিদা, রেবতী নক্ষত্রনা পানবা শুক্রবারদা,— পূর্ব্বাহ্নদা মণিপুরদা শ্রীশ্রী৺গোবিন্দজীউনা আবির্ভাব ওই। মাতুদা নিংথৌ ভাগ্যচন্দ্রনা মবুঙো শ্রীগোবিন্দগী শ্রীচরণদা সংকীর্ত্তন মহাযজ্ঞ তৌতুনা আত্ম-সমর্পণ তৌই। অতুগুম্বা মুমিৎ অতুবু নিংসংতুনা মণিপুরী মিতৈসীংনা— হুজিক ফাউবা মুমিৎ থুদিংগী,— "জয় জয় শ্রীরাধাগোবিন্দ দেব। শ্রীল ভাগ্যচন্দ্র নৃপবর সেব।।" হায়ীনা ছকলি।

ওইবা য়াই,— চহি অতুমত্তদা কার্ত্তিকী পূর্ণিমাদা আবির্ভাব দিনগী মরিনি মুবদা শারদীয় রাসযাত্রাদা শ্রীভাগবতনা হায়ীবা শ্রীকৃষ্ণগী রাসক্রীড়া অতুবু মণিপুরীয় কীর্ত্তনগী মশাকতা ওনথে কতুনা ভাগ্যচন্দ্র জয়সিংহ নিংথৌনা নিজ প্রভু শ্রীশ্রী৺গোবিন্দগী শ্রীচরণদা কৎলে। মরমদি কলিযুগকী ধর্ম্মদি সংকীর্ত্তননি। শ্রীভাগবত একাদশ স্কন্ধদা যুগধর্ম্ম প্রকরণদা হায়ী।—

নানাতন্ত্র-বিধানেন কলাবপি তথা শৃণু।২৮।।

কৃষ্ণবর্ণং ত্বিষা কৃষ্ণং সাঙ্গোপাঙ্গাস্ত্রপার্ষদং।

যজ্ঞৈঃ সংকীর্ত্তনপ্রায়ৈর্যজন্তি হি সুমেধসঃ।২৯।।

( শ্রীভাগবত ১১ ৫।২৮—২৯ )

মিতৈ অগোইনা ইথবাইদগী হেনবা।

ওইগান,- শ্রীশ্রী৺গোবিন্দজীউনা আবির্ভাব ওইবা চাহি অতুদা— আবির্ভাব দিনদগী মরিনি মুবা কার্ত্তিককী পূর্ণিমা নিংথৌকাবা মুমিৎতা শারদীয় রাসযাত্রা দিনদা শ্রীভাগবতনা হায়ীবা শ্রীকৃষ্ণগী রাসক্রীড়াবু মণি-পূরীয় কীর্ত্তন ওইনা ওনথে কতুনা ভাগ্যচন্দ্র জয়সিংহ নিংথৌনা মবুঙো— শ্রীশ্রী৺গোবিন্দদা রাসযাত্রাদা কৎলি। মরমদি শ্রীভাগবতকী একাদশস্কন্ধদা যুগধর্ম্ম প্রকরণদা হায়ী। মাতুদি,— কীর্ত্তনতন। কলিযুগকী ধর্ম্মনি।—

নানাতন্ত্রবিধানেন কলাবপি তথা শৃণু ।২৮।
কৃষ্ণবর্ণং ত্বিষা কৃষ্ণং সাঙ্গোপাঙ্গাস্ত্রপার্ষদম্ ।
যজ্ঞৈঃ সঙ্কীর্ত্তনপ্রায়ৈর্যজন্তি হি সুমেধসঃ ।২৯।
( শ্রীভাগবতং ১১।৫।২৮—২৯ )

কলিযুগতা অবতার তৌবা শ্রীভগবান্বু তন্ত্রশাস্ত্র ময়ামগী বাএননা ঈড়াৎলি, মাথু হায়গে,— কলিযুগতা অবতার তৌবা শ্রীভগবান্দি কুচু মুই, ইন্দ্রনীলমণিগুমনা লংই, মহাকনা মাগী অঙ্গ, উপাঙ্গ, অস্ত্র অমসু পার্ষদ-সীংগা লোইননা অবতার তৌই। মতম অতুদা কলিযুগতা বিবেকলৈবাসীংনা সংকীর্ত্তনগী মশক ওইবা যজ্ঞ তৌথুনা মহাকপু—কলিযুগতা অবতার তৌবা মহাকপু ঈড়াৎতুনা পেলহনলি ।২৮—২৯।

পর্ববযাত্রা মহোৎসবতা সংকীর্ত্তনগী মশক ওইবা জগোই সাবনাচিংবা তৌথুনা শ্রীভগবান্গী পূজা তৌবা অসি ভারতবর্ষ নত্তবা পৃথিবীগী অতোপ্পা মফমদা তৌদে। অমোক কার হায়গনি— ব্রহ্মলোকমক্তদসু তৌদে। সুপ্ন-গী ভারতবর্ষতদা তৌই। মরম অদুনা ভারতবর্ষদা পোকচবা ফংববু থাগৎ-তুনা শ্রীভাগবতনা হায়,—

"ন যত্র বৈকুণ্ঠ-কথাসুধাপগা ন সাধবো ভাগবতাস্তদাশ্রয়াঃ।
ন যত্র যজ্ঞেশমখামহোৎসবাঃ সুরেশলোকোঽপি ন বৈ সসেব্যতাং ॥"
( শ্রীভাগবত ৫।১৯।২৫ )

মফম অতুদা ভগবান্ বৈকুণ্ঠনাথগী কথাগী মশক ওইবা অমৃতপুখা তুরেন লৈতবা, মফম অতুদা ভগবৎ কথামৃত পুবা তুরেনদা চংজবা ভাগবত সাধু লৈতবা মফম অতুদা জগোইনাচিংবা কুমৈগা লোইননা ভগবান্গী পুজা তৌদবা মফম অতুদি ব্রহ্মলোক ওইরবসু সেবা তৌফদে, হায়বদি লৈফদে।

নিংথৌ ভাগ্যচন্দ্রনা অসিগুম্বা শ্রীভাগবতকী পাওত্তাক অসি লৌথুনা মবুঙো শ্রীশ্রী৺গোবিন্দদা রাসলীলাবু সংকীর্ত্তন যজ্ঞগী মশক ওইনা রাসযাত্রদা কৎলমই।

ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা মহাককী প্রভু শ্রীশ্রী৺গোবিন্দদা কৎলম্বা সঙ্কীর্ত্তনগী মশক ওইবা রাসদি, - ১ অহানবদা পূর্ববরঙ্গগী মশক ওইনা নটপালাকীর্ত্তন তৌই, ২ মথংদা মণিপুরগী সংকীর্ত্তনগী মওংদা রাস কৎলি, মাথুদি কীর্ত্তনগী

অঙ্গ মরিথোকনা থাঙ্গদোকতুনা—"তিনতাল, রাজমেল, তালচপ অমসু মেন-কুপ্তা" রাসনর্ত্তন তৌদুনা শ্রীশ্রী৺গোবিন্দদা কৎলি।

উপসংহারদা ঐথোইনা বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী চরণদা গুক্তা ফি এৎতুনা নিজরি অমসু থংহগরি,— শ্রীশ্রী৺কৃষ্ণগী লীলা পুম্বগী অথোইবদি রাসনি, মহাকপু শ্রীমদ্ভাগবতনা বর্ণন তৌই, শ্রীভাগবতকী মত মতুংইন্না ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা সংকীর্ত্তন-নাট্য ওইনা শ্রীশ্রী৺গোবিন্দদা কৎলমই, মাসি তাইবং-পানবদা মণিপুর নত্তবদা য়ামনা তাংখরবনি। মহাককী মশককী মথৈতা ঐথোইনা ইরোনসু থোক্তনা অহৈপা সারদুনা ঐথোইনা পঙাং তাংখরে; মাতুগী দমক শ্রীশ্রী৺বৃন্দাবনেশ্বর গোবিন্দনা তোল্লবা ঐবু থৌজানগী থৌড়ীনা পুন্দুনা মহাককী চরণথাদা থম্বিসনু। ইতি—

প্রণত—

শ্রীঅতোম্বাপু শর্ম্মা।

২৮।৭।১৯৬১ ইং।

# শ্রীরাস-পঞ্চাধ্যায়ঃ।

## প্রথমোঽধ্যায়।

।শুক উবাচ। ভগবানপি তা রাত্রীঃ শরদোৎফুল্লমল্লিকাঃ।
বীক্ষ্য রন্তুং মনশ্চক্রে যোগমায়ামুপাশ্রিতঃ ॥১॥

শ্রীশুকঃ উবাচঃ ( শ্রীশুকদেবনা হাঙ্গিখি ) ভগবান্ অপি ( ভগবানসু ) যোগমাযাম্ ( যোগমাযা কৌবী মাগী শক্তিদা ) উপাশ্রিত্য ( থোইদোকনা—চংডুনা ) শারদোৎফুল্ল মল্লিকাঃ ( শরৎঋতুদা ওইবা মকাফন্না শাৎলবা মল্লিকা-নাচিংবা ওইবা ) তাঃ রাত্রীঃ ( অডুগুম্বা অহিং খিবকপু ) বীক্ষ্য ( উরদুনা ) রন্তুম্ ( রাসগে শান্দবগী দমক ) মনঃ ( পুকনিং ) চক্রে ( তৌখি ) ।১।

উনত্রিংশে তু রাসার্থমুক্তিপ্রত্যুক্তয়ো হরেঃ।
গোপীভির্বাস সংবন্তে তস্য চান্তর্দ্ধি কৌতুকং ॥
ব্রহ্মাদি জয় সংরূঢ় দর্প-কন্দর্প-দর্পহা।
জয়তি শ্রীপতির্গোপী রাসমণ্ডলমণ্ডিতঃ ॥

শ্রীমদ্ভাগবত দশমস্কন্ধদা কুনমাপনসুবা অধ্যায়দা রাস সান্নবগী দমক শ্রীকৃষ্ণনা গোপীসিংদা হাঙ্গিবা, গোপীনা খুম্বা, রাস সান্নবা হৌগৎলকপদা—শ্রীকৃষ্ণনা গোপীসিংবু হুন্দোকডুনা মাংখিদুনা সান্নবা হাঙ্গি।

ব্রহ্মানাচিংববু ঐনা চমই হাঙ্গিদুনা যামনা কন্না অমসু পুকনিংদা চেৎনা থাজদুনা মযাই কাববা কন্দর্প হাঙ্গিবদি অপাম-হুংসিগী লাইগী নাপন মাং-হন্দুনা গোপীসিংগী রাসমণ্ডলনা লৈতেংলবা, শ্রীপতি শ্রীকৃষ্ণনা জয় ওইরি, পুন্নমক্তগী থোইদোক হেন্দোকনা ওইরি হাঙ্গিবদি অদুগুমবা শ্রীকৃষ্ণবু ঐনা খুরুমজে।

শ্রীশুকদেবনা হাঙ্গি,— ভগবানসু শরৎঋতু ওইবদুনা মল্লিকানাচিংবা লৈ পুম্নমকনা সাৎপা অহিং মযাম উরদুনা যোগমায়াদা থোইদোকনা চংদুনা—রাস সান্নগে হাঙ্গিনা নিংখি।১।

—ব্যাখ্যা—

প্রণম্য মাতরং ভূয়ঃ শ্রীগুরুং পিতরং মম।
প্রাচীংদিশং সমুদ্দ্যান্তং শ্রীগোবিন্দমুপাশ্রয়ে ॥ ১ ॥
বিশেষাং ভারতীংভক্ত্যা ভারতীনাম নামিকাম্।
হৃদা প্রবর্ত্তকীং বন্দে মম-জিহ্বাগ্র নর্ত্তকীম্ ॥ ২ ॥
রম্যং মণিপুরং নাম বভ্রুবাহনপালিতম্।
দ্বিতীয়মিব বৈকুণ্ঠং স্থাপিতং বিষ্ণুনা ক্ষিতৌ ॥ ৩ ॥
অত্র দেশে প্রসূতানাং শ্রীগোবিন্দৈক চেতসাম্।
প্রেমভক্তি বিধানার্থং ভক্তবাঞ্ছা প্রদায়কঃ ॥ ৪ ॥
ভাগ্যচন্দ্র নৃপশ্রেষ্ঠ দয়ানিষ্ঠহৃদো হরিঃ!
আবির্ভূয় চ গোবিন্দঃ বহুভাগ্য উদয়ে গিরৌ ॥ ৫ ॥
বৈকুণ্ঠসন্নিভং পুরং মণিপুরাখ্য শুভম্।
নব-বৃন্দাবনং কৃত্বা রাসক্রীড়াং প্রবর্ত ॥ ৬ ॥
সা লীলা বিশ্ববখ্যাতা যা [illegible] দৈর্নবীয়সা।
শ্রীমণিপুর-বাসাখ্যা সর্ব [illegible] মণিঃ ॥ ৭ ॥
গোবিন্দঃ শ্রুতিবর্ত্মনা [illegible] গোবিন্দমীক্ষেমুদা।
গোবিন্দেন সুখং লভেয়াম [illegible] দাতা ন গোবিন্দতঃ ॥৮॥
গোবিন্দস্য পদারবিন্দযুগলং ধ্যানায় সম্বর্দ্ধিন।
গোবিন্দে রতিরস্তু মে কৃপয় হে গোবিন্দ তুভ্যং নমঃ ॥৯॥
অনর্পিতচরীং চিরাৎ করুণযাবতীর্ণঃ কলৌ
সমর্পয়িতুমুন্নতোজ্জ্বলরসং স্বভক্তি শ্রিয়ম্।
হরিঃ পুরট সুন্দরদ্যুতি কদম্ব সন্দীপিতঃ
সদা হৃদয়-কন্দরে স্ফুরতু বঃ সচীনন্দনঃ ॥ ১০ ॥

ভাইবংদা ভগবান্না চহি তারেৎসুনদা কর্ত্তিককী অমাবস্যাদা কর্ম্মবাদ হৌদোকতুনা ইন্দ্রযাগ তৌবা থুগাইদুনা মাঙ্গী মথং শুক্লা প্রতিপদতা— গোবর্দ্ধনপূজা তৌহুনা কুমৈ তৌই। মথং নিনি পানবদা যমুনা মপানদা ভাতৃ-দ্বিতীয়াগী উৎসব তৌই—(মাসি মুনশ্রুনা হাঙ্গীখত্রবস্থ থংনগনি)।

—ব্যাখ্যা— মাতুদা ইন্দ্রনা যামনা শাওবে, ব্রজবু মাংহনগনি হাঙ্গিরে, অমুম্না ঙাংনৈ। তৃতীযাদগী হৌদুনা নবমী ফাউবা শ্রীকৃষ্ণনা গোবর্দ্ধন ধাবণ তৌই। দশমীদা গোপসীংনা শ্রীকৃষ্ণগী অঙকপা তৌবা ঙাংনৈ একাদশীদা সুরভিনা শ্রীকৃষ্ণবু অভিষেক তৌদুনা "গোবিন্দ" নাম অসি থোল্লি। দ্বাদশীদা শ্রীকৃষ্ণনা নন্দ লৌবা বকুণলোকতা লেই। পূর্ণিমাদা ব্রহ্মলোকত উহল্লি। মাসুম তৌদুনা শবৎ লোশনে। মাসুম তৌদুনা শ্রীকৃষ্ণনী অবেৎসুবা চহিনা মথংগী চহিগী ভাদ্র মপু লাবদুনা অশ্বিনদা চহি নিপান চংলে। মাতুদা—লীলা পুম্বগী কোক্তা থেংগা। মসি অহোইবাগুম্বা মতা বাসলীলা সান্নখি। মাতুবু "ভগবানপি" হাঙ্গিবা কহিনা তৌদুনা হায়ি (১)। অবেপপা ওইবা, অমাংবা লৈতবা, ঐশ্বর্য্য তককনা ভত্তনা তিন্দনা লৈবা ওইদুনসু সান্নগে—হাঙ্গিনা নিংখি, হাঙ্গিবদি—সাম্নবগী উদ্দীপন, আলম্বন বিভাব ওইবা—মতম, মফম অমসু পাল, মাতুদি—শাবদ-রাত্রি, ব্রজ বৃন্দাবন অমসু ব্রজগোপীসিংগী পুম্নমক্কগী হেনবা মাধুর্য্য ফাবদুনা সান্ননিবনি, অসুমনা খনগনি। সান্নগদবা শতকোটি গোপী সংগি, মাধুর্য্য উজ্জ্বল-রসগ চিন্তামণি ওইবা ইবেমাগী শ্রীমতী (শ্রী রাধা), ইশ্বর্য্য ফউবা, সৌকুমার্য্য (নিংথিবা মথোৎ কাবকপা), মাধুর্য্য বৈদগ্ধ্য, তৌমাত্রক, মথল য়ামলবা ফজবা পুম্বাবু তবুঙা মাপী নাকোনা চংবা হাঙ্গিষ থিবকনা লৌগে, অদুগা ইবুঙোগীনা ইবেমাগী পুম্বাগো হাঙ্গিনা নিংখি, অসুম্বা অর্থ অসিবু ফোংদোকই। অদুপ মথবা ইবেমাগী অসিং অমত্তদা মবক খন্দনা—মুঙাইহনগে অমসু মুঙাইগে হায়িনা ইবুঙোনা নিবদা, ইবুঙোগী নিংবাদ—

(১) বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তিনী "সারার্থ সন্দর্শিনী" টীকাদা আশ্বিন পূর্ণিমাদা রাস সান্নি হাঙ্গি। মণিপুর ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা শ্রীশ্রী৺গোবিন্দদা কার্ত্তিকী পূর্ণিমাদা রাস কংলি। শাস্ত্র পুম্নমকনস্তু ভাগ্যচন্দ্রগী মত অদুবু সমর্থন—তৌই, ঐখে ইগীদি মাত লৌবনা মচন্না ওইনি। ক্ষেত্রগুপ্ত চক্র-ত্রিপাদগী মত অদুবুসু ভাগ্যচন্দ্রনা সম্মান তৌদুনা আশ্বিন পূর্ণিমাদসু শ্রীশ্রী৺গোবিন্দদা রাস কংলি, তৌইগুম্বসু মাতাদ চান্নবা বাস নত্তে, কুঞ্জদা সান্নবা বাসনি। অদুনা মাতুবু যমুনা পুলিনদা সান্নদবনি, হাঙ্গিদুনা "কুঞ্জরাস" কৌই।

—ব্যাখ্যা— থুংদবা লৈতবা পাঙ্গননা সেম্বা ব্রহ্মাগী অহিং অমদা ওইবা—সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর অমসু কলি কৌবা যুগ মথন মরি অত্ত লিসীং অমাগী অহিং ময়াম তিনসিন্দুনা ওইবা শালবা অহিং অত্ত উবত্নুনা সান্নরগে হাঙ্গীনা শ্রীকৃষ্ণনা নিংখি, অসুম্বা অথ অসি—"রাত্রিঃ" হাঙ্গীবা বহুবচন অসিনা ফোংদোকই। মরম অসিনা মুনিদনা "ব্রহ্মরাত্র উপাবৃত্তে" অসুমনা হাঙ্গীরক্কনি। মূলদা "শরদা-উৎফুল্ল-মল্লিকাঃ"—শরৎঋতু ওইত্নুনা ফুগাইনা মল্লিকা সাংপা, অর্থ অসি হাঙ্গী কৌইগুম্ব শরৎঋতুগা দি মল্লিকাদি সাত্তে, অদুবু বৃন্দাবনগী অতৈগা মান্নদবা গুণনা সাংলে, হাঙ্গীবনি। মাদুগী অর্থদি শরৎতা সাংপা হৌনদবা মল্লিকানা সাংপা। সাংপা হৌনদনা মতম নত্তবা লৈ পুম্নমক সাংলে. অহিং-সাত্নবা থপ্পানাচিনপ্স সাংলে; অদুদি মতমগী সাংপা হৌনবা লৈ ময়ামনা সাংপদি কনি হাঙ্গীদগে হাঙ্গীবনি। "শারদোৎ-ফুল্ল-মল্লিকাঃ" অসুমনা পাঠয় লৈ। মাদুদা হাঙ্গীগনা "শরৎকী ওইবা লৈ ময়াম সাংপা অহিং পুম্নক্তং সাংগে হাঙ্গীনা নিংই।" অসুম্বা ব্যাখ্যা তৌবসু য়াই। কনাগুম্বসিংনা হাঙ্গী লাক্‌—শ্রীকৃষ্ণনা বক্তাগা সীংগা লোইনা না সান্নবদি মপানদা সান্নবা ওইন উপেন্দ্রন, অদুদি অবুডে মাদি পূর্ণকামনি, নিংবা থুংদবা লৈতবনি, অদুনা সান্ননিবা লৈবা হৌনদে, অসুমনা হাঙ্গীবাহু চুমদে। ইবুঙোনা চান্ননা সান্নিংত্নুনা— ইবুঙোনা থাঙ্গেশেনা সান্নবনি, হাঙ্গীবা খংনবগা দমক— "মনশ্চক্রে" অসুমনা এগা বন্ধা কৃ ধাতুগী এত্মনে অসুমনা হাঙ্গীবদগী আত্মনে পদ লেংই। অসিগুম্বা শ্রীমদ্ভাগবত প্রমাণচূড়া-মণিগী মত অসি লৌত্নুনা ঐখোইনা অতোপ্পা বিচাব অমদা শ্রুতি, স্মৃতিগী প্রমাণ, বচন খিবিকনা ব্যাখ্যা তৌখরে। মাদুসু মতাং অসিদা পাঠকসীংগী মুঙাইনবগী দমক খরদং লৌখংলি।— কনাগুম্বাসিংনা হাঙ্গী, মাদুদি,—গোপী-সীংগা লোইনাত্নুনা শ্রীকৃষ্ণনা রাসলীলা সান্নখিবা অসিদি— কবি-কল্পনানি, ভৌতিক বৃন্দাবনদা করিগুম্বদসু রাসলীলা তৌখিবা নত্তে; মাসি ঐতিহাসিক নত্তে, অসিনি। কনা কনাগুম্বা পণ্ডিতসীনা হাঙ্গীবনবু সূর্যনা জ্যোতিষচক্রদা নক্ষত্রসীংগী মরক্তা চৎলি, মাদুবু শ্রীকৃষ্ণনা রাসলীলা সান্নবনি, হাঙ্গীত্নুনা—পরিকল্পনা তৌবনি। মাখোই অদুনা মাসুম্নসু হাঙ্গী, মাদুদি— মহাভারততা

—ব্যাখ্যা— শ্রীকৃষ্ণগী চরিত্র হাঙ্গ, মাতুদা শ্রীকৃষ্ণগী ব্রজলীলা লৈতে। শ্রীভাগবততা গোপীগী রাসক্রীড়া হাঙ্গ, তৌইগুম্বস্থ মাতুদা শ্রীরাধানাচিংবী গোপীসীংগীদি মিং অমত্তস্থ হাঙ্গদে। মাতুদগী ঐখোইনা খংই, মাতুদি— মতুংদা রাসলীলা হাঙ্গবসি কবিসীংনা সেমজিনবা কল্পনানি। মাসুমনা হাঙ্গরিবা ব্বা পুন্নমক অসি বিচার য়াওদবা পংহাঙ্গ হাঙ্গজিনবানি।

শ্রীকৃষ্ণগী লীলা পুম্বা বীজগী মশক ওইনা বেদদা ওম্না লৈ, মাতুবু কনাগুম্বা পণ্ডিতসীংনা শুমিৎতা পানসিন্দুনা ব্যাখ্যা তৌই। মিতৈ মণিপূর অমসু মিতৈ পুবাণগী ব্বা পুন্নমক বেদদা বীজ ওইনা ওম্না লৈ; অদু ওইরবদি মিতৈলৈপাক অসি লৈতে, মিতৈ পুবানগী ব্বা অদু চুমদবনি হাঙ্গগদ্রা? মাতুম্না ওাংবদি অঙাওবগি রা ন। শ্রীমদ্ভাগবত ৪ ২১।৪০-৪১ দা হাঙ্গখরে,—

যদ্ ব্রহ্ম নিত্যং বিরজং সনাতনং শ্রদ্ধা-তপো-মঙ্গল মৌন-সংযমৈঃ।
সমাধিনা বিভ্রতিহার্থদৃষ্টয়ে যত্রেদমাদর্শ ইবাবভাসতে॥
তেষা মহং পাদ-সরোজ-রেণুমার্য়াবহেরাধি কিরীটমায়ুঃ।
যং নিত্যদা বিভ্রত আশুপাপং নশ্যত্যমুং সর্ব্বগুণা ভজন্তি॥

বেদদা তাইবংপানবদা লৈবা পুন্নমকনা মুংসেনদা পোৎকী মমিনা— তাতুনা লৈবগুম খোৎ খোংনা স্থনা লৈ; মাতুবু মীওইবনা শ্রদ্ধা, তপস্যা, মঙ্গল, মৌন, ইন্দ্রিয় সংযম অমসু সমাধি তৌতুনা মক্তবা সনাতন ওইবা— বেদগী অর্থবু এংবা, উবা, আর্বসা! ঐনা বেদগী অর্থখংবাসীংগী মখোংদা পকপা উফুনবু ঐগী ইকোক মথক্তা পুনসিচুপ্পা হাপচগে। মরমদি বেদগী অর্থখংবা মীগী চরণধূলিদি অচম্বা নত্তে, মাতুদি মীওইবনা মাবু ধারণ তৌরবদি মাগী পাপ পুম্বা থুনা কোকতুনা গুণ অফবা ময়ামনা লাকতুনা মী অদুদা তু তুনা লৈরে অসুম্না হাঙ্গ। শ্রীভাগবতনা তাক্লে, বেদদা লৈবা রাসগী রাফম অদু খংলবতদা মী অদুবু অথোইবনি, হাঙ্গনা থাগৎলি। অদুগা মাতুবু বেদনা সাতুমা হাঙ্গবনি হাঙ্গনা নিংবা মাতনা তাইবংদা মী অতুগী অফবা ফংনবা মরম লৈত্তে।

শ্রীভাগবতনা শ্রীকৃষ্ণগী রাসলীলাবু কবিনা সেমজিনবনি হাঙ্গদে। শ্রীভাগবতনা হাঙ্গ,— রাসলীলাদি সূক্ষ্মজগততা মতম পুম্নমক্তা লেংঙ্গনা লৈ।

—ব্যাখ্যা— লীলা অতুনা মতম অমদা পার্থিব বৃন্দাবনদা থাঙ্গৈশংনা ফোংদোক্লমই। মহাভারততা শ্রীকৃষ্ণগী ব্রজলীলা তৌখি হাঙ্গবসিদা করিগুম্বা ইঙ্গিত অমত্তসু তৌবমদবা নত্তে। দৃষ্টান্ত ওইনা হাঙ্গবা য়াই, মাতুদি—গীতাগী তরানিপানস্বা অধ্যায়দা অহানবা শ্লোকমক্তদা অর্জ্জুননা শ্রীকৃষ্ণবু 'কেশিনিসূদন" হাঙ্গনা কৌই। মাতুদি শ্রীকৃষ্ণনা বৃন্দাবনদা লৈরিঙৈদা কেশি হিংচাবা হাৎখিববু হাঙ্গবনি। মাতুম তৌদুনা মহাভারততা কৃষ্ণবু—পুতনা হাৎপা, গোবৰ্দ্ধন ধারণ তৌবা, অসিনাচিংবা হাঙ্গ। দ্রৌপদীনা মাবু দুঃশাসনমা মফী মুল্লবদা—"গোপীপতি। গোবিন্দ !!" হাঙ্গনা কৌই। অতুগা ব্রজলীলাবু মহাভারতনা হাঙ্গদে, কবন্না হাঙ্গদগে? তৌইগুম্বসু মাসিদা হংবা য়াই, মাতুদি - মহাভারততদি রাগল লাগী মাস্থপ ফজবা ৱাক্ষ অসিদি হাঙ্গদে, অতুগা পুরাণকারসীংনা কদাইদগী লৌবগে? মাসুম্বা সমস্তাগী—সমাধানদি তৌবা য়াই। মাতুদি— হুজিক এখোইনা ফংলিবা মহাভারতকী লেংবা মতমগী মমাংদা বৃন্দাবনলীলা অসিনা য়াম্না হান্না ওইখরবনি। পুরাণকারসীংনা মাতুবু সমাধিদা সংসংনা উতুনা মানা মানা উবা ভাব অতু বর্ণনা তৌরম্বনি।

বৃন্দাবনলীলাবু শ্রীকৃষ্ণনা থাঙ্গৈশংনা সান্নখিবনি, হাঙ্গবগী প্রমাণদি—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুনা পুথোক্লম্বনি। ইবুঙো মহাকনা হুজিক্কী বৃন্দাবনদা লেংতুনা, প্রভুগী সমাধিদা সংসংনা উতুনা মফম অসিদা মাতু মাতু সান্নরমই, হাঙ্গনা পুথোক্লমই। অতু অতুগুম্বা লীলা অতুগী অথোইবা লীলাদি শ্রীরাসলীলানি। মাতুগী অপূর্ব্ব কবিতা বর্ণনানা শ্রীমদ্ভাগবত হাঙ্গরিবা অসিনি। অসিবু—রাসলীলা অসিবু জীবাত্মা পরমাত্মা অনিগী তিন্নবগী রূপকনি, হাঙ্গবদি য়ামনা রানা কল্পনা তৌবা ভারে। অমসু মাতুমনা তৌদ্রনা অসুপ য়ামনা নিংথিরবা শ্রীমদ্ভাগবতপু থুগ্রা অমা ওইনা লৌদবনি। শ্রীমদ্ভাগবতকী মতুংইন্না হাঙ্গরবদি রাসলীলা অসাদ নিপা মুপীগা দৌহক-মিলনগী লীলানি আত্মাগা পরমাত্মাগা তিন্নবগী লীলা অতনা দেহগী মিলন ওইখরে। মাতুন তশেং তশেংবগী তুংনকমনি, অমসু মাতুগী যন্ত্রগী মশকনি। মফম অমত্তদ অসিগুম্বা দৈহিক অমসু আধ্যাত্মিক-মিলন ওইবা য়ানবগী দমক সচ্চিদানন্দ

—ব্যাখ্যা— অনন্য ভগবান্না অপূর্ব্ব সৌন্দর্য্যময় নরদেহ ওইনা অবতার তৌবনি। ভগবান্ পূর্ণ পরব্রহ্মনা মহাক্কী করিগুম্বা থুংদবা পুকনিং অমাবু থুংগে হাঙ্গনা নিংহ্নুনা তৌবা নত্তে, করিগুম্বা কান্নবা অমা লৈহ্নুনা তৌবস্নু নত্তে। অহুম্নদি ওইরগা ইবুঙো মানা জগৎ সেমই, মাহুগী মরমদি ইবুঙো মাদি রসময়নি (রসোঽয়ং সঃ). আনন্দময়নি, আনন্দনা মহাক্কী স্বভাবনি। মহাক্কী সত্তাদা লৈবা অনন্য (অমদা লৈতবা) আনন্দবু অমদা ওইদবা মতৌ ওইনা ফোংদোক্কে হাঙ্গবগী দমক ইবুঙো মানা অন্তর্জগৎ সেমই। মাহুনা— মাগী লীলানি,— "লোকবত্তু লীলা কৈবল্যং।" (বেদান্ত সূত্রং ২।১।৩৩)

তাইবংপানবদা অসিগুম্বা দৃষ্টান্ত য়ামনা লৈ, মাহুদি—মীওইবনা মাগী কান্নবা লৈত্রবস্নু সান্নহ্নুনা থবক ময়াম তৌই। মাহুগুম্না ব্রহ্মনা মাগী কান্নবা লৈত্রবস্নু তাইবংপানবাবু সেমই। তাইবংপানবা পুন্নমক অসি চাওরবা রাস-লীলা অমনি। জড়দেহদস্নু ইখ্বাইমক্তগী হেন্না রাংবা অধ্যাত্ম-আনন্দ-সঞ্চার তৌবা য়াই, অহুগুম্বা রাসক্রীড়াগী দমক্তা অসিগুম্বা জড়জগৎ অসি সেমই, অমস্নু অহুগুম্বা জড়জগৎতা মীওইবগী হকচাং অসি ওইবনি। অমস্নু জড়-দেহদা অধ্যাত্ম-আনন্দ ফোংদোকপা য়াই, মাহু খংহনগে হাঙ্গহ্নুনা ভগবান্না বৃন্দাবনদা রাসলীলা সান্নখিবনি। মাহুগী মরমদা প্রমাণ চূড়ামণি— শ্রীমদ্ভা-গবতনা য়ামনা নিংথিনা তাকই।——

রেমে রেমেশো ব্রজসুন্দরীভির্যথার্ভকঃ স্বপ্রতিবিম্ববিভ্রমঃ।

(শ্রীভাগবত ১০।৩৩।১৭)

অর্থদি— রাসমণ্ডলদা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা গোপীসিংগী মণ্ডলীনা কোক্তি-সিন্দুনা মথল মখা য়ামলবা বিভ্রম ফোংদোকতুনা, অঙাংনা মাগী মমি নুং-সেনদা তাবগা লোইননা সান্নবাগুম্না মহাক্কী কলা-কৌশল, লাবণ্য, মাধুর্য্যনা-চিংববু ব্রজগোপীসিংদা চংহন্দুনা মাখোই (গোপী) গা লোইননা রাসক্রীড়া তৌহ্নুনা সান্নখি। বিশুদ্ধরসময়ী=অশেংবা রসকী মশক ওইবা লীলাম্নু— রাসলীলা কৌই। থাঙ্গশেংবা অওইবমক্তি রসময় ওইবা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ-না অহুগুম্বা লীলা অহুদা থাঙ্গশেংনা মহাকমক্তা রাসলীলাগী মাধুর্য্যবু— আস্বাদন তৌখি; অমস্নু প্রেমগী মশক ওইবা আলিঙ্গন, চুম্বন, নীবি-উন্মোচন,

—ব্যাখ্যা— কর স্পর্শ, নখ-ক্ষতনাচিংবা লীলানি, হায়ঈনা মমিং থোনহুনা মহাক্কী স্বরূপ-শক্তি ওইবী হ্লাদিনী-শক্তিগী প্রতিমূর্ত্তি, রসময়ী ব্রজাঙ্গনা-সীংবু লীলারসবু আস্বাদন তৌবগী সৌভাগ্য পীখি। শ্রীভাগবতনা হায়ঈবা রাসলীলাদি মাসিনি।

লৌখৎখরবা শ্রীভাগবতকী শ্লোকতা হায়ঈখরে,--ব্রজগোপীসীং অহু ভগবান্‌গী প্রতিবিম্বনি। মাসিগী অর্থদি গোপীসীং অহু মমিগুম্বা চান্নবা নত্তবা সিনেমাগী ছবিগুম্বনি, হায়ঈবা নত্তে। উপমাদি উপমাতনি, মাহুবু মান্নবা ফাউবা অহুগী মথৈতা উৎপনি; মাহুনা মফম ফাউবা পুবা য়াদে। পরংব্রহ্ম ভগবান্‌না থাঙ্গৈশেংনা রতিসুখবু আস্বাদন তৌগে হায়ঈবগী দমকতা ইবুঙো মানা মহাকপু ময়াম ওইনা থোকলে।

শ্রুতিনা হায়ঈ,—"স একাকী নারমত"—"মহাক মথন্তনা নুঙাইতে।" মরম অসিদগী মহাককী সত্যসঙ্কল্প ওইরে। ঐ ময়াম ওইনা থোকলগে— "বহুস্যাং প্রজায়েয়"। সৃষ্টিগী রহস্য অসিবু উপমা তৌহুনা খংহনবনি। মাহুম তৌহুনা মাসিদগী ঐখোইনা খংবা ঙমই, করিননো?—ব্রহ্মনিষ্ঠ ওইবা শুকদেবগুম্বা আত্মারামসীংমক্তাসু, মাহুম্না মধুসূদন সরস্বতীগুম্বা ঘোর অদ্বৈতবাদী-মক্সু শ্রীভাগবতকী শ্রীকৃষ্ণ তত্ত্ববু লৌই। শ্রীভগবান্‌না মাসুমনা ময়াম—ওইবা অসি মিথ্যা মায়া নত্তে— মিগ লোইনাহুনা রতিলীলা সান্নবা য়াবা হৌনদে। ব্রজাঙ্গনা নারীসীং অসি ঐখোইগুম্বা রক্ত-মাংসগী জীবনি। ভগবান্ পরব্রহ্ম, পরমাত্মাসু অসিগুম্বা রক্ত-মাংসগী হকচাং ওইহুনা মাখোই—গোপীসীং অহুগা লোইনাহুনা তশেং তশেংনা রাসলীলা সান্নখিবনি। ভগবান্‌না ময়াম ওইহুনা সান্নবা লীলাবু অওইবা চান্নবা ওইনবগী দমক ভগবান্ মহাক্না মহাকপু জড়-জগৎ অমসু জড়-জগৎকী পোৎ ময়াম ওইবনি। মরম অসিনা ইমা শ্রুতিনা হায়ঈ,—"সর্ব্বং খলু ইদং ব্রহ্ম।" শ্রীকৃষ্ণনা করিগুম্বা ফথরবা মতম অমদা বৃন্দাবনদা রাসলীলা তৌহুনা জগৎকী জীব পুম্বদা আদর্শ অসি থনম্বনি। মাসিবু করিগুম্বদসু মীওইবা ঐখোইনা কাওফম থোক্তে। অসিগুম্বা মীওইবা ঐখোইগী জড়দেহ অসিদা অসিগুম্বা দিব্যপ্রেম থোককম—ওইহনগদবনি, মাসিগী দমক্তদি— পৃথিবীদা মীওইবনা পোকপদি। মাসিদা

—ব্যাখ্যা— মাসিমাসু খংনগনি, মাতুদি— শ্রীকৃষ্ণনা গোচারন লেংলুরগা সাষংদা গোষ্ঠদা লেংলকই। অতুগা লুক্লাচিংবা হারগা মমা যশোদাগী নাক্তগী চেপকদবগী দমক চন্দ্রশালিকাগৃহদা (যুমগী মথকথংবা থাকতা) লেপ্খংলকপদা শ্রীকৃষ্ণন শবংক্কী ফজবা অসি উবদগী রাস সান্নগে হাঙ্গীনা নিংই; মাতুদা শবংকী নি·থিবনা মথং মথং নিংথিবা হেনগংলকই, অসুম্না হাঙ্গীবি।১। *

* টীপ্পনী— শ্রীরাসপঞ্চাধ্যায়ীগী হৌগৎপদা শ্রীবিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তিপাদনা শ্রীভাগবতনা হাঙ্গীখরবা শ্রীকৃষ্ণগী চহি তরেৎসুবগী লীলা হাঙ্গী, মাতুদি,— শ্রীকৃষ্ণনা অবতার তৌবা চহি তরেৎসুবা বয়সগী মমুংদা কার্ত্তিক অমাবস্যা-দা কর্ম্মবাদ্ হোৌদোকতুনা 'ইন্দ্রযাগ' তৌবা থুগাই। মাতুগী মথংদা শুক্লা প্রতিপদদা গোবর্দ্ধন মখগী উৎসব তৌই। নিনি পানবদা ভাতৃ-দ্বিতীয়া— নিঙোন চাক্কৌবনি। ব্রাফম অসিমদি শ্রীশুকদেবনদি হাঙ্গীদ্রবসু খংনগনি। মুমিৎ অতুদা উৎসব অতুদা যমুনাজীনা চিত্রগুপ্তগা লোইননা মবুং যমবু— চাক কৌই। মাতুগী কুমৈদা ইন্দ্র-মখ থুগাইবদা ইন্দ্রনা য়াম্না সাওরে, হাঙ্গীবা ব্বা অসি ঙাংনৈ। মথংদা হুন্নি পানবদগী মাপ'ন্ন পানবা ফাউবা শ্রীকৃষ্ণনা গোবর্দ্ধন ধারণ তৌই। তবানি পানবদা শ্রীকৃষ্ণনা চীং ফুকতুনা থাঙ্গৎতুনা ব্রজবু কনবগী অঙকপা রা ঙাংনৈ। একাদশীদা শ্রীকৃষ্ণবু 'গোবিন্দ' কৌবা নাম থোনবা ইন্দ্র, সুরভিনা অভিষেক তৌই। মাতুগী মতুং দ্বাদশীদা নন্দনা পারণাগী দমক নোংঙাল্লমদাইদা যমুনাদা স্নান তৌরুবদগী বরুণগী চরনা— ফাখিতুনা শ্রীকৃষ্ণনা বরুণলোকতা লেংতুনা নন্দবু লৌরুই। নন্দনা বরুণ-লোককী ফজবা পুম্বা ব্রজবাসীসিংদা তমই। মাতুদগী ব্রজবাসী পুম্নমকনা শ্রীকৃষ্ণদা বৈকুণ্ঠলোক এ·গে হাঙ্গীজরবদা পূর্ণিমাদা বৈকুণ্ঠলোক উহনখি। অসুম তৌতুনা চহি তরেৎসুবা বয়স লেনখি। মাতুগী মতুংদা, ভাদ্রদা চহি নিপান চংলবদা বর্ষাঋতু লোইতুনা শরৎঋতু চংলবদা আশ্বিনগী পূর্ণিমাদা শ্রীকৃষ্ণনা রাস সান্নে, অসুমনা চক্রবর্ত্তি পাদনা ব্যাখ্যা তৌই।

চক্রবর্ত্তি পাদগী -'আশ্বিন-পূর্ণিমা" হাঙ্গীবাস লিপিকার প্রামাদক পাঠ ওইগনি। কার্ত্তিকী-পূর্ণিমাদা রাসলীলা হাঙ্গীবসি সর্ব্বশাস্ত্রদা প্রসিদ্ধ ওইরিবান্না।

**তদোড়ুরাজঃ ককুভঃ করৈর্মুখং প্রাচ্যা বিলিম্পন্নরুণেন শন্তমৈঃ।**
**স চর্ষণীনামুদগাচ্ছুচো মৃজন্‌প্রিয়ঃ প্রিয়ায়া ইব দীর্ঘদর্শনঃ ॥২॥**

---

তদা ( মতম অদুদা ) সঃ ( অদুগুম্বা ) উড়ুরাজঃ ( চন্দ্রনা ) প্রাচ্যা ( নোংপোকথংবী ) ককুভঃ ( মাইকৈগী ) মুখম্ ( মমাইবু ) শন্তমৈঃ ( মঙ্গল অথোইবা ওইবা ) করৈঃ ( মঙান খিবিকনা ) অরুণেন ( থানা থোক্লকপগী অঙাংবনা ) বিলিম্পন্ ( তৈদুনা ) দীর্ঘদর্শনঃ ( কুইনা উনকদ্রবা ) প্রিয়ঃ—( চান্নবনা ) প্রিয়ায়াঃ ( চান্নবীগী মড়ীদা ) ইব ( তৌবগুম্না ) চর্ষণীনাম্ ( মী-ওইবাসীংগী ) শুচঃ ( সুংশাগী অৱাববু ) মৃজন্ ( কোকহন্দুনা ) উদগাৎ—( থোকখি ) ২।

---

শ্রীকৃষ্ণনা রাস সান্নগে হাঙ্গৈনা নিংবা মতম অদুমক্তদা পূর্ণিমাগী থানা মহাক্কী জীব পুম্বাবু নুঙাইহনবা মঙান খিবিকনা থোক্লকপা নৌরিবগী অঙাংবনা নোংপোক মাইকৈগী মমাইবু অঙাংবনা তৈবিবদুনা, মাদুমকতি কুইনা উনকদ্রবদগী উনবা চান্নবনা মাগী চান্নবীগী মাইথোংদা মুখ শিঙদুনা অঙাংবা তৌবগুম— মীওইবগী সুংথিনদা মুংশানা রাহল্লম্ববু কোকহন্দুনা থোকখি।২।

---

ব্যাখ্যা— শ্রীকৃষ্ণনা রাস সান্নগে হাঙ্গৈনা নিংলিঙৈদা থা থোক্লকই, হাঙ্গৈবা অসি (১) কার্ত্তিকী-পূর্ণিমানি, অসুম্না শাস্ত্র পুম্নমক্তা প্রসিদ্ধ ওইদুনা ইখাইনা

---

—টীপ্পনী— সম্মোহিনী তন্ত্রমক্তদাসু—"দুর্ব্বাসসোমুনের্মোহে কার্ত্তিক্যাং রাস-মণ্ডলে" অসুমনা সহস্রনাম ফলশ্রুতিনাচিংবনা হাঙ্গৈরিবা প্রসিদ্ধার্থ অসি—থাদোকপা শুমদে। মতম অসিদদি গৌড়ীয় সম্প্রদায়না কার্ত্তিকী পূর্ণিমাদা রাসযাত্রা কৎলি। ঐখোইগী শ্রী শ্রী৺গোবিন্দদা ভাগ্যচন্দ্র জয়সিংহনা আশ্বিনী পূর্ণিমাদনা কুঞ্জরাস কার্ত্তিকী পূর্ণিমাদনা মহারাস কৌদুনা রাসযাত্রা চান্নবা কৎলমই; মত অসি ঐখোইনা ইনলি। কুঞ্জরাস হাঙ্গৈবদি চান্নবা রাসদি—যমুনা পুলিনদা সান্নে, অসুমনা শ্রীভাগবতনা মতাং খূদিংদা ফোংদোক্লক্কনি।

(১) ব্রহ্মবৈবর্ত্ত-পুরাণদা হাঙ্গৈ,—"কার্ত্তিক্যাং পূর্ণিমাযাঞ্চ কৃত্বাতু রাস মণ্ডলম ইত্যাদি তথা—'কার্ত্তিকে পৌর্ণমাস্যান্ত রাসযাত্রা মহানিশি।" ইত্যারভ্য—"উত্তীর্ণে সায়ংসময়ে গোপ্যাবৃন্দাবনং যযুরিত্যাদি" উৎকলকালিকায়াঞ্চ ॥

—ব্যাখ্যা— ইখং খংনৈ। সুমিৎনা হেক তাবা মতমদা কৃত্তিকা নক্ষত্রনা থোকপা থাবু কার্ত্তিক মাস কৌই। মরম অদুনা কাত্তিকী-পূর্ণিমা সুমত্তদি থানা কৃত্তিকা নক্ষত্রগা লোইনাদুনা সুমিৎ হেক তাবদা থোকই। ব্রজবৃন্দা-বনদি ব্রহ্মাবর্ত্তগী মনু'চনবা ব্রহ্মর্ষিদেশগী লমদমনি (২)। শুক্লযজুর্বেদ শত-পথ ব্রাহ্মণদা শ্রুতিনা হাঈ (৩), মাদুদি— ব্রহ্মাবর্ত্তদগী এংলকপদা কৃত্তিকা নক্ষত্র হাঈবদি খোংচোংসুবী কৌবী থরানমচাক সযোম্না চক্রবাল হাঈবদি লৈপাকক। নোংথোগা সম্নবা মফমদগী খুদোন মরিফুনিথোই ব্রাংবা মফমদা থোকপা উবা মফমবু তাইবং সেম্বা মতমদা সুমিৎনা অহানবা থোকখিবা মফম কৌই (৪)।

বেদগী ব্যাখ্যা তৌদুনা ঋষি বাল্মীকিনা রামায়ণদা— জগৎ সেমগৎপা মতমদা সুমিৎনা অহানবা থোকখিবা মফম অদুবু বিষুববৃত্তগী অব্রাংদা— কর্করেখাদা লৈবা, সুদর্শনদ্বীপ মাদু হাঈদ্রগা জম্বুদ্বীপ কৌবা ভারতবর্ষ অসিগী নোংপোকথংবা লমখৈদা লৈবা— উদয় পর্ব্বত চীঙগী চীঙসা— সৌমনস কৌবা চীঙনি, অসুমমা হাঈ। ঐখোইনা অসিগুম্বা বেদদা সংসংনা হাঈবা শ্রুতি, স্মৃতি. পুরাণনাচিংবা সর্ব্বশাস্ত্র পুন্নমককী প্রমাণ বচন, ময়ামদগী—

---

(২) সরস্বতীদৃষদ্বত্যোর্দেবনদ্যো যদন্তরং। তং দেবনির্মিতংদেশং ব্রহ্মাবর্ত্তং প্রচক্ষ্যতে। অস্মিন্দেশে য আচারঃ পারম্পর্য সমাগতঃ। বর্ণানাং সান্তরা-লাণাং সদাচার উচ্যতে। কুরুক্ষেত্রঞ্চ মৎস্যাশ্চ পঞ্চালাঃ শূরসেনকাঃ। এষ ব্রহ্মর্ষিদেশো বৈ ব্রহ্মাবর্ত্তাদনন্তরঃ। এতদ্দেশে প্রসূতস্য সকাশাদগ্রজন্মনঃ। স্বং স্বং চরিত্রং শিক্ষেরন্ পৃথিব্যাং সর্ব্বমানবাঃ। ইতি মানবেঽধ্যায়ঃ।

(৩) "প্রাচ্যৈদিশশ্চ্যবন্তে সর্ব্বাণি হবা অন্যানি নক্ষত্রাণি প্রাচ্যৈদিশশ্চ্যবন্তে তৎ প্রাচ্যামেবাস্যে তদ্দিশাহ তৌ ভবতস্তস্মাৎ কৃত্তিকাস্বাদধীত। ইতি— শতপথীয় শ্রুতিঃ। প্রাগ্বংশশালাং স্থাপয়ন্তি কৃত্তিকাঃ, খল্বিমাঃ প্রাচীংদিশং ন পরিজহতি, তাসাং দর্শনেন মাপযেোদতি। কর্ম্মান্তসূত্রে দেবযজনকল্পে।

(৪) "উত্তরেণ পরিক্রম্য জম্বুদ্বীপং দিবাকরঃ। দৃশ্যো ভবতি ভূয়িষ্ঠং— শিখরং তন্মহোচ্ছ্রয়ম্।" "এষ সুদর্শনোদ্বীপঃ পুরো যস্য প্রকাশতে॥" ইতি রামায়ণে কিষ্কিন্ধ্যাকাণ্ডে বাল্মীকর্ষিনোক্তম্।

দৃষ্ট্বা কুমুদ্বন্তমখণ্ডমণ্ডলং রমাননাভং নবকুঙ্কুমারুণম্ ।
বনং চ তৎকোমলগোভিরঞ্জিতং জগৌ কলং বামদৃশাং মনোহরম্ ।।৩।।

---

অখণ্ডমণ্ডলম্ ( মকোঙ্গ তাংথক নাইদবা ) রমাননাভম্ ( রমাদেবীগী— মাইথোংগুমনা ফজবা ) নব কুঙ্কুমারুণম্ ( অনৌবা কুঙ্কুম চন্দনগুম ঙাংবা ) কুমুদ্বন্তম্ ( মানা থোকলগা থরো সাংকাইবা— পূর্ণিমাগী থাবু ) দৃষ্ট্বা ( উরদুনা ) তৎকোমলগোভিঃ ( মাগী অমে বা মঙান মযামনা ) রঞ্জিতম্ ( সংজিনবা গুমনা ফজরবা ) বনং চ ( বনবুসু— উরদুনা ) বামদৃশাম্ ( মীৎএং থোঙ্গনা এংবী সুপাসীংগী ) মনোহরং ( পুকনিং চুনবা ওইবা ) কলং ( যামনা ফজবা থোইনা হৌদবা— নেমলবা স্বর ওইনা) জগৌ ( বেণুদা ছকখি ) মহাভাষ্যদা

---

শ্রীকৃষ্ণনা মকোঙ্গ তাংথক নাইদবা পূর্ণমাগী থানা রমাদেবীগী ( লাই-রমাগী = শ্রীরাধাগী ) মাইথোংগুম্বা থাবু অমসু থাগী মঙাননা সংজিনবাগুম্বা

---

—ব্যাখ্যা— কবি অমত্তা চিংনবা লৈতনা খংবা ঙমলে, মাদুদি— শ্রীকৃষ্ণনা রাস সান্নগে হাঙ্গনা নিংদুনা এংথোকখিবদা - থাবু কৃত্তিকানক্ষত্রগা লোইননা থোকমিন্নদুনা উবিবা মফম অদুদি বেদদগীনা শাস্ত্রপুদম্বা ফাউরিবা প্রাচীনি ।* মাসিবু "প্রেযঃ প্রিযাযা ইব দীর্ঘদর্শনঃ ।" হাঙ্গবা শ্লোক অসিনা সমর্থন তৌই । মাসিগী মরমদা চক্রবর্ত্তি পাদনা হাঙ্গি,— শ্রীকৃষ্ণদি চন্দ্রবংশনি, অদুনা চন্দ্রনা শ্রীকৃষ্ণগী কুলাদিপুরুষনি । অদুগুম্বা চন্দ্রনা মহাককীদি সান্নবা নিজপত্নীসু লৈনা লৈনা ইন্দ্রগী পত্ন নোংপোক মাইকৈগা লোইমাদুনা সান্নববু শ্রীকৃষ্ণনা উই, মাতদি— অতোপ্পা নিপাগী মতুগা লোইনদুনা সান্নবদা কুইনা উন-ক্কদ্রবদগী হেক উনবদা সুংসিবগী মশক ওইবা অঙাংবা চন্দননা মরাইপক্কা তৈবিবগুম্না থানা মাগী মঙান অঙাংবনা ইন্দ্রগী সুপী নোংপোক মাইকৈগী মমাইবু থোরকপা নৌরিদুনা ঙাংবা মঙান্না অঙাংবা তৈবিবগুম্না থোকতুনা সান্নবা উবদা—"যদ যদাচরতি শ্রেষ্ঠস্তত্তদেবেতরো জনঃ।" হাঙ্গবা ন্যায়না লুচিংবনা তৌবদি মখাদা লৈবাসিংনা তম্বা হৌনৈ, হাঙ্গদুনা লুচিংবা কুলা-দিপুরুষ চন্দ্রনা তৌববু শ্রীকৃষ্ণনা তমদুনা গোপীসীংগা লোইনাদুনা সান্নবা দোষ লৈতে তাকপাগুমই অশ্রমনা ব্যাখ্যা তৌই ।২। ইতি—

---

* হাঙ্গারবা প্রাচী অসি ঐখোইনা অতোপ্পা প্রবন্ধদা ব্যাখ্যা তৌখরে, মতাং অসিদা সাংমনবা মবন্না হাঙ্গদরে । অনুসন্ধীৎসুনা ঐগী ভারতীয় সংস্কৃতি-সঙ্গমদা পুথোকখিবা, অমসু বিশ্বজগৎনা লৌখরবা প্রবন্ধসীংদা পাবিয়ু।

পস্ পসান্তদা পতঞ্জলিনা পুথোকপা "শ্বেতো ধাবতি অলম্বুসানাং যাতা * হাঙ্গৈবাগুম্না শ্লেষার্থনা পক্ষ অমদা "বামদৃশাং ( দীর্ঘ ঈ কার লোইনবা অনুস্বার তপপা ) কলম্ ( কৃল্=ক্ল বু হাঙ্গৈবদি ক্লীং=ক্লীঁ বু=কামবীজবু ) মনোহরং ( গোপী পুম্বগী পুকনিং চুনবা ওইনা ) জগৌ ( বেণুদা ছকখি ) ।৩।

ফজরবা বন খিবিকপুম্নু উরদুনা মীৎএং খোঙ্গৈ খোঙ্গৈ এংবী গোপীসীংগী—পুকনিং চুনবা ওইনা অনেম্বা স্বরদা যান্নদি হৌদনা মীরবা খোঞ্জেলনা ক্লীঁ কামবীজবু বেণুদা হাপতুনা ছকখি ।৩। †

* ব্যাখ্যা— শ্বেতঃ ধাবতি=অঙৌবা অমা চেনলি, শ্বা ইতঃ ধাবতি=হুই অমা মাসিদগী চেনখি ; অর্থ অনিমক তিন্নরগা হুই অঙৌবা অমা চেনখি হাঙ্গৈবাগুম্বনি ।

† আলোচ্য শ্লোক অসিগী চতুর্থপাদবু মধুরপ্রেমভক্তসীংনা মহাভাষ্য পস্ পসান্তদা পতঞ্জলিনা হাঙ্গৈবা তন্ত্রন্যযনা পুথোকতুনা শ্রীকৃষ্ণনা রাসগী দমক গোপীসীংবু কৌনবা বেণুগানদা ক্লীঁ কামবীজ, কামগায়ত্রীগী অহানবা ময়েক্লা মউর রাগগী মম্নুংচনবা মধ্যমাদি রাগদা গান তৌই, অমুম্না অর্থ পুথোকই। অদুগা অমোকস্নু হাঙ্গৈ— পুথোকপিবা অর্থ অসি হাঙ্গৈবদি— কামগায়ত্রী, কামবীজবু রহস্যনি—অথুপপনি, হাঙ্গৈনা তাকই। অথুপপা হাঙ্গৈবগী অর্থদি হৌনবী কাইনা অমস্নু মীযামদা ফোংনা কামবীজ অমস্নু কামগায়ত্রী হাঙ্গৈফদে। মাসিদা ঐখোইনা প্রমাণ তৌবা ঙমই, মাদুদি— রামানুজ গুরুনা গুরুদা অষ্টাদশাক্ষর কৃষ্ণমন্ত্রগী সিদ্ধ ওইনবা তমই। গুরুনা য়ামনা কুইনা তম্বিত্রবদা কাইনাথংদা তম্বিবে, সিদ্ধ ওইরে। অদুদগী রামানুজনা মী ময়াম কৌরদুনা অষ্টাদশাক্ষর মন্ত্র অসি গুরুনা তাকপিদুনা ঐ সিদ্ধ ওইরে, মাসি তম্বদা ঐ মতম কুইনা চংখবে, গুরুনা ইতাক তাকপিদে, কুইরবা মতমদা তাকপি। নখোই পুম্নমক চপ মান্ননা রাদনা সিদ্ধ ওইরো, হাঙ্গৈদুনা সম্ভা পুম্বদা তাকই। মাদুদগীদি রামানুজস্নু সিদ্ধ মাংখরে, অতাবা পুম্বস্নু সিদ্ধ ওইখিদে, মাদুগুম্বনি। কামবীজ ক্লীঁ অমস্নু কামগায়ত্রী—"ক্লীঁ কামদেবায় বিদ্মহে পুষ্পবাণায় ধীমহি তন্নোঽনঙ্গঃ প্রচোদয়াৎ।" অনি অসি গুরুদগী মন্ত্র তম্বগী হৌনবী পুম্নমক তৌদুনা শেংদোকলগা গুরু পরম্পরানা খংলকপা—

—ব্যাখ্যা— শিয়্যনা মথং মথং তৌনরকপা অহু তৌহুনা হেক সোনবগ.— হুজিকস্থ মহৈ অহু সংসংনা উগদবনি ; মাহুদ চিংনব মরম লৈতে। মরম অহুনা সনাতন পাদন মাবু রহস্থনি হাঈ।

কামগায়ত্রীগী মরমদা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুদা রায় রামানন্দন ( গোদাবরী তুরেন মপানদ রহস্য-সন্মীলনদা প্রভুনা রামানন্দবু হাঈহনখি ) মাহুদা হাঈ,— "কামগায়ত্রী কামবীজ যার উপাসনা।" অথদি— শ্রীরাধাকৃষ্ণবু— কামগায়ত্রী অমস্থ কামবীজনা উপাসনা তৌগনি। মাহুদি— নারদপঞ্চরাত্রনা হাঈ,— "ককারঃ পুরুষঃ কৃষ্ণঃ সচ্চিদানন্দ বিগ্রহঃ। লশ্চানন্দাত্মকং প্রেমসুখং চ কীর্ত্তিতম্। ঈকারঃ প্রকৃতিরাধা নিত্যবৃন্দাবনেশ্বরী।।"— অর্থদি— "ক্+ল্+ঈ+ং=ক্লীং অসিনি। কামবীজ=ক্লীং দা ময়েক মরিনি, মাহুদা ক না শ্রীকৃষ্ণনি, ল না প্রেমানন্দনি, ঈ ন বৃন্দাবনেশ্বরী— শ্রীরাধানি, ং না চুম্বনাশ্লেষ=চুপপা, আলিঙ্গন তৌবনি। মাসিন (ক্লীং না) শ্রীরাধাকৃষ্ণগী একীভুত যুগলমূর্ত্তিনি, অসুমনা ধ্যান তৌগনি। মাসিদ— বৌদ্ধ সহজীয়াপন্থীসীংগী অচম্বা নিপা মুপাগী কাম অহু করিমত্তা য়াওদে। মাহু খংনবগী দমক রাস-পঞ্চাধ্যায়ী অসিদ মঙাসুবা অধ্যায়দা হাঈগনি,— "আত্মন্যবরুদ্ধ সৌরত."— অচম্বা মীগুন্না চরমধাতু ( বীর্যস্খলন ) লৈতে ; অসুমনা হাঈরকনি। মহাক্তি প্রেমনি কাম নত্তে। কাম প্রেম দোহাকার বিভিন্ন লক্ষণ। লৌহ আর হেম যৈছে স্বরূপে বিলক্ষণ॥ অসুন্না চৈতন্যচরিতামৃতনা ব্যাখ্যা তৌই। মাসিদ রাস-পঞ্চাধ্যায়ীদা পদ পদ খুদংগী— উরক্কদি। শ্রীগোপালসহস্রনাম স্তোত্রগী মকোক্তা "ক্লাঁ দেবঃ" হাঈহুনা হৌই। মাহুদা মহাত্মাসীংনা গোপালসহস্রনাম পাঠ তৌবদা "নামোপসংহার তৌবনি। উপনিষৎতা শ্রুতিসীন হাঈ,—"শতরুদ্রিয়েনেত্যেতানি হবা অমৃতস্য নাম ধেয়ানি এতৈর্হবা অমৃতো ভবতীতি।" ভাবার্থ— শতরুদ্রিয়না ঈশ্বরগী মিং ময়াম হাঈ, অসিগুম্বা নাম অসি সোনলবদি মী অহু শিদবা ওই, তাইবংদগী লাল্লি, অসিনি। মাসনা খংহনলি— নাম অসি সোন্দবা য়াদে, রাএননি, সোনলবদি রাৎপা য়াদে, হেনবা য়াদে অমস্থ সোন্দবস্থ য়াদে। রাৎনা সোনলে মাংই, হেননা সোনলে মাংই, চপচানা মসিং রাক্তনা

—ব্যাখ্যা— চপচুম্না নামজপ তৌগদবনি। তৌইগুম্বস্তু মাতুদি কনাস্তু ঙমদে, সুপ্নগী তাইবংপানবগী মপুতনা মাগী নাম সুনা হাঙ্গৈবা ঙমগনি। মরমদি বেদগী শাখাদি অনন্তনি। শাখাসীং অতু হুজিক্তি ঙম্না মাংখরে, মাতুদা য়াওখিবা নাম অতু কনাস্তু খংবা ঙমদরে। মবম অসিনা নাম শোন্দরে, লানদরে, সোনলে চুম্বা ঙমদতুনা মী অতু লান্দবে। অসিগুম্বা লীৎপা ঙমদ্রবা সমস্তা অসি মহাভারততা বেদব্যাসনা কোক্লবা ভাঙ্গনা মরম ওইতুনা তাকপিরমই। মাতুদি— মহাদেবনা সাওতুনা দক্ষগী যজ্ঞ থুগাইববদা দক্ষনা যাম্না কিরে, মাতু উবদা মহাদেবগী যাথনা দক্ষযজ্ঞ থুগাইবা বীবভদ্রনা দক্ষদা হাঙ্গৈ,— "হে ব্রাহ্মণ অথোইবা। দেবদেব উমাপতিদা চংজো, অতোপ্পা লাইদগী বর ফংববুদি মহাদেবনা সাওবনা হেন্না ফৈ।" মাসি তাক্লবদা দক্ষনা মহাদেবদা ঐ চংজবে, চানবিয়ু, হঙ্গৈববদা মহাদেবনা পেল্লতুনা যজ্ঞকুণ্ডদগী থোরকতুনা দক্ষদা নংনা পাম্বা বরনিয়ু, হাঙ্গৈরে। দক্ষনা ঐগী যজ্ঞগী পোৎ মাংখিবা পুম্বা হঙ্জিনবিয়ু, হাঙ্গৈ হঙ্জিনহল্লে। অতুদগী দক্ষনা শিবগী নাম লীসিং অমগা নিপান হাঙ্গৈতুনা মহাদেববু খুমই। রাবী অসি ভীষ্মনা লীতুনা— তাবিবা যুধিষ্ঠিরনা ভীষ্মদা "ইবুধো! ভগবান্গী নাম মযাম অতু তাকপিয়ু" হাঙ্গৈজববদা ভষ্মনা হাঙ্গৈ। মাতু তাবগা যুধিষ্ঠিরনা খুমই,— "ইবুধো! শ্রীকৃষ্ণগী দযালুতাদি মাসিনি হাঙ্গৈবা খংজবে, হাঙ্গৈ। মাতুদা ভীষ্মনা নাম লীসিং অমগা নিপান হাঙ্গৈগে হাঙ্গৈরগা হাঙ্গৈবা মতমদদি চাতকক্কা নিপান-ত্মক হাঙ্গৈ; মাতুদা চামবি অমদি নামোপসংহার তৌবনি। মাস্তম তৌতুনা নামজপ তৌবদা নামোপসংহাব তৌবা হৌনৈ। মাতু নত্রবদি নামজপ তৌবা ঙম্বা হৌনদে, হাঙ্গৈবা অসি স্বযং কৃষ্ণদ্বৈপায়ন বেদব্যাসনা মহাভারততা— তাক্লরবদি কনাস্তু খংবা ঙম্নরোইদবনি। মহাত্মাসীংনা শ্রীগোপালসহস্রনামগী মথক্তা "ক্লীঁ" মন্ত্রনা নামোপসংহাব তৌই। মন্ত্র অসি উচ্চারণ তৌবদা— কণ্ঠ, তালু, ওষ্ঠ অমসু নাসিকাপুম্বা শোকই বর্ণ পুম্বা মাতুতদগী পোকপনি, শ্রীগোপালগী নাম পুম্বা বর্ণদা ওইবা ঙাক্তনি। অতুনা কামবীজগী অর্থনা খংহনবা নাম পুম্বা খাকচবা লৈতনা জপ তৌই। অসিগুম্বা অথুপ্পা অসি "জগোকলং বামদৃশাং মনোহরং" না পুথোকই। মরম অতুনা বৈষ্ণবতোষণীনা

—ব্যাখ্যা— মাসিবু রহস্যনি, হাঙৈ। মাসিদা "মনোহরং"—পুক্কিং হুন্নবা, হাঙৈবা ক্রিয়া বিশেষণ অসিনা "জগৌ"—ছকখি হাঙৈবাসিনা অমসু মথংদা অনঙ্গ-বর্দ্ধনং—প্রেম চাওখৎনবা অসুমনা হাঙৈবনাসু শ্রীকৃষ্ণগী গান অসি—'মধ্যমাদি' কৌবা রাগবু ছকখি, হাঙৈনা খংনগনি। মাদুদি সঙ্গীতশাস্ত্রনা হাঙৈ,—"মধ্যমাদির্মগ্রহান্তো মধ্যমগ্রাম রাগজঃ। অয়ং সায়ন্ত গীতব্যঃ শৃঙ্গারে ঋধবর্জ্জিতঃ॥"—ম গ্রহ না লোয়নবা, মধ্যমগ্রাম রাগদগী থোকপা, ঋষভ অমসু ধৈবত য়াওদববু মউররাগগী ভেদ ওইবা মধ্যমাদি রাগ কৌই। মহাকপু শৃঙ্গাররসদা, সায়ংকালদা ছক্কনি, অসিনি। অমসু মথক্তা 'বেণুরবং রাজন্' অসুমনা হাঙৈখিবনা শ্রীকৃষ্ণনা বেণুদা মধ্যমাদি রাগ খোংখি, অসুমনা খংনগনি। শাস্ত্রনা হাঙৈ,—"অর্দ্ধাঙ্গুলান্তরোন্মানং তারাদি বিবরাষ্টকং। ততোঙ্গুলান্তরে যত্র মুখরন্ধ্রং তথাঙ্গুলং। শিরো বেদাঙ্গুলং পুচ্ছং ত্র্যঙ্গুলং সা তু বংশিকা। নবরন্ধ্রা স্মৃতা সপ্তদশাঙ্গুলমিতা বুধৈঃ। দশাঙ্গুলান্তরাস্যাচ্চেৎ সা তারা মুখরন্ধ্রয়োঃ। মহানন্দেতি বিখ্যাতা তথা সম্মোহিনীতি চ। ভবেৎ সূর্য্যান্তরা সা চেৎ তত আকর্ষিণী মতা। আনন্দিনী তদা বংশী ভবেদিন্দ্রান্তরা যদি। গোপানাং বল্লভা সেয়ং বংশুলীতি চ বিশ্রুতা। ক্রমান্মণিময়ী হৈমী বৈনবীতি ত্রিধা চ সেতি। অতো দ্ব দশাঙ্গুলান্তরে তারমুখরন্ধ্রা হৈমীয়ং জ্ঞেয়া॥"— খুদোন মখাই অমা লাওবা, মাদুদা তারানাচিংবা মখুন নিপান হুৎপা, খুদোন অমা কাখৎলগা খোংফম মখুন হুৎপা, মকোক্তা খুদোন মরি মমৈদা খুদোন অহুম চাওববু 'বংশিকা' কৌই। খুদোন তরাতরেৎ য়াংবা, মখুন মাপন হুৎপা, তারাগা খোংফমগা অনি খুদোন তরা লাপনববু মহানন্দ কৌই; মাদুম্মা সম্মোহিনীসু কৌই। তারাগা খোংফমগা অনি অদু খুদোন তরানিথোই লাপ্পরগা "আকর্ষিণী" কৌই। মাদুদা তারাগা খোংফমগা খুদোন তরামরি লাপ্পরগা "আনন্দিনা" কৌই। মাবু গোপশীংনা য়ামনা পামই; মাবু মাখোইনা "বংশুলী" হাঙৈনাসু কৌই। হাঙৈরিবা মাখোই মখল অহুম অসি মণি, সনা অমসু রানা সাবা অসুম্মা মখল অহুম থোকই। মরম অসিনা তারাগা খোংফমগা খুদোন তরানিথোই লাপ্পরবা, অমসু সম্রাজ্ঞা সাবলি, অসুমনা খংনগনি।৩। ইতি—

নিশম্য গীতং তদনঙ্গবর্দ্ধনং ব্রজস্ত্রিয়ঃ কৃষ্ণগৃহীতমানসাঃ।
আজগ্মুরন্যোহন্যমলক্ষিতোদ্যমাঃ স যত্র কান্তো জবলোলকুণ্ডলাঃ ॥৪॥
দুহন্ত্যোহভিযযুঃ কাশ্চিদ্দোহং হিত্বা সমুৎসুকাঃ।
পযোহধিশ্রিত্য সংযাবমনুদ্বাস্যাপরা যযুঃ ॥৫॥

কৃষ্ণগৃহীতমানসাঃ ( শ্রীকৃষ্ণনা পুকনিং হুখববী ) ব্রজস্ত্রিযঃ ( ব্রজগোপী-সীংনা ) অনঙ্গ বর্দ্ধনম্ ( শ্রীকৃষ্ণগী মড়ৌদা কাম চাওখৎহনবা ) তৎ গীতম্— ( বেণুগীতবু ) নিশম্য ( তাপ্পনা ) অন্যোন্যম্ ( অমনা অমবু ) অলক্ষিতো-দ্যমাঃ ( খংনাদনা হৌনকবা নত্তনা থোৗবাং তৌদুনা ) জবলোলকুণ্ডলাঃ ( থুনা চৎপগী অইনবনা নাদা থল্লিবা নাযিননা হাইরবী ওইদুনা ) সঃ কান্তঃ যত্র ( চান্নবা শ্রীকৃষ্ণনা লৈবা মফমদা ) আজগ্মুঃ ( লাকখি ) লাকপা হাঈবদি শ্রীশুকদেবনা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা লৈবা ওইনা হাঈবনি, গোপীগী নাক্তা লৈবা ওইরবদি চৎখরে, হাঈগদবনি। মাসিদগী খংলে, মাসুম্না ভজনদসু তৌগদ-বনি, হাঈনা খংনগনি )।৪।

দুহন্ত্যঃ ( ষঙ্গোম সুমলিবী ) সমুৎসুকাঃ ( বেণুগী খোঙ্গেন তাবদা শ্রীকৃষ্ণবু উনিংবামক্তনা পুকনিংদা খোঈরাংবনা লাংলবা ) কাশ্চিৎ ( কনাগুম্বীসীংনা ) দোহং ( যঙ্গোম সুম্ববু ) হিত্বা ( হন্দোকতুনা ) অভিযযুঃ ( লাকখি ) পয়ঃ— ( ষঙ্গোম ) অধিশ্রিত্য ( লৈরংদা থাঙ্গৎলম্লগা ) অপরাঃ ( অতোপ্পীসীংনা ) সং-যাবম্ ( চিনিগা ঘীগা যাম্নবা গেহুগী য়ামবু লৈরংদা থাঙ্গৎপবু ) অনুদ্বাস্য— ( থাংথরমদনা ) যযুঃ ( চৎখি )।৫।

শ্রীকৃষ্ণনা মাখোইগী পুকনিং হুখরবী গোপীসীংনা বেণুগী গীত অদু তাব়গা অমগা অমগা খংনাদনা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা চম্না লাকখি, মাখোই অহুদি থুনা চৎপা মরমনা নাকোংদা য়াল্লিবা নাযিমনা হাই হুম্নবীনি ৪।

কনাগুম্বা গোপীসীংনা বেণুগী গীত তাবদা শ্রীকৃষ্ণবু উনিংবমক্তনা— পুকনিং থগৎলবী ওইদুনা যঙ্গোম সুম্লম্বদগী হন্দোকলমদুনা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা লাকই, কনাগুম্বীসীনো লৈরংদা তল থাঙ্গৎলম্লগা হন্দোকতুনা চৎখি, কনা-গুম্বাসীংনা যঙ্গোম থাঙ্গৎতুনা ভোৗরম্বদগী চৎখি।৫।

পরিবেষয়ন্ত্যস্তদ্ধিত্বা পায়য়ন্ত্যঃ শিশূন্‌পয়ঃ।
শুশ্রূষন্ত্যঃ পতীন্‌কাশ্চিদশ্নন্ত্যোঽপাস্য ভোজনম্‌ ।।৬।।
লিম্পন্ত্যঃ প্রমৃজন্ত্যোঽন্যা অঞ্জন্ত্যঃ কাশ্চ লোচনে।
ব্যত্যস্তবস্ত্রাভরণাঃ কা'শ্চৎকৃষ্ণান্তিকং যযুঃ ।।৭।।

পরিবেষয়ন্ত্যঃ ( কনাগুম্বীসীংনা মচানাচিংবাবু পিজনবা পাত্রদা চানবা হাপলমই ) তদ্ধিত্বা ( মাহু হুন্দোক্লমগুনা চংখি ) শিশূন্ ( কনাগুম্বীসীংনা— অঙাংমচাসীংবু ) পয়ঃ পাযয়ন্ত্যঃ ( খোম পিথকলমই— মাহু হুন্দোকতুনা ) পতীন্ ( কনাগুম্বীসীংনা মপুরোইববু ) শুশ্রূষন্ত্যঃ ( সেবা তৌবমই, মাহু হুন-দোকতুনা ) কাশ্চিৎ ( কনাগুম্বীসীংনা ) অশ্নন্ত্যঃ ( চাবমই ) ভোজনম্ ( চারি-ববু ) অপাস্য ( হুন্দোকতুনা চংখি ) ৬

অন্যাঃ ( অতোপ্পীসীংনা ) লিম্পন্ত্যঃ ( হকচাংদা চন্দননাচিংবা মনম— মুংশিবা তৈরমই, মাহু হুন্দোকতুনা চংখি ) প্রমৃজন্ত্যঃ ( হকচাংদা ফজবা মচু-নাচিংবা তৈরমই, মাহু হুন্দোকতুনা চংখি ) কাঃ চ ( কনাগুম্বীসীংনা ) লো-চনে ( মীৎ অনিদা ) অঞ্জন্ত্যঃ ( কাজল থিল্লমই, মাহু হুন্দোকতুনা চংখবে ) কাশ্চিৎ ( কনাগুম্বীসীংনা ) ব্যত্যস্তবস্ত্রাভরণাঃ ( ফিরোন, আভরণ পুম্বা ওং-তৈনবা লৈতেংদুনা ) কৃষ্ণান্তিকং ( শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা ) যযুঃ ( চংখি ) মাসিদা বেণুগী গীত তারগা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা চংখিবী গোপীসীং অসিগী মমুংদা— ইকোন কোনবদা হাঙ্গৈরিবী গোপীসীং অসিদি— শ্রীরাধানাচিংবী নিত্যসিদ্ধা গোপীনি, হাঙ্গৈনা খংনগনি। ইবেমাসীং অসিনা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা চংলগনি, হাঙ্গৈনা হেক নিংবগা মাতুগী মুঙাইবমক্তনা ইঙক ঙকখিহুনা ফি— অসিনা সেংনবনি, অসিনা ইন্নবনি, খুজিনি মাসিনা খুংকীনি মাসিদি নূপুরনি খোঙ-গীনি হাঙ্গৈবনাচিংবা কাওত্তনা ফৈরেং তুরেংনা লৈতেং তৌই, মাহুবু অলঙ্কার

---

কনাগুম্বীসীংনা মচানাচিংববু পিজনবা পাত্রদা চানবা হাপলমই, মাহু হুন্দোকলমগুনা চংখরে, কনাগুম্বীসীংনা অঙাংসীবু খোম পীথকলমই, মাহু হুন্দোকতুবা চংখরে, কনাগুম্বীসীংনা মপুরোইবাবু সেবা তৌরমই, কনাগুম্বী-সীংনা চারমই, পুন্নমক অদু হুন্দোকতুনা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা লাকলে।৬।

কনাগুম্বী গোপীসীংনা হকচাংদা মনমমুংশিবা পোৎ তৈত্থনা লৈরম্বদগী

তা বার্যমাণাঃ পতিভিঃ পিতৃভির্ভ্রাতৃবন্ধুভিঃ।
গোবিন্দাপহৃতাত্মানো ন ন্যবর্ত্তন্ত মোহিতাঃ ॥৮॥
অন্তর্গৃহগতাঃ কাশ্চিদ্গোপ্যোঽলব্ধবিনির্গমাঃ।
কৃষ্ণং তদ্ভাবনাযুক্তা দধ্যুর্মীলিতলোচনাঃ ॥৯॥

---

শাস্ত্রগী মতু ইন্না ব্যাখ্যা তৌববদি বিভ্রম কৌবা অনুভাবনি, হাঙৈনা খংনগনি। উজ্জ্বলনীলমণিদা হাঙৈ,—"বল্লভপ্রাপ্তিবেলায়াং মদনাবেশ সংভ্রমাৎ। বিভ্রমো হার মাল্যাদি-ভূষা স্থানবিপর্যয়ঃ।" ।৭।

পতিভিঃ ( মপুবোইবাসীনা ) পিতৃভিঃ ( মপা মমানাচিংবনা ) ভ্রাতৃবন্ধুভিঃ ( মবুং, মপ্পা জ্ঞাতি বন্ধুসীংন, ) বার্যমাণাঃ ( খামই ) গোবিন্দাপহৃতাত্মনঃ ( শ্রীকৃষ্ণনা পুকনিং হুখবনী ওইহুনা ) মোহিতাঃ ( ডকখরহুনা ) তাঃ ( গোপীসীংনা ) ন ন্যবর্ত্তন্তঃ ( মযুমদা হল্লিনখিদে শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা ডম্না লাকখি ) ৮।

কাশ্চিৎ ( কনাগুম্বী ) গোপ্যঃ ( গোপীসীংদি ) অলব্ধবিনির্গমাঃ ( থোরুফম লম্বেন ফংদ্রহুনা ) অন্তর্গৃহগতাঃ ( যুম মনুদা চংহুনা ) তদ্ ভাবনাযুক্তাঃ ( শ্রীকৃষ্ণমক্তবু নিংবা ভাবনা তিন্দুনা ) মীলিতলোচনাঃ ( মীৎ উইসিন্দুনা )—কৃষ্ণং ( শ্রীকৃষ্ণবু ) দধ্যুঃ ( ধ্যান তৌখি ) ।৯।

---

মাহু হুন্দোকতুনা চৎখবে, কনাগুম্বীসীংনা মীত্তা কাজল থিল্লমই, মাহু হুনদোকতুনা চৎখবে, কনাগুম্বীসীংনা হকচাংদা মচু ফজবা পোৎনা তৈরমই, মাহু হুন্দোকতুনা চংখবে , কনাগুম্বীসীনা ফিবোন, খুজিনাচিংবা অলঙ্কার, আভবা ওন্না তৈংনা তৌহুনা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা চৎখি।৭।

গোপসীং অহুবু মপুবোইবাসীংনা, মবুং মপ্পাসীংনা, ষাগৈ ভাই মরুমপাংসীংনা মপা মমানাচিংবনা খামই, অহুবু শ্রীকৃষ্ণনা মাখোইগী মপুক্লিং হুখরতুনা করি অমত্তসু খামই, হাঙৈবা খংদহুনা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্ত, ডমনা—চৎখি ৮।

কনাগুম্বী গোপীসীংদি মাখোইনা চৎনবা লম্বেনদা মপুরোইবনাচিংবনা থৎতুনা লৈখরবদা চৎনবা লম্বেন লৈতরে, অহুনা হল্লিন্দুনা ইমুং মনুংদা—চংহুনা শ্রীকৃষ্ণমক্তবু নিংহুনা মীৎ উইসিন্দুনা শ্রীকৃষ্ণবু ধ্যান তৌখি।৯।

ব্যাখ্যা— মতাং অসিদা উজ্জ্বলনীলমণিনা হায়বগী মতুংইননা বিচার তৌগে,— শ্রীকৃষ্ণগী চান্নবা গোপীসীং অসি নিত্যসিদ্ধা অমস্থ সাধনসিদ্ধা অসুম্না অহানবদা অনি থোকই। সাধনসিদ্ধা হায়বদি গোপী ওইনা— পোক্কে হায়না ভাল্লকতুনা পোকপনি। নিত্যসিদ্ধাদি নত্তে। মাখোইদি হ্লাদিনী শক্তিনি। মাখোইদি মহৌশানা গোপী ওইহৃনা লৈবনি, শ্রীকৃষ্ণগী মশা অমত্তনি। মাহৃদি—শ্রীরাধানাচিংবনি।

সাধনসিদ্ধাদি অহানবদা মখন অনি থোকই, মাতুদি— "যৌথিকী"= কাংলুপ নাইবী অমস্থ "অযৌথিকী" নাইতোমনা ওইবী অসিনি। যৌথিকীস্থ অমোক অনি থোকই,—শ্রুতি-যূথ (বেদ ময়াম) না পোকপী, মাখোই অতুনা শ্রুতিচরী কৌই। ঋষিযুথ (মুনি মযামনা পোকপী) মাখোই অতুনা 'ঋষি-চরী" কৌই।

পদ্মপুরাণনা রাকম অসি হায়রি। মাতুদা এংলগা খংবা ওস্বদি গোপী-সীং অাস মখন মরি থোকই (মাসিনা মথক্কীগস্থ কাইনদে, থোইদোকনা— মহাকনা মথক্কা অসিবু চেৎসিনহনলি) মাতুদি,—

"গোপ্যস্তু শ্রুতযো জ্ঞেযাঃ ঋষিজা গোপকন্যকাঃ।
দেবকন্যাশ্চ রাজেন্দ্র ন মনুষ্যাঃ কথঞ্চন॥"

গোপীসীংদি শ্রুতিনা পোকপা, ঋষিনা পোকপা অমস্থ দেবীসীংনা পোকপা ওাক্তনি, হে নিংথৌ। গোপীসীংদি মী অমত্তা নত্তে, অসুম্না পাদ্মনা হায়। পাদ্মগী ব্রাহৈ অসিদা মীওইনা গোপজাতিদা পোক্লবামক্তদ মী— নত্তে, হায়বগী অর্থদি— চুম্নগী অচম্বা মী নত্তে, হায়বনি। শ্রুতি, ঋষি অমস্থ দেবীসীংনা পোকপা ওাক্তনি, হায়। অতুগা পাদ্মগী বচন অসিনা সাধনসিদ্ধা গোপীতদা অহুম থোকনা হায়রবনিনা নিত্যসিদ্ধ গোপীগা— থারগদি গোপী মখন মরি থোকলে, হায়বাবু খংহনলি। মাতুদি শ্লোকত: "গোপকন্যকা" হায়বা অতুনা সাধনসিদ্ধানি, অসুম্না খংনগনি। মখন অমনাবু "গোপকন্যকাঃ" হায়বীসীং অসিদি নিত্যসিদ্ধা ওইরবদি মাখোইনা শ্রীকৃষ্ণবু কংগে হায়হৃনা কাত্যায়নী পূজা তৌখিবা অতুদি সাধনসিদি হায়কবু মাওইনা পোক্লবক্তা মীওইবগী মত্তৌ ওস্বনি। কাত্যায়নী পূজা তৌব অতুনা শ্রীকৃষ্ণবু

—ব্যাখ্যা— অংবা নত্তে, মাতুদি লীলানি, মাসি মথঙ্কুম্ন কোংরোকথরবা অহুনি। নিত্যসিদ্ধা কৌবী শ্রীরাধিকানাচিংবী ইরেমাসীং অসিদি শ্রীকৃষ্ণগী হ্লাদিনী কৌবী শক্তিনা ওইবনি, অমুমনা ব্রহ্ম-সংহিতানা হাঙ্গই। মাতুদি "আনন্দ চিন্ময় প্রতিভাবিতাভিঃ।" অসিনাচিংবনি। 'হ্লাদিনী যা শক্তিঃ" অমুমনা বৃহদ্‌গৌতমীয়নাস্থ হাঙ্গই। অসিগুম্বী গোপীসীংগা শ্রীকৃষ্ণগা সাম্ন-বদি অনাদিকালদগীনা সাম্নতুনা লৈবনা, দশাস্ট দশাক্ষরনাচিংবা মন্ত্রদা "ক্লীঁ কৃষ্ণায় গোবিন্দায় গোপীজন বল্লভায় স্বাহা।" মন্ত্র আসনাচিংবদি অনাদি-কালদা লৈবনি, অদুনা গোপীগা শ্রীকৃষ্ণগা সাম্নবম্ন অনাদিকালদগীনা তম্বনা সাম্নতুনা লৈ, হাঙ্গইবা থংই। শ্রুতিসীংনাস্থ গোপীসীংগা শ্রীকৃষ্ণগা সাম্ন-তুনা লৈববু হাঙ্গইবনা— গোপী=শ্রীরাধানাচিংবীদি নিত্যসিদ্ধানি, কোনন গোপী ওইখিবা নত্তে,"হাঙ্গইবা থংলে।

দেবকন্যা হাঙ্গইবদি দশমস্কন্ধ অসিমত্তুদস্থ হাঙ্গইখরে,— শ্রীকৃষ্ণনা ব্রজদা অবতার তৌরগনি—"সম্ভবন্ত্বমরস্ত্রিয়ঃ" দেবী পুম্বা গোপী ওইনা পোক্লকুরো অমুমনা ব্রহ্মানা হাঙ্গইখরে। মাতুদা দেবীসীংনা পোক্লবীসীং অদুন দেবচরী ভাক্তনি। মাসিদা উজ্জ্বলনীলমণিনা ব্যাখ্যা তৌই, মাতুদি— লাইগী মুপী-সী.ন'পোকপী দেবচরী গোপীসীং অসিদি নিত্যসিদ্ধা গোপীসীগী অংশ ভাক তনি। শ্রুতিচরী কৌবী গোপীসীং বেদনা পোকপীসীং অসিদ মাখোইনা গোপী ওইনা পোককে, হাঙ্গইবাসি সাধন তৌরকই, হাঙ্গইবাসি শাস্ত্রদা প্রসিদ্ধ ওইদুনা লৈ। মাতুদি অসিন,—

কন্দর্পকোটি লাবণ্যে ত্বয়ি দৃষ্টে মনাংসিনঃ।
কামিনীভাবমাসাদ্য স্মরক্ষুব্ধা ন সংশয়ঃ॥
স্বর্লোকবাসিন্যঃ কামতত্ত্বেন গোপিকাঃ।
ভজন্তি রমণংমত্বা চকীর্ষাজনিনস্তথা॥

কন্দর্পকোটিদগী হেনবা লাবন্য ওইবা নংবু উম্নগা ঐখোইগী পুরুষিংনা মুপী কামিনীগী ভাবতা চংদুনা কামনা পুকনিং অাম ঈথক হোরে, মহাক্ষী লোকতা লৈবী গোপীসীংনা নংবু মপুরোইবা ওইনা সেবা তৌবা অদু— ঐখোইস্থ মাতুমনা নংবু সেবা তৌজনিংই, অমুমনা বৃহদ্‌বামনগী বচনদগী

—ব্যাখ্যা— নিত্যসিদ্ধা গোপীগী প্রেমসেবা উহুনা শ্রুতিসীংনা মাহুম্না তৌজগে হাঙ্গৈনা সাধন তৌখি হাঙ্গৈবা খংই। মাস্নুম তৌহুনা ঋষিসীংগীসু খংবা ঙমই। মাহু উজ্জ্বলনীলমণিনা হাঙ্গৈবগী মতুংইন্না খ়নগনি। পাদ্মোত্তর-খণ্ডদা হাঙ্গৈ,— 'পুরা মহর্ষয়ঃ সর্ব্বে দণ্ডকারণ্যবাসিনঃ। দৃষ্ট্বা রামং হরিংস্তত্র ভোক্তুমৈচ্ছন্ সুবিগ্রহং ॥ তে সর্ব্বে স্ত্রীত্বমাপন্নাঃ সমুদ্ভূতাশ্চ গোকুলে। হরিং সংপ্রাপ্য কামেন ততো মুক্ত্বা ভবার্ণবাৎ ॥' থাইনা ত্রেতাযুগতা দণ্ডকারণ্য বনদা গোপালমন্ত্র উপাসনা তৌবা (ক্লীঁ কৃষ্ণায গোবিন্দায় গোপীজন বল্লভায স্বাহা) অসিনাচিংবা মন্ত্র শোন্দুনা শ্রীগোপালদেববু উপাসনা তৌবা ঋষি ময়াম লৈরমই। মাখোইনা শ্রীসীতাপতি রামচন্দ্রবু উখি, শ্রীবামগী ফজবা শ্রীমূর্ত্তিবু ভোগ তৌনিংখি। মরমদি— মাখোইনা খংখি,— গোপীজনগী মপুরোইবা ওইবা শ্রীগোপালনা অবতার তৌহুনা দাশরথি শ্রীরাম ওইবনি। অস্নুপ ফজবা অসিবু গোপীসীংনা মপুরোইবা ওইনা থোগল তৌবা অদু— কয়াদা লুরিগবা অস্নুমনা মাখোইসু শ্রীগোপালবু মপুরোইবা উইনা ভোগ তৌবা পামখি। তৌইগুম্বসু মাখোইনা ইকাইহুনা শ্রীরামদা ঐখোইসু গোপী ওইনা পোকতুনা ইবুঙোগী থোগল তৌজগে, হাঙ্গৈনদি ফোংনা নিখিদে; অহুবু কল্পবৃক্ষগী মনাক্তা মীওইবনা মচিন্না হাঙ্গৈদ্রবসু অনিংবা অহু হেক্তা ফংই। মাহুগুম্না চিন্না হাঙ্গৈদ্রবসু মহাকল্পবৃক্ষগী মশক ওইবা শ্রীরামগী নাক্তা নিংখিবা অহুদি ঋষিসীং অহুনা ফংখি। যোগমাযানা পুহুনা মাখোই পুন্নমক অদু— গোকুলদা গোপী ওইনা ঙম্না পোকহনখি; মাস্নুম তৌহুন ঋষিসীং অহুনা তাইবং সমুদ্রদগী লানখি। অপাস্বা=কামনাবু তাইবংদগী লানববু ঋষিসীংন ফংখিবা অসিদি ঋষিসীংগী কাম=অপাস্বনা অনুসংহিত ফলনা শ্রীকৃষ্ণবু ফংই। অহুগা মাখোইনা সংসার লানখিবা অদুদি অননুসংহিত ফলনি।

আনন্দবৃন্দাবন চম্পূদা কবিকর্ণপুর গোস্বামীনা তৌবা ব্যাখ্যাগী মতুংইন্না ব্যাখ্যা তৌরবদি— শ্রীকৃষ্ণগী বেণুগী খোঞ্জেল তাবদা লাক্লবী গোপীসীংবু উরগা শ্রীকৃষ্ণনা হাঙ্গৈবদা, — "মাতরঃ পিতরঃ পুত্রাঃ ভ্রাতরঃ পতয়শ্চ বঃ।" অসিনাচিংবদা নখোইবু নচানা, নপুরোইবনা থিররিগনি, চৎলো হাঙ্গৈবা। মাস্নুম তৌহুনা গোপীসীংনা খুম্বদা,— "যৎ পত্যপত্য…" "পতিসুতান্বয়…"

—ব্যাখ্যা— "নিংবা" কৌই। অদুনা ভক্তি তৌবা হাঙ্গৈবগা ভজন তৌবা হাঙ্গৈবগা মশা অমত্তুনি ; মাদি নিংবা হাঙ্গৈবতনি। শ্রীভাগবত অসিদা— সপ্তম স্কন্দদা প্রহ্লাদনা মপা হিরণ্যকশিপুদা ভক্তিবু মথন মাপম থোকনা খাইদোকত্তুনা হাঙ্গৈখরে। মাদুদি,— "শ্রবণং কীর্ত্তনং বিষ্ণোঃস্মরণং পাদ-সেবনম্। অর্চ্চনং বন্দনং দাস্যঃ সাখ্যমাত্মনিবেদনম্।।"— (১) বিষ্ণুগী গুণ লীলাবু ভাবা, (২) ছক-শোনবা, (৩) শ্রীবিষ্ণুবু কাওদবা, (৪) শ্রীবিষ্ণুগী পাদ সেবা তৌবা, (৫) পূজা তৌবা, (৬) খুরুম্বা, (৭) ঐদি ইবুঙো মহাক্কী দাস মনাইনি নিংবা, (৮) ঐদি ইবুঙোগী থাজনরবা মরুপনি নিংবা অমসু— (৯) শ্রীবিষ্ণুদা মহাকপু কথোকপা, মাপনমক অসি ভক্তিনি। ভক্তি মথন মাপন অসিগী মমুংদা অহানবগী তরুক— ১ শ্রবণ, ২ কীর্ত্তন, ৩ স্মরণ, ৪ পাদ সেবন, ৫ পূজা, ৬ বন্দন—খুরুম্বা তরুক অসিদি সাধারণ ওইনা ইচম চম্না ভক্তিতবু খংহনবান। অকোনবগী অহুম— ১ দাস্য, ২ সাখ্য অমসু ৩ আত্ম নিবেদন কৌবা অহুম অসিদ বিশেষ—খনগৎলবা ভক্তিনি। মরমদি মথন অহুম অসিদা "প্রেম" গা য়াথাইনরে, হাঙ্গৈবগী অর্থদি ভক্তি=নিংবা হাঙ্গৈবনি। মথক্কী তরুক্তদি স্বপ্নগী নিংবতা ঙাইরমই, মথংগী অহুমসিদদি মুংসিবা য়াওরে। অদুনা ৭ দাস্য, ৮ সাখ্য অমসু ৯ আত্মনিবেদন অহুম অসিদ= ইবুঙোবু ঐগী ইবুঙোনি, ঐনা মনাইনি হাঙ্গনা মুংশিদুনা লুনা নিংলে। ২সুবা সাখ্যদি থাজবা হাঙ্গৈবনি। মাদুদি ঐনা ঐগী ইবুঙোবু নিংজবা সেবা তৌজবা অসি ইবুঙোনা পেনবিরে, য়াবিরে হাঙ্গনা মানা থাজরে, অমসু আত্মনিবেদন হাঙ্গৈবদি— ঐগী অমসু ঐ হাঙ্গৈদুনা লৌরবা পুম্বা ইবুঙোদা লোইনা কৎথোকপনি ; মাদুদ থাজবা সখ্যভাবতগী হেনজিনখরবা ইশা পুমনমকপু ইবুঙোদা লোইনা কথোকখিবনি। মাসুম তৌদুনা অহানবগী তরুক্তনা অপাম্বগা য়াথাইনরই, অকোনবগী অহুমদদি অপাম্বা য়াওদনা স্বপ্নগী মুংশিবতা য়ামরে। অদুনা পাম্বগা মুংশিবগা অনি অসি য়ামনা মান্নদে ; য়োৎকা সনাগাগুমনা থেম্রৈ, অসুমনা চৈতন্য চরিতামৃতনা হাঙ্গৈ (কাম প্রেম দোঁহাকার বিভিন্ন লক্ষণ। লোহ আর হেম যৈছে স্বরূপে বিলক্ষণ ॥ )। ঐগী মুঙাইনবা, ফমবা নিংববু কাম=পাম্বা কৌই, শ্রীকৃষ্ণগী পেন্নবতা নিংবব প্রেম কৌই (চৈতন্যচরিতামৃতনা

—ব্যাখ্যা— হাঙ্গৈ,— "কৃষ্ণেন্দ্রিয় প্রীতি ইচ্ছা ধরে প্রেম নাম)। শ্রীকৃষ্ণ-চৈতন্য প্রভুদা রায রামানন্দনা প্রেমগা লোইনবা ভক্তিবু 'প্রেমভক্তি' কৌই, অসুমনা ব্যাখ্যা তৌরমই। প্রেমভক্তি আঁসদা রস ওইরক্লবদি মহাকপু—"শান্তরস" কৌই। মহাকনা বৈষ্ণব-সাধনাগী অহানবা থাকনি; মামা মথং মথং শান্তরস, দাস্যরস, সখ্যরস, বাৎসল্যরস অমসু মধুররস অসুমনা মঙা-সুবা রসনা অবোইবা খমথেংবা রসনি। মধুররসবু উজ্জ্বল-রসসু কৌই।

প্রেমভক্তিগী স্থায়ীভাবনা রতিনি। রতনা ভক্তগী থমোইদা মথাং মথাং চাওখৎলকতুনা প্রেম, স্নেহ, মান, প্রণয়, রাগ, অনুরাগ অমসু মহাভাব অসুমনা মথাং নিপান হেনগৎলি। মাখোই নিপান অসিবু চুদা পান্দুনা হাঙ্গৈ-রবদি রতিনা চুগী তেমাগুম্বনি, প্রেমনা চুগুম্বনি, স্নেহনা চুহিগুম্বনি, মাননা চিনি অঙাংবগুম্বনি, প্রণযনা খণ্ডচিনি=চিনি অকেংবাগুম্বনি, বাগনা চিনি-অভৌবাগুম্বনি, অনুবাগনা সিতামিশ্রিগুম্বনি অমসু মহাভাবনা সিতোপলগুম্বনি।

১। পূর্ব্বজন্মদা তৌজরকপনাবু ওইববসু হন্দক্কী মপোক্তা শ্রবণ, দর্শন-নাচিংবা ভক্তি তৌবদগীবু ওইরবসু শ্রীকৃষ্ণদা পুকনিংনা থাদোকপা ঙমদতুনা নিংলকপা অতুবু রতি কৌই।

২। মাতুমনা নিংবা অতুদা অকাইবা ময়াম লাক্লবামক্তদা শ্রীকৃষ্ণবু ইথা থাদোকপা ঙমদ্রবদি প্রেম কৌই।

৩। নুমিৎচুপ্পা পুকনিংনা ইপেক্তা পেৎতুনা শ্রীকৃষ্ণদা লৈববু স্নেহ কৌই।

৪। শ্রীকৃষ্ণবু সুংসিমন্দুনা মরম ইরৈ লৈতনা নুমিৎচুপ্পা সাওসিন-লাকর সিন্নতুনা ওইনা-তান্নবাগুম তৌববু মান কৌই।

৫। পুকনিং, হকচাং ইন্দ্রিয পুম্নমকনা শ্রীকৃষ্ণগা অমত্তা ওইনরবা মড়ী ওইনা নিংববু প্রণয কৌই।

৬। প্রণয়না হেনগৎলকতুনা অরাবাবু পুকনিংদা নুঙাইবা ওইনা নিংববু রাগ কৌই।

৭। শ্রীকৃষ্ণবু মতম পুম্নমক্তা থাদোক্তনা লৈমন্নবা অতুম্নদি ওইরগা—"নব নবাপূর্ব্ব ইব" হৌজিক্তা উনরিবা, হান্নদি উনদ্রিবাগুমনা ইনৌক্তা নৌনা থোকপাবু অনুরাগ কৌই।

দুঃসহপ্রেষ্ঠবিরহতীব্রতাপধুতাশুভাঃ ।
ধ্যানপ্রাপ্তাচ্যুতাশ্লেষনির্বৃত্যা ক্ষীণমঙ্গলাঃ ॥১০॥
তমেব পরমাত্মানং জারবুদ্ধ্যাঽপি সঙ্গতাঃ ।
জহুর্গুণময়ং দেহং সদ্যঃ প্রক্ষীণবন্ধনাঃ ॥১১॥

---

দুঃসহপ্রেষ্ঠবিরহতীব্রতাপধুতাশুভাঃ ( চাম্নথোইবগা কাইনবগী থাংফদবা অরাবনা মরম ওইদুনা পাপ পুম্বা কোকখম্লবী ) ধ্যানপ্রাপ্তাচ্যুতাশ্লেষনির্বৃত্যা ( [illegible] শ্রীকৃষ্ণনা আলিঙ্গন তৌবগী নুঙাইবনা ) ক্ষীণমঙ্গলাঃ ( নুঙাইহনবদবা পুণ্য পুম্বা কোকখম্লবী গোপী পুম্নমকনা ) প্রক্ষীণবন্ধনাঃ— ( [illegible] কাদুনা [illegible] পুম্নমক কোকখরে ) পরমাত্মানম্ ( পরমাত্মা ওইবা ) তম্ এব ( শ্রীকৃষ্ণবু ) জারবুদ্ধ্যা ( লোম্না চান্নবা মপুরোইবা ওইনা ) সঙ্গতাঃ অপি ( মিলন ওইরবসু ) গুণময়ং দেহম্ ( গুণগী মশক ওইবা হকচাংবু )— জহুঃ ( থাদোকখি ) ।১০—১১।

---

ইমুং মনুংদা শ্রীকৃষ্ণবু ধ্যান তৌদুনা লৈখিবী গোপী পুম্নমক অদু— মাখোইগী চাম্নথোইবা শ্রীকৃষ্ণবু ফংদবগী থাংফদবা অরাবনা মৈ ওইদুনা চাকপা অদুনা মাখোইগী পাপ পুম্বা কোকখরে, মাখোইনা ধ্যান তৌবদা ধ্যান মনুংদা

---

—ব্যাখ্যা— অসিগুম্বা অনুরাগগী অবস্থা অসিদা প্রাণ লৈতবা মপোক ওইনা পোকে নিংই, প্রেমবৈচিত্র্য ওই। অদুগা অনুরাগ অবস্থাদা শ্রীকৃষ্ণগা কাইনবা অতম্মতদসু শ্রীকৃষ্ণনা ইতংতরেনা উদয় ওইরে। খুদমগী দমক শ্রীভাগবত দশমস্কন্ধ অসিমক্তদা ২১সুবা অধ্যায়দা গোপীসীংগী অনুরাগবু শ্রীশুকদেবনা বর্ণন তৌখরবা অদুনি। শ্রীকৃষ্ণনা পূর্ব্বাহ্নদা বণ মরাম পুদুনা বনদা লৈখরবদা খুমদা লৈহৌবী গোপীসীংগী অনুরাগবু হাঈরমদাইদা শ্রীশুকদেবনা হাঈখিবা অদুনি,-- "ইতি বেণুরবং রাজন্ সর্ব্বভূত মনোহরং। শ্রুত্বা ব্রজস্ত্রিয়ঃ সর্ব্বা বর্ণয়ন্ত্যোঽভিরেভিরে ॥"—হে পরীক্ষিৎ নিংথৌ! জীব পুম্বগী পুকনিং হুবা, বেণুগী খোঞ্জেল তারগা গোপীসীংনা বেণুগী খোঞ্জেল অদুবু— মথৈ মথৈ [illegible] চেং চেংনা কোম্নখি, হাঈবদা সনাতন গাদনা অনুরাগবতী ওইবী গোপীসীংনা শ্রীকৃষ্ণনা স্ফূর্ত্তি ওইরবদু চেংনা [illegible]— বেণুবু থাগৎলি, অমমনা ব্যাখ্যা তৌই ।৯। ইতি—

শ্রীকৃষ্ণনা লেংলকতুনা মাখোইবু হেক কোনবিবদা মাতগী সুঙাইবনা মরম ওইতুনা মাখোইনা তৌজরকপা পুণ্য পুন্নমক লোইনা কোকথরে; মাস্তমনা তৌতুনা পাপ পুণ্য অনিমক কোকথরবদা পরমাত্মা শ্রীকৃষ্ণবু লোয়া ফংবনি, হায়না নিংলুতুনস্থ মাখোইবু ফাতুনা তাইবংপানবদা লৈহনবা যোৎহিলং— লৈত্রতুনা খুথক্তা যামনা থুনা প্রকৃতি মায়াগী গুণ ওইবা হকচাং অদু কোক-খরে, হায়বদি চিন্ময় শরীর ওইখরে ।১০—১১। *

* ব্যাখ্যা— থরাইপানবাবু পাপ অমসু পুণ্য অনি অসিনা ফাতুনা তাইবং-পানবদা থমই। জীববু মানা তৌবা পাপকী মহে অরাবা অমসু পুণ্যগী মহে সুঙাইবা চাহন্দুনা মাযনা জীববু তাইবংদা ফাতুনা থমই। জীবদি— পাপকা মহে—যোৎকী যোৎহিলংনি, পুণ্যগী মহেন সনাগী যোৎহিল গুম্বনি। পাপস্থ পুণ্যস্থ অনিমক অসি জীববু লানবা ঙমহন্দবা=তাইবংদা ফাতুনা থম্বদদি চপ মান্নে। তাইবংগী অরাবা কোক্কে হায়রবাদ পাপস্থ পুণ্যস্থ— কোক্কদবনি। পুণ্য লৈরবস্থ তাইবংগী অরাবা কোকপা ঙমদে। অদুনা অরানবা খুবম=মুক্তি পাম্বনা পুণ্যবু পাপকা চপ মান্ননা উই। ইমুংদা ধ্যান তৌতুনা লৈবী গোপীসীং অদুদি শ্রীকৃষ্ণ ফংদবগী অরাবনা পাপকী ভোগ অরাবা পুম্ব কোকখরে। মাতুম তৌতুনা ধ্যানদা শ্রীকৃষ্ণ ফংবগী সুঙাইবনা পুণ্যগী ভোগ চায়কদবা সুঙাইবা পুম্বস্থ কোকখরে। মাস্তমনা পাপস্থ— পুণ্যস্থ কোকখিবা অসি পরমাত্মাবু ফংবা নত্তনা কোকখিবা ওইরবাদ গুণ-ময় দেহ থাদোকতুনা চিন্ময় শরীর ফংবা ঙমলোইদবনি। অদুবু গোপী-সীংদি পরমাত্মা ওইবা শ্রীকৃষ্ণবু ফংবা ওইবনা চিন্ময় শরীর ফংখি। মাদুদি গোপীসীং অদুনা শ্রীকৃষ্ণবু পরমাত্মানি, হায়বা খংদে। জারবুদ্ধ্যা—লোমনা চাদবা মপূরোইবা ওইনা নিংবনি। অদুবু পোৎকী মওংগদি অখংদো, খংদনা হায়দুনা খায়বা লৈতে। মৈবু খংদবা অমনা পাইবনবস্থ মাদবা—হীদা লাদবা লৈতবা অদুগুমনা পরমাত্মানি হায়বা খংদ্রবস্থ পরমাত্মাবু ফংলবা জীবনা চিন্ময় শরীর ফংবা অদু গোপীসীংদ ওইখি, অদুমনা শ্রীশুকদেবনা হায়রি। মসি তাবদা শ্রীভাগবত তারিবা পরীক্ষিৎনা হংদুনা হায়রি, অদুমনা মথংগী শ্লোকনা হায়রি ।১০—১১। ইতি—

শ্রীরাজোবাচ। কৃষ্ণং বিদুঃ পরং কান্তং ন তু ব্রহ্ম তয়া মুনে।
গুণপ্রবাহোপরমস্তাসাং গুণধিয়াং কথম্ ॥১২॥

শ্রীরাজা উবাচ ( পরীক্ষিৎ নিংথৌনা হাঈখি ) মুনে ( হে মুনি ! ) যাঃ ( গোপীসীং অদুনা ) কৃষ্ণং ( শ্রীকৃষ্ণবু ) পরম্ কান্তম্ ( চান্নথোইবা ওইনবু ) বিদুঃ ( খংখি ) ব্রহ্মতযা ( ব্রহ্মগী মতৌ ওইবা ) ন তু ( খংদে ) গুণ ধিয়াম্ ( গুণ বুদ্ধি ওইবী ) তাসাম্ ( গোপীসীংগী ) গুণপ্রবাহোপরমঃ ( গুণগী ঈচেন কোকপা ) কথং ভবেৎ ( করম্না ওইবগে ? ) ।১২।

নিংথৌ পরীক্ষিৎনা হংই,— হে মুনি ! গোপীসীংনা শ্রীকৃষ্ণবু মাখোইগী লোন্না চান্নবনি, হাঈনা খংই, ব্রহ্মনি হাঈবদি খংদে, অদুগা মাখোইনা— গুণগী ঈচেন কোকখিবা কারননো ? ।১২। *

* ব্যাখ্যা— শ্রীভাগবত শ্রবণ তৌরিবা বহিরঙ্গ ওইবা কনাগুম্বাসীংগী মমাই উবদগী মাখোই অদুগী মবুকনিংদা চিংনবা উদুনা, শুকদেবগী থৌজানদগী পরীক্ষিৎতি খংলবস্থ মযামগী সন্দেহ কোক্লবগী দমক হংই,— বেণুগী ঈশৈ তাবদগী শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা চৎপা ঙমদবী গোপীসীংনা গুণগী ঈচেন কোকখিবা অসি করিননো ? মরমদি গোপীসীংনা শ্রীকৃষ্ণবু লোন্না চান্নবনি হাঈনা খ'ই, অদুগা পরমাত্মানি হাঈনদি খংদে। ঐখোইনা শ্রীকৃষ্ণগা— সান্নগে, অসিগুম্বা বুদ্ধি ওইরিবীসীংনা করম্না গুণ কোকপগে ? হংলিবা মরমদি অসিনি। "আত্মানমাত্মত্বয়া বিচক্ষতে।" অস্থমনা শ্রুতিনা হাঈবা মরমনা আত্মাবু আত্মা ওইনা খংলবতদা লানবনি— মুক্তি ওইবনি। গোপীসীংদি পরমাত্মানি হাঈবা শ্রীকৃষ্ণবু খংদে, অদুনা লানফম থোক্তে। "খল্বিদং ব্রহ্ম" অস্থমনা শ্রুতিনা হাঈবা মরমনা অসিনা ঐগী ইপুরোইবা— পতিনি, অসিনা ইচানি, মাসিনা জ্ঞাতি বন্ধুনি হাঈনা লৌরিবা পুম্নমক অসি ব্রহ্ম ঙাক্তনি। অদুবু পতিনি, পুত্রনি অসিনাচিংবা ওইনা ।নংবদগী হাঈবদি ব্রহ্মনি হাঈবাবু খংদবদগী মীওইবনা মুক্তি ফংদবনি—লান্দবনি। মাদুমনা শ্রীকৃষ্ণবু— পরমাত্মা ব্রহ্মনি খংদবা, লোন্না চান্নবনি হাঈনভা নিংবী গোপীদি করমনা লানবনো ? অস্থমনা পরীক্ষিৎনা শুকদেবদা হংই ।১২।

শ্রীশুক উবাচ। উক্তং পুরস্তাদেতত্তে চৈদ্যঃ সিদ্ধিং যথা গতঃ।
দ্বিষন্নপি হৃষীকেশং কিমুতাধোক্ষজপ্রিয়াঃ ॥১৩॥
নৃণাং নিঃশ্রেয়সার্থায় ব্যক্তির্ভগবতো নৃপ।
অব্যয়স্যাপ্রমেয়স্য নির্গুণস্য গুণাত্মনঃ ॥১৪॥

---

শ্রীশুকঃ উবাচ ( শ্রীশুকদেবনা হাঈখি ) হৃষীকেশম্ ( শ্রীকৃষ্ণবু ) দ্বিষন্নপি ( এক্লবা ওইনা নিংবা ) চৈদ্যঃ ( শিশুপালনা ) সিদ্ধিম্ ( সিদ্ধিবু ) যথা ( মাহুন্না ) গতঃ ( ফংখিবা ) তথা—এতৎ ( মাসিবু ' পুরস্তাৎ ( মমাংদা হাঈবদি সপ্তম স্কন্ধদা ) তে ( নঙোন্দা ) উক্তম্ ( ঐনা হাঈখরে ) অধোক্ষজপ্রিয়াঃ ( শ্রীকৃষ্ণগী প্রিযানা ফংবদি ) কিমুত ( করিদবু হাঈগনি ? ) ।১৩।

নৃপ ( হে নিংথৌ পরীক্ষিৎ ! ) অব্যয়স্য ( বিকার লৈতব ) অপ্রমেয়স্য

---

শ্রীশুকদেবনা হাঈ,— শ্রীকৃষ্ণবু এক্লবনি হাঈনা নিংহুনস্থ শিশুপালনা সিদ্ধি ফংখি অসুমনা ঐনা নঙোন্দা হান্নদা হাঈখরে, অদু ওইরবদি শ্রীকৃষ্ণবু ঐগী চান্নবনি, হাঈনা নিংবা গোপীসীংনা সিদ্ধি ফংবদি করিদবু হাঈগনি ? ।১৩।

মশক হোংদবা, বুদ্ধিনা লাম্বা ফংদবা, মায়াগী গুণনা ওইবা নত্তবা,

---

ব্যাখ্যা— শ্রীশুকদেবস্থ পরাক্ষিৎনা হংলিবা অসি মানা খংদহুনা হংবা নত্তে, হাঈবা খংনা খংনামক খুমই, মাহুদি,— মাসুমনা হংবা অসি নংজ্ঞান য়াওদরে, হাঈবা ওইনা তাহন্দুনা খংদবাসীংবু য়াকহৎতুনা খুমই। শ্রীশুকগী পাউথুম অসিদা দশমস্কন্ধদা হাঈখিবা অঘাসুরবুদি হাঈদহুনা— সপ্তমস্কন্ধদা হাঈখিবা শিশুপালবু হাঈরি। অসিনা খংহনবদি— অঘাসুরস্থ শ্রীকৃষ্ণদা মাগী আত্মানা তিনখি। মাহুগুম্না শিশুপালস্থ শ্রীকৃষ্ণদা তিনখি। মপান্দদি অঘগা শিশুপালগা মান্নবগুম নিংবা য়াই, অদুগা চান্নবদি মান্নদে। অদুনা মতাং অসিদা শ্রীশুকদেবনা অঘবুদি হাঈদে, শিশুপালনা উদাহরণ ওইনৈ। মরমদি— শিশুপালদি শ্রীকৃষ্ণগী পার্ষদনি. মুনিগী শাপনা ওইবা গুণময়দেহবু থাদোকপনি, মাহু থাদোক্লগা মনুংদা হান্নদা লৈবা পার্ষদগী ওইবা চিন্ময়দেহ ফংবনি। অদুনা সিদ্ধি ফংবা অসুমনা হাঈ। অঘনা ফংবাদ পার্ষদদেহ ফংদে। থেন্নবা অসি লৈবনা মফম অসিদা অঘবু হাঈদবনি।১৩।

কামং ক্রোধং ভয়ং স্নেহমৈক্যং সৌহৃদমেব চ।
নিত্যং হরৌ বিদধতো যান্তি তন্ময়তাং হি তে ॥১৫॥

---

( বুদ্ধিনা থংবা ঙমদবা ) নির্গুণস্য ( গুণ পক্তবা ) গুণাত্মনঃ ( গুণগী মাএন ওৌবা ) ভগবতঃ ( নিত্য ওইবা ঐশ্বর্য্য তরুকনা তিনবগী ) ব্যক্তিঃ ( মূর্ত্তি অমা ওইনা ফোংদোকপদি, হাঙ্গৈবদি থীগী ফম্লবা মশকফুম্না থোকপা মশক অসিদি ) নৃণাম্ ( জীব পুম্বাগী ) নিঃশ্রেয়সার্থায় ( মোক্ষ ফংনবগীদমক্কি ) ।১৪।

হরৌ ( শ্রীকৃষ্ণদা ) কামং ( গোপীগুম্না মপুরোইবা ওইনা পাম্বদু ) ক্রোধম্ ( শিশুপালগুম্বা সাওবদু ) ভয়ম্ ( কংসগুম্না কিবদু ) স্নেহম্ ( নন্দনা-চিংবগুম্না মুংশিবা চানবদু ) ঐক্যম্ ( আত্মারামসিংনা তৌবগুমনা অমত্তা ওইনা ) সৌহৃদম্ ( পঞ্চপাণ্ডবনাচিংবগুম্না সুহৃৎনা হৈনবদু ) নিত্যং ( অতৎপা লৈতনা ) বিদধতঃ ( নিংবা ) তে ( মাখোই পুম্নমকনা ) হি ( মরম অমদগী ) তন্ময়তাম্ ( মা মানা নিংলিবা অদুগী মতৌ ওইবা অদুবু ) যান্তি ( ফংই, হাঙ্গৈবদি মা মানা নিংলিবা লীলাসিং অদুগী ভক্ত অদু অদু ওইবদু ফংই ) ।১৫।

---

গুণবু মাএনবা, ঈশ্বরগী ওইবা গুণ তরুকনা লেপদনা লৈবা ইবুঙো মানা মী থিপ্পী মূর্ত্তি ওইদুনা ফোংদোকপবা অসিদি মীওইবাসিং মোক্ষ ফংহনগে হায়দুনা তৌবনি ।১৪। *

শ্রীকৃষ্ণদা গোপীগুমনা কামভাব নিংবা, শিশুপালনাচিংবগুম্না সাওনা

---

* ব্যাখ্যা— বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তি পাদনা ব্যাখ্যা তৌবদি— মা মশী মন-খনা তৌরা থংবা জীবশিংবু শ্রীগোন্দা খজিক্কংভবু সড়ী ওইনা নিংলবদি অমুত্তবা মী অহাক অদুবু তাইব পালবদগী লৌথংপিগে লানবিগে হায়দুনা মুত্ত বৃন্দাবনদা অবতার তৌবনি, অসুমনা শ্লোক অসিদা শ্রীশুকদেবনা হায়রি। মসিদি,— মীওইবাশিংগী নিঃশ্রেয়সগী দমক হাঙ্গৈবদি কনাগুম্বদা সাযুজ্য, কনাগুম্বদা সালোক্যনাচিংবাদু, কনাগুম্বা অমদনা প্রেমমকপু পীগে, হায়দুনা অবতার তৌবনি। করিনা হায়রবদু ইবুঙো মামা পীরমত্তা থেক-পদা কোটি কোটি ব্রহ্মাণ্ডবু প্রলয় তৌই। ইবুঙোমা করিগীদমক পৃথিবীদু— অরুম্বা কোকহনগে হায়বগী দমক অবতার তৌবা হৌনবরা ? ॥১৪।

ন চৈবং বিস্ময়ঃ কার্য্যো ভবতা ভগবত্যজে।
যোগেশ্বরেশ্বরে কৃষ্ণে যত এতদ্বিমুচ্যতে ॥১৬॥

---

ভগবতি ( ভগবান্ ওইবা ) অজে ( মীচমগুম্না পোক্তবা ) যোগেশ্বরেশ্বরে ( যোগেশ্বর পুম্বাগী ঈশ্বর ওইবা ) কৃষ্ণে ( শ্রীকৃষ্ণদা ) ভবতা ( মহাক্লা )

---

নিংবা, কংসনাচিংবগুমনা কিনা নিংবা, নন্দনাচিংবাগুমনা চান্না নিংবা, আত্মারামসীংনা অমঙ্গনি হাঙ্গৈনা নিংবা, মাসুম তৌদুনা পঞ্চপাণ্ডবনাচিংবাগুমনা ঐখোইগী মড়ী থোক্লবা সুহৃৎনি হাঙ্গৈনা নিংবা, মী মী অদুনা মা মানা পাম্বা অদু ইতৎতত্তনা মাহুতা নিংখরবদি অনিংবা অদু অদু ওইনা ফংই।১৫। *

ভগবান্ ওইবা, মীচমগুমনা পোক্তবা, যোগেশ্বর পুম্বাগী ঈশ্বর ওইবা শ্রীকৃষ্ণদা মহাককুম্বনা মাসুমনা খংদবা অঙকপা তৌবা হৌনদে, ইবুঙো—

---

* ব্যাখ্যা— মীওইবনা মা মানা শ্রীকৃষ্ণদা নিংবা ভাব অদুগী মতৌ ওইনা ফংই, হাঙ্গৈবদি 'যান্তি' অসুমনা বর্ত্তমানদা লট্ বিভক্তি লেংবা অদিনা অদু অদুগুম্বা ভাব অদুগী লীলা অত্ত অদু ইতৎতত্তনা তৌদুনা লৈ, অসুম হাঙ্গৈবনু খংহনলি। খুদমগী দমক শ্রীভাগবত প্রথমস্কন্ধদা সংসংনা হাঙ্গৈখরে,— মাহুদি শ্রীকৃষ্ণনা কুরুক্ষেত্রযুদ্ধ লোইরদুনা দ্বারকাদা লেংগে তৌরবদা কুন্তীনা স্তুতি তৌবদা হাঙ্গৈখি, মাহুদি, "গোপ্যাদদে ত্বয়ি কৃতাগসি দাম তাবদ্যাতে দশাশ্রুকলিলাঞ্জন সংভ্রমাক্ষম্। বক্তুং বিনীয় ভয়ভাবনয়া স্থিতস্য সা মাং বিমোহয়তিভীরপিযদ্বিভেতি ॥"— হে কৃষ্ণ ! ইবুঙো নংনা অঙাং ওইরিঙৈদা নংনা যঙ্গোম হুদুনা চারগা যঙ্গোম চফু থুগাইরুবা য়োঙদা মাখোন এবদুনা শীজদুনা দোষ তৌরবদা নমা যশোদানা পুনগে হাঙ্গৈদুনা থৌড়ী পাইখলবদা নংনা মীত্তা পি তারদুনা, মীত্তা তৈবা কাজল চামথোক্লদুনা, নমাবু— কিদুনা নক্ক লুকথরদুনা কপতুনা লৈবা নংগী মূর্ত্তিনা কুন্তী ঐবু তুম্মংলি; মরমদি অকিবনা নংবু কিরিবনি, অদুগা নংনা করম্না কিরিবনো? অদুমনা কুন্তীনা মতম অদুদা তৌরিবা মানা অদুমক উবা ওইনা বর্ত্তমান প্রয়োগ তৌদুনা হাঙ্গৈ। মাদুনা শ্রীকৃষ্ণগী লীলাপুম্বা ভক্তনা নিংবা পাম্বা অদু অদু ইতৎতত্তনা তৌদুনা লৈ, অসুমনা শ্রীভাগবতনা তাকলি।১৫।

তা দৃষ্ট্বান্তিকমায়াতা ভগবান্ব্রজযোষিতঃ।
অবদদ্বদতাং শ্রেষ্ঠো বাচঃপেশৈর্বিমোহয়ন্ ॥১৭॥

---

বিস্ময়ঃ ( ঙকপবু ) এবং ( মাস্থমনা ) ন চ কার্যঃ ( তৌগদবা ওইদে ) যতঃ ( শ্রীকৃষ্ণদগী ) এতৎ ( কৃপা তৌকম ওইবা তাইবংপানবা অসিনা ) বিমুচ্যতে ( লাম্নারিবনি )।১৬।

অন্তিকম্ আয়াতাঃ ( মনাক্তা লাক্লবী ) তাঃ ব্রজযোষিতঃ ( ব্রজগোপীসীং অদুবু ) দৃষ্ট্বা ( উরদুনা ) বদতাং ( ঙাংবা পুম্বাগী ) শ্রেষ্ঠঃ ( অথোইবা )— ভগবান্ ( শ্রীকৃষ্ণনা ) বাচঃ পেশৈঃ ( য়াথংগী পেশ খিবিকনা ) বিমোহয়ন্ ( গোপীসীংবু ঙকহন্দুনা ) অবদৎ ( হাঙ্গখি )।১৭।

---

মাগী মকমদগী কৃপা তৌকম ওইবা তাইবং অসিনা লাম্নরিবনি।১৬।

নাক্তা লাক্লবী গোপীসীংবু উরগা ঙাংবাহৈবাসীংগী অথোইবা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা য়াথংগী পেশ খিবিকনা ঙকহন্দুনা হাঙ্গখি।১৭। *

---

* ব্যাখ্যা— বাচঃ = য়াথংগী, পেশৈঃ হাঙ্গবদি— বিলাস খিবিক্না হাঙ্গবনি। "পিশ্ অবয়বে" ধাতুদা, ঘঞ প্রত্যয়দা, 'পেশ' শব্দ ওই। মাগী অর্থদি বা ঙাংবগী অবয়ব খিবিকনা হাঙ্গবনি। মাদুদি— বাহৈগী বিলাস খিবিক্না হাঙ্গবনি। বিলাস হাঙ্গবা অসি অনি থোকই, মাদুদি,— শাব্দিক অমসু আর্থিক অসিনি। শাব্দিকতি— বাহৈদা ময়েক ফজবা হাঙ্গবনি। আর্থিক অসিনা অমোক মখল অনি থোক্ই, মাদুদি — প্রার্থনাময় = হাঙ্গজবা অমা, অমনাবু উপেক্ষাময়—য়াদবা অমা মখল অনি অসিনি। অদুনদি ভগবান্না গোপীসীংদা হাঙ্গগদবা বা অসি তাবদা— নখোইগা লোইনাদুনা সান্নসি, হাঙ্গজবনি; মাসিনা প্রার্থনাময়নি। অদুগা অর্থ অমদনা হাঙ্গবদি উপেক্ষা-ময় ওইরগনা নখোইগা লোইনাদুনা সান্নরোই, তৌহৈদে, হাঙ্গদুনা উপেক্ষা তৌবা—য়াদবা অমনি। মাদুদি উৎকণ্ঠা হেনগৎনবনি, চান্নবা নস্তে, হাঙ্গ-বদি গোপীসীংবু চান্নরা নখোইগা ঐ সান্নররোই, তৌহৈদে, অসি হাঙ্গদুনা চান্নরা চৎখিনবা ইস্তোকপা নস্তে। উৎকণ্ঠা পোকহন্দুনা, সান্নসি হাঙ্গবনা চান্নবা তাবনি।১৭।

**শ্রীভগবানুবাচ। স্বাগতং বো মহাভাগাঃ প্রিয়ং কিং করবাণি বঃ।**
**ব্রজস্যানাময়ং কচ্চিদ্ ব্রুতাগমনকারণম্ ॥১৮॥**

---

শ্রীভগবান্ উবাচ (শ্রীকৃষ্ণনা হাঙ্গীখি) মহাভাগাঃ (লাইপকফবী অথোইবীসা।) বঃ স্বাগতম্ ( নখোইনা লেংশিনবিরকসি ) বঃ প্রিয়ং ( ইবেমাসীংনা পেন্নবা ) কিং করবাণি ( ঐনা করি তৌসিবা ) ব্রজস্য ( ব্রজগী ) কচ্চিৎ অনাময়ম্ ( অৱা-অনা লৈতেদনা ? ) আগমন কাবণম্ ব্রুত ( ইবেমাসীংনা লাকপিববু কবিগীনো তাকপিয়ু ) ।১৮।

---

শ্রীকৃষ্ণনা হাঙ্গীখি,—ইবেমাসী স্, লেংশিনবিরকসি। লাইপকফবী ইবেমা-সীংগী ঐনা করি তৌরগা পেনবিগবা ? ব্রজগী করিগুম্বা অৱা-অনা তাবগী মুঙাইতবা থোক্কেদনা ? করি মবমগীনো লেংবিরকপাবু তাকপিয়ু।১৮। *

---

* ব্যাখ্যা— রসিক যুবকনা রসিক যুবতীগা উনরগা যুবককী উৎকণ্ঠা, যুবতীগী বাম্যতা ওইরবদা ঙাংনবা হৌনবা রাফমদা শ্রীকৃষ্ণনা গোপীসীংদা অহানবদা হাঙ্গরি,—"স্বাগতং বঃ মহাভাগাঃ।"— লাইপকফবীসা। নিংথিনা লেংশিনবিরকসি, অসিনি। "কচ্চিৎ = করিনো ?" হাঙ্গবদি— মুংঙাইনা লাকপরা ? হাঙ্গনা হংবনি। রাহ অসিগী অর্থদি— নখোইদি মহাভাগানি হাঙ্গবদি পোকপদগী অরাবগী মগাই ফাউবা উরক্কবী ঙাক্কনি, অতুনা মুঙাইনা লাক্লিনি, হাঙ্গবনি। "কচ্চিৎ" পদ অসি অহংবা অর্থদা হাঙ্গদবসু য়াই। মাতুদা – প্রত্যুক্তিদা হাঙ্গরবদি "কচ্চিৎ = নত্রদো ? অর্থ অসি হাঙ্গ। মাদোমদা হাঙ্গরবাদ 'কচ্চিৎ' ৱাহৈনা নখোইদি নিংথিনা লাকইবা নত্রদো ? অর্থ অসি ফোংদোকই। মাদোমদা হাঙ্গরবদি— নখোইনা নিংথিনা লাকলে, নখোইদ লাইপকফবী ঙাক্কনিনা নখোইনা লাকপসু ফরে, লৈরম্বা ঐগীসু ফরে, মরম অদুদগী "বঃ প্রিয়ং কিং করবাণি"– নখোইগী পেন্নবা ঐনা করি তৌগনি ? হুজিক্কি অহিংসু ওইরে, বন ওইতুনা মীসু অমত্তা লৈতরে, সুপনগী পাখং ঐতা ম-লৈ ; ইথন্তনা যুবতী নখোই পুন্নমককী পেন্নবা করি তৌসিগে ? নখোইনা পেনগদবা ইথন্তনা তৌবা য়াবা থবক তাকপিয়ু, অদু ওইরবদি ঐসু তাং তৌদনা ( নত্তনা ) তৌজগে। মাসুম্না হাঙ্গরবদা বেণুগী মহামোহন মন্ত্রনা সুস্কংলবী গোপীসীংনা যুবতীগী বাম্যতা য়াওদবা মতৌ ওইরবদা—

রজন্যেষা ঘোররূপা ঘোরসত্ত্বনিষেবিতা।
প্রতিযাত ব্রজং নেহ স্থেয়ং স্ত্রীভিঃ সুমধ্যমাঃ ॥১৯॥

এষা রজনী ( অহিং অসি যাম্নদি ফজৈ হাঙৈবরু ) ঘোররূপা ( অকি-বগী মশকনি, মরমদি ) ঘোরসত্ত্বনিষেবিতা ( লিন, সা কৈনাচিংবা অকিবগী মশক ওইবা জীবসীংনা অহিং অসিদা কোঙৈনা চৎতুনা লৈ ) সুমধ্যমাঃ ( হে খ্বাং ফজবীস ! ) প্রতিযাত ব্রজং ( ব্রজদা হল্লো ) ইহ ( অহিংদা বনদা )—স্ত্রীভিঃ ( নুপীন ) ন স্থেয়ম্ ( লৈগদবা ওইদে ) ।১৯।

অহিং হাঙৈবাসিদি য়াম্নদি ফজৈ হাঙৈবরু মহাক্তি অকিবগী মশকনি, অকিবগী মশক ওইবা লিন, সা-কৈনাচিংবনা থোকতুনা মতম অসিদা কোঙৈনা চৎতুনা লৈ। হে খ্বাং ফজবীসা! ব্রজদা হনলো, অহিংদা বনদা নুপীনা লৈবা ছৌনদে।১৯। *

—ব্যাখ্যা— সম্ভোগ মথন অমারোমদা যুবককী বাম্যতানমু নিংথিবা লৈবা মরমনা দাক্ষিণ্যদা বাম্যতাগা য়ান্নতুনা হাঙৈ, মাহুদি,—"ব্রজস্থানাময়ং কচ্চিৎ" ব্রজগী অরাবা তাদবরনে? অসিনি। করিগুম্বা ব্রজদা ইন্দ্রনাচিংবন উৎপাত ভোন্থনা ব্রজবু অৱাবা পীরবরা? অহি দা বনদা নখোইনা তক্ফিং তক্ফিং লাক-তুনা ঐগী ইনাক্তা লাক্লিবাসি কবিগীনো? হাঙৈবা ভাবনি। মাদু তারবদা গোপীসীংনা করিনো, ঙসি ভৌবিবা অসিবু? লোনম ভৌবা হৈখরবা অসিনা ঐখোইদা তাৎ ভোন্থনা ঙাংলে। অসি হাঙৈতুনা ইবেমাসীংনা মহে মহে— এনেরুনা তুমিন্না লৈবা অদু উরবদা— অদু ওইরবদি ফরে, ব্রজদা অরাবা থোকত্রবদি, অসিগুম্বা ভাব অসি ফোংদোকতুনা শ্রীকৃষ্ণনা হংই,— "ব্রজা-গমন কারণম্"— নখোইনা ঐগী নাক্তা লাকপদি করিগীনো তাকপিয়ু। অসি হাঙৈবদি ঐদি থুপতুনা তুমিন্না ঙাংথোক্তনা ভাবনা খংবা ঙমলোই, হাঙৈবা ভাবনি।১৮।

* শ্লোক অসিগী অর্থাদ, হাঙৈরিবা অসি নত্তবা অর্থ অমসু হাঙৈ, মাহুদি রজনী—অহিং হাঙৈবাসিদি জীবরু মুঙাইহনবীনি, ফজবীনি, মাদি অঘোর-রূপানি, হাঙৈবদি অকি-অৱং লৈতবীনি। মরমদি—ব্রজ বৃন্দাবনগী ইথ্বাইনা

মাতরঃ পিতরঃ পুত্রা ভ্রাতরঃপতয়শ্চ বঃ।
বিচিন্বন্তি হ্যপশ্যন্তো মা কৃঢ্বং বন্ধুসাধ্বসম্ ।।২০।।
দৃষ্টং বনং কুসুমিতং রাকেশকররঞ্জিতম্।
যমুনাঽনিললীলৈজত্তরুপল্লবশোভিতম্ ।।২১।।

---

বঃ ( নখোইগী ) মাতরঃ ( নমাসীংনা ) পিতরঃ ( নপানা ) পুত্রাঃ ( নচাসীংনা ) ভ্রাতরঃ ( নচিন-নপুন্নাসীংনা ) পতয়ঃ চ ( নপুরোইবাসীংনাসু ) অপশ্যন্তঃ ( নখোইবু উদ্রদুনা ) বিচিন্বন্তি ( থিগনি ) বন্ধু-সাধ্বসম্ ( বন্ধুসীংগী—মিপাইববু ) মাকৃঢ্বম্ ( তৌহনগনু ) ।২০।

যমুনা-অনিল-এজৎ-তরুপল্লব-শোভিতম্ ( যমুনাগী নুংশিৎনা হুমদুনা--উনাসীংনা তনিক তনিকতুনা ফজরবা ) রাকেশ কর রঞ্জিতম্ ( পূর্ণিমাগী থাবলনা

---

নখোইগী নমাসীংনা, নপাসীংনা, নচাসীংনা, নবুং নপ্যাসীংনা, নপুরোইবাসীংনাসু নখোইবু উদ্রদুনা থিগনি, বন্ধুসীংগী নুংশাথিবা তৌহনগনু ।২০। *

যমুনাগী ঈরীক পুদুনা তপা সিৎপা নুংশিৎনা হুমদুনা উনা পুন্নমক তনিক ২ নিংথিজরে, শরৎঋতুগী লৈচীন পক্তবা থাবলনা যঙ্গোম অনৌবাগুম

---

— ব্যাখ্যা— মান্নদবা গুণনা অমগা অমগা এংসিন্নবা লৈতে, অদুনা 'অঘোররূপা" অকিবা লৈতবা মশকনি, হাঈবদি ব্রজ অসিদদি কৈগা শজিগা চান্ননা লৈমন্নবা, লিনগা হৃওোইগা চান্ননা লৈমন্নবা অসিনাচিংবা ব্রজগী গুণনা কন্নি অমত্তা কিনবা লৈতে। অদুনা "প্রতিযাত ব্রজবনম্"— ব্রজদা হনলগনু; 'ইহ স্থেয়ং স্ত্রীভিঃ" মাসিদা নুপীনা লৈগদবনি; "সুমধ্যমাঃ"— হে থ্বাং ফজবীসা! অসুম্না হাঈরি।১৯।

* অর্থ অমদ।— নখোইবু উদ্রদুনা নমা, নপা, নবুং নপ্যা অমসু নপুরোইবনা নখোই উদ্রদুনা থিগনি, মাখোইগী নুংশাথিবা তৌগনু হাঈবদি—নুংশাথিগনু, মাখোইনা মকম অসিদা লাকলোই। অর্থ অমদনা— মাখোইবু নুংশাথিহনগনু চৎলো, অর্থ আন অসি চপ মান্ননা তাই। অদুনা "চৎকনু, ঐগা সান্নবি" হাঈবরা হাঈরবসু— "নখোই নসুমদা চৎতুনা মাখোইবু নুংশাথিহনবগে" হাঈবাসু রাজী।২০

তদ্‌যাত মা চিরং গোষ্ঠং শুশ্রূষধ্বং পতীন্সতীঃ।
ক্রন্দন্তি বৎসা বালাশ্চ তান্‌পায়য়ত দুহ্যত ॥২২॥

---

অমোকস্থ ফজহল্লবা ) কুসুমিতম্ ( লৈ ময়াম সাৎলবা ) বনম্ ( বনবু ) দৃষ্টম্ ( উরে ) ।২১।

তৎ ( মরম অদুদগী, হাঈবদি— বন উরবনিনা নখোইনা নিংবা থুংলে, অদুনা ) গোষ্ঠং ( ব্রজদা ) মাচিরং ( থুনা ) যাত ( হনলো ) সতীঃ = সত্যঃ ( হে সতীসা। ) পতীন্ ( নপুরোইববু ) শুশ্রূষধ্বম্ ( সেবা তৌরু ) বৎসাঃ ( বন্নাওমচাসীংনা ) বালাঃ চ ( অঙাংসীংনাসু ) ক্রন্দন্তি ( কপ্পরিনি ) তা— ( মাখোই অদুবু ) পায়য়ত ( পীথকল্লু ) দুহ্যত ( ষঙ্গোম সুমলু )।২২।

---

ঙৌদুনা অসংবা উনা পুম্বাবু লৈতেংদুনা ফজরবা, লৈ ময়াম সাৎপা বন উরে।২১। *

হে গোপীসা। নখোইনা বন এংগে হাঈনা লাকপসু ছজিক্তি উরে, গোষ্ঠদা থুনা চৎলো, হে সতীসা। নপুরোইববু সেবা তৌরু, ষণনাওসীং, নচাসীংসু কপলরিনি, মাখোইদা অমৃত পীথকল্লু, ষঙ্গোম সুমলু।২২। †

---

* ব্যাখ্যা—গোপীসীংনা ঈকাইদুনা মাইকৈ অকোঈবদা কোঈনা কোঈনা এংবা উবদা শ্রীকৃষ্ণনা হাঈ,— যমুনাগী সুংসিৎ নামিবনা তনিক তনিক্লবা উনাসীংগী ফজবা উরে, কয়া ফজথরবনো? হাঈবদি— যমুনা মপানদা— বনগী ফজবা এংগে হাঈনা লাকপা ওইরবদি উরে, চৎলো = হনলো। অর্থ অমদনা— উদ্দীপন বিভাবকী থমথেংবা মফমসু ওইরে, আলম্বন বিভাব ঐসু লৈরে, ঐঙোন্দা অনুরাগ ওইবী নখোইগীদি নয়ুমগী মাখোই অদুনা করি কান্নগদগে? হাঈবা ভাবনি।২১।

† "তদ্‌যাত মাচিরং গোষ্ঠং" রাহৈসীং অসি পক্ষ অমদা— তৎ ( মরম অদুদগী, হাঈবদি— উদ্দীপন বিভাবকী নিংথিবা পুম্বনা তিল্লবা, আলম্বন বিভাব ঐনসু লৈরবা ওইবনা ) সতীঃ ( হে সতীসা। ) গোষ্ঠম্ ( ব্রজদা ) চিরং ( কুইনা ) মা যাত ( চৎকনু— ঐগা লোইননা সান্নদুনা লৈয়ু ) অর্থ অসি ঈশেং শেংনা হাঈরি। মরম অসিনা মফম অসিদা তত্ত্ব অসিঁ মহানুভাব

—ব্যাখ্যা— পুন্নমকনা হাঙ্গৈ, মাহুদি.— "যুবতীর্গোপকন্যাশ্চ" অসুম্না হরিবংশনা হাঙ্গৈবনা কাত্যায়নীব্রত তৌহুনা শ্রীকৃষ্ণদগী যর ফংখরবা ইবেমাসীং অহুদি অতোপ্পা গোপসীংগা বিবাহ তৌদে, অসুমনা খংনৈ। অতোপপী কনাগুম্বীসীংদি মাখোইগী উৎকণ্ঠা হেনগৎনবগী দমক অতোপ্পা নিপাগা বিবাহ তৌরে, হাঙ্গৈনা মপাম্বোংদা উহনখরবী গোপী য়াওই। মাখোই অহুসু— মাখোইগী মপুরোইবনি হাঙ্গৈনা মপানদা উহনবতনি; গোপীসীংগা শোক্লবা লৈতে। মরম অসিনা শ্রীভাগবতনা— "মন্যমানাঃ স্বপার্শ্বস্থান্ স্বান্ স্বান্ দারান্ ব্রজৌকসঃ।" অসুমনা হাঙ্গৈরক্কনি। পতিনি হাঙ্গৈনা মপানদা উবাসীং অহুনা মাখোইগী মন্যাক্তা মা মাগী মতুসীং অহু অহুম্মক লৈ, হাঙ্গৈনা নিংই। গোপীসীংগী মহুংদা তৌরিবা ভগবৎ সেবা তৌখি, হাঙ্গৈবা করিসু খংদে। মরম অসিদগী গোপীসীংদি মচা পোক্তে। অহুনা "স হি বঃ স্বামী" অসুম্না তাপনীয শ্রুতিনা হাঙ্গৈ। "কৃষ্ণবধ্ব" অসুম্না শ্রীভাগবত অসিমক্তদসু হাঙ্গৈরক্কনি। "শ্রিয়ঃ কান্তঃ কান্তঃ পরমপুরুষঃ" অসুমনা ব্রহ্মসংহিতানাসু হাঙ্গৈবনা খংনৈ। শ্রীভগবান্গী পত্নী ওইনা হাঙ্গৈরিবী গোপীসীং অহুগীদি রাস সান্নব্রিভৈদসু, রাস সান্নখরবা মতুংদসু অতোপ্পা মপুরোইবগা সম্নরবদি জঘন্য নাযিকানা পুরুষোত্তম নাযকনা আলম্বন বিভাব ওইনা হাঙ্গৈরবদি রস ওইদবা তাগনি, অহুগা শ্রীকৃষ্ণগী রাস অসিদ মাসিদগী অখোইবা রসদি লৈবা হৌনদে। শ্রীভাগবত অসিমক্তদা হাঙ্গৈরক্কনি,—"সর্ব্বাঃ শরৎকাব্যকথা রসাশ্রযাঃ।" মরম অসিদগী মাসিদা হাঙ্গৈরিবা "বালাঃ—অঙাং" হাঙ্গৈবা অসি মতৌ অমসু মনাওনিপাগী মচাসাংবু যঙোম পিথকউ, হাঙ্গৈবনি। অহুমা— মথক্তাসু হাঙ্গৈখরে,— "পায়য়ন্ত্যঃ শিশূন্ পয়ঃ।" অসুমনা হাঙ্গৈ; মাহুদা "পাযয়ন্ত্যঃ সুতান্ স্তনম্" অসুমনা মচাবু খোম পিথক্লমই, হাঙ্গৈদে। মরম অসিনা পতি অমসু পুত্র শব্দ অহু লোকতা গৌণার্থ ঙাক্কনি, অসুমনা খংনগনি। হাঙ্গৈবদি— চান্নবা পতি নত্তে, চান্নবা মচা নত্তে, অসুম্না খংনগনি। কনা কনাগুম্বাসীংনদি মাসুমসু হাঙ্গৈ, মাহুদি,—নিত্যসিদ্ধা গোপীকা সীংদি শ্রীকৃষ্ণগী বেণুগান তাবগা শ্রীকৃষ্ণগা সান্নবগী দমক খুৎথক্কা শ্রীকৃষ্ণগী নাক তান্না অভিসার তৌখি। কনাগুম্বী মুনিচরী—ঋষিচরীসীংদি নিত্যসিদ্ধা

অথবা মদভিস্নেহাদ্ভবত্যো যন্ত্রিতাশয়াঃ।
আগতা হ্যুপপন্নং বঃ প্রীয়ন্তে ময়ি জন্তবঃ ॥২৩॥

অথবা ( অমদি, হাঙ্গৈবাদ— শরৎকী অহিংদা বনগী ফজবা এংগে হাঙ্গৈতুনা লাকপা নত্রগা ) মদভিস্নেহাৎ ( ঐবু য়ামনা নুংশিবামক্তদগী ) ভবত্যঃ ( ইবেমাসীং নখোইনা ) যন্ত্রিতাশয়াঃ ( পুকনিং লাকসিনদুনা ) আগতাঃ— ( লাকপনি ) বঃ উপপন্নম্ ( নখোইগী মতিক চাই ) হি ( মরম অদুদগীনি, মাদুদি ) ময়ি ( ঐঙোন্দা ) জন্তবঃ ( জীব পুম্বনা ) প্রিয়ন্তে ( নুংঙাস ) তদ্‌-ধাত মাচিরং ঘোষম্—অদুনা হুজিকতি ঐগা উনরে ব্রজদা চৎলো = হল্লো, অর্থ অমদি— হুজিক্তি ঐগা উনরবনিনা ব্রজদা কুইমা চৎলগনু, হাঙ্গৈধদি ঐগা লোইননা সান্নরসি ) ২৩;

অমারোমদা হাঙ্গৈরগা ইবেমাসীংনা লাকলিবা অসি ঐবু নুংসিবামক্তনা পুকনিং লাকসিন্দুনা = লেপতুনা লাকপা ওইগনি ; মাদুম্না তৌবা অসি— নখোইনা তৌগদবমকনি, মরমদি ঐবু জীব পুম্নমকনা নুংশি, হুজিক্তি ঐগা উনরবনিমা গোষ্ঠদা হল্লো, অর্থ অমদনা উনরবনিনা হল্লগনু ঐগা সান্নরসি।২৩

—ব্যাখ্যা— গোপীসীংগা তিন্নবা ফংদতুনা মপানগী প্রাকৃত গুণময়দেহ লৈন্নিবীমি। মাখোই অদুদি শ্রীকৃষ্ণগী বেণুগীত তারবা মতমদা শ্রীকৃষ্ণগী বিরহ বেদনাগী মৈনা চাকতুনা প্রাকৃত গুণময়দেহ থাদোকতুনা চিন্ময়দেহ ফংদুনা ইথরাই পুম্বগী মতুংদা রাস য়াওরুই। মাদুগী মতুংদা কনাগুম্বীসীংদি— অতোপপা নুমিৎতা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা চৎতুনা লীলা য়াওরুই। মাখোই ঋষিচরীসীংগী মতুংদা বেণুনাদ তারগা চিন্ময়দেহ ফংবী গোপীসীং অসনি মাখোইদি নিত্যসিদ্ধা গোপীসীংগা তিন্নবা ফংদবনা মাখোইগী মপানগী পতিসীংগা— লোম্নখরবী ওইদুনা মচা পোকপনু য়াওরবনি। মতুংদা মাখোইনা চিন্ময়দেহ ফংলবদা যোগমায়াগী সহায়না মাখোইবু পতি, পুত্রনাচিংবগা মরী— সম্বন্ধ লৈন্নবিদে। মপানদা এংবদা অতাওবগুম উদুনা অমসু মাখোইসু তাইবংপানবধু তোঙাননা মংগুমনা থনখি। শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমদা লুপতুনা লৈথি অদুমনা পণ্ডিতসীংনা বিচার তৌই।২২।

ভর্ত্তুঃ শুশ্রূষণং স্ত্রীণাং পরো ধর্ম্মো হ্যমায়য়া।
তদ্বন্ধূনাং চ কল্যাণ্যঃ প্রজানাং চানুপোষণম্ ॥২৪॥
দুঃশীলো দুর্ভগো বৃদ্ধো জড়ো রোগ্যধনোঽপি বা।
পতিঃ স্ত্রীভির্ন হাতব্যো লোকেপ্সুভিরপাতকী ॥২৫॥

কল্যাণ্যঃ ( হে য়াইফবীসা ! ) অমাযযা ( তাৎ তৌদনা = নত্তনা ) ভর্ত্তুঃ ( মন্নাবু ) শুশ্রূষণম্ ( সেবা তৌবনা ) তৎ বন্ধূনাম্ ( মপুরোইবগী বন্ধু—মপানাচিংবগী ) শুশ্রূষণম্ ( সেবা তৌবনা ) প্রজানাম্ ( মচানা চংবগীসু ) অনুপোষণম্ ( যোক থাকপনা ) স্ত্রীণাম্ ( নুপীগী ) পরঃ ধর্ম্মঃ ( অথোইবা ধর্ম্মনি ) ২৪।

দুঃশীলঃ ( জুন্নার সান্নবনা চিংবা ব্যসনাসক্ত ওইবা ) দুর্ভগঃ ( মরাইপক থীবা ) বৃদ্ধঃ ( ইন্দ্রিয় মল্লবা পাংদ্রবা ) জড়ঃ ( মূর্খ, জ্ঞান লৈতবা অপংবা )

হে যাইফবীসা ! তাৎ তৌদানা মপুরোইববু, মপুরোইবগী মপানাচিংববু অমসু মচাবু পেলহনবা, সেবা তৌবা, যোক থাকপনা নুপীগী অথোইবা ধর্ম্মনি ।২৪। *

ইহলোক, পরলোকতসু অফবা পাম্বী নুপী ওইবীনা পতিত ওইদ্রবাদ

* ব্যাখ্যা— অমাযযা—তাৎ তৌদনা হাঈবদি কন্যা ওইরিভেদগী হৌনা ভর্ত্তুঃ = মপুরোইবগী হাঈবদি মপানাচিংবনা থাজহনা ওইহনবা মপুরোইবা নত্তবা থাঙ্গৈশেংনা মশানা বরিজহন ৫ ৭ মপুরোইবা ঐবু সেবা তৌবনা নুপী ওইবী নখোইগীদি পরোধর্ম্ম ন, হাঈরবদি— ভীষ্মনা অম্বাবু ফাহনা— লৌবদি বিচিত্রবীর্য্যগী ভার্য্যা ওইহনবা য়াদে, চান্নবা ভর্ত্তাদি শিশুপালনি। মাদ্রগুমনা কন্যা ওইরিভেদগীনা কাত্যাযনী ব্রত তৌহনা মশা মশানা শ্রীকৃষ্ণবু ইপুরোইবা ওইগে হাঈহনা লেপথরবনি। অহনা গোপী নখোইগী চান্নবা পতিদি ঐতনি— "ময়েমারংস্থথ ক্ষপাঃ।" হাঈনসু ঐনা রাশকথরবনি। অহনা ইহলোক, পরলোক অনিমক্তা নখোইগী অফবা নত্তনা অতৈ অতোপ্পা কত্তবা ওইবা য়াবা করিসু লৈতে। অসিগুম্বা অর্থ অসি নিংথিনা থনবগী দমক "কল্যাণ্যঃ" হাঈহনা সম্বোধন তৌই ।২৪।

অস্বর্গ্যমযশস্যং চ ফল্গু কৃচ্ছ্রং ভয়াবহম্।
জুগুপ্সিতং চ সর্ব্বত্র ঔপপত্যং কুলস্ত্রিয়াঃ ॥২৬॥
শ্রবণাদ্দর্শনাদ্ধ্যানান্ময়ি ভাবোঽনুকীর্ত্তনাৎ।
ন তথা সন্নিকর্ষেণ প্রতিযাত ততো গৃহান্ ॥২৭॥

---

রোগী ( অনাবা ) অধনঃ ( লাইরবা ) অপি বা ( অদু অদু ওইছনসু ) পতিঃ ( মপুরোইববু ) অপাতকী ( মহাপাতক, হাঙ্গৈবদি পতিত ওইদরিবদি ) লোকেপ্সুভিঃ ( ইহলোক, পরলোকতসু অফবা ওইবা পাম্বী ) স্ত্রীভিঃ ( নুপী—ওইবীনা ) ন হাতব্যঃ ( হুন্দোকফদে ) ।২৫।

কুলস্ত্রিয়াঃ ( কুলস্ত্রীগী ) ঔপপত্যম্ ( উপপতি—মরুপ্বী লৈবনা ) অস্বর্গ্যম্ ( স্বর্গ ফংদে ) অযশস্যম্ ( মিংদা থি ) ফল্গুঃ ( অতোনবা কৈসু লৈতবা ওই ) কৃচ্ছ্রম্ ( অরাবা ফংই ) ভয়াবহম্ ( অকিবা ওই ) সর্ব্বত্র ( মফম, মতম পুম্নমক্তা ) জুগুপ্সিতম্ ( নিন্দা তৌনফম ওই ) ।২৬।

শ্রবণাৎ ( ঐবু তাবদগী ) দর্শনাৎ ( ঐবু দর্শন তৌবদগী ) ধ্যানাৎ ( ঐবু

---

মপুরোইববু মরমচৎ ফত্রবসু, মরাইপক থিরবসু, হন্নরবা মশা শোল্লবসু, মুর্খ ওইরবসু, অনাবা ওইরবসু হুন্দোকফদে ।২৫। *

মাগী যাগৈপাল্লিবী মৌনা অরোনবা মরা থম্লবদি স্বর্গ ফংদে, মিংচৎ থি, অতোনবা ওই, অরাবা অকিবা নংই, মতম পুমনমকতা নিন্দা তৌনফম ওই ।২৬। †

ঐগী গুণ, লীলা তাদুনা, ঐবু দর্শন তৌদুনা, ঐবু ধ্যান তৌদুনা, ঐবু

---

* ব্যাখ্যা— নুপীনা মপুরোইববু হুন্দোক্কদবদি পতিত ওইরবতদা হুনদোক্কদবনি। মরমদি ধর্ম্মশাস্ত্রনা হাঙ্গৈরি,—"পতিস্তু পতিতং ভজেৎ" মপুরোইবদি পতিত নত্তববু সেবা তৌ, অস্তুমনা হাঙ্গৈ। থাঙ্গৈশেংবদি নখোইগী পতিদি ঐনি, ফত্রবমকপু হুন্দোকফদবা ঐবুদি করম্না হুন্দোক্কদগে ? চিংনবা লৈগনু, ব্রজদা হনগনু, কুইনা সান্নতুনা লৈয়ু, অস্তুমনা হাঙ্গৈ ।২৫।

† ঐদি নখোইগী চান্নবা পতিনিনা অস্তুপ য়াম্বা ফত্তবা উপপতি লৈবগী দোষসি ওইরোই, হুডাইনা ঐগা সান্নসি, ব্রজদা হনখিগনু, কুইনা ঐগী নাক্তা লৈয়ু ।২৬।

শ্রীশুক উবাচ। ইতি বিপ্রিয়মাকর্ণ্য গোপ্যা গোবিন্দভাষিতম।
বিষণ্ণা ভগ্নসঙ্কল্পাশ্চিন্তামাপুর্দুরত্যয়াম্ ॥২৮॥

কৃত্বা মুখান্যবশুচঃ শ্বসনেন শুষ্যদ্বিম্বাধরাণি চরণেন ভুবং লিখন্ত্যঃ।
অস্রৈরুপাত্তমসিভিঃ কুচকুঙ্কুমানি তস্থুর্মৃজন্ত্য উরুদুঃখভরাঃ স্ম তূষ্ণীম্ ॥২৯॥

---

(ধ্যান তৌবদগী) অনুকীর্ত্তনাৎ (ঐবু কীর্ত্তন তৌবদগী) ময়ি (ঐঙোন্দা) ভাবঃ (ভাব ভক্তি ওইবা) তথা (মাহুগুমনা) সন্নিকর্ষেণ (ঐগী হকচাংগা মড়ী লৈনহুনা শোরুবনা) ন (ওইদে) ততঃ (মরম অহুদগী) গৃহান্—(য়ুমদা) প্রতিযাত (চৎলা—হনলো) পক্ষ অমদনা— শ্রবণ, দর্শন, ধ্যান অমসু অনুকীর্ত্তনদগী— ময়ি ভাবঃ ন (ঐঙোন্দা ভাব=ভক্তিনা ওইদে) মাহুদি — সন্নিকর্ষেণ তথা (ঐগী অঙ্গগা শোরুহুনা ওইবাগুম্না) ততঃ অগৃহান্ প্রতিযাত=গৃহান্ অপ্রতিযাত (মরম অহুদগী য়ুমদা হল্লগনু) 'অ' অসি— "অভাবে নহানো নাপি" অসুমনা অমরনা লেংই।২৭।

শ্রীশুকঃ উবাচ (শ্রীশুকদেবনা হাঙ্গীখি) ইতি (মাসুমনা) গোবিন্দ-ভাষিতম্ (গোবিন্দনা হাঙ্গীবা) বিপ্রিয়ম্ (পামদববু) আকর্ণ্য (তারহুনা) বিষণ্ণাঃ (ৱারবী) ভগ্নসঙ্কল্পাঃ (নিংবা কাইরবী) গোপ্যঃ (গোপীসীংনা)— দুরত্যযাম্ (কোক্তরবা) চিন্তাম্ (চিন্তাবু) আপুঃ (ফংখি) ২৮।

মুখানি অবকৃত্বা (মাই লুকথহুনা) শুচঃ (কাইনা-মৈচাক্তগী—চান্নথোই-বনা নয়ুমদা চৎলো, হাঙ্গীবদা চান্নথোইবগা কাইনবা তারে হাঙ্গীনা নিংবাগী

---

কীর্ত্তন তৌহুনা ঐঙোন্দা ভাব ভক্তি ওইবা মরুম ঐগী হকচাংগা মড়ী লৈ-নবনা ভাব ভক্তি পোক্তে, অহুনা য়ুমদা হনলো। পক্ষ অমদনা ঐগী হক-চাংগা মড়ী লৈনবদগী ওইরকপা ভাব ভক্তি অহুদি ঐগী গুণ শ্রবণনাচিংবনা ওইদে, অহুনা য়ুমদা হনলগনু।২৮।

শ্রীশুকদেবনা হাঙ্গী,— হে পরীক্ষিৎ! গোপীসীংনা শ্রীকৃষ্ণনা হাঙ্গীবা ৱা অসি তারগা য়ামনা ৱাখি, নিংলকপা পুন্না কাইরহুনা শ্রীকৃষ্ণগী থোজান নত্তনা কোক্লরোইদবা চিন্তা তৌখি।২৮।

মাই লুকথহুনা কাইনগনি হাঙ্গীবগী অরাবনা মৈ ওইনা চাক্লবী, পুক্নিংগী

অব্রাবদগী ) শ্বসনেন ( অরাবা মৈচাকক্তা নুংশাস্বরনা ) শুষ্যদ্‌বিম্বাধরাণি—( তয়ান মানবা চিনবান কংসিল্লবা ) মুখানি ( মাইথোং ) অবকৃষ্য ( লুকথ-হুনা ) চরণেন ( খোঙবী মকুনা ) ভুবং ( লৈপাক্তা ) লিখন্ত্যঃ ( হে লৈপাক-লৈমা ! কাঙ্গৈরো, নহাক্কী গর্ভদা চংজরগে, হাঙ্গৈহুনা খোঙদোননা লৈপাকক্তা চিংলহুনা ) উপাত্ত মসিভিঃ ( মীত্তা তৈবা কাজলবু চামথোকপনা মুরবা )— অস্রৈঃ ( পি খিবকনা ) কুচকুঙ্কুমানি ( থবাক্তা তৈবা কুঙ্কুম চামথোকতুনা ) উরুদুঃখভরাঃ ( ব্রাবনা মশা পুম্বা থল্লবী গোপীসীংনা ) তুষ্ণীং ( তুমিননা ) তস্থুঃ স্ম ( লৈখি ) ।২৯।

---

মৈচাকনা চিনবান কংশিনলবী গোপীসীংগী মীত্তগী সিন্দুরিবা পি ময়াম্না মীত্তা তৈবা কাজলগী অমুবনে, থবাক্তা তৈবা কুঙ্কুম চন্দনগী অঙাংবনে, মচু আননা মাখোইগী হকচাংদা লৈবা অদুদি অব্রাবগী অকুম্বা অহু পুবা ওমজ্রহুনা— ইবেমাসীংগী হকচাং অত কাঙ্গৈরগে হাঙ্গৈহুনা লৈয়ি অমা চিংবগুম খোকখরে, করিগুম্বা রা অমত্তা ঙাংখিদরে, খোঙবীনা লৈপাক্তা চিংল চিংলহুনা লৈখি, মাহুদি—হে লৈপাকলৈমা ! কাঙ্গৈরো, নগী গর্ভদা চংজরগে, হাঙ্গৈবনি ।২৯। *

* ব্যাখ্যা— আলোচ্য শ্লোক অসিনা চিন্তাগী অনুভাবপু বর্ণনা তৌই। মাহুদি— মাই লুকথবনা ইকাইবগী অনুভাবনি, ঐখোইদি নুংসিগী থৌড়ীনা পুন্দুনা চিংবদগী ঐখোইগী ইকাইবা থাদোকথরবনি, মাসিদি প্রেমরসিকসীংগী মড়ীদদি থাগৎনবনি, থিনা হাঙ্গৈগদবা নত্তে। নুংশিবা=প্রেম হাঙ্গৈবা অমুদি মাগী থৌড়ী ( লৌচিং ) দি তাইবংপানবগী মপুমকপু পুন্দুনা থম্বা ওম-বনি। মাহুতবু প্রেম=নুংশিবা কৌবনি। অহুনদি ঐখোইগী নুংশিবা—প্রেম অসিদি শ্রীকৃষ্ণবু ফাবা ঙমদরে, অহুনদি গোপী ঐখোইদি প্রেমবতী নত্তরেদনা ? অহুনদি ঐখোইনা ইকাইবা থাদোকপদি করিগীনো ? অসি হাঙ্গৈহুনা মু লুকথহুনা খনবনি। মাসুম তৌহুনা ইকাইবগা চিন্তা পুকনিং চাকপগা অমিনা তিন্দুনা লৈবা অহুনা তৌথোকলকপা অনুভাবতি "খোঙ-বীনা লৈপাক্তা তকপা" অহুনি। তুমিন্না লৈখিবনা ব্রামনখিহুবা জ্ঞান মাং-খিবগী অনুভাবনি। হকচাংদা পগী মচু অমুবগা অঙাংবগা অনিনা লজ্জাপা

প্রেষ্ঠং প্রিয়েতরমিব প্রতিভাষমাণং কৃষ্ণং তদর্থবিনিবর্তিতসর্ব্বকামাঃ।
নেত্রেবিমৃজ্য রুদিতোপহতে স্ম কিঞ্চিৎসংরম্ভগদ্গদগিরোঽব্রুবতানুরক্তাঃ ৩০॥

প্রেষ্ঠম্ ( চান্নথোইবা ) প্রিয়েতরম্ ইব ( চান্নদবাগুমনা ) প্রতিভাষমাণম্ ( অশাবা হায়হৈনা মাখোইবু তাম্থোকপা )— কৃষ্ণম্ ( শ্রীকৃষ্ণদা ) তদর্থবিনি-বর্ত্তিত সর্ব্বকামাঃ ইবুঙো মহাক্তবু ফংগে হাঙ্গৈবগী দমক কামনা পুম্নমক থাদোক্লবী ) অনুরক্তাঃ ( তৎতত্তনা চাওখত্তুনা হেনগৎপা প্রেমগী তরেৎসুবা থাকতা লৈবী হাঙ্গৈবদি মথক্তা হাঙ্গৈখরবা শ্রীভাগবতকী বচনম্না খংনরিবা— শ্রীকৃষ্ণনা মরক মরক্তা লেংলকতুনা আলিঙ্গন তৌরবা ফংলবী গোপীসীংনা ) রুদিতোপহতে ( কপপগী খুৎনা তকতুনা পোমখৎলবা ) নেত্রে ( মীৎ অনিবু ) বিমৃজ্য ( নোইহুনা পিনা মম্ববু শেংদোকতুনা ) কিঞ্চিৎ ( খরদং সাওহুনা ) গদ্গদাঃ ( হিকনা হিকনা ভাংলহুনা ) অব্রুবত স্ম ( হাঙ্গৈখি ) ।৩০।

গোপীসীংগী চান্নথোইবা মুংশিথোইবনি, অদুবু চান্নদবনা তৌবাগুমনা লাকনু হাঙ্গৈহুনা মাখোইবু তাম্থোকলম্বা শ্রীকৃষ্ণদা ইবুঙো মাবু ফংনিংবমক্তনা অপাম্বা পুম্নমক থাকচবা লৈতনা থাদোকখরবী গোপীসীং, মাখোই অদুমক্তি অনুরাগবতীনি, হাঙ্গৈবদি প্রেমগী তরেৎসুবা থাকতা লৈরবী ওইহুনা ক্ষণ ক্ষণ খুদিংগী মথং মথং হেনগৎপা প্রেম, মাদুনা লেপপা লৈতনা ইত্তৎতত্তনা— হেনগৎপা প্রেমবতীনি। অদুনা শ্রীভাগবতনা হাঙ্গৈখরে,— ক্ষণ ক্ষণ খুদিংদা শ্রীকৃষ্ণনা ইবেমাসীংগী নাক্তা লেংলক লেংলকতুনা আলিঙ্গন তৌরবী অদুগুম্বী ইবেমাসীং অদুনা কপপগী খজিক্তং পোমখৎলবা মীৎ অনিবু পিনা মমশিনবা অদু নোইথোকতুনা খজিক্তং সাওবদগী ভাংবদা হিকনা হিকনা শ্রীকৃষ্ণদা হাঙ্গৈরকই ।৩০। *

—ব্যাখ্যা— চিন্তাগা অমিনা ইবেমাসীংগী হকচাং অদু অনি থোকনা থুগাই-রগে হাঙ্গৈবগী দমক লয়ি অনি চিংবগুম ওইখি ; মতম অদুনা সাত্ত্বিকভাবকা নিপানদুবা ভাব ফোংদোকই ।২৯।

* কন্নি তৌদুনা অরেম্বদা কপলিকনো ? নমাই মকা কনলো ঐনা হাঙ্গৈ-বদি— "প্রতিযাত ব্রজং ন, ইহ স্থেয়ম্।" হাঙ্গৈদনা ভাকবরা ? হাঙ্গৈদুনা—

—ব্যাখ্যা— নাকোংদা লাওখিবাবু জ্ঞান মাংলুরবী ইবেমাসীংনা রাস্থরুবদগী হৌগৎলক্লবী গোপীসীংগী অনুভাবপু "প্রেষ্ঠং"না হৌবা শ্লোক অসিনা— হাঙ্গৈরি। মরম অসিনা গোপীসীংবু "অনুরক্তাং" অসুমনা বিশেষণ তৌই। অনুরাগনা তিনলবী হাঙ্গৈবনি; মাদুদি প্রেমগী তরেৎসুবা থাকপু অনুরাগ কোই। মহাকতি রাগনা অতৎপা লৈতনা হেনগৎপনি; মহাক্কী মাসিদা লোইরে, হাঙ্গৈবা ওমখৈ লৈতনা হেনগৎপনি। মাদুদি— রায় রামানন্দনা ছরুমই,— "পহিলহি রাগ নয়ন ভেল। অনুদিন বাঢ়ল অবধি না গেল॥" অসিনাচিংবনি। অাসগুম্বা অনুরাগনা মাখোইদা লৈরবী গোপীসীংগী অনুভাবতি ক্ষণ ক্ষণ খুদিংদা শ্রীকৃষ্ণনা লেংলকতুনা অনুরাগবতীবু আলিঙ্গন তৌই, অসুমনা শ্রীভাগবতনা ( ১০।২১।৬ ) হাঙ্গৈ। মাদুদি,— শ্রীকৃষ্ণনা সখাসীংগা লোইনাদুনা গোষ্ঠদগী বনদা লেংখরবদা, বনদা বেণু খোংলকপা তারগা য়ুমদা লৈহৌবী অনুরাগনা তিল্লবী গোপীসীংনা মহৈ মহৈ বেণুবু— থাগৎপা, বেণুগী খোঞ্জেল তাবগা ব্রজগী চরাচর জীব পুম্নমকনা তৌব অবস্থা পুম্বা ওাংনবা, অদুগুম্ব মতমদা শ্রীকৃষ্ণনা ইবেমাসীংগী নাক্তা ইতৎতত্তনা— লেংলকই অদুগা গোপীসীংনা শ্রীকৃষ্ণবু আলিঙ্গন তৌই। 'ইতি বেণুরবং রাজন্ সর্ব্বভূত মনোহরম্। শ্রুত্বা ব্রজস্ত্রিয়ঃ সর্ব্বা বর্ণয়ন্ত্যোঽভিরেভিরে॥" অসুমনা শ্রীভাগবত অসিনা হাঙ্গৈখিবা অদুনি। অদুনদি রাসগী হৌগৎপা মতম অসিদা অভিসার তৌদুনা শ্রীকৃষ্ণগী নাকতা লাকচরবী ব্রজগোপী— ইবেমাসীংদা শ্রীকৃষ্ণনা হাঙ্গৈরিবা রাথং=রাহৈ অদুনদি "ঐগী নাক্তা লাকনু ব্রজ=য়ুমদা হল্লো" হাঙ্গৈ। মাদু মুন্না তারগা— "ব্রজদা হনগনু, ঐগা লোইনাদুনা কুইনা সান্নদুনা লৈয়ু" হাঙ্গৈ। মাসিদা অহানবগী অর্থ অদু তাবদা ইবেমা গোপীসীংগী নিংবা কাইবগী অব্রাবনা জ্ঞান মাংই। মতম অদুদদি গোপীসীংগী নাক্তা চংলকতুনা "ঐগী নাক্তা লৈয়ু" হাঙ্গৈবা ওইনা ভাই হাঙ্গৈবদি— "ব্রজদা হনগনু, ঐগা লোইনাদুনা কুইনা সান্নদুনা লৈয়ু।" অসি হাঙ্গৈবা ওইরমাল্লে, হাঙ্গৈনা লৌই। মাদু তাবদগী জ্ঞান তারকলবী— গোপীসীংনা শ্রীকৃষ্ণদা খজিক্তং খুমই--হাঙ্গৈ। মাদু হাঙ্গৈগদবগী দমক শ্রীশুকদেবনা আলোচ্য শ্লোক অসি হাঙ্গৈরিবনি।৩০।

গোপ্য ঊচুঃ। মৈবং বিভোর্হতি ভগবান্ গদিতুং নৃশংসং সংত্যজ্য
সর্ব্ববিষয়াংস্তব পাদমূলং।
ভক্তা ভজস্ব দুরবগ্রহ মা ত্যজাস্মান্দেবো যথাদিপুরুষো ভজতে
মুমুক্ষুন্ ॥৩১॥

শ্রীগোপ্যঃ ঊচুঃ ( শ্রীগোপীসীংনা হাঙ্গৈখি ) বিভো ( হে বিভু,— হে তৌবা ঙম্বা ! ) দুরবগ্রহ ( হে দুরাগ্রহ— তৌঙমদবা লৈতবা ! ) ভবান্— ( ইবুঙো নহাকনা ) এবম্ ( অসিগুম্বা ) নৃশংসম্ ( জীব হাৎপা—ফত্রববু ) গদিতুম্ ( ইফোং ফোংনা হাঙ্গৈগদবগী দমক ) মা অর্হতি ( মতিক ওইদে ) যথা ( মাদুম্না ) দেবং ( লাই, হাঙ্গৈবদি পুম্নমকনা মাবু নিংবা ওইবা ) আদি- পুরুষ: ( ভগবান্না ) মুমুক্ষুন্ ( মোক্ষ ফংগে হাঙ্গৈনা তাল্লিবাসীংবু ) ভজতে ( অপাম্বা মোক্ষ পীদুনা নিংই ) তথা ( মাদুগুম্না ) সর্ব্ব বিষযান্ ( বিষয় পুম্ন- মকপু ) সংত্যজ্য ( থাদোকতুনা ) তব ( নহাককী পাদমূলং ( নখোঙ থম- বালদা ) ভক্তাঃ ( সেবা তৌবা হৌজরবীবু ) ভজস্ব ( নংনা ঐখোইগী অপাম্ব পীদুনা পেনহল্লু ) অস্মান্ ( ঐখোইবু ) মা ত্যজ ( হুন্দোকপীগনু ) ।৩১

গোপীসীংনা হাঙ্গৈজখি,— হে তৌবাঙম্বা ইবুঙো ! হে তৌঙমদবা লৈতবা ! ইবুঙো নহাকনা মাসুম তৌদুনা জীব হাৎপা মাহৈ অসি হাঙ্গৈবি- ফম থোক্কে, জীব পুম্বনা মাবু পেন্নবগী দমক সেবা তৌনরিবা আদিপুরুষ ভগবান্ মরুম্ মোক্ষ ফংনিংবা জীববু অপাম্বা থুংহন্দুনা পেনহন্দুনা সেবা তৌই ; মাদুগুম্না বিষয পুম্বা থাদোকতুনা নহাককী শ্রীচরণ খুযাবু সেবা— তৌজরিবী ঐখোইবুসু ঐখোইনা পামজবা অদু পীদুনা ঐখোইবু নিংবিয়ু, হাঙ্গৈবদি পেলহনলু, ঐখোইবু হুন্দোকপিগনু ।৩১। *

* ব্যাখ্যা— যাসামেব প্রসাদেন যাসাং শ্রীনাগরেশ্বরে।
জল্পতত্ত্বং জ্ঞায়তে তা বন্দে শ্রীনাগরেশ্বরীঃ ॥
গোপীগণ প্রাণবল্লভায় ভগবতে নমঃ।
গোপীসীংনা হাঙ্গৈবা অসিদা মাসুমনা বিবেচনা তৌগদবা ওই, মাদুদি মহাভাববতী ওইবী গোপী পুম্নমক অদু শ্রীকৃষ্ণগী য়াথং ভারগা ইবেমাসীংনা

—ব্যাখ্যা— নিংলিবা ভাব অদু চপ মাস্নে, ভাব অদুগী মতুংইন্না হাঈনিংবা রাম্ন চপ মান্নে। অদু ওইরবদি অম্নুপ য়ামখরবা ইবেমাসীং অদুনা চপ মান্নবা রাকম অমত্তবু ভাংলক্লবদি নিনমন্দুনা ইরাও লাওদুনা নিংথিনা রস— থোকলোই। অদুনদি ময়েকনা তারে, মাদুদি,— গোপী ময়াম অদুগী মরক্তা মকোক মকোক ওইনা কনা কনাগুম্বী অমমম্না মম্নামগী মহুৎসিন্না হাঈবনি, অম্নুমনা খংনগনি।

বৈষ্ণবতোষণীনা হাঈ, মাদুদি,— "মৈবং বিভো" না হৌবা শ্লোক অরা মাথোইনা গোপীসীংগী রাহৈবু বর্ণন তৌই। মাসিদা উপসংহার রা ভাংবগী মত্তোন তাবা লোইসিনবা মরিরকনি। মাদুদি— "মৈবং বিভো" না হৌবা (শ্লোক ৩১) গীনা "তন্নঃ প্রসীদ" (শ্লোক ৩৩) না লোইসিল্লি। 'চিত্তং সুখেন ভবতা" ন' হৌদুনা (শ্লোক ৩৪) হাঈবগীনা "সিঞ্চাঙ্গনস্ত্বদধরামৃতম্" (শ্লোক ৩৫ ) না লোইশিনলি। "যর্হ্যম্বুজাক্ষ" না হৌদুনা (শ্লোক ৩৬) হাঈবাগীনা "তন্নঃ প্রসীদ" না (শ্লোক ৩৮) লোইশিনলি। মাস্নম তৌদুনা "বীক্ষ্যালকাবৃতমুখং" না হৌদুনা (শ্লোক ৩৯) হাঈবাগীনা "তন্নো নিধেহি" না (শ্লোক ৪১ দা) লোইসিনলি। মাসুমনা রাহৈ মখন মরি ওইবা মরম্না ইবেমাসীং গোপিকা পুম্বনা শ্রীকৃষ্ণবু মাইকৈ মরিমক্তা কোঈশিন্দুনা লৈখি। অদুনা মাইকৈ মরদগী গোপী লুচিংবী অমমম্না হাঈবনি; অম্নুম্না খংনগনি। মাদুদা মাসিমাস্ন খংনগনি, মাদুদি,— শ্রীকৃষ্ণনা গোপী পুম্নমকনা কোঈ-শিন্দুনা লৈবা মতমদা মাইকৈ মরিমক্তা মাই ওনসিল্লি, মাদুদি,— "বিশ্বক্ পুরন্ধ্রা জমগুলৈরভ্যাননা" হাঈবাগুম্বনি।

অহানবদা 'মৈবং' না হৌদুনা হাঈরিবা অসিগী ভাবার্থদি— মুপী ওইবী ঐখোইনা ইপুবোইবনাচিংববু ছন্দোকতুনা নহাকপূ ভজন তৌজবা অসিবু পাপনি, নত্রগা ধর্ম্মনি, হাঈবগী বিচারদি কোম্না তৌসি; ইবুঙো নহাকন ঐখোইবু মনাক্তা লৈহন্দবা তাম্নোকপা অসিদি কোকপা য়াদবা পাপনি; অম্নুমনা 'মৈবং' না হৌদুনা হাঈরি। মাসিদা 'মা'=নত্তে অম্নুম্না কনথংপম্না হাম্না হৌবদি ইবেমাসীংনা রামব থবনা হাকমনখিদুম্না হাঈবনি। মখনা "এবং"—মাসুমনা, হাঈবদি মাহুপ চুম্নবদি— মাদিগা মামবু লৈবা

**যৎপত্যপত্যসুহৃদামনুবৃত্তিরঙ্গ স্ত্রীণাং স্বধর্ম্ম ইতি ধর্ম্মবিদা ত্বয়োক্তম্‌।**
**অস্ত্বেবমেতদুপদেশপদে ত্বয়ীশে প্রেষ্ঠো ভবাংস্তনুভৃতাং কিল**
**বন্ধুরাত্মা ॥৩২॥**

---

অঙ্গ ( হে ইবুঙো ! ) পত্যপত্য-সুহৃদাম্ ( ইপুরোইবা, ইচা অমসুং সুহৃৎ সীংগী ) অনুবৃত্তিঃ ( সেবা তৌবনা ) স্ত্রীণাম্ ( নুপীগী ) স্বধর্ম্মঃ ( স্বধর্ম্মনি ) ইতি ( অসুমনা ) যৎ ( মাহুৎ ) ধর্ম্মবিদা ( ধর্ম্মখংবা ) ত্বয়া ( নহাক্না ) উক্তম্ ( হাঈখরে ) তৎ ( নহাক্না তাকপা অদু ) উপদেশ পদে ( নহাক্না তাকপা ইপ্যারাইবা ইচানাচিংবগী তুংনফম ওইবা ) ঈশ্বরে ( ঈশ্বর ) ত্বয়ি এব ( নঙোন-তদা ) অস্তু ( ওইসনু ) কিল ( হেত্বর্থনি — মরমদি ) তনুভৃতাম্ ( হকচাং—পানবা জীবসীংগী ) ভবান্ ( ইবুঙো নংনা ) বন্ধুঃ ( চান্নথোইবা ) আত্মা ( আ-ত্মানি ) নত্রগা 'বন্ধুরাত্মা' ( ফজবা আত্মানি )।৩২।

---

হে ইবুঙো ! মপুরোইবা, মচা অমসুং বন্ধুসীংবু শুঙাইহনবা, সেবা তৌ-বনা নুপী ওইবীগীদি অথোইবা ধর্ম্মনি, অসুমনা ধর্ম্মখংবা ইবুঙো নহাকনা

---

—ব্যাখ্যা— হৌনদে, হাঈবনি। মরমদি— নহাককী নয়াথং অসিদি 'নৃশংসং' বজ্রসারগুম্না কনবা রাহৈনি, মাহুৎনা ঐখোইগী থমোই থিঙ্গাইরে। অর্থ— অমদা হাঈরগা—'নৃশংসং'=ঘাতকনি, সংসংনা মীহাৎপা রানি ; অসিগুমবা রাবু হাঈবা হৌনবরা ? হাঈবনি। ইবুঙোদি প্রেমার্দ্র স্বভাবনি, প্রেমতনা ইপেন পেনবনি, অদুনা মাসুমনা হাঈবিফম থোক্তে, হাঈবা ভাবনি। মাহুৎ-মক্তদা 'বিভো'—ঐখোইগী থরাইগী মপু ! নংনদি মাহুমনা তাকপিগনু, হাঈ-বনি। গোপীগী অসিগুম্বা ব্রাহৈ অসিনা "স্বাগতং বো মহাভাগাঃ" গী মথৎ-গী পাউখুমনি। ইবেমাসীংনা শ্রীকৃষ্ণদা পাউখুম পীবদা— "সংরম্ভ গদ্‌গদ" ওইনা হাঈ, অসুমনা শ্রীভাগবতনা তাকপা মরম্না ইবেমাসীংনা য়াম্না নোল্লুক্না হাঈরবসু ব্যঙ্গার্থদা 'প্রণয়-কোপ'=প্রেমগী অসাওববু ফোংদোকই। অদুদি হে গোপীসা ! ঐবু করি তৌ হাঈবগে ? অসুমনা হংলবদি, অসুমনা নিং-হুনা ইবেমাসীংনা হাঈজরি,— "বিষয় পুম্বা থাদোকতুনা নহাককী খুয়াবু সেবা তৌজরিবা ঐখোইবুসু নিংবিয়ু, পেলহনবিয়ু, হন্দোকপিগনু" অসুমনা হাঈরি।৩১।

ঐখোইদা তাকপীবে, মাহুদি,— ঐখোইগী ইপুরোইবনাচিংবগী তুঙনফম ওইবা ঈশ্বর ইবুঙো নঙোন্তদা ওইসনু, মরমদি— ঈশ্বর ইবুঙো নংদি থৱাই পানবা পুম্বগী চান্নথোইবা আত্মানি।৩২। *

* ব্যাখ্যা— কনাগুম্বী প্রখরা ওইবী গোপীসীংনা শ্রীকৃষ্ণবু ইবুঙো মহাক্না হাঙ্গৈবা ৱাফম অসিমক্না মহাকপু ঙমগে, হাঙ্গৈনা নিংতুনা— আলোচ্য শ্লোক অসি হাঙ্গৈ। মাহুদি,— শ্রীকৃষ্ণনা গোপীদা "নুপীগীদি মপুরোইববু, মচাবু, অমস্থ বন্ধুসীংবু সেবা তৌবনা অখোইবা ধর্ম্মনি" অসিনি। মাহুদা গোপীনা খুমখি. মাহুদি,— "অস্তু এবং"— মাস্থমনা তৌবা অসিনা নংনা তাকপা অহু ওইসনু, হাঙ্গৈবগী অর্থদি— ইবুঙো। নংনা নুপীগী ধর্ম্মদি মপুরোইববু সেবা তৌবনা অখোইবা ধর্ম্মনি, অস্থমনা তাকলে। ধর্ম্ম তাকপিরবনিনা ইবুঙো নংনা ঐখোইগী গুরুনি। মরম অহুনা গুরুনা ধর্ম্ম তাকপিরগা— তাকপিবা ধর্ম্ম অহুমক্না গুরুদা তৌহুনা গুরুবু হান্নমা পেলহনবা হৌনৈ। "উপসেব্যতে পশ্চাত্তদুপদিষ্টঃ আচরনীয়ো ধর্ম্মঃ" ন্যায় অসি লৈবনা— "আচার্য্যানুবৃত্ত্যেব নিষ্কপটয়া ধর্ম্মঃ সিদ্ধ্যেৎ"— লোথুপ লোকোন লৈতনা গুরুবু সেবা তৌরবতদা গুরুনা তাকপা ধর্ম্ম অহু সিদ্ধ ওই, অস্থম্না শাস্ত্রনা তাকপ মরমদগী হুজিক্তি ধর্ম্ম তাকপিবা গুরু=ইবুঙো নংবু ইপুরোইবা ওইনা সেবা তৌবা তাবে। থোইদোক্নস্থ মহৌশানা ঐখোইগী চান্নবা ইপুরোইবদি—ইবুঙো। নং নত্তবা অমদা মীৎনাস্থ এংলক্তে, পুক্নিংনস্থ থল্লুদে; ঐখোইগস্থ হান্নমা কাত্যায়নী পূজা তৌবা মুমিত্তগী হৌনা রারেপ্নখিহুনা— ইতৎতত্তনা নংবু ইপুরোইবা ওইনা সেবা তৌরকপনিনা নংনা তাকপা ধর্ম্ম অহু নঙোন্দা তৌথিবা অসিনা অস্থমক ওইরসনু, হাঙ্গৈবনি। অহুমক্তদস্থ গুরুদি ঈশ্বরগী মশকনি, ঐখোইগীদি ঈশ্বরমক্না তশেং তশেংনা গুরু ওইরে, অসিদদি করি অমোক হাঙ্গৈগনি? হাঙ্গৈনবা লৈতরে। ইবুঙো! মহাকতি ঈশ্বরনি থৱাইপানবা পুম্বাগী আত্মানি। আত্মা ওইবনিনা প্রেষ্ঠ=চান্নথোইবনি; চান্নথোইবনিনা বন্ধুনি। মাহুগী অর্থদি— থৱাইপানবনা মুংশবদি— আত্মাতবু মুংশিবনি। মতুবু, মচাবু বন্ধুসীংবু অমস্থ মরনবু পুম্নমক অম্নিবু

—ব্যাখ্যা – মুংশিবদি মাখোইগী আত্মাতবু মুংশিবান। আত্মা লৈত্রবদি—মুংশিরবা মপা, মমা, মচা, মরা, মতু, হাঙ্গৈবা লৈতে, যুমদগী মপানদা পুথোক-তুনা মৈ থাদোকলিবনি। নংদি আত্মানা মূর্ত্তি পান্দুনা লৈবনি, অদুনা—নংবু সেবা তৌবদি পতি, পুত্র, বন্ধু পুন্নমকপু সেবা তৌবা ওই।

মাসিদা কনাগুম্বাসীংনা চিংনগদবা মরম লৈ, মাদুদি,— পূর্ণপ্রেম=চান্নবা প্রেমনা পূর্ণ ওইবদি ঈশ্বর ওইনা খংলবদি য়াদে। গোপীসীদি পূর্ণ-প্রেমনি, অদুগা করমনা গোপীসীংনা শ্রীকৃষ্ণবু ঈশ্বরনি, ব্রহ্ম, পরমাত্মানি, হাঙ্গৈনা খংলিবনো? হাঙ্গৈবা রাহং অদিনি। মাসিগী সমাধানদি নারদ পঞ্চ-রাত্রমাচিংবনা হাঙ্গৈববু ভক্তিরসামৃত-সিন্ধুনাচিংবদা ব্যাখ্যা তৌই। মাদুবু—সন্না হাঙ্গৈরবদি শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমদি মহেশানা য়ামনা সাবা অমসু য়াম্না ইংবা অসুম্না অবস্থা অনি থোকই। ব্রহ্মানন্দ=ব্রহ্মবু সংসংনা ফংলগা মুঙাইবদগী কোটিকয়ামুক হেন্না শ্রীকৃষ্ণপ্রেম্না হেন্না নুঙাই। অসিগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম অসি শ্রীকৃষ্ণগা কাইনবা মতমদা মুমিৎ কোটিদগী হেন্না সাই—চাকই। বিরহগী মতমদা মাদুমনা চাক্লিঙৈদদি মুমিৎকী মঙান কোটিদগী হেন্না ঙানবা মঙান অদুনা শ্রীকৃষ্ণদা লৈবা ঐশ্বর্যগী মতৌ অদু ইঙান ঙান্না উই। অদুনা গোপীন্না বিরহাবস্থাদা শ্রীকৃষ্ণবু ঈশ্বরগী গুণ ঙাক্তা ওইনা গোপীসীংনা ঙাংই। সং-যোগগী শ্রীকৃষ্ণগা তিন্নবা লৈরিঙৈদদি অমৃতগী মশক ওইবা থা কোটিদগী হেন্না মধুর ওই। অদুনা শ্রীকৃষ্ণগা লৈমন্নরিঙৈদা অমৃতগী ময়াই কাবনা ঙাওদুনা শ্রীকৃষ্ণবু ঈশ্বরনি, হাঙ্গৈনা উদে, খংদে।

রাসগী দমক শ্রীকৃষ্ণগা তিন্নবা লৈমন্নরিঙৈদা শ্রীকৃষ্ণনা চৎলো, হাঙ্গৈনা তানবা তাবদা এখোই শ্রীকৃষ্ণগা কাইনরনি, হাঙ্গৈবগী ভাবি-বিরহ বেদনামা মুমিৎ কোটি অমা থোকপাগুম প্রেমনা ইঙান ঙাল্লি। অদুনা শ্রীকৃষ্ণদা—ওইবা ঈশ্বরগী মতৌ=ঐশ্বর্যবু গোপীসীংনা উই; অদুনা ইবেমাসীংনা শ্রী-কৃষ্ণবু লৈমন্নরিঙৈ অসিদা ঈশ্বরগী মতৌ ওইববু হাঙ্গৈবনি। মাসুম তৌদুনা মতুংদগী উরক্কনি। খুদমগী দমক শ্রীকৃষ্ণনা রাস সান্নবা হৌগৎলকপদা—অন্তর্ধান ওইখরবদা রারবা ইবেমাসীংনা বিরহগী বেদনা অদুন্না মুমিৎ কোটি অমা থোকপগুম্না ঙাল্লবদা শ্রীকৃষ্ণবু ঈশ্বরনি, হাঙ্গৈবা উরদুনা মতুংদা হাঙ্গৈরক্কনি

**কুর্ব্বন্তি হি ত্বয়ি রতিং কুশলাঃ স্ব আত্মন্নিত্যপ্রিয়ে পতিসুতাদিভি-
র্আর্ত্তিদৈঃ কিম্।
তন্নঃ প্রসীদ পরমেশ্বর মা স্ম ছিন্দ্যা আশাং ভৃতাং ত্বয়ি চিরাদ-
রবিন্দনেত্র ॥৩৩॥**

---

কুশলাঃ ( শাস্ত্রহৈবসীংনা। ) নিত্যপ্রিয়ে ( লেংদনবা চানবা ) স্বে আত্মনি ( মহাক মহাক্কী আত্মা ওইবা ) ত্বয়ি ( নঙোন্দা ) রতিম্ ( অপাম্বাবু ) কুর্ব্বন্তি ( তৌই ) পতিসুতাদিভিঃ ( মপুরোইবা, মচানাচিংবা ) আর্ত্তিদৈঃ ( ভাইবংপানবগী অৱাবা পীনবা ওইবাসীংনা ) কিম্ ( করি কান্নগনি ? ) পরমেশ্বর ( হে পরমেশ্বর ! ) বরদ ( হে বর পীবা ! ) তৎ ( মরম অদুদগী ) নঃ ( ঐখোইবু ) প্রসীদ ( থৌজানবিয় ) অরবিন্দ-নেত্র ( হে মাৎ থম্বাল মানবা ! ) ত্বয়ি— ( নঙোন্দা ) চিরাৎ ( কুইনা ) ধৃতাম্ ( হাপতুনা লৈরকলবা ) আশাম্ ( ঐখোইগী আশাবু ) মা স্ম ছিন্দ্যাঃ ( ইবুঙো নংনা ককথৎপিগনু ) ।৩৩।

---

হে পরমেশ্বর ! হে অরবিন্দ-নেত্র = মীৎ থম্বাল মানবা ! হে বর পীবা শাস্ত্রহৈবা পণ্ডিতসীংনা মী মহাক্কী পরমাত্মা ওইবা ইবুঙো নঙোন্দা রতি লৈবত্তবু পান্নরিবনি, মপুরোইবা মচানাচিংবদি করি কান্নগনি ? মাখোই অদুদা ভাইবংপানবদা হন্না হন্না অৱাবা ভাননবতনি ; ইবুঙো নঙোন্দা মতম কুইনা হাপচরক্লবা ঐখোইগী আশা-লতা অসি ককথৎপিগনু ।৩৩। *

---

—ব্যাখ্যা— "ন খলু গোপিকানন্দন ভবান্"—নংদি গোপী যশোদানা পোকপা নত্তে, ব্রহ্মানা ভাইবংপানববু ঙাকপিয় হাঙীজদুনা ঈশ্বর ইবুঙো নহাকনা— মী ওইনা পোক্লিবনি, অসুমনা হাঙীরক্কনি। অদুনা বিরহগী মতমদা শ্রীকৃষ্ণনা ইবেমাসীংগী মাক্তা হেক হেক ঙাম্থোক্লবা অদু প্রেমনা তৌবনি। অদুনা শ্রীভাগবতনা মথক্তা হাঙীখরবা অদুনা অনুরাগবতী ইবেমাসীংনা দুঃখিনদা শ্রীকৃষ্ণনা গোচারন তৌবা বনদা লেংখরবদা যুমদা রানা লৈহৌরিবীসীংনা মহৈ মহৈ বেণুগানবু থাগৎপদা "অভিরেভিরে"— গোপীসীংনা শ্রীকৃষ্ণবু— চেৎ চেৎনা কোনখি।৩২।

* কনাগুম্বী গোপীসীংনবু— অহানবা হাঙীখিবা রাকম অদুবু সাধুসীংগী

—ব্যাখ্যা— আচারনা অমোক হেননা চেৎসিনহন্দুনা হাঙ্গৈ, মাহুদি,— হে পরমেশ্বর! মাহুমক্তদগী মীৎ থম্বাল মানবা! শাস্ত্রহৈবাসীংনা ইবুঙো নংতবু পামই, হাঙ্গৈবগী অর্থদি — থব্রাইপানবনা পামবা অসিদি নংতবু পাম্বনি, হাঙ্গৈবা শাস্ত্রহৈবাসীংনা খংই। থরাইপানবনা 'ঐ' হাঙ্গৈহুনা খংলিবা অসিদি পরমেশ্বর নংব্রান। থব্রাইপানবনা ঐগীনি হাঙ্গৈহুনা খংলিবা— মচা, মরা, মতু, মপা, মমা, লন, অসিনাচংবা অহুদি ঐ নপ্তে, ঐগা মড়ী লৈনবনি, হাঙ্গৈনা খংবা মরমনা জীবনা পাপ তৌহুনা তাইবংপানবা মায়াগী ঈপাক্তা তাহুনা লৈবনি। অহুনা ঐগীনি, হাঙ্গৈনা নিংবদি অব্রাবা ফংনবনি, করি কান্নগনি, ইবুঙো নংবু পাম্বদি ময়েক্তা তাবনি। হে বরদ—হে বর পীবা! হাঙ্গৈবদি কাত্যায়নী পূজা লোইবা মুমিত্তা নংনা "সঙ্কল্প বিদিতঃ সাধ্ব্যঃ" অসি হাঙ্গৈহুনা ঐখোইদা বর পীখরবা ডাক্তা নত্রা? হাঙ্গৈবনি। কাত্যায়নী পূজা তৌবী গোপীসীং অহুদি মুপীমচা অপিশক ডাক্তনি, মাখোই অহুদি অনূঢ়া ডাক্তনি, নখোইদি য়ুম পাল্লে, অদুগা ঐনা করম্না নখোইদা থৌজ্ঞান তৌগদগে? অসি হাঙ্গৈগনি, হাঙ্গৈহুনা— "পরমেশ্বর!"— তৌনিংবতা তৌবা, পুন্নমক ঙমদবা লৈতবা! ঐখোইনা অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌহুনা নঙোন্দা কুইনা হাপলবা ঐখোইগী আশালতা অসি হৃজিক্তি মহৈ য়ানগদোরবদা ইবুঙো নংনা থদৎহুনা মাংহনবিগনু। সৎপুরুষনা মখূৎনা থাবপু হু-পাম্বী ওইহুনসু থদৎপা হৌনদে। নংদি ঈশ্বরনিনা ননিং তৌনা ঐখোইবু আশা থুংহনবদা করিসু ব্রাংচিনবা লৈতে। হে অরবিন্দ-নেত্র— মীৎ থম্বাল মানবা! হাঙ্গৈবদি— ইবুঙো নহাককী মীৎ থম্বান অনিনা ঐখোইগী বয়ঃসন্ধিগী মতমদা ঐখোইগী মীৎকী থোংদা চংলকহূনা থমোইদা "ভাব" হাঙ্গৈনা কৌবা আশালতাগী বীজ = মরু থাখি হাঙ্গৈবনা ব্যঙ্গার্থ অসি ফোংদোকই। রস-শাস্ত্রগী হৌনবী মতুং ইন্না ব্যাখ্যা তৌরগা ধ্বন্যর্থ অসিদগী— অহানবদা চক্ষুরাগ, মাহুনা চিত্তগা তিন্নহুনা 'সঙ্কল্প'— অহু তৌগে, অসুম তৌগে হাঙ্গৈহুনা খনবা ওইরকই। অহুদগীদি আশালতা অহু গুণ, রূপপু তাবা, উবনা মরম ওইহুনা মথং মথং য়ামনা চাওখৎলক্লে। অহুগী মতুংদা ইবুঙো নহাক্তা শোরুবা = স্পর্শ ফংলগা ফলবতী = মহৈয়াল্লগা হৃজিক্তি নংগী বেণুনাদনা ফাহুনা ননাক্তা চিংশিনবিরগা

চিত্তং সুখেন ভবতাহপহৃতং গৃহেষু যন্নির্বিশত্যুত করাবপি গৃহকৃত্যে।
পাদৌ পদং ন চলতস্তব পাদমূলাদ্‌যামঃ কথং ব্রজমথো করবাম কিং বা।৩৪॥

---

ভবতা ( ইবুঙো নহাকনা ) চিত্তং ( থমোইবু ) সুখেন ( নুঙাইনা ) অপ-হৃতম্ ( হুখরে ) যৎ ( চিত্ত—থমোই অদুনা ) গৃহেষু ( য়ুমদা ) গৃহ-কৃত্যে—( য়ুমগী থবক তৌগদবদা ) নির্বিশতি ( সিনজংলমই ) করৌ অপি ( খুৎ অনি-সু ওইরমই ) পাদৌ ( খোঙ অনিনা ) তব পাদমূলাৎ ( ইবুঙো নহাক্কী নখোঙ খুযা খাদগী ) পদং ( খোঙগাপ অমত্তংবু ) নচলতঃ ( থাংদোকপা ঙমদরে ) কথং যামঃ ( ঐখোইনা করম্না চৎকনি ? ) অথো ( চৎলগা ) কিংবা করবাম ( করি তৌরুগনি ? ) ।৩৪।

---

ইবুঙো নংনা ঐখোইগী থমোইবু ইরাই লাঙ্গনা হুবিখরে, ঐখোইগী থমোই অদুদি মহৌশাদি য়ুমদা য়ুমগী থবক তৌগদবতা খনদুনা লৈরমই, মাদুগুম্না ঐখোইগী খোঙ অসিসু য়ুমদত্তা চংদুনা চৎতুনা লৈরমই=অতোপ-পদা চৎপা হৈনরমদে, হুজিক্কি নংনা থমোই হুবিখিদৈদগীদি— ঐখোইগী খোঙ অনিসে ইবুঙো নংগী নখোঙখুযাখাদগী খোঙকাপ অমত্তং চৎথোকউ, হায়বা য়াদরে, অদুগা ঐখোইনা করম্না ব্রজদা হনগদগে ? করিগুম্বা চৎপা থোকলো, ঐখোইনা ব্রজদা করি থবক তৌরুগদগে ? ।৩৪। *

---

—ব্যাখ্যা— ই ঙো নংগী অথীবা য়াথংনা ছিঙচং ওইদুনা, কুইনা য়োকচ-রক্লবা, মহৈ য়াম্লক্লবা আশালতাবু য়াম্থৎপা অসিদি সৎপুরুষগী চরিত নত্তে। "বিষবৃক্ষোহপি সংবর্দ্ধ্য স্বয়ং ছেত্তুম সাম্প্রতম্।" হায়বা ন্যায় লৈ, অসুমবা অর্থ অসিনা ধ্বন্যর্থসি।৩৩।

* কনাগুম্বী গোপীসাদি মাখোইগী প্রেমবু সরস=রসনা তিনবনি; হায়না কোংদোকতুনা 'ইবুঙো, চৌরচূড়ামণি— হুরানবা নিংথৌ অথোইবা ! গোপী ঐখোইদি অরেম্বদা পংলাক লাকচবা নত্তে, নংনা হুবিখিবা ইরন্ অদু পীযু লৌগে হায়দুনা লাকপনি, অসুম হায়বা ভাব অসি ফোংদোকতুনা হায়, —"ইবুঙো নহাকনা ঐখোইগী থমোই— বেণুগী খোঞ্জেন থাজিন্দুনা হুবিখবে" অসিনি। অদুদি— নখোইগী থমোই অদু কোম্না পীরক্কে, নোংমা নিনি'

সিঞ্চাঙ্গ নস্ত্বদধরামৃতপূরকেণ হাসাবলোককলগীতজহৃচ্ছয়াগ্নিম্।
নো চেদ্বয়ং বিরহজাগ্ন্যুপযুক্তদেহা ধ্যানেন যাম পদয়োঃ পদবীং সখে তে।৩৫।

অঙ্গ—হে সখে (হে সখা!) ত্বদধরামৃতপূরকেণ (নহাককী নচিনদগী থোরকপা অমৃতগী ঈচেলনা) নঃ (ঐখোইগী) হাসাবলোক-কলগীতজ-হৃচ্ছয়াগ্নিম্ (মীনোক, মীৎএং, বেণুনাদনা থোকহনবা কামগী চাকলিমা মৈবু) সিঞ্চ (নংনা মুথৎলু) নোচেৎ (নত্রবদি—মুথৎপিত্রবদি) বিরহজাগ্ন্যুপযুক্তদেহাঃ—(কাইনবগী মৈনা চাকতুনা) বয়ম্ (ঐখোইনা) ধ্যানেন (ধ্যান তৌদুনা) তে (নহাককী) পাদয়োঃ 'চরণ অনিগী' পদবীম্ (মনাকপু) যাম (চংগে)।৩৫।

অঙ্গ—হে সখে! ইবুঙো নহাককী চিনদগী থোরকপা অমৃতগী ঈচেলনা মরম ওইদুনা গোপিকা ঐখোইগী থমোইদা চাক্লিবা মৈ অসে নংনা মুথৎলু, মরমদি— ঐখোইগী থমোইদা ইবুঙে নংগী মীনোক ফজবা, মীৎএং ফজবা অমসুং নংগী বেণুগাননগী নিংথিবনা চুদুনা (হৌগৎতুনা) নংনা চাকহনবা মৈনি, নংনা থাবা মৈ অসি নংগী চিন্না কামদুনা মুথৎপিয়ু, অমনদি— নং নত্তনা মুথৎপা ওমদে, ইবুঙোনা মুথৎপিত্রবদি নংগী মৈনা চাকতুনা, নংগী নখোঙ থম্বালতবু নিংদুনা শিরগা নংগী নখোঙ থম্বালগী নাক্তা লৈজগে।৩৫। *

—ব্যাখ্যা— ঙাইখো চৎলো, হাঙইরক্লি, অসি নিংদুনা হাঙইরি,—"ঐখোইগী খোঙ অনি অসি নংবু হুন্দোকতুনা খোঙগাপ অমত্তসু থাংবা য়াদ্রে, অদুনা করম্না চৎকদগে? ঐখোইগী থমোই নংনা হুথিবা অদুগা পীবিয়ু, হাঙইমনা ধন্যবাদ্দ নি।৩৪।

* "চিত্তং সুখেন" না হৌবা আলোচ্য শ্লোক অসিদি করাগুম্বা ইবেমাসিং অসিদি গোপিকা অতৈদগী য়ামনা হেনবী মুখ্যতমা ওইবীসিংনা উন্মাদ-সঞ্চারি ভাবনা য়ামনা চাওখৎমনখরদুনা পুমতাও ঙাওখরবী মহোৎশাবী নীচং পুরবা থাদোকখরবীসিংনা শ্রীকৃষ্ণদা হাঙবা রাফমনি। উন্মাদ-সঞ্চারি ভাবনা— নিংহল্লিবা ইবেমাসাংগী পুকনিংদি, মাসিনি;— "ওস্তোকপনি! সংপ্রয়োগগী মতমা নত্তবদা ফি য়াওদবী ফজবীগী হুকচাং উনিংবা লৈ, মাদুসু মন্ত্রহরণগী মতমদা অদুসু উয়ে, মাদুমনা মধুপান তৌদুনা ঙাওদবা মতমদা ফজবীদুগীনা

—ব্যাখ্যা— ইকাইবা য়াওদবা রা ঙাংবা তানিংই, মাহুদি তাবা ফংদরি, মাহু তাগে হাঙ্গৈহুনা মাখোইবু এৈনা বেণু খোংহুনা সুমহৎলি, অহুদসু ঙাওদে, ঙাওরবসু ইকাইবদি থাদোক্কে। এৈনা রাঙাংগী নিংথিবা ঙাংহুনা সুমহৎলি, অহুমক্তদসু গোপীসীং অসিনা মঙাংদরে। লজ্জা ( ইকাইবা ), বিবেক ( ফৈ ফত্তে খনবা ) ধর্ম্ম মহৌশাগী লীচৎ অফবা ), ধৈর্য্য ( পুকনিং তপথবা )— পুম্মক মাখোইদগী লৌথোক্তহুনা অহুম্মক লৈরে, অহুনা মাখোইনা হাঙ্গৈ- দোকপদদি ইকাইবা, মাখোইনদি য়াম্না পাম্বা রা অহুদি হাঙ্গৈদরে। অসুম্না শ্রীকৃষ্ণনা নিংলে, অসুম্না খল্লহুনা লুচিংবী গোপীসীংগী মরক্তগী পুমহেন হেনবী গোপীসীংনা, মাখোই অহুমক্তি উন্মাদ-সঞ্চারি ভাবনা কনমনখরহুনা আলোচ্য শ্লোক অসি হাঙ্গৈরি, মাহুদি,— অঙ্গ ( হে সখে—কৃষ্ণ ! ইবুঙো নংগী মীনোক্কা লোইনবা মীৎএংনা অমসু বেণুগী গীতগনা এৈখোইগী থমোইদা কামগী মশক ওইবা মৈ থমহুনা হোৗগৎহনলি, অহুগা কম্না চাকখৎহনলি, অসিগুম্বা মৈ আসবু ইবুঙো নংগী অধরামৃতগী ঈচেলনা মুথৎপিয়ু, হাঙ্গৈবদি— ইবুঙোগী চিননা চুপলগা মাহুগী মুঙাইবা অহুনা অমৃত ওইহুনা এৈখোইগী থরাইগী— মৈচাক অসি কোকহনবিয়ু। মৈ থারুবা মীনা মানা অমোক মুথৎলবদি মানা মৈ থারুবগী দোষ কোকই, অহু নত্রবদি য়ুম থারুবনাচিংবগী পাপ কোক্কে। পাপকোক্রবা এৈখোইবু নংনা মৈ থাবাস নংনা মুথৎলবতদা নহাক্কী দোষ কোক্কনি; নত্রবদি মুপী হাৎপগী পাপ ময়াম অহু কোক্লরোই, হাঙ্গৈবা ভাবনি। ইবুঙো নংনা এৈখোইগী থমোইদা তুমহুনা লৈবা কামবু ইরাই- লাইনা হোৗদোকপনি, নং নত্তনদি কনা অমত্তনসু হোৗদোকপা ঙমদবনি। ইবুঙো নংদি হুজিকসু মৈ অহু মুথৎপদা করিসু লৈতবা থবকনি, অহুনা ইরাই- লাইনা মুথৎপিহুনা এৈখোইবুসু হিংহনবিবগী মহৈ ফংগনি ; ইবুঙো নংগীসু মুপী ময়াম হাৎপগী পাপসু লৈরোই, হাঙ্গৈবা ভাবনি। মাসিগী অর্থদি— মাসিনি,— এৈখোইনা পূর্ব্বজন্মদা তপ তৌরক্তবনি, হাঙ্গৈবা এৈথোই ইশানা থংজরে। মরমদি— নংন থৌজানবিত্রিবসি তপ তৌরক্রবননি। হন্দককী জন্মদা অরাৎপা তপ অহু তৌজগে, মাহুদা তপ তৌনবা মৈদি মপানগী অচম্বা মৈ হোৗগৎলরোই। মরমদি— এৈখোইগী থমোইদা কামগী মৈ অমা, নংগী

যর্হ্যম্বুজাক্ষ তব পাদতলং রমায়া দত্তক্ষণং কচিদরণ্যজনপ্রিয়স্য।
স্প্রাক্ষ্ম তৎপ্রভৃতি নান্যসমক্ষমঙ্গ স্থাতুং ত্বয়াঽভিরমিতা বত পারয়ামঃ॥৩৬

অঙ্গ। অম্বুজাক্ষ। (হে মীং থম্বাল মানবা।) অরণ্যজনপ্রিয়স্য (বনদা

হে মীং থম্বাল মানবা! ইবুঙো নংদি ব্রজদা লৈবা গোপজাতিগী চান্নবনি,

—ব্যাখ্যা— কাইনবগীনে অমা, মৈ অনি অঁসি লৈরবনিনা অতোপপা মৈ অমা লোঁরুবগী কান্নবা লৈতে। মৈ অনি ঐখোইদা লৈবা অহুদসু কামগী মৈদগীসু নংবু ফংদবগী মৈনা কনবা য়ামনা হেনবনা অপাম মুংশিগী মৈ অহু পিক্কসনখরে। অতনদি বিরহাগ্নি=কাইনা মৈদা ঐখোইগী থবাই অসি—থাজিন্দুনা হোম তৌরগে। মাহুদা তোগদবা সঙ্কল্পদি,— "হে কৃষ্ণ কাইনা-বগী মৈ! শ্রীকৃষ্ণগী পাদস্পর্শ পামজবী ঐখোইনা ইথাই পুম্বা হোম তৌ-রবনে, মরম অসিদগী শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীচরণ অনিগী খুয়াখাদা মা পুম্ববু থংহন্দনা ঐখোইবু থম্বিয়ু, ইবুঙোগী শ্রীচরণ অনিবু লৈপাক্কা তাহনবিগনু—ঐখোইগী থবাক্তা কুচদা ইবুঙোগী শ্রীচরণ অনিমক হাপ্পীয়ু, অহু ওইরবাদ ঐখোইদি ইবুঙোগী শ্রীচরণগী অরুম্বা অতনা ঐখোইগী থমোইগী মৈচাক কোকতুনা ঐখোইদি শান্তি ফংগনি। ইবুঙোদি ঐখোইগী বক্ষস্থল শোকপগী সুভাইমবসু সুপী হাৎপগী পুকনিং সুভাইতবদি য়ামনা ফংগনি। "সখে!" হাঙ্গনা—শ্রীকৃষ্ণবু কৌবগী ভাবতি - ইবুঙোবু ঐখোইনা সখা ওইনা লিংজুনা মাহুম্না তৌবা ঐখোইনা পামই। মরমদি ইবুঙোগী সখা ওইবী ঐখোইবু মাহুম্না ইবুঙোনা রাহম্নিংলবদি ঐখোইগী সখা ওইবা ইবুঙোবু মাহুম্না তৌহনিই; হাঙ্গবনা ধ্বনিনি। ইবুঙোদি ঐখোইদা প্রেম মাংহনবনি, অহু ওইহনসু ইবুঙোনা থজিক্কংতা সুভাইতরে, হাঙ্গবা উবদা ঐখোইনা শরক কোটি হেন্না সুভাইতে। অহুবু করমদৌনি, ঐখোইনা লাইপক থীবনা মাহুম্না সুভাইতবা অসি খোকউ, হাঙ্গহুনা নোংদম্বনা ঐখোইদা তমথরবনি। মরম অসিদগী মতুংদা ফংগদবা মহৈ উবা ইবুঙো! হে কৃপা-সিন্ধো! ইবুঙো নংবু ফংদবগী কনখরবা মৈচাকপু ঐখোইগী থমোইদা কৈদৌতুনা থাবিরিবনো? কৈদৌতুনা মাক্তপ খাবা মহৈবু ঐখোইদা পীরিবনো? ইবুঙোগী মতৌ অসুমনা অহু থাদোক-তুনা ঐখোইবু লৌসিনবিয়ু, অসিনাচিংবা অনুমনি মরাম খোমকই ১৩৪

লৈবা মী গোপজাতিগী চান্নবা ওইবা ) তব ( নহাক্কী ) ক্বচিৎ ( করিগুম্বদা ) রমায়াঃ দত্তক্ষণম্ ( লক্ষ্মীগী মরাদা করিগুম্বদা রমনগী মতম পীবা ) পাদতলম ( শ্রীচরণগী মখা—খুয়াবু ) যর্হি ( মতম অদুদা ) অস্প্রাক্ষ্ম ( ঐখোইনা শোক-চখি ) তৎ প্রভৃতি ( মাদুদগী হৌদুনা ) ত্বয়া ( নহাকনা ) অভিরমিতাঃ ( মু-ঙাইহল্লবী ঐখোইনা ) অন্য সমক্ষম্ ( অতোপ্পা— হাঙ্গৈবদি নং নত্তবা পতি অমগী মাংতদস্থু ) স্থাতুম্ ( লৈগদবগী দমক ) বত ( ওস্থোকপনি ) ন পারয়ামঃ ( ঙমদরে )।৩৬।

অদুগুম্বা ইবুঙো নংগী শ্রীচরণগী খুয়াখা অদুনা করিগুম্বা মতমদা লক্ষ্মীবু মুঙাইবা পীনবীবনি, তত্তনদি লক্ষ্মীনা ফংজদে, অদুগুম্বা ইবুঙো নংগী খুয়া-খাবু গোপী ঐখোইনা শোকচবা ফংবা মতমদগী হৌদুনা ইবুঙো নং নত্তবা নিপা অমবু ঐখোইগী ইপুরোইবনি, হাঙ্গৈনা নিংলুবদি থম্লদুনা মাংদা মশক উবা মফমদা ফাউবদা ঐখোইনা লৈজদে—লৈবা ঙমদে।৩৬। *

* ব্যাখ্যা— হে গোপিকাসা। নখোইনা বিরহগী মৈ ঐবু মুথৎপিয়ু, হাঙ্গৈ-বদি করিগীনো? নং নংগী নপুরোইববু মুথৎহনল্, অসুম্না শ্রীকৃষ্ণনা হাঙ্গৈ-রক্কনি. হাঙ্গৈদুনা "যর্হ্যম্বুজাক্ষ" হাঙ্গৈবনা হৌবা আলোচ্য শ্লোক অসি গোপী-সীংনা শ্রীকৃষ্ণদা হাঙ্গৈ, মাদুদি,— "অম্বুজাক্ষ।"— হে মীৎ থম্বান মানবা কৃষ্ণ। হাঙ্গৈনা কৌই। মাদুগী ভাবার্থদি— ইবুঙো নংগী মীৎনা থম্বালনি, মাদুগী লৈহী চুপকে হাঙ্গৈদুনা পাইরিবা খোইমুনা গোপিকা ঐখোইনি, সনা থম্বাল সাৎলগা খোইমু ঐখোইনা লৈহী চুপ্তবা ঙমদে, হাঙ্গৈবনি। বাফম অসিদা রসশাস্ত্রগী মতুংইন্না ব্যাখ্যা তোগদবনি, মাদুদি,— নায়ককা নায়িকাগা অনিপী অহানবা মুংশিনবা হৌববু রাগ কৌই। রাগ অদু মখন অহুম থোকই, মাদুদি,— অহানবদা চক্ষুরাগ— মীৎকী রাগনি, অনিসুবনা চিত্তা-সঙ্গ-রাগ—পুকনিংগা পুকনিংগা তিন্নখিবা, মথংদা সঙ্কল্প-রাগ—পুকনিংদা—মাবু ফংগে হাঙ্গৈনা নিংবা, খনবনা অহুমসুবা রাগনি। অসিগুম্বা রাগনা মথং মথং অসুম হেনগৎলক্লবদা লোইবা নাইদ্রবদি, হাঙ্গৈবদি মুংসিবা অদু মাসিদা লোইরে, হাঙ্গৈবা ঙমখৈ লৈত্রবদি রাগবু অনুরাগ কৌই। অদুগুম্বা

- ব্যাখ্যা— অনুরাগদি মহাভাববতী ওইবী ইবেমাসীংদা লৈ। তৌইগুম্বনু গোপীতদা ওইবা মহাভাব অদুগী খমথেংবা মশকতি গোপী অ'ভদা লৈতে, সুপ্নগী শ্রীমতী ইবেমা রাধাতদা ওই। মরম অসিনা শ্রীমতীতদা মহাভাবকী খমথেংবা লৈবনা ইবেমাদদি অনুরাগসু খমথেংবা লৈ, হাঙৈবগী অসম্বা অর্থদি— শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনিদা লৈবা অনুরাগদি— শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণবু অমসু শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধাবু মুংশিবা অসি ইতৎতক্তনা মথং মথং অসুম ক্ষণ ক্ষণ খুদিংগী হেনগৎখিবা অসিনা হেনগৎপগী ওমথৈ অরোইবা লৈতে। অদু ওই-রগদি ইবেমাগা ইবুঙোগা অনিগী ব্যবহার অদু করম করম তৌনৈ, হাঙৈবদি শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনিগী মুংশিনবা অসি অসুম অসুম হেনগৎখবনা লোইবা লৈত্তে, হাঙৈবসি করম্না খংবগে? হাঙৈবদি— মাদুগী করি খুদম লৈবগে? ইবেমা ইবুঙো অনিগী মুংশিনবা মনুংশি অদুগী খুদম করিনো? সাধকনা করম্বা ইঙ্গিতনা ওইবগসু খংগদগে? শ্রীরাধাকৃষ্ণগী মুংশিনবদি ইতৎতক্তনা হেনগৎলি, লোইবা নাইদে, হাঙৈবাসিনা মলোইববরা? মাসি ঐখোইনা— হংফম থোকপনি। শ্রীমন্মহাপ্রভুগী দাক্ষিণ ভ্রমণদা গোদাবরী তুরেন মপান্দা নাসিকতা—রামায়ণদা ফাউরিবা সুর্পনখাগী শ্রীরামনা মনাতোন ককযমদা প্রভুগা রায় রামানন্দগা অনিগী সম্বাদদা শ্রীরাধাগী অনুরাগনা ক্ষণ ক্ষণ খুদিংগী হেনগৎপনা শ্রীরাধাকৃষ্ণদা প্রেমগী অনুভাবপু রায়গী মচিন্দগী প্রভুনা তাখি। প্রভুগা রায়গা ঙাংনবা অদুদি গুরুশিষ্যগী সম্বাদ নত্তে, নন্দনমিশ্রগা স্বামি সঙ্করগা অনিগী সম্বাদগুম্বা নত্তে, রসিক অমগা রসিক অমগা রসগী চর্চ্চানি। তাইবংপানবা মপু স্বযং ভগবান্না ভক্তবেষ ধারণ তৌদুনা— ইবুঙো মহাককী প্রেম পরাকাষ্ঠাবু জীব পুম্বদা খাঙৈজা খাঙৈবুং নাইদনা পীগে হাঙৈদুনা তীর্থ ভ্রমণ তৌবনি; হাঙৈনা পাউথোং সিন্দুনা গোদাবরী তুরেন তান্না লেংলকপনি। ভারতকী ইতিহাসদা প্রসিদ্ধ ওইবা সম্রাট কনিষ্ঠগী হাকথক্তা মিতিঙু নোংদা লাইরেন পাখংবনা মণিপুব সনা লৈময়োনদা— অহিং মা ওইনা, মুংথিন লাই ওইদুনা— লাইস্না পান্নবা যুগকী অহানবা শতাব্দীগী মথকথংবা তম্খাইদা বৌদ্ধ মহাযান পন্থীসীংদগী থোকখিবা দিব্য-প্রেমদা ভক্ত আলোয়ারসীংনা শ্রীরাধাকৃষ্ণদা পানখিবা দিব্যপ্রেমতক্তনা মথং

—ব্যাখ্যা— মথং লাকতুনা চহি লীশিং অমা হেল্লক্লবদা রায় রামানন্দগী মচিন্দগী প্রভুনা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী প্রেমতত্ত্ব অদু তাখি। প্রভুনা রায়গী মচিন-দগী তারগা মতাং অদু য়োৗরকপদা প্রভুনা রায়গী মচিন্দা খুৎনা খুমলহুনা প্রেমাবেশ ওইহুনা "রায়! ওকলে, ওকলে" হাঙ্গৈহুনা খামখি, মাহুনি শ্রীরাধা কৃষ্ণগী প্রেমতত্ত্বদি।

তাইবং মীওইবনা পোক্লগা ফংগে হাঙ্গৈহুনা তাক্লিবা "সাধ্য" অসি— কন্নিনা মহেল্লখগে হাঙ্গৈনা বিচার তৌবনা প্রভুগা রায়গা মপু-মনাইগী উদ্দেশ্যনি। বেদগী কর্ম্মকাণ্ডদগী হৌহুনা রায়না খুমই. প্রভুনা মথং মথং হংলকই। পুম্নমককী অয়োম্লইবদা রায়না খুমই,— মীওইনা পোকপনা ফংগে হাঙ্গৈহুনা তাদনা সাধ্য পুম্নমককী মনুংদা গোপীপ্রেমনা পুমহেন হেল্লি, হাঙ্গৈনা রায়না খুমই। প্রভুনা গোপীপ্রেমগী মনুংদা কনানা হেনবগে? হংই। প্রভুগী য়াথং মতুংইন্না রায়না মথং মথং খুমই। শতকোটি গোপী পুম্বদগী গোপী লীশিং তরাতরুক চামা নপাননা হেনলি; মাতুদগী চামা নিপাননা হেনলি; মাহু-দগী অমোক নিপাননা হেনলি। নিপান অদুগী মনুংদা গোপী অনিনা— হেনলি, মাহুদি— শ্রীরাধা অমসু চন্দ্রাবলী অনি অসিনি, খুমই। প্রভুনা অমোক হংই,— অনি অদুদা কনানা হেনলি? রায়না খুমই,— শ্রীরাধানা হেনলি। অসি হাঙ্গৈহুনা শ্রীরাধাপ্রেমনা হেনবগী মরম পুম্বা রায়না খুমই মাহু তারগা প্রভুনা খুমই,— মনুংচনবা অমা লৈরিবরা হাঙ্গৈয়ু। রায়না— খুমই,— মাসিদগী মনুংচনবা অমা লৈবদি ঐগী বুদ্ধিনা লাম্বা ফংদরে, ঙসাই নী মশৈ ঐনা পুম্বা অসি ইবুঙো! নহাকনা খুম্বা ঙাক্তনি। ঐনা যন্ত্রনি ইবুঙোনা যন্ত্র খোংবনি, ইবুঙোনা হাঙ্গৈহনবতা ঐনা হাঙ্গৈবনি। ইবুঙোনা শ্রীরাধাগী প্রেমগী খন্নখেংবা তারগা মাসিগীসু মনুংচনবা অমা করি লৈবগে? হাঙ্গৈনা হংবদা ঐনা লেংবা ঈশৈ অমা নিংসিংই। মাহু ইবুঙোনা মাহুনি, হাঙ্গৈয়ু তাগে, হাঙ্গৈহুনা ঐঙোন্দা ঈশৈ অদু নিংশিংহনবা ওইরিগদ্রা, হাঙ্গৈনা নিংই, ঐদি মাহুনি হাঙ্গৈবা ঙমদে, মরমদি—মাহু ফাউবা ঐগী বুদ্ধিনা চংবা ঙমদে, ঐনা খংবা হাঙ্গৈবমক্তবু ইবুঙোনা খংহনবতা ঐনা খুম্নকই, ঐনা ঐগী ঈশৈ অদু নিংসিংই, মাসি ওইরমগদ্রা? অসিতা নিংই। অদুনদি ঈশৈ অদু

—ব্যাখ্যা— ঐ ছকচগে, চুম্বরা তাকপিয়ু। প্রভুনা তাগে ছকউ হাঈরে, রায়না ঈশৈ অত্থ ছকলকই,— "পহিলাহ রাগ নয়ন ভঙ্গ ভেল। অনু-দিন বাঢ়ল অবধি না গল॥ না সো রমণ না হামু রমণী।" মতাং অসি য়ৌরকপদা—লীন জগেই সাবনা তুম্বা খোংবা তারগা লিম্না মকোক থাঙৎপা-গুমনা প্রভুনা ওক থাঙ্ৎভুনা লেংশিল্লক্লগা রায়গী চিনদা প্রভুগী খুবাকনা মেল্লগা ওকলে, ওকলে, হাঈদুনা থামখি। মাসনি শ্রীরাধাকৃষ্ণগী প্রেমগী মশকতি। অসিগুম্বা প্রভুগা রাযগা মপু মনাইগী সম্বাদ অসিদগী ঐখোই-না চিংনবা লৈতনা খংলে, মাত্থদি— রামানন্দ রায়মক্তস্থ মাগী বুদ্ধিনা লাম্বা ফংখিদ্রবা, প্রভুনস্থ মথা হাঈথরম্নু হাঈদুনা থিংখরবা অতুদা ঐখোইগুম্বা তিলনা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী তত্ত্ববু মাসিনি, হাঈনা খংবা হৌনদে। অতুমনদি— ওইরগা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুনা মাঙোন্দা, মানা চহি মওাতা ভাইরিঙৈদনা কবিত্ব সঞ্চার তৌরমলবা, কবি কর্ণপুর পাদনা অসিগুম্বা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী প্রেম তত্ত্ব অসিবু ব্যাখ্যা তৌবই। মাত্থদগী ঐখোইস্থ হাঈবপুংদি মাইকৈগী মথৈতা ওইনা ঐখোইস্থ খংবা ঙমই, মাত্থদি,—

ইবেমানা হাঈ,— "পহিলহি রাগ নযন ভঙ্গ ভেল।"— অহানবদা মীংনা উখি, মাত্থদগী পূর্ব্ববাগ— অহানবা রাগ পোকখি। "অনুদিন বাঢ়ল অবধি না গেল॥"—রাগ অতুনা নোংমা নোংমগী মস্থম হেনগংখি, ক্ষণ ক্ষণ খুদিংগী হেনগংলকপনা লোইবা নাইখদে। "না সো রমণ না হামু রমণী।" মহাকনা রমণনি, কৃষ্ণ অদো ঐগী চান্নবনি, হাঈবা ঐনা খংদে, ঐ অসি কৃষ্ণগী চান্নবীনি, হাঈবস্থ খংদে। মরমদি— "তুহু মন মনোভব পেশল জানি।"— রাধাকৃষ্ণ ঐখোই অনিগী পুকনিংবু কামদেবনা কুপহন্দুনা অমত্তা ওইনা পুল্লপ তিংশিনখ্রবনি। মাত্থদা "মধ্যত পাঁচবাণ"—কামদেবনা মাত্থদা সাক্ষী ওই। রাযগী ঈশৈগী অর্থদি মাসিনি। মাসিগী ভাবার্থদি শ্রীরাধা কৃষ্ণ অনিমকনা কাইনদনা অনিমক লৈমন্নরিঙৈদদি ঐখোই অনি তোঙানবনি হাঈবা খংদে, হাঈবদি— 'নং ঐ' হাঈবা অসি খংদে। বিরহগী মতমদা শ্রীরাধাকৃষ্ণ উনদ্রবা মতমদদি ঐগী কৃষ্ণনা চান্নবনি, হাঈবা শ্রীরাধানা খংই, মাতম্না শ্রীকৃষ্ণস্থ রাধানা ঐগী চান্নবীনি, হাঈবা খংই। মাস্থম্না খংনবা মতমদা

**শ্রীর্যৎপদাম্বুজরজশ্চকমে তুলস্যা লব্ধ্বাঽপি বক্ষসি পদং কিল ভৃত্যজুষ্টম ।**
**যস্যাঃ স্ববীক্ষণকৃতেঽন্যসুরপ্রয়াসস্তদ্বদ্বয়ং চ তব পাদরজঃ প্রপন্নাঃ ॥৩৭॥**

---

যস্যাঃ ( লক্ষ্মী মহাককী ) স্ববীক্ষণ কৃতে ( লক্ষ্মীনা চানবিদুনা অমোক্তা এংবিনবগী দমক ) অন্য সুর প্রয়াসঃ ( অতোপ্পা ব্রহ্মানাচিংবা লাইসীংনা তপ ( তপস্যা ) নাচিংবা তৌদুনা কন্না হোৎনরিবনি ) সা শ্রীঃ ( অদুগুম্বী লক্ষ্মীনা ) বক্ষসি ( ইবুঙো নহাককী থবাক্তা ) পদম্ ( লৈফম ওইববু ) লব্ধ্বা অপি—( ফংদুনসু ) ভৃত্য জুষ্টম্ ( ননাই মযামনা থৌগন তৌদুনা লৈবা মফম ওইবা ) পদাম্বুজ রজঃ ( নখোঙ থংালগী উফুলবু ) তুলস্য ( তুলসীগা লোন্নবী ওই-দুনা ) চকমে ( পামখি ) ।৬৭।

---

লক্ষ্মীনা ঐবু চানবীদুনা অমোক্তা এংবিসনু হাঙ্গদুনা ব্রহ্মানাচিংবা—লাইসীংনা মাতবু তান্নরিবী অদুগুম্বী লক্ষ্মীনা, ইবুঙো নংগী ননাই ময়ামনা থৌগন তৌদুনা অহাংবা লৈত্রবা, নহাক্কী নখোঙ থম্বালগী উফুলবু পাম্বমক্তনা

---

—ব্যাখ্যা— শ্রীরাধাদা শ্রীকৃষ্ণদাসু উন্মাদ-সঞ্চারি-ভাবতা শ্রীকৃষ্ণসু শ্রীরাধাসু অনিমক ৱাম্হৈ। শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধাগা কাইনরবা মতমদা ৱানথবা অদু—শ্রীভাগবত একাদশ স্কন্ধদা, প্রথম অধ্যাযদা, শ্রীমতীনা বিবাহগী মতমদা ৱানথববু শ্রীভাগবত দশম স্কন্ধদা বর্ণন তৌই। মাসুম তৌদুনা শ্রীরাধা-কৃষ্ণগী বিরহগী মতমদা শ্রীকৃষ্ণনা ইবেমাগী নাক্তা ইতৎতত্তনা লেংলকতুনা ইবেমা ইবুঙো অানগকনা আলিঙ্গন তৌনৈ, মাদুগ্ম দশম স্কন্ধদা উদ্ধবসম্বাদদা বর্ণন তৌরি। শ্রীকৃষ্ণনা বনদা গোচারন তৌখরিঙৈদা ইবেমানা গৃহদা লৈ-বদা শ্রীকৃষ্ণনা ইবেমাগী নাক্তা লেংলকতুনা উনববু মথক্তা বর্ণন তৌখরবা অদুনি। মাদুগী মরমদি রসশাস্ত্রনা হাঙ্গ, মাদুদি,— প্রেমগী মুমিৎ কোটি অমাগুম্না ঙানব। অমসু থা কোটি অমাগুম্না মেংবা মরম্না বিরহগী মতমদা য়ামনা কন্না চাক্লবদা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা ঐখোই অ ননি, হাঙ্গবা উই। ইবেমা ইবুঙো অনিমক তিন্ননা লৈমিন্নরিঙৈদদি চন্দ্র কোটিদগী হেন্না শীতল ওইবনা অমৃতগী ময়াইনা ইবেমা ইবুঙো অনিমক তোঙান তোঙানবনি, হাঙ্গবা—থংদে অসুম্না বাখ্যা তৌই। মরম অসিনা তন্ত্রশাস্ত্রনা শ্রীকৃষ্ণবু— "রবি কোটি প্রতিকাশঃ চন্দ্রকোটি সুশীতলঃ।" হাঙ্গনা স্তুতি তৌই ৩৬।

হাকমনখিহ্না নখোঙ খুয়াগী উফুলদা তুলসীগা লোন্নবী ওইহ্না লৈমিন্ন-নিংখিবনি ।৩৭। *

* ব্যাখ্যা— মাস্থম তৌহ্না ইবুঙো নংতনা ঐখোইবু ননাইস্থপী চান্নবী ওইহনবনি। তোইগুম্বস্থ ঐখোইনা পামজবদি—ইবুঙো নংগী নখোঙ থম্বাল-তবু সেবা তৌবা পামই। মাহুগী মরমদা গোপীসীংনা খৃদম উৎতুনা "শ্রীর্যৎ" না হৌবা পদ্য অসিনা হাঙ্গৈরি। মাহুদি— লক্ষ্মীনা শ্রীনারায়ণগী মখোঙ থম্বালগী উফুলতবু পামই. মাহুগুমনা নারায়ণগা চপ মান্নবা ইবুঙো নংগী নখোঙ থম্বালগী উফুলতবু ঐখোইনা পামই, মাহুদি নংগী নামকরণ তৌবদা গর্গনা নহাকপু নারায়ণগা চপ মান্নে, অস্থম্না হাঙ্গৈরমই, অহুনা গোপী ঐ-খোইস্থ লক্ষ্মীগা মান্নবীনি। লক্ষ্মীনা ইবুঙো নহাককী অথোইবা মফম—থবাক্তা লৈবা ফংলবা মক্তদা মহাক্কা লোন্নবী তুলসীগী মফম, ননাইনিপা মযাম্না সেবা তৌহ্না লৈবা নংগী শ্রীচরণগী উফুলতবু পামই। চান্নবীগী—ভাবনা তৌগদবা ইকাইববু হুন্দোকতুনা মানা অতোনবা ওইবগী ইকাইবা থাদোকতুনা ইবুঙো নংগী খুয়াতবু লক্ষ্মীনা পামখি। মাহুম তৌহ্না লক্ষ্মীনা প্রেয়সীভাব থাদোকতুনা দাসীভাবপু পাম্বা অহুগুমনা গোপী ঐখোইস্থ ননাই রক্তপত্রকনাচিংবগা লোইননা ইকাইবা থাদোকতুনা ইবুঙো নংগী নখোঙ—থম্বালতবু সম্বাহন তৌহ্না সেবা তৌজগে। মাহুদি বৃন্দাবনগী পুলিন্দীসীংনা ইবুঙো নংগী শ্রীচরণদা পক্লকপা, নাপি মতোন্দ্রা লৈহৌবা কুঙ্কুম চন্দনবু—মাখোইগী লাইপক্তা তৈবা অহুগুম্না ঐখোইনা অতোনবা ওইহ্না নহাককী শ্রীচরণগী সম্বাহন তৌনিংই। শ্রীমন্নারায়ণনা পেনবিহ্না অতৎপা লৈতনা লৈননবগী দমক মথবাক্তা লক্ষ্মীবু লৈহল্লি। ইবুঙো নংদি রসিকশেখর ওই-হুনস্থ নখোঙ খুয়াখাদা ওহাক্তংতস্থ লৈহনবিদে, মাসিদি ঐখোইগী লাইপক থীবনি, মাসিনা ধ্বন্যর্থনি। নমিংচৎপা পান্নবদি গর্গনা হাঙ্গৈবনা প্রমাণ ওই-নাহ্না ইবুঙো নংনা শ্রীনারায়ণগা মান্ননিংলবদি ঐখোইবু নথবাক্তা হাপতুনা পুবিয়ু, অস্থম্বা ভাবকী অথুপ্পা য়ামনা স্থক্লবা ধ্বন্যর্থনি। মাহুদা মাসিমাস্থ হাঙ্গৈরক্কদবা ওইনা গোপীসীংনা খল্লুরে মাহুদি— লক্ষ্মাদি চঞ্চলা ওইবীনি, নখোইস্থ লক্ষ্মাগুমনা পুণ্যচেনবাসীংগী মযুম খুদিংদা চঞ্চলা ওইবীগী মতৌ

**তন্নঃ প্রসীদ বৃজিনার্দন তেঽঙ্ঘ্রিমূলং প্রাপ্তা বিসৃজ্য বসতীস্ত্বদুপাসনাশাঃ।**
**ত্বৎসুন্দরস্মিতনিরীক্ষণ তীব্রকামতপ্তাত্মনাং পুরুষভূষণ দেহি দাস্যম্ ।৩৮॥**

---

বৃজিনার্দ্দন ( হে পাপ মাংহনবা ! ) পুরুষ ভূষণ ( হে নিপা পুম্বগী লৈতেং ওইবা ! ) যৎ ( মরম অদুদগীনি ) ত্বদুপাসনাশাঃ ( ইবুঙো নহাক্কুগী সেবা—তৌজনিংবী ঐখোইনা ) বসতীঃ ( য়ুমনাচিংববু ) বিসৃজ্য ( হুন্দোকতুনা ) তে ( নহাককী ) অঙ্ঘ্রমূলম্ ( নখোঙ খুযা খাদা ) প্রাপ্তাঃ ( চংজবরকবীনি ) ত্বৎ—সুন্দর-স্মিত নিরীক্ষণ তীব্রকামতপ্তাত্মনাম্ ( ইবুঙো নহাককী ফজবা মীনোক অমসু মীৎএংনা পোকহনবা, থাংবা ওমফদবা অপাম সুংাশনা মৈ ওইদুনা পুকনিং চাক্লবী ) নঃ ( ঐখোহগী মড়াদা ) প্রসাদ ( থৌজানবিয়ু ) দাস্য—( ননাই ওইববু ) দেহি ( পীনবিয়ু ) ।৩৮।

হে ইবুঙো পাপ কোকপীহৈবা ! হে নিপা ওইবগী লৈতেং ওইবা ! ইবুঙো নহাক্কুবু প্রেমসেবা তৌজনিংদুনা ইয়ুম ইকৈনাচিংববু থাদোকতুনা—ইবুঙো নহাককী খুযাখাদা চ জবরকবীনি, ইবুঙো নহাককী নিংথিজববা মীনোক, নিংথিজবা মীৎএংনা ওইহনবা প্রেমনা চাক্লবী ঐখোইবু চানবিয়ু, ইবুঙো ! নহাককী ননাই ওইবা পীনবিয়ু ।৩৮। *

—ব্যাখ্যা-- ওইদুনা লৈরু চৎলু, অসুমনা নর্ম্ম— ফাগী তৌরকদবা ওইনা "শ্রীর্ধং" অসুমনা হায়ী, মাহুদি— লক্ষ্মীদি করিসু চঞ্চলা ওইদে, লক্ষ্মীনা বাৎসল্যরসগী মশক ওইনা কৃপা তৌদুনা এংবিবনি। অদুবু মচাগা মান্নবা ব্রহ্মানাচিংবনা মাখোইদা মচা ওইনা এংবিরকবা হোৎনবনি। অদুবু লক্ষ্মী-নদি ব্রহ্মা, সুরেন্দ্রনাচিংববু এংবিদে, তৌইগুম্বসু লক্ষ্মীগী শক্তি রুনাগুম্বীনা ব্রহ্মা, সুরারেন্দ্রনাচিংবদা মা মানা পান্থা পীবনি, সম্পত্তি পীবনি। ৭।

* আলোচ্য শ্লোক অসিদা হায়রিবা ভাবাত,— ইবুঙো! নহাকপু গর্গ-মুনিনা ব্রজবাসী পুম্বাবু তাহন্দুনা নন্দনিংথৌদা হায়রমই — হে নন্দনিংথৌ! অংগী মচা অসি শ্রীনারায়ণগা চপ মান্নবনি, হায়না তাকলমদুনা ঐখোইনা খংই। শ্রীনারায়ণগী মনাই ভক্তনা গৃহ, কুটুম্ব পুম্বা হুন্দোকতুনা শ্রীনারায়ণবু ভজন তৌই। মাদুগুম্না গোপী ঐখোইসু ইয়ুম-ইকৈ লন-থুম, ইপুরোইবা,

—ব্যাখ্যা— ইচানাচিংবা হন্দোকতুনা ইবুঙো নংগী খুয়াখাগী ননাই ওইহুনা শ্রীচরণগী সেবা তৌজগে, হাঙ্গৈহুনা লাকচরিবনি ; ঐখোইবু থৌজানবিয়ু। রাফম অসিদা শ্রীকৃষ্ণনা খুম্লকদবা রাফম অমা লৈরি, মাহুদি,— হে গোপীসা! নখোইদি ঐগী থৌজান ফংবা য়াখিরোই, মরমদি— নখোইগী পূর্ব্বজন্মদা— তৌরকপা কর্ম্মগী মহৈনা দুঃখাদৃষ্ট—ৱাখিগদবা নোংদম্বনা পীবা মহৈ লৈরি হাঙ্গৈবদি— কোক্তরি। অহুনা ঐনা করিদোগনি, নখোইনা তৌজরকপা কর্ম্মগী ফলনি, ঐনা তৌবা নত্তে, শ্রীনারায়ণনা মাবু নিংজবা মনাইসীংদা চপ মান্ননা থৌজান তৌবা নত্তে, মী মী অহুনা তৌজবা পাপ, পুণ্যগী মতুং ইন্না থৌজান তৌবনি, অসি হাঙ্গৈগদবদা গোপীসীংনা— "হে বৃজিনার্দ্দন!" অসি হাঙ্গৈহুনা কৌরিবনি, মাহুদি পাপ পুন্না কোকহনবা। হাঙ্গৈবনি। মাহুগী ভাবতি অসিনি,— ঐখোইনা পূর্ব্বজন্ম ময়ামদা তৌখিবা পাপকী মহৈ ময়াম ঐখোইদা লৈরিবনি, মাহুবু ইবুঙো নংনা কোকহনবিয়ু। শ্রীনারায়ণনা— মখোঙ থম্বালতবু ভজন তৌজবা মনাইসীংগী পাপ পুন্না কোকহনবি। অহুনা ঐখোইগী পূর্ব্বজন্মগী পাপ পুন্না কোকহনবিয়ু, মাহুগী দমক্তা নখোঙ খুয়াদা ননাই ওইনিংহুনা, ইয়ুম ইকৈ, বন্ধুসীংবু থাদোকতুনা চংজরবীনি। অস্নুমনা ইবেমাসীংনা হাঙ্গৈরিবা রাফম অসিদা শ্রীকৃষ্ণনা হাঙ্গৈরকদবা য়ামনা থুপখরবা যোগীন্দ্র, মুনীন্দ্রসীংনা খংবা ঙমদবা রাফম অমা লৈরি, মাহুদি,—হে গোপীসা! ঐগী ইনাই ভক্তসীংনা ঐবু পামজবা মক্তনা ময়ুম মকৈ. মতু মচা, মরন— মথুমনাচিংবা— থাদোকতুনা ঐগী চরণদা ভক্তি তোরবদি কৃষ্ণ ঐঙোন্দগী নুঙাইবা ফংই। সোইদনা ফংগদবা অহুবু অমোক ফংগে হাঙ্গৈহুনা অমোক নিবগী কান্নবা লৈত্তে। অহুগা গোপী নখোইনা ঐগী ইনাই ওইজগে হাঙ্গৈনা নিরিবসি করিগীনো? অস্নুমনা হাঙ্গৈরকদবদা ইবেমাসীংনা হাঙ্গৈরি, মাহুদি— ইবুঙো! নংগী শ্রীচরণতবু নিংহুনা গৃহ কুটুম্বনাচিংববু থাদোক্লবদি ইবুঙো! নঙোন্দগী নুঙাইবা ফংই, মাসি য়ামনা নিংথিনা থংই। মাচবু কিহুনা নংগী নখোঙ থম্বালবু ইবুঙোগী শ্রীঅঙ্গগা শোক্লহুনা নংবু সেবা তৌরুবদি সোইদনা ঐখোইদস্নু ইবুঙো নঙোন্দগী ওইরকপা নুঙাইবা অহু ঐখোইনা ফংগনি। অহুবু ঐখোইনা মাহু ফংজনিংদে। মরম অহুনা ঐখোইনা ইবুঙোবু পাদ-

—ব্যাখ্যা— সম্বাহননাচিংবা তৌদুনা ননাই ওইনা সেবা তৌবদা ইবুঙোতনা ইঙাইবা পামজে। অদুগা ঐখোইনা নংবু শোক্লবনাচিংবদগী ঐখোইদা ওইরকপা মুঙাইবা অদুদ ঐখোইদি পামজদে। মরম অদুনা ঐখোইনা হাঙ্গজরি,— "পুরুষ-ভূষণ। দেহি দাস্যম্।"— পুরুষ—নিপাগী মূর্ত্তি ওইবা, ভূষণ—লৈতেং। হাঙ্গবগী অর্থদি— গৌরাঙ্গী ওইবী গোপী ঐখোইগী ইন্দ্র-নীলমণিদগী হেন্না ফজবা মণিগী লৈতেং ওইবা, হাঙ্গবদি গোপী ঐখোইগী নাপ্পদা লৈরগা থরো অসংবগুম, মীৎতনা কাজল তৈবগুম, ইথবাক্তা লৈর-গনা ইন্দ্রনীলমণি পরেংগুম, গোপী ঐখোইগী ইশাগা শোক্লনা লৈবা লৈতেং ওইবিয়ু। ভাবার্থ অসিদা "পুরুষ ভূষণ।" হাঙ্গনা শ্রীকৃষ্ণবু কৌরিবনি। -'দেহি দাস্যম্"— ইবুঙোগী ননাই ওইবা পীনবিয়ু। ত্বদুপাসনাশাঃ— ঐ খোইদি ইবুঙো নহাক্তবু উপাসনা তৌজনিংই। হাঙ্গবদি— ইবুঙো নংগী শ্রীঅঙ্গগা শোক্লবা, ঐখোইনা উপাসনা তৌবদা মুঙাইবনাচিংবা ফংবা অদু পামজদে, পীবিগনু। ঐখোইনা পামজবদি— ঐখোইনা ইবুঙোবু উপাসনা তৌবদা ইবুঙোনা মুঙাইবা অদুতা ঐখোইনা পামই, মাদুদা ঐখোইনু— মুঙাইবদি পামদে। অদুনা নঙোন্দা "দেহি দাস্যং"—ননাইতা ওইজগে হাঙ্গনা নঙোন্দা প্রার্থনা তৌজরিবনি। হাঙ্গরিবা রাফম অসিগী অর্থদি মাসিনি,— উপাসনা তৌদুনা ঐখোইনা ইবুঙোতবু মুঙাইজহনগে, হাঙ্গনা ঐখোইনা নিংজরবনু ইবুঙোগী শ্রীমুখবু দর্শন ফংজবদা করিগুম্বা ঐখোইনু থংহৌদনা হেক মুঙাইবা য়াওরকপা থোক্লবনু করিনু দোষ লৈতে। অদু ওইরকলবদি ঐখোইনা হাঙ্গজখরে, মাদুদি,— "হৃচ্ছয়াগ্নিং সিঞ্চ"— ঐখোইগী থমোই মনুংদা হৌরকলবা কামগী মৈ অদু মুথৎপিয়ু, মৈ অদুনা ঐখোইবু চাকলিবা অদুনু নংনা চাকহনবনি। মাদুদি,— "ত্বৎসুন্দর স্মিত-নীরিক্ষণ-তীব্রকাম-তপ্তাত্মনাম্।"— ইবুঙো। নংগী ফজবা মীনোক, মীৎএংনা মরম ওইদুনা ঐখোইগী থমোইদা কামগী মৈনা হৌগৎলকতুনা গোপী ঐখোইবু চাক্লিবনি। অদুনা ঐখোইদা চাক্লিবা মৈ অসিদ ইবুঙোনা থাবা মৈনি, অদুনা নংনা মুথৎপিয়ু। অদুগা ঐখোইদা "দেহি দাস্যং"—ইবুঙোগী ননাই ওইবা পীন-বিয়ু, হাঙ্গবদি— ইবুঙোগী পত্নী ওইবা পীনাবগনু। ব্যাখ্যা অসি শ্রীমদ্—

বীক্ষ্যালকাবৃতমুখং তব কুণ্ডলশ্রীর্গণ্ডস্থলাধরাসুধং হসিতাবলোকম্।
দত্তাভয়ং চ ভুজদণ্ডযুগং বিলোক্য বক্ষঃ শ্রীয়ৈকরমণং চ ভবাম দাস্যঃ।৩৯

তব ( ইবুঙো নহাক্কী ) অলকৈঃ ( সমজোই ময়াম্না ) আবৃতম্ ( কোঙ্গ-সিনবা ) মুখম্ ( মাইথোংবু ) কুণ্ডলশ্রীগণ্ডস্থলাধরসুধম্ ( কুণ্ডল নাইন অনিনা মমি তাড়ুনা ফজরবা চাইরুং অনি, চিনবান অমৃত লৈববু ) হসিতাবলোকম্ ( ফজবা মীনোকক্কা লোইনবা মীৎএংবু ) বীক্ষ্য ( উডুনা ) দত্তাভয়ং ( ননাই-সীংদা কিহন্দবা ) ভুজদণ্ডযুগম্ ( পাম্বোম অনিবু ) শ্রিয়ৈকরমণম্ ( লক্ষ্মীগী সান্নফম ওইবা ) বক্ষঃ ( থবাকপুসু ) বিলোক্য ( উডুনা ) দাস্যঃ ভবাম— ( ঐখোই পুম্বা ননাই ওইজগে ) ৩৯।

ইবুঙো নহাককী সমজোই ময়ামন্না কোঙ্গবা মাইথোংবু নাদা য়্যনবা কুণ্ডল নাইন অনিগী মমি তাডুনা ফজরবা চাইরুং অনিবু, অমৃত পুবা—চিনবানবু, মীনোক নিংথিজবগা লোইননা এংবা মীৎএংবু, ননাই পুন্নমকতা কিহন্দবা পীবা পাম্বোন অনিবু, অমসু লক্ষ্মীগী সান্নফম ওইবা থবাকপু—

—ব্যাখ্যা— বল্লভাচার্যগী মততসু মাসিনি। অডুনদি রাফম অসিনা খংহল্লে, মাডুদি গোপীসীংনা হাঙ্গৈরি, মাডুদি — ঐখোইদি ননাই ওইজবতা পামই, ইবুঙোগা লোইননা সান্নমিন্নবাবু পাম্বা নত্তে। মরম অসিনা মীরম্বেনগী—চৎনবিদা "লোগুণ থাংদরি বিবাহ য়াদরি" হাঙ্গৈডুনা মতম ডাইবগী কান্নবসু লৈতে। অডুনা ঐখোইসু কন্যা ওইরি, নত্রগা নখোইদি নিপা অমগা পান্ন-ডুনা লৈবনি, হাঙ্গৈবগী মপানগী চৎনবীদা কাইবসু লৈতে। মরমদি— কন্যা ওইরিবা অমসু ময়ুমপানবী অসুমনা মখন অনিমকনা ইবুঙোগী ননাই ওই-বদি য়াই, হাঙ্গৈবনি। মাসিগী চানবা রাফম অসি বৈষ্ণবতোষণীদা শ্রীসনাতন গোস্বামি চরণনাসু হাঙ্গৈ, মাডুদি,— গোপীসীং অসিগী মরক্তা কনাগুমবী—বিবাহ তৌখরবানা শ্রীকৃষ্ণবু উপপতিনি, হাঙ্গৈনা ভজন তৌই, মাডুনা পরম সুখ ফংই। রাফম অসি শ্রীভাগবতামৃতনাচিংবা প্রসিদ্ধ ওইনা লৈ। মরম অডুনা গোপীসীংনা শ্রীকৃষ্ণদা প্রার্থনা তৌবদা "দাস্য" ওইনবা হাঙ্গৈডুনা প্রার্থনা তৌই।৩৮।

উত্থুনা গোপী ঐখোই পুন্নমকনা নহাক্কী ননাই ওইজগে ৷৩৯৷ *

* ব্যাখ্যা— বীক্ষ্যালকানা হোৱা আলোচ্য শ্লোক অসিনা হৌত্থুনা শ্লোক অহুম অসিদি মাইকৈ মরিদা লৈবিবী গোপীসীংগী মরিস্থুবা মাইকৈগী গোপীনা হাঙ্গৈবনি, অস্থুন্না খংনগনি। বীক্ষ্যালকানা হোৱা আলোচ্য শ্লোক্কী ভাবার্থদি অসিনি,— হে গোপীসা! নখোইনা ঐগী ইনাই ওই, হাঙ্গৈবাসিবু ঐনা নমল কয়া পিত্থুনা ঐনা লৈবগে? অমস্থু স্বয়ংদত্ত-দাসীনি— মমল তিংদনা ঐগী ইনাই ওইরবস্থু ঐখোই অসি ননাই ওইরবস্থু ঐখোইনা ননাইনি, ইবুঙো! নহাকনা ঐখোইবু ঐখোইগী ইমনদগী শরুক কোটি কোটি হেনবা, ঐখোইনা তাস্থু তাত্রিবা, উস্থু উত্রিবা মমল নাইত্রবা নহাক্কী মীনোক মীৎএংনা ঐখোইগী বয়ঃসন্ধিগী মতমদা হৌগৎলকপদা ইবুঙো নংনা ঐখোইবু ননাই ওইনা লৈখিবরবনি। অত্থুনা নংনা নংগী কুঞ্জমন্দিরদা পুসিন্দুনা নীলনিধি, পদ্মনিধি, জাম্বুনদ, মকর-যুগল, চিন্তামণি ( নিংলিমখৈ পীবা মণি ), ইংথ্রীসিংপা য়ুম্ফম মথক্তা মণিগী য়ুম্বী ময়াম য়ুংবা য়ুম, লক্ষ্মীগী সান্নফম ওইবা নীলমণিনা সাবা মন্দির ময়াম, অলকাপুরনি হাঙ্গৈসিন্নত্থুনা ইবুঙো নংগী সম্পত্তি ময়াম এংহন্দুনা লাইমরুস্থু ফংদ্রবা অমৃত ওাক্তা মুতিগী ঐখোইদা পিথকখরবনি, অস্থুম্বা ভাব অসি মন্থুংদা ফুমত্থুনা "বীক্ষ্যালকা" না হোৱা আলোচ্য শ্লোক অসি হাঙ্গৈরি। অমস্থু "বাক্ষ্যালকা" না হোৱা শ্লোক অহুম অসি শ্রীরাধা-বুথনা লৈবা গোপী কাংলুপনা অরোইবদা শ্রীমতীগী শ্রীমুখনা হাঙ্গৈবনি, অস্থুন্না পরম ভাগবত শ্রীভাগ্যচন্দ্র জয়সিংহ নিংথৌনা মহাক্কী ভজনদা ইবেমানা— তাকত্থুনা খংখি। অত্থুনা হুজিক ফাউবা মণিপুরীয় রাস—মহারাসদা ইবেমানা "বীক্ষ্যালকা" না হোৱা শ্লোক অসি পাঠ তৌরি। শ্লোক অসিদা "অলকা-বৃত-মুখং" পদ অসিবু গোস্বামি পাদনা মাস্থুমনা ব্যাখ্যা তৌই, মাহুদি,— অওাংবা ফিনা খোইরপ তৌনা কোকএৎ এৎলি, মাহুদা মনাইন্থুপীসীংনা ইবুঙোগী শমজোই পুম্বা শমচেৎনা কোকতোনলোমদা হুগৎত্থুনা থম্বদগী— লাইপককী এৎ ওইরোমদা শমজোইসীংনা খরা খরা খোই খোই তৌত্থুনা লিখোল্লকত্থুনা মাইথোংদা কোঙ্গৈসিনবা অত্থুবু উত্থুনা, হাঙ্গৈবদি—মনমন্থুংশিবা চন্দননাচিংবা তৈত্থুনা থৌগন তৌবদা সম্প্রয়োগ ভর-সময়দস্থু ফজবা শমজোইনা

কাস্ত্র্যঙ্গ তে কলপদায়তবেণুগীতসংমোহিতাঽর্যচরিতান্ন চলেত্রিলোক্যাম্ ।
ত্রৈলোক্যসৌভগমিদং চ নিরীক্ষ্য রূপং যদ্গোদ্বিজদ্রুমমৃগাঃ পুলকান্য-
বিভ্রন্ ॥৪০॥

---

হে গোপিকাসা ! নখোইদি ধর্ম্মপুম্বা থাদোকখরবীনি, অদুগা অমোকসু পতিব্রতা নারীজাতি পুম্ববুসু ফৎহন্দরিবা করিগীনো? মশানা ফত্রবদি—অতোপ্পবুসু ফৎহন্দে হাঙ্গৈবা পাওরো অদু তৌদুনা মুপী পুম্ববুসু ফংহল্লোই হাঙ্গৈরা? কৃষ্ণ ঐগী পোকপদগীনা লোইনরকপা খূদমগুম্বা সনাগী রেখা অমা নিথিজনা লৈ। মাদুবুসু নখোইনা উরগা পতিব্রতা শিরোমণি ওইবী লক্ষ্মীমকপুসু নখোইনা ওক্কবসীংদা থাজিন্দুনা ফৎহন্দরে, করিগীনো? নখোই অপরাধী ওইরে, অসুমনা শ্রীকৃষ্ণনা হাঙ্গৈরকদবদা গোপীসীংনা 'কাস্ত্র্যঙ্গতে' হাঙ্গৈবা আলোচ্য শ্লোক অসি থুমলি। ভাবতি— হে ইবুঙো ! গোপী ঐ-খোইন. কনাগুম্বী মুপী অমত্তবু ফৎহন্দবা তৌজদে। অদুমনদি ওইরগা—তাইবংপানবা, মবোল অহুম্মকতা লৈবা মুপীপুম্ববু ধর্ম্ম মাংহন্নবগীদমক ব্রহ্মানা ইবুঙো নংবু পোকহনবনে, অসিগুম্বা ভাব অসি নিংদুনা গোপীসীনা সাওনা শ্রীকৃষ্ণদা 'কাস্ত্র্যঙ্গতে' না হোৌবা শ্লোক অসি খুম্লিরনি।— অঙ্গ ( হে কৃষ্ণ ! ) তে ( নংগী ) কল পদাযত বেণুগীত-সম্মোহিতা ( মিরবা বেণুগী খোঞ্জেল্না মুম-হৎলবী ) স্ত্রী ( মুপী ) আর্যচরিতাৎ ( আর্যধর্ম্মদগী ) ন চলেৎ ( লেংলোইদবা ) ত্রিলোক্যাং ( লোক অহুম অসিদা ) কা ( কনা লৈবগে ? ) যৎ ( মরম অদু-দগী হাঙ্গৈবনি মাদুদি ) ত্রৈলোক্য-সৌভাগমিদঞ্চরূপং ( মরোল অহুম্মকপু লাই-পক ফহনবা অসিগুম্বা নংগী শক অসিবুসু— বেণু খোঞ্জেনবু নিরীক্ষ্য—

---

ইবুঙো ! নহাককী বেণুগী মিরবা ঈশৈ অসিবুসু তারগা নহাককী শক অসিবু উরগসু তাইবংপানবা মরোল অহুমদা পোকলিবা মুপী কনানা মা মাগী লীচৎ আর্যধর্ম্মবু থাদোক্লোইদবা করম্বা মুপী লৈবগে? ইবুঙো নহাক্কী মবোল অহুম্মকপু লাইপক ফবা ওইহনবা নহাককী শ্রীরূপ অসি উরগা—

---

—ব্যাখ্যা— কোঙ্গৈসিনবা মাইথোংবু মীৎ অনিনা আস্বাদন তৌদুনা মাধুর্যবু থল্লা থকতুনা ইবুঙোগী ননাইমুপী ওইজগে, অসি হাঙ্গৈবা ভাবনি।৩৯।

ব্যক্তং ভবান্‌ব্রজভয়ার্ত্তিহরোঽভিজাতো দেবো যথাঽদিপুরুষঃ
সুরলোকগোপ্তা।
তন্নো নিধেহি করপঙ্কজমার্ত্তবন্ধো তপ্তস্তনেষু চ শিরস্‌সু চ
কিঙ্করীণাম্‌ ॥৪১॥

( উরগা তারগাসু ) গো-দ্বিজ-দ্রুম মৃগাঃ ( ষণ, উচেক, উ, শজিনাচিংবা অচৎপা চত্তবা জীব পুম্বনা ) পুলকানি অবিভ্রন্‌ ( তু চূংই, হাঙৈবদি— অচৎপা জীবনা চৎপা ঙমদে, উ রানাচিংবা চত্তবাসীংনা লেংই—হাই হুমই ) অহুনদি সুপী ঐখোইতনা ধর্ম্ম থাদোকপা নত্তে, ব্রহ্মাগী সৃষ্টিদা পোকলিবা পুম্নমক অসি উ, ষা, চীঙ, তুরেন ফাউবা নংগী নশক উরগা, বেণুখোঞ্জেন তারগসু— মাখোইগী চত্তবা, লেংদবা ধর্ম্ম থাদোকতুনা লেংই। গোবর্দ্ধননাচিংবা চীঙ পুম্বা পেখোক্লকই, অচৎপা তুরেন, নুংশিং ফাউবা চেনবা, চৎপা ঙমদে। মাখোইগী চৎপা ধর্ম্ম থাদোকই, অহুনা গোপী ঐখোইনা ঐখোইগী ধর্ম্ম থাদোকপসে ঐখোইনা থাদোকপা নত্তে, নংগী শ্রীমূর্ত্তি অমসু বেণুগাননা— তৌহনবনি, ঐখোইগী দোষ নৈতে।৪০।

যথা ( মাহুম্না ) আদিপুরুষঃ দেবঃ ( পুম্নমককী অহানবা শ্রীনারায়ণনা ) সুরলোক গোপ্তা ( স্বর্গলোকপু ঙাকপা, তথা—মাহুগুম্না ) ভবান্‌ ( ইবুঙো ! নহাকনা ) ব্রজভয়ার্ত্তিহরঃ ( ব্রজলোককী অরাবা মা'হনবা ওই ) ব্যক্তং— ( লেপ্নমক ) অভিজাতঃ ( পোকপীবনি ) আর্ত্তবন্ধো ( ব্রজলোককী অরাবা কোকপিহুনা মরূপ ওইবিবা ইবুঙো ! ) তৎ ( মরম অহুদগী ) কিঙ্করীণাম্‌ নঃ ( ননাই ওইবী ঐখোইগী ) তপ্তস্তনেষু ( চাক্লবা থবাক্তা ) শিরস্‌সু চ ( কোক্তসু ) কর-পঙ্কজম্‌ ( নখুৎ থম্বালবু ) নিধেহি ( হাপ্পিয় ) ৪১।

---

অমসু বেণুগী খোঞ্জেন তারগা শা, ষণ, উচেকনাচিংবা অচৎপা জীব অমসু উ, রানাচিংবা চত্তবা জীব পুমবা তু চুংলিবাসিনি, হাঙৈবদি অচৎপনা মাগী চৎপা ধর্ম্ম থাদোকই, চত্তবনা মাগী চত্তবা লেংদবা ধর্ম্ম থাদোকই।৪০।

ইবুঙো! নংনা ব্রজগী অরাবাবু কোকহনগে, হাঙৈহুনা থাজৈশেংনা পোকপিরকনি, মাহুদি স্বর্গলোককী অরাবাবু আদিপুরুষ ওইনা শ্রীনারায়ণনা

শ্রীশুক উবাচ। ইতি বিক্লবিতং তাসাং শ্রুত্বা যোগের্শ্বরেশ্বরঃ।
প্রহস্য সদয়ং গোপীরাত্মারামোহপ্যরীরমৎ ॥৪২॥

শ্রীশুকঃ উবাচ ( শ্রীশুকদেবনা হাঙ্গৈখি ) যোগেশ্বরেশ্বরঃ ( যোগেশ্বর— ব্রহ্মানাচিংবগী ঈশ্বর ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা ) আত্মারামঃ অপি ( মহাক্কী মুঙাইবনা থন্দুনা লৈবা ওইদুনসু ) তাসাং ( গোপীসীংগী ) ইতি বিক্লবিতং ( অসিগুমবা মীথা পোনবগী অৱাবনা ঙাংবা ৱাবু ) শ্রুত্বা ( তারগা ) প্রহস্য ( নোকলদুনা) সদয়ং ( থৌজানগা লোইননা) অরীরমৎ ( গোপীসীংবু মুঙাইহনখি )।৪২।

---

কোকহনবাগুম্বনি, মরম অসিনা ননাই ওইবী গোপী ঐখোইগী চাক্লবা থবাক্তা কোক্তসু ইবুঙোগী নখুৎ থম্বাল অদু হাপ্পিয়ু।৪১।

শ্রীশুকদেবনা পরীক্ষিৎতা হাঙ্গৈখি,— ব্রহ্মানাচিংবা যোগেশ্বরসীংগী মপু ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা ইবুঙো মহাক্কী মহৌশানা মথন্তনা মুঙাইবনা থন্না লৈবা ওইদুনসু গোপীসীংগী হাঙ্গৈজবগী অৱাবা অদু উৱগা নোক্লদুনা গোপীসীংবু থৌজানগা লোইননা সান্নদুনা মুঙাইহনখি।৪২। *

---

* ব্যাখ্যা— ফংলরোই হাঙ্গৈবগী ৱাদুনা হাঙ্গৈজবগী অৱাবা অদু তারগা ইবুঙোনা নিংসম্বা অদু খংলে। গোপীসীংবু অমোক্তং হাঙ্গৈনা ইবুঙোনা নিংবা অদু থুংলদুনা নোকলে, মাদুদি,— ওস্তোকপনি! নখোইদি ভাববতী ঙাক্তনি, নখোইনা ঐগা উনবা মতমদা মুতিগী মিলনগী মতমদা মুমিৎচুপ্পা মসিং নাইদনা বাম্যভাব তৌই। ঐদি ঙসি নোংমক্তা অবহিত্থা ( মন্নুংদদি চান্ননা তৌবা নত্তনা ) তৌদুনা বাম্যভাব খজিক্তা তৌবনি। মাদুসু মন্নুংদদি দাক্ষিণ্যভাব ঙাক্তনি। অদুতনাসু মাসুপ য়ামনা ৱারদুনা ইকাইবা পুস্বা থাদোকলে— ঐবু নোকহল্লে। ঐনা ঙল্লেদো, সিংলবীনি নিংজবদো মাংলেদো, অসিনাচিংবা হাঙ্গৈরদুনা গোপীসীংবু মুঙাইহনখি। "গোগেশ্বরেশ্বরঃ" হাঙ্গৈবাগী তাৎপর্যদি,—ৱাস সান্নৱিবী গোপীসীং অসি "প্রমদা-শতকোটিভিৱাকুলিতঃ" অসুম্না ক্রমদাপিকানা হাঙ্গৈবদগী কোটি চামানি, মাদুদা শ্রীকৃষ্ণসু কোটি চামা থোকতুনা সান্নে। মাদুদা সৌভরীনাচিংবা যোগেশ্বরসীংনা মাখোইগী শকলোন ময়াম পুথোকই, মাদুদি পুথোকইবা মশকসাং অদু অমনা তৌবা অদু অতৈসু চপ মান্ননা তৌই। শ্রীকৃষ্ণনা পুথোকপা শকলোন অদুদি শকক তৌবা, বা

তাভিঃ সমেতাভিরুদারচেষ্টিতঃ প্রিয়েক্ষণোৎফুল্লমুখীভিরচ্যুতঃ।
উদারহাসদ্বিজকুন্দদীধিতির্ব্যরোচতৈনাঙ্ক ইবোড়ুভির্বৃতঃ ॥৪৩॥
উপগীয়মান উদ্গায়ন্বনিতাশতযূথপঃ।
মালাং বিভ্রদ্বৈজয়ন্তীং ব্যচরন্মণ্ডয়ন্বনম্ ॥৪৪॥

---

প্রিয়েক্ষণোৎফুল্লমুখীভিঃ ( চান্নথোইবা শ্রীকৃষ্ণনা থোঞ্জানগী মীৎএ়না— মাখোইদা এংবীবনা হরাওহুনা মাইথোং মকা ফল্লবী ) সমেতাভিঃ ( পুল্লপ তিন্নরবী ) তাভিঃ ( গোপীসীংনা ) বৃতঃ ( মাইকৈ নিপানমক্তা কোঙ্গসিল্লবা ) উদারহাস-দ্বিজকুন্দদীধিতিঃ ( গোপীসীংবু থোঞ্জান্দুনা কন্না নোকপনা মরম ওইহুনা য়া-পরেংনা কুন্দো অঙৌবাগুমনা ফজরবা ) উদারচেষ্টিতঃ ( গোপীসীং-গী পুকনিং থুংহনবা লীচৎ তৌবা ) অচ্যুতঃ ( শ্রীকৃষ্ণনা ) উড়ুভিঃ বৃতঃ— ( থবান্মচাক ময়ামনা কোঙ্গসিল্লবা ) এনাঙ্কঃ ( থানা ) ইব ( তৌবগুমনা ) ব্যরোচতঃ ( ঙানখি—নিংথিজখি ) ।৪৩।

বনিতা-শতযূথপঃ ( অথোইবী মুপী চাম চামগী মপৈবু ঙাকপা ) উপ-গীয়মানঃ ( ইবুঙো মাবু থারহুনা গোপীসীংনা ঈশৈ ছকপা ) উদ্গায়ন্— ( ইবুঙোনসু ছকতুনা গোপীবু খুমহুনসু ছকহনবা ) বৈজয়ন্তীং মালাং ( লৈ মচু মঙানা লেংবা লৈপরেং ) বিভ্রৎ ( থোল্লহুনা ) বনম্ ( বৃন্দাবনগী বনবু ) মণ্ডয়ন্ ( ফজহন্দুনা ) ব্যচরৎ ( কোঙ্গনা কোঙ্গনা লেংখি ) ।৪৪।

---

শ্রীকৃষ্ণনা থোঞ্জান তৌহুনা এংবিরবদা হরাওবনা মমাই মকাফল্লবী, মপৈ ওইনা পুল্লপ তিল্লবী, গোপীসীংনা মাইকৈ নিপানমক্তা কোঙ্গসিল্লহুনা গোপীসীংবু থোঞ্জান তৌহুনা চিনবান মকা ফন্না কন্না নিংথিনা নোকপদা য়া পরেংনা কুন্দোপরে গুমনা ফজরবা শ্রীকৃষ্ণনা গোপীসীংগী পুকনিং থুংনবা লীচৎ তৌরহুনা থরানমচাক ময়ামনা কোঙ্গরবা থাগুম্না নিংথিজখি ।৪৩।

মুপী মরক্তগী অথোইবী গোপীসীংগী মপৈ চাম চামবু ঙাকতুনা, গোপী-সীংনা ইবুঙো মাবু থাহুনা ঈশৈ ছকই, শ্রীকৃষ্ণনাসু গোপীসীংবু থাহুনা ঈশৈ

---

—ব্যাখ্যা— ঙাংবা, চৎপনাচিংবদা কৃষ্ণ খুদিংগা মান্নদে, অহুনা যোগেশ্বরসীংনা ঙমদববু তৌই, হাঙ্গবা খংননবা যোগেশ্বরগী ঈশ্বর ওইবা, অসুম্না হাঙ্গবনি ।৪২।

ছকতুনা গোপীসীংবু ছকহনখি, মাহ্মম তৌহুনা লৈ মচু মন্তানা লেংবা বন-মালা থোল্লহুনা বনদা কোঈনা কোঈনা লেংহুনা বনবু ফজহনখি।৪৪। *

* ব্যাখ্যা— সনাতন পাদনা আলোচ্য শ্লোক অসিগী মন্তব্যদা হাঙ্গী,— মতম অদুদা গোপিকা শতকোটি পুম্বগা লোইনাহুনা তাইবংপানবদা ওইদবা ওম্ভোকপা ফজবা অমা ওইখি। মাহুনা বৃন্দাবনবু লৈতেংহুনা ফজহনহুনা ঈশৈ ছকতুনা শরদকী লৈ ফজবসীংবু এংহন্দুনা, গোপিকা পুম্বাবু ভাব— থোকহন্দুনা, রতিলীলাগী মতিকচাবা মফম—যমুনা পুলিনদসু চৎকে নিংহুনা কোঈনা কোঈনা চৎতুনা শ্রীকৃষ্ণনা গোপী মযাম পুরহনা কোঈনা কোঈনা লেংলকই। মাহুম্না কোঈরিঙৈ মতম অদুদা শ্রীকৃষ্ণনা থান-চিংববু খারহুনা গোপীসীংদা ভাব থোকহন্দুনা ফজবা ঈশৈ ছকই, মাগুদা গোপীসীংনসু ঈশৈ খুমহুনা খোঞ্জেন রাংনা ঈশৈ ছকই। ঈশৈ অদু খুমহুনা ছক্লবা (দ্বৈতগান) অদুনা মফম মফম অদুদা গোপীগা শ্রীকৃষ্ণগা আলিঙ্গননাচিংবসু ওই, অসুম্না খংনগনি। মাহুমক 'হরিভক্তিরসামৃত-সিন্ধু" দা শ্রীরূপ পাদনা লেংলমই,—

"অখিলরসামৃতমূর্ত্তিঃ প্রসৃমররুচিরুদ্ধ-তারকাপালিঃ।
কলিতশ্যামা-ললিতো রাধাপ্রেয়ান্বিধুর্জয়তি ॥"

—রস পুম্নমককী মশক ওইবা অমৃতনা ইবুঙো মাগী শ্রীমূর্ত্তি ওইবা, মতম মতমদা ওইরকপা নিংখিজবনা মরম ওইহুনা তারকা অমসু পালিকাবু ফাবা, অমসু শ্যামানে ললিতানে অনিবু লৌবা, হুমিৎচুম্না শ্রীরাধাগী পেম্নবতা তৌবা শ্রীকৃষ্ণনা জয় ওইরি (১)।

উপগীয়মানঃ—গোপীসীংনা শ্রীকৃষ্ণবু থাহুনা ছকপা, অমসু উদগায়ন্—

(১) টীপ্পনী— রস পুম্নমক হাঙ্গীবদি— মু ১রস মঙা,— (১) শান্ত, (২) দাস্য, (৩) সখ্য, (৪) বাৎসল্য অমসু (৫) মধুর, রস মঙা অসিনা মুখ্যরসনি। অমসু গৌণরস তরেৎ,— (১) হাস্য, (২) করুণ, (৩) রৌদ্র, (৪) বীর, (৫) ভয়ানক, (৬) অদ্ভুত অমসু (৭) বীভৎস তরেৎ অসিনি। শ্রীমদ্ভাগবত্ততি— রসগী আকর=আলয়নি, অসুমনা মথক্তা হাঙ্গীখরে। মাহ ভক্তিরস তরাগা নিথোই অসিবু হাঙ্গীবনি।

নদ্যাঃ পুলিনমাবিশ্য গোপীভির্হিমবালুকম্ ।
রেমে তত্তরলানন্দকুমুদামোদবায়ুনা ॥৪৫॥

বাহুপ্রসারপরিরম্ভকরালকোরুনীবীস্তনাহলভননর্মনখাগ্রপাতৈঃ।
ক্ষ্বেল্যাবলোকহসিতৈর্ব্রজসুন্দরীণামুত্তম্ভয়ন্রতিপতিং রময়াঞ্চকার ॥৪৬।

নদ্যাঃ ( যমুনাগী ) হিমবালুকং ( লৈভোই অহংবা লৈবা, অর্থ অমদা— কর্পূবগুম ডোবা লৈভোই লৈবা ) তৎ-তরলানন্দি কুমুদামোদ বায়ুনা ( যমুনাগী ঈথক্লা ঈভহন্দুনা নুংাহনবা ওইরবা, থরোগী মনম পুবা নুংশিৎনা ) জুস্টম্

যমুনাগী কর্পূবগুম্না ডোবা অমম্ব অঈভবা লৈভোই মথাম লৈবা, যমুনাগী ঈথক্লা ঈভলবা অমম্ব থবোগী মনম পুবা নুংশিৎনা জীব পুম্ববু নুঙাইহনবা,

—ব্যাখ্যা— শ্রীকৃষ্ণনা ছকতুনা গোপীসীংবু খুমহনবা, অসিগুম্না ঈশৈ অসিগী মবমদা শ্রীচক্রবর্তী পাদনা ব্যাখ্যাদা খুদম উৎতুনা পুথোকই। মাতুদি,— তাল অহুমদা ছকপা ঈশৈ,— "বদনং মধুবিম সদনং চলনং দলনং কবীন্দ্র-কীর্তীনাং। হসিতং দৃগভিলসিতং তব সবয়ঃ পাতু মামনিশম্ ॥" মাসুমনা শ্রীরসগা গোপীসাংগা ছক অথুম তৌনবা ঈশৈ,— "ত্বদ্বদনং সদনং মধু-রিম্নাং তত্রহন্দৃগন্ত বিলাসাঃ। তেৎসমাং সুষমামুপজগ্মুঃ সুন্দরি-কামকলাঃ সকলাপ্তা ॥" ইতি—। মাসুম্না—"কান্তে ত্বদাস্যোদযদত্তসিন্দুর্মৃগচ্ছলাদ্দুযশ এব ধত্তে। জলোপহাসা সহনোথবা কিং দ্বিজোঽপি মূঢোগরলং জঘাস ॥" ঈশৈ অসিদা 'সুন্দরী' দা 'সুন্দর' 'কান্তে' দা 'কান্ত' অসুমনা গোপীগা— শ্রীকৃষ্ণগা ওন্থোকতুনা ছকনৈ।

শ্রীমদ্ভাগবতনা হৌগৎলকপদা মহাকপু রস পুম্বগী লৈনফমনি, অসুম্না হাঈথরে,—"পিবত ভাগবত রসালয়ম্" অসিনি। মাতুদা হাঈরিবা রস অহু নাট্যরস নত্তে, সুপ্নগী ভক্তিরসতবু হাঈবনি। ভক্তিরসদি মথন তরানিথোইনি, অহুগুম্বা ভক্তিরস তরানিথোইবু মশক এংবদা নুঙাইনবগী দমক শ্রীভাগবত পাঠকসীংদা শ্রীমন্মহাপ্রভুগী কৃপাপাত্র ওইবা শ্রীরূপ পাদগী ব্যাখ্যা মতুংইন্না শ্রীরাস আস্বাদন তৌবা নুঙাইনবগী দমক য়াম্না সম্না মতাং অসিদা ব্যাখ্যা তৌরি। ব্যাখ্যা সাংদোকপগী দমক পাঠকনা ঐখোইবু ভাকপিয়ু।৪৪।

এবং ভগবতঃ কৃষ্ণাল্লব্ধমানা মহাত্মনঃ।
আত্মানং মেনিরে স্ত্রীণাং মানিন্যোঽভ্যধিকং ভুবি ॥৪৭॥

( তিল্লবা ) পুলিনম্ ( মপান্দা ) গোপীভিঃ ( গোপীসিংগা লোইননা ) আবিশ্য ( কুম্লহুনা ) বাহুপ্রসার-পরিরম্ভ-করালক-নীবীস্তনালভন-নর্ম্মনখাগ্রপাতৈঃ— ( পাম্বোম তিংথোকপা, কোনসিনবা, খুৎনা শমজোই, নীবী, স্তননাচিংবা পাইবা, নোরু-হান্নবা, খুজিন মতোম্না থিনবা, পুন্নমক অসি তৌহুনা )— ক্ষ্বেলাবলোক হসিতৈঃ ( সান্নবগী ৱাহৈ হান্নহুনা, মীংনা এংহুনা নোকহুনা ) ব্রজসুন্দরীণাং ( ব্রজসুন্দরীসিংগী ) রতিপতিং ( কামদেববু ) উদস্তয়ন্ ( মযাই-কাহন্দুনা ) রময়াঞ্চকার ( গোপী পুম্বা চিংথহৌবা লৈতনা নুংঙাইহনখি ৪৫-৪৬।

মহাত্মনঃ ( দিব্য, অতিদিব্য নাযক পুম্নমক্কগী হেনবা ) ভগবতঃ ( ঐশ্বর্য তকপা তিনবা ) কৃষ্ণাৎ ( শ্রীকৃষ্ণদগী ) এবং ( মাসুমনা ) লব্ধমানাঃ ( সম্মান

মপান্দা গোপী মযামগা লোইননা শ্রীকৃষ্ণনা লেংলকতুনা পাম্বোম তিংথোকপা, কোনসিনবা, খুৎনা শমজোই পাইহুনা চিংবা, নীবী থোকপা, স্তন পাইবা, ফাগী তৌহুনা ঙাংবা, খুজিন মতোম্না ছিকপা, নোকবা, মাসি পুন্নমক তৌহুনা ব্রজসুন্দরী পুম্নমকপু মাখোইগী পুকনিংদা কামদেববু হৌগৎহন্দনা মীপুম-তিংনা গোপী অমত্তা চিংথদনা নুংঙাইহনখি ।৪৫—৪৬। *

দিব্য-পুরুষ, অতিদিব্য পুরুষ পুম্নমক্কগী হেনবা—সাহ্নী মথক্কা ভগবানসু

* ব্যাখ্যা— মথক্কসু হান্নখবে,—শ্রীকৃষ্ণগা সান্নবিনী গোপাসী দি কোটি চামনি। মাখোই পুম্নমকতু শ্রীকৃষ্ণনা মনাক মনাক্তা লৈপুংলি না ইবৈ লৈ, অমসু গোপীসিং অহু অহুগী নিংবা থুংনবা তৌহুনা শ্রীকৃষ্ণগা সান্নি। সৌ-ভরীনাচিংবনা পুথোকপা শক্লোনদি ছংক্লান পুম্নমকতুনা চপ চপ মান্ননা থবক তৌই, অমনা নোক্লবদি চপ মান্ননা নোকনি। মাসুম তৌহুনা অমনা ঙাংবা, অমনা চৎপা, চাবা অসুম্না তোঙান তৌবা ঙমদে। যোগেশ্বরগী ঈশ্বর ওইবা শ্রীকৃষ্ণদি শত কোটি গোপী পুম্বগীনা—শ্রীকৃষ্ণ শত কোটি থোকহুনা অমগা অমগা ইতিন তিম্নদবা কামশাস্ত্রদা হান্নবা ক্রীড়া খিদিকনা গোপী কোটি চামবু চপ মান্ননা পেলহনলি। যমুনা-পুলিন অহুদা অহুপ যামবা অমগা অমগা উনবা য়াদবা মফমসু থোকহনখি। অসুমনা খংনগনি।৪৫—৪৬।

তৌবা ফংলবী গোপীসীংনা ) মানিন্যঃ ( নাপন তৌদুনা ) ভুবি ( পৃথিবীদা ) স্ত্রীণাম্ ( নুপী পুম্বগী মনুংদা ) আত্মানং ( মহাক মহাকপু = মশা মশাবু )— অধিকং ( অহেনববু ) মেনিরে ( নিংখি ) ।৪৭।

ওইবা, মাতুমক্তুদগী স্বয়ং শ্রীকৃষ্ণনা সম্মান তৌরবদা গোপী পুম্নমক্না নাপন তৌরদুনা পৃথিবীগী নুপী পুম্বদগী মাখোই মাহাকনা মহেল্লবনি নিংখি ৪৭। *

* ব্যাখ্যা— হুজিক্তি বিপ্রলম্ভন নত্তনদি সম্ভোগতি চাওখত্তে, অফকপনা হাঃন।— ছত্তলবা ফিদা কোন্না অভাংবা ছত্তবনা য়ামনা ভাংই, মচু কোক পিদে, কুইব কুইরগা ভাংসিল্লকপা হেল্লি, অস্নুমনা হাঙ্গৈবা নাট্যশাস্ত্রগী ন্যায়গী মতুংইন্না শ্রীকৃষ্ণগী লীলা কৌবী শক্তিনা পীবা বিপ্রলম্ভন-রসগী বীজ = মরুবু "এবং" না হৌবা শ্লোকনা হাঙ্গৈরি। মাতুদি,— দিব্য, অতিদিব্য নাযক— পুম্নমক্তগী হেনবা, মাতুমক্তুদস্নু ঐশ্বর্য তকুকনা লেংদনা লৈবা, মাতুমক্তুদগীস্নু স্বয়ং শ্রীকৃষ্ণনা মাখোইবু সম্মান তৌবা ফংলবী গোপীসীংনা তাইবংপানবদা লৈবা নুপী পুম্নমক্তগী ঐখোইনা ইহেন হেনলি, হাঙ্গৈনা নাপন তৌরদুনা— নিংখি, হাঙ্গৈবদি— গোপী পুম্নমকনা মান তৌরে, হাঙ্গৈবনি। অদুনা শ্রীমদ্-ভাগবতনা হাঙ্গৈবি, মাতুদি,—"মানিন্যঃ" গোপী পুম্বা মানিনী—মান তৌববীনি অসিনি। মান তৌরবদি নুপীনা তৌবা হৌনবা অদু গোপীনা শ্রীকৃষ্ণদা তৌবে, হাঙ্গৈনা খংনগনি। মাতুদি— রসশাস্ত্রনা হাঙ্গৈ,—

'দম্পত্যোর্ভাব একত্র সতোরপ্যনুরক্তয়োঃ।
স্বাভীষ্টাশ্লেষ বীক্ষাদিরোধী মান উচ্যতে ॥"

নুংশিনরিবা দম্পতি অনি অদু মফম অমত্তুদা লৈমিন্নরিঙৈদা নিপান আলিঙ্গন তৌগে নত্রগা এংগে তৌবদা নুপীদুনা য়াদববু মান তৌবা, ঐন মাখোইবুদি হেনলি, হাঙ্গৈনা নাপন তৌবা কৌই। ইখ্বাইনা খংনবদি চান্নবনা অতোপ্পা নুপী অমগা সান্নরুবগা রতিগী চিহ্ন পুদুনা হল্লকপা উরবদা নুপীনা সাওদুনা চংবিরক্নু, হাঙ্গৈনা তংনববু ইখ্বাইনা মান তৌবনি, অস্নুমনা খংনৈ। গোপীসী দি মাখোইগী নাক্তা শ্রীকৃষ্ণনা ইরেং লেংদনা লৈরিঙৈদা, অমদা— চৎলুবস্নু লৈতনা করন্না মান তৌবগে ? অস্নুন্না চিংনবা য়াদে। মরমদি নুপীগী মান—মাখোইবুদি ঐনা হেল্লি হাঙ্গৈনা খল্লবদি ঐ নত্তবগা ঐগী নিপাসিনা

তাসাং তৎসৌভগমদং বীক্ষ্য মানং চ কেশবঃ।
প্রশমায় প্রসাদায় তত্রৈবান্তরধীয়ত ॥৪৮॥

কেশবঃ ( শ্রীকৃষ্ণনা ) তাসাম্ ( গোপীসীংগী ) তৎ ( অদুগুম্বা ) সৌভগমদং ( লাইপক ফদুনা ·না মহেল্লে হাঙ্গৈনা মযাইকাবব্ ) মানং চ ( মান তৌববুস্থ ) বীক্ষ্য ( উবদুনা ) প্রশমায ( নাপন অদু তোদনবগী দমক ) প্রসাদায ( মান কোক্লবগীদমকস্থ ) তত্রৈব ( মফম অদুমক্তদা ) অন্তর্ধীযত ( মাংখি ) ৪৮।

শ্রীকৃষ্ণনা গোপীসী গী লাইপক ফবদগী থোক্লকপা— ঐনা মহেনলে, হাঙ্গৈনা মযাইকাবব্ মান তৌববুস্থ উবদুনা, - নাপন কোক্লবগী দমক, মান

— ব্যাখ্যা— নোক্ল হাঙ্গৈনকবিনি, নত্রগা মাদুম্না তৌরুগনি হাঙ্গৈনা খম্বন্দুনা মবম লৈত্রবস্থ মান হেক্তা মতৌই। মরম অসিনা রসশাস্ত্রন হাঙ্গৈ,—
"অহেরিব গতিঃ প্রেম্নঃ স্বভাবকুটিলা ভবেৎ।
অতো হেতোবহেতোশ্চ যূ নোর্মানমুদঞ্চতি ॥"

প্রেমগী লৌচত্তি লীনগুম্না যাম্না খোঙ্গৈনা ংংলি, মবম অদুনা যুবক অমস্থ যুবতীগী মানদি মবম ইরৈ লৈত্রবস্থ হেক্তা ওই।

মাসিদগী মযেক্লা তাবা অসি খংলে, মাদুদি— যমুনাপুলিনদা সান্নবিবী গোপী পুন্নমকনা মা মাতগী মনাক্তা শ্রীকৃষ্ণনা লৈ হাঙ্গৈনা নিংই। অতৈ অতোপপগা থুপ্পা সান্নবদি শ্রীকৃষ্ণগী লীলাশক্তিন অমগা অনগা উনহন্দে। ইবেমাসীংনা—"ঐতগা থুপ্পা সান্নবনি" নিংই। মাদুদা "ঐনা ইখ্বাইমক্তগী লাইপকফবীন" নিংদুনা মান তৌরকই —ঐ নত্তবগা সান্নরুরে, মাবুদি ঐনা হেনবদব্ ঐগী নাক্তা চ বিবক্কনু, শোকপিরকনু, হাঙ্গৈবা নত্তে। তাইবংপান বদা লৈবা মুপীদসীদি ঐনা ইহেন হেনলি, ঐ নত্তবব্ নংনা পামজক্ল চৎলু, হাঙ্গৈনা মবম লৈতনা—অহেতুক মান তৌবনি মাদুনদি মযেক্লা তারে,— শ্রীকৃষ্ণনা আলিঙ্গন তৌগে নদগা হাস-পরিহাস তৌরগা খুমদবা, মাই লৈথোকতুনা লৈবা অদুদ॥ অমোক এংলকপদদি— শ্রীকৃষ্ণ হেক লৈবমদবব্ রাসগী মনুদা "শ্রীকৃষ্ণনা অন্তর্দ্ধান ওইখিব।" কৌই। অদু নত্তনা গোপীসীংগী মাংদা মায তৌদুনা শংমাং মাংবা নত্তে অমুমনা খংনগনি। মাস শ্রীসনাতন পাদনা তৌবা ব্যাখ্যাগী মতুংইনবনি।৪৭।

ইতি শ্রীমদ্ভাগবতে মহাপুরাণে পারমহংস্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাম্ দশমস্কন্ধে রাসক্রীড়ায়াং শ্রীকৃষ্ণান্তর্দ্ধানংনাম একোনত্রিংশোঽধ্যায়ঃ ।।২৯।। (রাসে প্রথম)

*

তৌদনবগী দমকস্তু মফম অদুমক্তদা মাংখিতুনা উহন্দুরে ।৪৮। *

শ্রীমদ্ভাগবত মহাপুরাণ পারমহংস্যগী সংহিতাদা দশম স্কন্ধদা রাসক্রীড়াদা

* ব্যাখ্যা— আলোচ্য শ্লোক অসিদা হাঙ্গৈবি— শ্রীকৃষ্ণনা গোপীসীগী লাইপক ফবদগী মযাইকাবা উবদুনা, মানবুম্ভ উরদুনা, হাঙ্গৈবিবা মান অসিদি গোপীসীংগী নত্তে; বৃষভানু-নন্দিনী শ্রীমতীগী মাননি হাঙ্গৈনা খংনগনি। মরংদি— ইবেমানা মহাক্কা অতৈ গোপী পুম্বগা ইমান মান্নবগুম থোক্লে, মাতুদা— ইবেমানা মান তৌই। ইবেমাগী মান অসিদি সহেতুক মাননি— মরম লৈনা তৌবা মাননি। গোপী অতৈগী মানদি নির্হেতুক মাননি। মরাই-পক ফবদগী নাপন তৌদুনা মান তৌনি। মবম অদুনা হাঙ্গৈবি,—প্রশমায কোক্লবগী দমক, হাঙ্গৈবদি ঐথোইনা মহেল্লে, হাঙ্গৈবা অদু হঞ্জিনহনগে হাঙ্গৈবগী দমকনি। মসিনা গোপী মযামগী মবমদা হাঙ্গৈনি অদুগা প্রসাদুায়—থৌজানহনগে, হাঙ্গৈবনা শ্রীরাধাগী মান কোকহনগে হ্ঙ্গৈবগী দমকনি, অসুম্ব খংনগনি। মরম অদুনা শ্লেষার্থদা "কেশবঃ" না শম পুনবা অসুম্না লৌদুনা শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধিকাগী শম পুনর্দুনা স্বাধীন ভর্ত্তৃকাগী অবস্থাদা— ইবেমাগী শম সেম্না সেম্না গোপী মযাম উহন্দদুনা শ্রীরাধাগা লোইননা অন্তর্দ্ধান তৌরনি, অসুম্না খ নগনি।

মতাং অসিদা অধ্যায় লোইবে, মবমদি শ্রীকৃষ্ণনা অন্তর্দ্ধান ওইগিবদা গোপীসীংনা রারিবা অদু শ্রীভাগবত বক্তা শ্রীশুকদেব মহামুনিদা ফাউরকই। মাদুগী অরাবনা ওহাক্তুং শ্রীভাগবত বক্তৃতা তৌবা লেপতুনা ভুমিন্না লৈরুই। মাহুদা শ্রবণ তৌরিবা মুনি, ঋষিনাচিংবনা নাম সঙ্কীর্ত্তন তৌদুনা লৈ, মরম অদুনা মতাং চাদনা অধ্যায় ওইবনি, মাস্তুমনা তোষণীদা শ্রীসনাতন পাদনা ব্যাখ্যা তৌই; মাদু নত্রগদি মথাগী অধ্যায়দা হাঙ্গৈগদবা ব্রাফম অদু হৌদোক্লগা অধ্যায় লোইবা হৌনৈ, মতাং অসিদদি "শ্রীকৃষ্ণান্তর্দ্ধান" ওইখরে, হাঙ্গৈরগা অধ্যায় ওইরে।৪৮।

# শ্রীমদ্ভাগবতম্।

## দশমস্কন্ধে ত্রিংশোঽধ্যায়ঃ।

—*—

শ্রীশুক উবাচ। অন্তর্হিতে ভগবতি সহসৈব ব্রজাঙ্গনাঃ
অতপ্যংস্তমচক্ষাণাঃ করিণ্য ইব যূথপম্ ॥১॥

শ্রীশুকঃ উবাচ ( শ্রীশুকদেবনা হাঙ্গৈখি ) ভগবতি ( ভগবান্না ) সহসা

শ্রীকৃষ্ণান্তর্দ্ধান কৌবা কুন্সাপনসুবা অধ্যায়না মাসিনি। *

—*—

ত্রিংশে বিরহ-সন্তপ্ত-গোপীভিঃ কৃষ্ণ মার্গণম্।
উন্মত্তবদ্ দীর্ঘরাত্র্যাং ভ্রমন্তীভির্বনে বনে॥

দশমস্কন্ধ শ্রীমদ্ভাগবতকা কুন্থরাসুবা অধ্যায়দা কাইন-মৈচাক্লা-থাক্লবী

* ব্যাখ্যা— দশমস্কন্ধদা কুন্সাপনসুবা অধ্যায়দা শ্রীকৃষ্ণগী লীলা পুম্বগী শিরোমণি ওইবা রাসলীলাদা গোপী কোটি চামনি, শ্রীকৃষ্ণসু কোটি চামা থোকতুনা সান্নরি। মাহুদা খংগদবদি গোপী পুম্নমকতু অমগা অমগা ইমান মান্নদে, মাহুদি শ্রীকৃষ্ণদা লৈবা প্রেমদা তারতম্য ইরে লৈ। মরম অদুনা শ্রীকৃষ্ণসু কোটি চামা থোকতুনা গোপীসীং অদুগী অমগা মান্নদবা মহাক মহাক্কী ভাব অদুগী মতিকচাবা অদু ওইদুনা রস পুম্নমক অদুবু আস্বাদন তৌই। অদুপ য়াম্বা গোপী অমসু কৃষ্ণগী ভাব ময়াম অদু এখোইনা ভজন তৌনবগী দমক সাধকনা খংবদা কান্নে। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভুগী কৃপাপাত্র, পরম মহানুভাব শ্রীরূপ পাদনা বৃন্দাবন, মথুরা অমসু দ্বারকাদা লৈবী শ্রীকৃষ্ণগী প্রেয়সী পুম্বগী ভাবপু ভক্তিরসামৃত-সিন্ধু অমসু মাগী পরিশিষ্ট উজ্জ্বল-নীলমণিদা পুথোকই। এখোইনা প্রভুপাদগী কৃপা-কটাক্ষ ২ মত্তং ফংজদুনা লাইরিক অনি অদুদা অনুশীলন তৌরবদি প্রেয়সীবর্গগী ভাবপু খল্লিকং— মাইকৈগী মথৈদি উবা ফংবগী সম্ভাবনা লৈ, মাদুদা চিংনবা লৈতে। ইতি—

—*—

গত্যানুরাগস্মিতবিভ্রমেক্ষিতৈর্মনোরমাহলাপবিহারবিভ্রমৈঃ।
আক্ষিপ্তচিত্তাঃ প্রমদা রমাপতেস্তাস্তা বিচেষ্টা জগৃহুস্তদাত্মিকাঃ ॥২॥

এব ( ইখং খংহোদনা ) অন্তর্হিতে ( অন্তর্দ্ধান ওইখরবদা ) তম্ ( শ্রীকৃষ্ণবু ) অচক্ষাণাঃ ( উদ্রবী ) ব্রজাঙ্গনাঃ ( ব্রজাঙ্গনা পুম্বনা ) অতপ্যন্ ( অনুতাপ তৌখি ) করিণ্যঃ সামু অমোম ময়াম্না ) যূথপম্ ( শরুপ পুবা সামুবু উদ্রগা ) ইব ( তৌবগুমই ) ।১।

রমাপতেঃ ( রমাগী পতি ওইবা—শ্রীকৃষ্ণগী ) গত্যানুরাগ-স্মিত-বিভ্রমেক্ষিতৈঃ ( খোঙচৎ, প্রেমগা তিন্নরা মোমোন নোকপা, বিলাসগা লোইননা এংবা মীৎএং পুম্নমকনা মরম ওইদুনা ) মনোরমালাপ-বিহার-বিভ্রমৈঃ ( পুক্নিং হুনবা ওইবা রাঙাং, মসাম্না পুম্নমকনা খোকহনবা পুক্নিং হুনবগী মশক ওইবা থবক পুম্নমকনা ) আক্ষিপ্ত-চিত্তাঃ ( শ্রীকৃষ্ণনা তৌরম তৌরম্বা অ-দা পুক্নিং

গোপীসীংনা ভাওরবীগুম শাংলবা অহিংদা বন বন থুদিংদা কৃষ্ণবু কোঙ্গনা থিবা, হায়রি।

শ্রীশুকদেবনা হায়,— ইখং খংহোদনা শ্রীকৃষ্ণনা অন্তর্দ্ধান তৌখরবগা গোপী পুম্নমকনা শ্রীকৃষ্ণবু উদ্রদুনা সামু অমোম ময়াম্না শরুপ পুববু উদ্রগা তৌবগুমদা য়ামনা বাখি।১। *

গোপিকা পুম্নমক অদুনা শ্রীকৃষ্ণনা চৎলম্বা, অনুরাগগা লোইননা মোমোন নোকলম্বা, বিভ্রমগা লোইননা এংলম্বা, পুক্নিং হুনবা ওইবা রাঙাং, বিহার অমসু পুম্নমক অদুতা খনখিবদগী মাদুনা হাক্নখিদুনা শ্রীকৃষ্ণনা তৌরম্বা অদুতা—মাখোইগী পুক্নিংনা খন্দুনতা লৈখিদুনা মাদুতদা চেৎ নপখরে, অতোপ্পা করি-

* ব্যাখ্যা— শ্রীমদ্ভাগবত বক্তা মুনীন্দ্র শ্রীশুকদেবনা শ্রীকৃষ্ণান্তর্দ্ধানগী রাফম অদু হায়রগা খংহোদনা বাহোরবী গোপীসীংগী বিরহ-বেদনা হায়রমদাইদা ঙহাক্তং মপানগী জ্ঞান মাংদুনা তুমিন্না লৈখরে, মতম অদুদা শ্রীভাগবতকী ভাবুক মণ্ডলীসীংনা বক্তাগী অবস্থা উরগা শ্রীহরিগী নাম সঙ্কীর্ত্তন তৌদুনা ঙহাক্ত লৈরুই। শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীমতী রাধিকাগা লোইনাদুনা লেংখিবা অদু উক্তগা অমোকহন্না বাহ্য-জ্ঞান লাকতুনা "অন্তর্হিতে" অসিনা হৌদুনা হায়রকই।১।

গতিস্মিতপ্রেক্ষণভাষণাদিষু প্রিয়াঃ প্রিয়স্য প্রতিরূঢ়মূর্ত্তয়ঃ।
অসাবহং ত্বিত্যবলাস্তদাত্মিকা ন্যবেদিষুঃ কৃষ্ণবিহারবিভ্রমাঃ।।৩।।

---

চেৎনা চিংসিন্দুনা পকথরবী ) প্রমদাঃ ( নুপী পুম্নমক্তগী অথোইবী গোপী-সীংনা ) তদাত্মিকাঃ ( তৌরম্বা, ঙাংলম্বা কৃষ্ণ অহুগী মশক ওইখরহুনা )— তাঃ তাঃ বিচেষ্টাঃ ( শ্রীকৃষ্ণনা তৌবম্বা অহু অহুগুম্বা পুম্নমকপু ) জগৃহুঃ ( তৌখি ) ।২।

প্রিয়স্য ( চান্নবা শ্রীকৃষ্ণগী ) গতি-স্মিত-প্রেক্ষণ-ভাষণাদিষু ( চৎপা, মোমোন নোকপা, ফজবা মীৎএং, ঙাংবা হ্বাঙাং অসিনাচিংবদা ) প্রতিরূঢ়মূর্ত্তয়ঃ ( চংখরবা মুর্ত্তি ওইবী হাঈবদি অহানবদা শ্রীকৃষ্ণ চান্নথোইবগী খোঙচৎ, মীনোক, মীৎএং অমসু হ্বাঙাংনাচিংবনা গোপীসীংগী হকচাংদা থমোইনাচিংবদা

---

গুম্বা অমত্তা খনখিদরে, মাহুনা হাকমনখিহুনা মশাসু শ্রীকৃষ্ণনা তৌরম্বা অহু ঙাক্তা তৌখি ।২। *

গোপী পুম্নমক অহু চান্নবা শ্রীকৃষ্ণনা চৎপা, নোকপা, এংবা হ্বাঙাংবা-নাচিংবনা মাথোইগী পুকনিং, হকচাংদা চংলকই, মথংদনা গোপীসীংনা চান্নবগী খোঙচৎনাচিংবদা চংখরে, অহুগুম্বী শ্রীকৃষ্ণগী চান্নবী, অবলা ওইবী গোপীসীং

* ব্যাখ্যা— মতাং অসিদা বিশ্বনাথ পাদনা বিবৃতি অমা তৌহুনা শ্লোক অসিগী অর্থবু পুথোকই। মাহুগী মততি শ্রীকৃষ্ণনা অন্তর্দ্ধান ওইখরবদা গোপী-সীংনা শ্রীকৃষ্ণনা তৌরম্বা, ঙাংলম্বা, চংলম্বা অহুতা খনখিবদগী হাক্মনখিহুনা শ্রীকৃষ্ণনা তৌরম্বা অহু গোপীসীংনা তৌখি. মাসি পুক্নিংগী হৌনবীনি। মাহুবু প্রমাণ তৌবা ঙমই,— উচিখোইনা তিল ফারগা মহুমদা হাঞ্জনলপা তিল অহুনা উচিখোইবু কিবমক্তনা মাবুতা খনখিহুনা তিল অহুনা উচিখোই ওল্লি। সুক্লবা বন মনুংদা মীবু কৈনা চাগে তৌবদা কৈ অহুবু কিবমক্তনা হাক্মন-হুনা মী অহুনা কৈগী মতৌ তম্নকই। শ্রীকৃষ্ণগা সাম্নমিন্নহুনা লৈরমবদগী শ্রীকৃষ্ণ উথিত্রবদা গোপীসীংনা শ্রীকৃষ্ণবু অসুপকী মতিক নিংখরে,— মুমিৎ-চুপ্পা মাহুতা নিংবা অহুনা হাক্মনখিহুনা শ্রীকৃষ্ণনা ঙাংলম্বা, চৎলম্বা, নোক্লম্বা পুম্নমক গোপীসীংনা তৌখি ।২।

চংলকপা, মথংদ, চংলকলিবা খোঙচৎনাচিংবা অদুদা গোপীগী মূর্ত্তিনা চংখিব অদুগুম্বী ) প্রিয়াঃ ( শ্রীকৃষ্ণগী চান্নবী ) তদাত্মিকাঃ ( শ্রীকৃষ্ণগী মতৌ ওইরবী অবলাঃ ( নুপী ওইবী গোপীসীংনা ) কৃষ্ণবিহার-বিভ্রমাঃ ( শ্রীকৃষ্ণগুম্না সান্নব অমসু বিলাস ওইরদুনা ) অসৌ ( কৃষ্ণ অদু ) অহম্ ( ঐনি ) ইতি (অসুম্না ন্যবেদিষুঃ ( হাঈখি ) ।৩।

অদুনা শ্রীকৃষ্ণগুম্না সান্নবনাচিংবা অদু তৌরদুনা ঐ কৃষ্ণনি, ঐ কৃষ্ণনি, অসুম মহৈ মহৈ হাঈনখি ।৩। *

* আলোচ্য শ্লোক অসিনা উন্মাদ কৌবা অবস্থাগী হেনগৎলকপবু হাঈ শ্রীকৃষ্ণনা অন্তর্দ্ধান ওইখরবদা থাহোরবী গোপীসীংগী হকচাংদা, পুক্নিং লৌ সীংদা শ্রীকৃষ্ণগী খোঙচৎ ফজবা, মোমোন নোকপা, নিংথবা মীৎএং অমসু রাঙাং পুম্নমক চংলকতুনা লৈরে ; অদুগী মথংদা চংলক্লিবা শ্রীকৃষ্ণগী খোঙচৎ ফজবনাচিংবা অদুদা গোপীসীংনা চংখরে। মতম অদুদদি গোপীসীংনা "কৃষ্ণদু ঐনি" অসুম্না হাঈরকই। মাদুদি "কৃষ্ণমক এনি" নত্রগা "ঐমক কৃষ্ণনি' হাঈবা নত্তে, অসুম্না খনগনি। মরমদি— "কৃষ্ণমক ঐনি = ঐমক কৃষ্ণনি' হাঈবদি "অহং গ্রহোপাসনা" দগী থোকপনি। গোপিকাদি অহং গ্রহোপাসনা নত্তে; হাঈবদি 'ঐ ব্রহ্মনি ঐ কৃষ্ণনি হাঈনা উপাসনা তৌবা নত্তে। গোপীনা শ্রীকৃষ্ণগা কাহনরগা "ঐ কৃষ্ণনি" হাঈবা অসিদি রসশাস্ত্রগী মতু ইননা ব্যাখ্যা তৌগদবনি মাদু ওইরবদি শ্রীসনাতন পাদনা বৈষ্ণব তোষণীদা হাঈ, মাদুদি গোপীসীংনা "ঐ কৃষ্ণনি" হাঈবদি লীলা কৌবা অনুভাবনি, অসুমনা হাঈ, মাদুদি,—"প্রীয়'নুকরণং লীলা রম্যৈর্বেশাদিভিঃ।" যজবা বেশনাচিংবনা মরম ওইদুনা চান্নবীনা চান্নবগী মতৌ তম্ববু লীলা কৌই, অসুম্না রসশাস্ত্রনা হাঈ। মাসিমক শ্রীজয়দেব কবিনা লেংই, মাদুদি শ্রীমতী রাধাগী বাসকসজ্জিকাবস্থাদা উৎকণ্ঠিতা ওইরবী ইবেমনা শ্রীকৃষ্ণবু লেংলকপরা ? হাঈনা চিংনা চিংনা এংবমক্তনা হাক্ননখিদুনা মীত্তা মরীং মরাং ওইনা রাহোংমতু-চূড়াগুম শ্রীকৃষ্ণ লেংলক্লে, হাঈদুনা ইবেম্মনা হৌগৎতুনা চংশিনবা অদুদা শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীমূর্ত্তিদা প্রতিরূঢ় ওইরবী ইবেম্মনা "ঐ কৃষ্ণনি" হাঈরকই ; মাদুবু রসশাস্ত্রনা লীলানুভাব কৌই। মাদুদা জয়দেবনা ছক্লমই,—"মুহুরব-লোকিত মণ্ডনলীলা মধুরিপুরহমিতি ভাবনশীলা।" অসিনি ।৩।

গায়ন্ত্য উচ্চৈরমুমেব সংহতা বিচিক্যুরুন্মত্তকবদ্বনাদ্বনম্।
পপ্রচ্ছুরাকাশবদন্তরং বহির্ভূতেষু সন্তং পুরুষং বনস্পতীন্ ॥৪॥

সংহতাঃ ( মপৈ মপৈ ওইনা তিন্নরবী গোপীসীংনা ) অমুম এব ( শ্রীকৃষ্ণ-মক্তবু ) উচ্চৈঃ ( খোঞ্জেন রাংনা ) গায়ন্ত্যঃ ( ছকতুনা ) বনাদ্ বনম্ ( বন অমদগী বন অমদা ) উন্মত্তবৎ ( অঙাওবীগুম্না ) বিচিক্যুঃ ( থিখি ) বনস্পতীন্ ( উ পুম্নমক্তা ) ভূতেষু ( মশক মমিং পানবা পোৎ পুম্নমক্তা ) অন্তরং ( মনুংদা ) বহিঃ ( মপানদা ) আকাশবৎ ( অতিয়াগুম্না ) সন্তং ( লৈবা ) পুরুষম্ ( শ্রীকৃষ্ণবু ) পপ্রচ্ছুঃ ( হংখি ) ।৪।

---

মাতুগী মথংদা গোপীসীংনা মহৈ মহৈ পুল্লপনা তিন্নরে, অদুগা শ্রীকৃষ্ণ-মক্তবু থারদুনা খোঞ্জেল রাংনা ঈশৈ ছকখি, বন অমদগী অমা তান্না কোঈনা কোঈনা চৎতুনা শ্রীকৃষ্ণবু থিখি, উ পুম্নমক্তা অতিয়াগুম্না মনুংদসু মপানদসু লবা শ্রীকৃষ্ণবু গোপীসীংনা হংখি ৪। *

---

* আলোচ্য শ্লোক অসিনা হাঈরিবা রাযমদি,—মাসুম তৌদুনা শ্রীকৃষ্ণনা অন্তর্দ্ধান ওইখিবা অসি খরা খরা শাংথরক্লবা ইবুঙোনদি লেংলকত্রবদা—গোপীসীংগী "উন্মাদ=ঙাওবা" অবস্থা অদু ওইবক্লবদা গোপীসাংনা তৌবা অবস্থাবু হাঈ। মাদুদি,—"গোপীসাংনা খোঞ্জেল রা না ঈশৈ ছক্লকই।" মাসিদা ছকপা ঈশৈ অদুদি গোকুলদা হান্ননা ফাউরিবা "পুতনা বধ" নাচিংবা অদু ছকপনি। ঈশৈ অদু "খোঞ্জেল রা না ছকই" হাঈবদি "মাখোইনা মাকপ রাববোইরে, হাঈবা লাপনা লৈববসু শ্রীকৃষ্ণনা তাবিসনু, হাঈদুনা তৌবনি। মাদু নত্রগা শ্রীকৃষ্ণদি চৈশে পাম্বনি, ঈশৈ অসি তাবগা হল্লকসনু হাঈদুনা তৌবনি। মাদুসু নত্রগাদি য়াম্না অচৌবা অরাবা তারবনা উন্মাদাবস্থা য়োরক-লপ্দি মাসুম্না খোঞ্জেল রা না ঈশৈ ছকই, অদুনা তৌবনি। মাখোইনা ছক্লিবা ঈশৈ অদুদা "অমুম্ এব"—শ্রীকৃষ্ণতবু থাদুনা ছকই। মাদুগী মরমদি মাখোইবু শ্রীকৃষ্ণনা ছন্দোকতুনা রাহনলি। অদুমক্তদা গোপীসীংনা শ্রীকৃষ্ণগী নিংথিরবা থাদুনা ছকই। মাসি সন্দোকনা কবি জয়দেবনা গীতগোবিন্দদা য়াম্না সন্দোকনা ব্যাখ্যা তৌই। অসুম্না সনাতন পাদনা তোষণীদা লৌখৎলি, মাদুদি বসন্তদা শ্রীরাধানা সখীসাংগা লোইননা শ্রীকৃষ্ণবু থিবদা, চন্দ্রাবলী কুঞ্জদা

দৃষ্টো বঃ কচ্চিদশ্বত্থ প্লক্ষ ন্যগ্রোধ নো মনঃ।
নন্দসূনুর্গতো হৃত্বা প্রেমহাসাবলোকনৈঃ॥৫॥

---

হে অশ্বত্থ! হে প্লক্ষ! হে ন্যগ্রোধ! (হে সনা খোংনাং! হে প্লক্ষ! হে ন্যগ্রোধ!) বঃ (নখোইনা) প্রেম-হাসাবলোকনৈঃ (প্রেমগা লোইনবা মীনোক,

---

হে সনা খোংনাং! হে প্লক্ষ কৌবা উ! হে বট! নখোইনা করিগুম্বা প্রেমগা লোইনবা মীনোক, মীৎয়েংনা মরম ওইহুনা ঐখোইগী পুক্লিং হুহুনা

---

--ব্যাখ্যা— গোপী ময়ামনা কোঙ্গৈরহুনা শ্রীকৃষ্ণনা চন্দ্রাবলীগা সাননহুনা লৈরম্বা উরে। ইবেমানা শ্রীকৃষ্ণনা উরগা ইকাইগনি, হাঙ্গৈহুনা হন্দোকলে, মতম অদুদা সখীসীংনা শ্রীরাধাবু মান তৌনবা হাঙ্গৈবদা ইবেমানা খুমই,— "গনয়তি গুণগ্রামং ভ্রামং ভ্রমাদপি নেহতে। বহতি চ পরিতোষং…" অসিনাচিংবনি। শ্রীকৃষ্ণবু মান তৌগে, শাওগে হাঙ্গৈহুনা খল্লুরগা শ্রীকৃষ্ণগী গুণ-ত্তমক নিংশিংই, করিগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী দোষ অমত্তংদি নিংশিংবদা থোক্তে, অসিনাচিংবা হাঙ্গৈরগা ইবেদান' হাঙ্গৈ,— "ঐস্ন চন্দ্রাবলীগী কুঞ্জ অসিদা জগোই সাহুনা সান্নরিবা অসিদা য়াওনিংলে" অস্নমনা হাঙ্গৈ। অহুনা গোপীনা বিরহগী মতমদা শ্রীকৃষ্ণদা দোষ তৌদে। গোপী ময়াম পুল্লপ তিন্নবগী মরমদি মকম পুন্নমক চিংথবা লৈতনা থিনবগী দমক ময়াম চংহুনা থিমন্নবনি। মাহু নত্রগা গোপী পুন্নমক অহু চান্নবনস্নুনি। নত্রগা অরাবনা খম থেংলবদা— মাস্নমনা পুল্লপ তিনবস্নু য়াই. অদুনা তৌবা ওইবস্নু য়াই। ঈশৈ ছকতুনা থিরগা মরক মরকতস্নু— "শ্রীকৃষ্ণবু উ—বরা?" হাঙ্গৈনস্নু হংই। উদা হংবদি ঙাওবাগুম্লহুনা তৌবনি। অহুনা গোপী পুন্নমক অহু শম পুনশিন্দনা (শম্বুন থোকনা) শ্রীকৃষ্ণবু থি, অস্নমনা খংনগনি। শ্রীকৃষ্ণদি অতিয়াগুম্না পোৎ পুন্নমককী মঙ্গুংদস্ন মপান্দস্ন লৈবনি, অহুবু "উ—বরা?" হাঙ্গৈনা হংবদি স্নপনগী নরলীলাগী মরাতদা তৌবনি। অমরোমদা হাঙ্গৈরগা শ্রীকৃষ্ণবু হংবা অহু— হংবা অহু অরেম্বা নপ্তে। ইবুঙো মাদি মকম পুন্নমকতা লৈবনিনা পুন্নমক্তা হংবা য়াই। অহুনা গোপীসীংদা শ্রীকৃষ্ণনা সংসংনা হাঙ্গৈয়কনি,— "ময়া পরোক্ষং"—"ঐনা নখোইবু উহন্দবনি।" উদা হংবগী মরমদি— উদি য়াংবনিনা লাপনা শ্রীকৃষ্ণনা ফোংদোকপা উবা য়াই, হাঙ্গৈহুনা হংবনি॥৪॥

কচ্চিৎকুরুবকাশোকনাগপুন্নাগচম্পকাঃ।
রামানুজো মানিনীনাং গতো দর্পহরস্মিতঃ ॥৬॥
কচ্চিৎতুলসি কল্যাণি গোবিন্দচরণপ্রিয়ে।
সহ ত্বাঽলিকুলৈর্বিভ্রদ্দৃষ্টস্তেঽতিপ্রিয়োঽচ্যুতঃ ॥৭॥

---

মীৎযেংনা ) নঃ ( গোপী ঐখোইগী ) মনঃ ( পুকনিংবু ) হৃত্বা ( হুরগা ) গতঃ (চৎখিবা) নন্দসূনুঃ (নন্দগী মচা কৃষ্ণবু) কচ্চিৎ দৃষ্টঃ (করিগুম্বা উহৌবরা ?) ।৫।

কুরুবক অশোক-নাগ-পুন্নাগ-চম্পকাঃ ( হে কুরুবক ! হে অশোক ! হে নাগ ! হে পুন্নাগ ! হে চম্পক—লৈহাও ! ) মানিনীনাম্ ( নাপন তৌবী মুপী-সীংগী ) দর্পহর স্মিত ( নাপন মাংহনবা মীনোক নোকপা ) রামানুজঃ ( রামগী মনাও শ্রীকৃষ্ণনা ) কচ্চিৎ গতঃ ( করিগুম্বা চৎখিবরা ? ) ।৬।

তুলসি ( হে তুলসী ! ) কল্যাণি ( হে মঙ্গল ওইবী মুপী ! ) গোবিন্দ-চরণ প্রিয়ে ( শ্রীগোবিন্দচরণগী চান্নবী ! ) অলিকুলৈঃ সহ ত্বা ( খোইমুগা লোই-নবা নহাকপু ) বিভ্রৎ ( পুহুনা চৎপা ) তে অতিপ্রিয়ঃ ( নংগী চান্নখোইবা ) অচ্যুতঃ ( শ্রীকৃষ্ণবু ) কচ্চিৎ দৃষ্ট, ( করিগুম্বা উবরা ? ) ।৭।

---

নন্দগী মচা শ্রীকৃষ্ণনা হুহুনা চৎখরে, নখোইনা করিগুম্বা উহৌবরা ? ।৫। *

হে কুরুবক ! হে অশোক ! হে নাগ ! হে পুন্নাগ ! হে চম্পক-লৈহাও ! ঐখোইদি সতীনি, হান্নইহুনা নাপন তৌবী মুপীসীংগী নাপন মাংহনবা মীনোক নোকপা রামগী মনাও শ্রীকৃষ্ণবু চৎখিবা উহৌবরা ? ।৬। †

হে তুলসি ! হে মঙ্গল ওইবী ! হে গোবিন্দ-চরণগী চান্নবী ! খোইমু ময়ামগা লোইনবা নংবু পুবা শ্রীকৃষ্ণবু করিগুম্বা উবরা ? ।৭ ‡

---

* খোংনাংনাচিংবা অরাংবা উদা হান্নবা হংবদি—মাখোইদ রাংবনিনা—শ্রীকৃষ্ণনা লাপনা লৈরব হ্র উগনি, হান্নইহুনা মাখোইদা হান্নবা হংবনি ।৫।

† কুরুবকনাচিংবা লৈসীংদি নিংথিবা মপান সাৎহুনা জীবব্ মুঙাইহনবনি ; রারগী ঐখোইগী অরাবসি মাখোইনা শ্রীকৃষ্ণদা তম্বিহুনা মুঙাইহনগনি, অসি নিংহুনা মপানসাৎপা উপালসীংদা হংবনি ।৬

‡ গোপীসীংনা উসীংদা হংলকপা অসি নিপাগী জাতিদা ঙাক্তা হংলকই,

মালত্যদর্শিবঃ কচ্চিন্মল্লিকে জাতি যুথিকে।
প্রীতিং বো জনয়ন্‌যাতঃ করস্পর্শেন মাধবঃ ।।৮।।

মালতি ( হে মালতী ! ) মল্লিকে ( হে মল্লিকা ! ) জাতি ( হে জাতী ! ) যুথিকে ( হে যুথিকা ! ) কর স্পর্শেন ( মাগী খুৎনা শোকপিহনা ) বঃ প্রীতিং ( নখোইগী অপেনবু ) জনয়ন্ ( পোকহন্দুনা = ওইহন্দুনা ) যাতঃ চংখিবা ) মাধবঃ ( শ্রীকৃষ্ণবু ) বঃ ( নখোইনা ) কচ্চিৎ অদর্শ ( করিগুম্বা উবরা ? ) ।৮।

হে মালতী ! হে মল্লিকে। হে জাতী ! হে যুথিকে ! শ্রীকৃষ্ণনা মহাক্কী

—ব্যাখ্যা— অদুদা খল্লে,—মাখোই অসি নিপা ভাক্তুনি, অদুনা নিপা ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী মীচংনি, অদুনা ঐখোইনা মান তৌরুবা অদু হংদুনা ঐখোইনা হংবদা খুমদরে। অসি নিংদুনা মুপী ওইবীদা হংলবদি মুপী মশেলনিনা ঐ-খোইগী মীচং চংগনি, অসি নিংলে। মাদুদা তুলসীদি শ্রীকৃষ্ণনা চানবীনি, অদুনা মহাক্তি শ্রীকৃষ্ণনা থান দবনিনা শ্রীকৃষ্ণগী মফম খংগনি, অসি নিংদুনা তুলসীদা হংলিবনি। "গে বিন্দচরণ প্রিয়ে"—গোবিন্দ চরণগী চান্নবী। মাসিদা গোবিন্দ-চরণ, রাহে অসি অর্থ অনিনি। মাদুদি সম্মানার্হ ওইবগী মিংদা 'চরণ' রাহৈ অসি তানৈ। মাদুদি শ্রীগুরুচরণ, আচার্যচরণ অসিনাচিংবনি। অর্থ অসিদা "গোবিন্দচরণ" হাঙ্গবদি 'গোকুলেন্দ্রপ্রিয়ে" হাঙ্গবনি। অর্থ অমদানা শ্রী-গোবিন্দগী শ্রীচরণগী চান্নবী ! হাঙ্গগনি। মাদুমক মথক্তা গোপীসীংনা শ্রীকৃষ্ণবু স্তুতি তৌবদা হাঙ্গখবে,— "শ্রীর্যৎ পদাম্বুজ রজঃ……" অসিনাচিংবনি। অদুনা শ্রীগোবিন্দ-চরণ প্রিয়ানি নংদি, অসুম্না নোংল্লুরা সম্মান তৌদুনা তুলসীদা হংবনি। খোইমুপী গা লোইনবা, হাঙ্গবদি তুলসীগী সাদ্‌গুণ্যবু উৎপনি। শ্রীকৃষ্ণদা চংজরিবা খোইমুবু নংনা তাম্বোক্তবা অদুগুম্না ঐখোইবু থৌজানবিয়ু হাঙ্গবা ভাবনি। "নংগী চান্নথোইবা শ্রীকৃষ্ণবু উবরা ?" রাহং অসিদা তুলসীবু চান্নখোইবীনি, হাঙ্গনবগী মরমসু খোইমুগা লোইনবী নংবু পুই, হাঙ্গবাসিনা ভাকই। মরমদি তুলসীবু য়াম্না চান্‌বা নত্রবদি খোই হনবা নংবু পুরোই-দবনি, হাঙ্গবা ভাবনি। মাদুবু "অচ্যুতঃ" হাঙ্গবা মিথৈ অসিনা অমোকসু চেৎহনলি। অ-চ্যুতঃ—নংঙ্গা থাদোক্লদবা, অর্থ অসি প্রেমনা পুথোকই।৭।

চূতপ্রিয়ালপনসাংসনকোবিদারজম্ব্বর্কবিল্ববকুলাম্রকদম্বনীপাঃ ।
যেঽন্যে পরার্থভবকা যমুনোপকূলাঃ শংসন্তু কৃষ্ণপদবীং রহিতাত্মনাং নঃ ।৯।

---

চূত ( হে চূত ! ) প্রিযাল ( হে প্রিয়াল ! ) পনস ( হে পনস ! ) কো-বিদার ( হে কোবিদার ! ) জম্বু ( হে জম্বু ! ) অর্ক ( হে অর্ক ! ) বিল্ব ( হে বিল্ব ! ) বকুল ( হে বকুল ! ) অম্র ( হে অম্র ! ) কদম্ব ( হে কদম্ব ! ) নীপাঃ ( হে নীপ-সা ! ) অন্যে ( অতোপ্পা ) যে ( অদুগুম্বা ) যমুনোপকুলাঃ ( যমুনা নপানদা হৌবা সা ! ) পরার্থ ভবকাঃ ( অতোপ্পা জীবগী ফনবগী দমক্তা হৌবা ওাক্তনি ) তে ( নখোই পুম্নমক্না ) রহিতাত্মনাম্ ( পুকনিং লৌসিং য়াওদ্রবী ) নঃ ( গোপী ঐখোই পুম্নমক্তা ) কৃষ্ণ-পদবীম্ ( কৃষ্ণনা লৈবা মফম ) শংসন্তু ( তাকপিয়ু ) ।৯।

---

শ্রীহস্তনা নংোইবু শোকপিদুনা মুঙাইহন্দুনা লেংখিবা শ্রীকৃষ্ণবু করিগুম্বা উহৌবরা ? ।৮। *

হে চূত ! হে প্রিযাল ! হে পনস ! হে অসন ! হে কোবিদার ! হে জম্বু ! হে বিল্ব ! হে বকুল ! হে অম্র ! হে কদম্ব ! হে নীপ ! হে যমুনাগী মপানদা হৌদুনা জীব পুম্বগী ফনবতা তৌবিবা, অতৈ অতোপ্পা পানবী পুমনমকসু— শ্রীকৃষ্ণনা হুখিদুনা পুকনিং লৌসিং লৈত্রবী ঐখেংইদা— শ্রীকৃষ্ণগী লৈফম তাকপিয়ু ।৯। ‡

* তুলসীদা হংবদা খুম্নকত্রবদা ঐখোইগা লোম্নবীনি হাঈদুনা ঐখোইবু মুংশিন্দ্রদুনা খুমদ্রবনি, অসি নিংদুনা মালতীনাচিংবী লৈসীংনা মকাফম্না সাংপা উবদা মাখোইদা শ্রীকৃষ্ণনা শোকপিরমদুন মুঙাইহন্দুনা মতু চুংলিবনি হাঈনা নিংদুনা লৈসীদা গোপীসীংনা হংলিবনি। মালতী অমসু জাতী লৈ অনিসি জাতি অমত্তনি, মং'দা মশকতদা অনিথোকন থাঈদোকপনি। গোপীসীংনা হংবদা খুমদ্রবদা নিংই, মাদুদি,— লৈসীং অসি তুলসীগী লোম্নবীনি, অদুনা, অমসু শ্রীকৃষ্ণবু কিদুনা উনা উনা, খংনা খংনা তাক্তরে। মীখাপোনবীসীং অসিদা হংলদুনা কাম্নদে, নিংদুনা মাখোই অসিবু হুন্দোক্লমলে ৮।

‡ চূত অমসু আম্র অনি অসি হৈনৌ ওাক্তনি, চূতনা মরীচৎপা হৈনৌনি, আম্রনা উপাম্বী হৈনৌনি। মাস্নমনা নীপ অমসু কদম্ব অনি অসি জাৎ

কিং তে কৃতং ক্ষিতি তপো বত কেশবাঙ্ঘ্রিস্পর্শোৎসবোৎপুলকি-
তাঙ্গরুহৈর্বিভাসি।
অপ্যঙ্ঘ্রিসম্ভব উরুক্রমবিক্রমাদ্বা আহো বরাহবপুষঃ পরিরম্ভণেন॥১০॥

---

ক্ষিতি (হে পৃথিবী!) তে (নহাকনা) কিং তপঃ (করম্বা তপস্যা) বত (ওম্মোকপনি) কৃতম্ (তৌবগে?) কেশবাঙ্ঘ্রিস্পর্শো· সবোৎ-পুলকিতাঙ্গরুহৈঃ (শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীচরণনা নথক্তা নেৎপীবনা মরম ওইহনা নংনা নাপীনাচিংবগী মশক ওইবা নতু চুংথোক্লহুনা) বিভাসি (নংনা ফজনা ভাল্লি) অপি অঙ্ঘ্রি-সম্ভবঃ (শ্রীকৃষ্ণনা নথক্তা নেৎপনা তৌবা নত্তরা?) উরুক্রম বিক্রমাদ্ বা— (বামনদেবনা থাইনা নেৎখিবনরা?) আহো (মাহু নত্রগা) বরাহ-বপুষঃ পরি-রম্ভণেন (বরাহদেবনা কোনখিবনরা?)।১০।

---

হে পৃথিবী! নহাকনা করম্বা তপস্যা তৌখরিগবা? ওম্মোকপনি। শ্রী-কৃষ্ণগী শ্রীচরণনা নথক্তা নেৎপীবনা নংনা নতু চুংহুনা প্রেম-বিকার তৌরি; অহুনা নং ভাম্মোকহুনা লৈরে। নংগী করম্বা মফমদা শ্রীকৃষ্ণনা নেৎলিবগে?

---

—ব্যাখ্যা— অমত্তনি। নীপ কৌবা কেলীনা মপান চাওনা সাৎলি, কদম্বনা মপান পিক্না সাৎলি, মনম য়াম্না মুংশি। প্রিয়ালদি শালপাম্বী জাৎ অমনি। আসনদি পীতশাল কৌই। কোবিদারনা "কাঞ্চনা" কৌবা উ জাৎনি। অর্কদি অঙ্গোৎনি, মাদি পিক্লবস্থ মগুণ লৈবা গোপীশ্বরগী মনাক্তা লৈবনি। অতৈ—অতোপ্পদি গুরা, য়ুবীনাচিংববু থংনগনি। উ ময়ামনা তুমিন্না লৈবা উরবদা মাথোই অসি বিষ্ণুদা সমাধিগী অবস্থাদা লীন ওইখরহুনা তাদবনি, নত্রগা করিগুম্বা তীর্থবাসী হাঙ্গৈবাসিদি মপুক খাবা য়াওই, অহুনা খুমত্রবনি। মাহুদা কনাগুম্বী গোপীসীংনা হাঙ্গি,—"ইতাসা! কনাগুম্বনা কৃষ্ণগী লৈফম থংই, কনা-গুম্বনা থংদে, থংলহুনা খুমদবস্থ ওইবা য়াই। অহুনা অরেম্বদা তীর্থবাসীবু নিন্দা তৌহুনা কামদে। শ্রীকৃষ্ণবুদি তত্ত্ব থংবতনা থংই, অহুগুম্বদা হংসি। ময়াম্না খুন্নে,— নংদি কৃষ্ণতত্ত্ব থংবা মশক থংবরা? মাহুদা হংসি। অসি হাঙ্গৈরম্বদা পৃথিবীদা খুদোনবীনা থিল্লি। মাতুদা ময়াম্না "চুমই, নংনা হাঙ্গৈবা পৃথিবীদা হংসি" হাঙ্গৈহুনা পৃথিবীদা হংই, মাহু মথংগী শ্লোকনা হাঙ্গৈ।৯।

অপ্যেণপত্ন্যুপগতঃ প্রিয়য়েহ গাত্রৈস্তন্বন্ দৃশাং সখি সুনির্বৃতিমচ্যুতো বঃ।
কান্তাঙ্গসঙ্গকুচকুঙ্কুমরঞ্জিতায়াঃ কুন্দস্রজঃ কুলপতেরিহ বাতি গন্ধঃ ॥১১॥

এণ পত্নি ( হে সঙ্গী অমোম ! ) সখি ( হে সখী ! ) ইহ ( মফমসিদা ) প্রিয়য়া ( মহাককী চান্নবীগা লোইনবা ) অচ্যুতঃ ( শ্রীকৃষ্ণনা ) গাত্রৈঃ ( মাগী পাম্বোম্নাচিংবা হকচাংনা ) বঃ ( সঙ্গী নখোইগী ) দৃশাং ( মীৎকা ) সুনির্বৃতিম্ ( মুঙাইববু ) তন্বন্ ( সন্দোকতুনা ) অপি উপগতঃ ( মনাক্তা চৎখিবরা ? ) কুলপতেঃ ( গোকুলপতি শ্রীকৃষ্ণগী থবাক্তা থোল্লিবা ) কান্তাঙ্গসঙ্গ-কুঙ্কুমরঞ্জিতায়াঃ ( চান্নবীগী থবাককা শোরক্লবদগী কুঙ্কুম চুরবা ) কুন্দ স্রজঃ ( কুন্দপরেংগী ) গন্ধঃ ( মনম ) ইহ ( মফম অসিদা ) বাতি ( মুংসিৎনা হুমহুনা— লাকলে ) ।১১।

---

নংগী নতু চুংলিবাসিবু শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীচরণনা নেৎপনা নত্তরা ? অহুৎভ বামননা নথক্তা নেৎখিবনরা ? নত্রগা মাহুগী মাংদা বরাহদেবনা কোনখিবনরা ? ।১০। *

হে এণপত্নী ! হে সখী ! সঙ্গী অমোম ! চান্নবীগা লোইনহুনা চৎপা শ্রীকৃষ্ণনা মনাক্তা চৎতুনা মহাককী পাম্বোম্নাচিংবা হকচাংনা নখোইগী মীৎপু মুঙাইহন্দুনা চংখিবরা ? চান্নবী অহুগী থবাককা সন্নহুনা কুঙ্কুম চন্দন চুরবা শ্রীকৃষ্ণনা থোল্লিবা কুন্দপরেংগী মনম মুংশিবনা নংনা এংলিবা সোমদা মুংসিৎনা হুমহুনা লাক্লে।১১। †

---

* পৃথিবীদা মাসুমনা হংবদা খুম্নক্তরে। অহুদা গোপীসীংনা নিংই,—এঃ! পৃথিবী অসিদি মাগী মথক্তা শ্রীকৃষ্ণনা মুমিৎচুপ্প' নেৎতুনা শ্রীকৃষ্ণগী ধ্বজ, বজ্রবাচিংবা পাদচিহ্ননা মাবু লৈতেংহুনা লৈ। অহুনদি মহাক্তি মতম পুম্নমক্তা স্বাধীন-ভর্তৃকানি, অহুনা থোইহুনা লোন্নবী ঐখোইনা হংবা খুমজ্রবনি, অসি নিংলহুনা কোঙ্গনা এংখিবদা সঙ্গী অমোম অমা লাকপা উরে, মাহুদা গোপীসাংনা হংলকই, অসুমনা মথংগী শ্লোকনা হাঈরি।১০।

† গোপীসীংনা পৃথিবীদা হংলুবদগী খুম্নকত্রহুনা পুকনিং থুংত্রবী গোপীসীংনা এংখোকখিবদা সঙ্গী অমোম অমা চেল্লকপা উরে। সঙ্গীগী হৌনবী কজবা মীত্তানা তথক তথক এংলগা মতুংলোমদা হন্না হন্না এংবা অহু গোপীসীংনা

বাহুং প্রিয়াংস উপধায় গৃহীতপদ্মো রামানুজস্তুলসিকালিকুলৈর্মদান্ধৈঃ।
অন্বিয়মান ইহ বস্তরবঃ প্রণামং কিংবাঽভিনন্দতি চরন্ প্রণয়াবলোকৈঃ ।।১২।।

---

তরবঃ ( হে উসা ! ) গৃহীত-পদ্মঃ ( এৎ থংবা খুৎনা লীলা কমল কোবা থম্বাল পাইবা ) মদান্ধৈঃ ( ময়াই কাহুনা মম্নবা ) তুলসীকালিকুলৈঃ ( তুলসীগী মতুং ইল্লিবা খোইমুনা ) অন্বিয়মানঃ ( তুং ইল্লিবা ) রামানুজঃ ( শ্রীকৃষ্ণনা )— প্রিয়াংসে ( চান্নবীগী লেংবান্দা ) বাহুম্ ( ওই থংবা খুৎ ) উপধায় ( হাপতুনা ) ইহ ( মফম আসদা ) চরন্ ( চৎতুনা ) প্রণয়াবলোকৈঃ ( প্রেমগা লোইননা এংবিদুনা ) বঃ প্রণামম্ ( নখোইনা খুরুম্নবু ) কিম্বা অভিনন্দতি ( করিগুমবা তরাম তরামনা হাঙ্গদুনা ওকপিরম্বরা ? ) ।১২।

---

হে উসা ! খুত্তা লীলা-কমল কোবা থম্বাল পাইবা, ইবুঙো মানা থোল্লিবা তুলসীপরেংদা ইনবা খোইমুসীংনা কোঙ্গইন ইন্নবা শ্রীকৃষ্ণনা ইবুঙো মাগী ওই

---

—ব্যাখ্যা— উরগা থল্লি,-- সোইদরে, সজী অমোম অসি শ্রীকৃষ্ণনা মহাক্কী প্রিয়াগা লোইননা লেংবা অদু উরকতুনা হন্না হন্না এংদুনা চেল্লিবনি, অসি নিংদুনা সজী অমোমদা হ লিঙৈ খুদক্তা শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গ-গন্ধ পুবা মুংশিৎ শিং-লকপদা হরাওদুনা গোপীসী না সজী অমোমদা হংলিবনি। মথক্তা অধ্যায় লোইবদা শ্রীকৃষ্ণনা অন্তর্দ্ধান ওইবদা কনাগুম্বী গোপী অমবু থৌজানহনগে হাঙ্গদুনা পুথি, অসুমনা 'প্রসাদায়" পদ অমত্তনা উৎথি। শ্লোক অসিদা শ্রীকৃষ্ণনা গোপী অমা পুথিবা অদুবু "প্রিযষা— প্রিয়াগা লোইনাদুনা" অসুম্না ফোংদোক্তুনা হাঙ্গরি। মাসুম্ তৌদুনা মথং মথং অসুম ফোংদোক্লকতুনা প্রিয়া অদুবু শ্রীরাধানি, হাঙ্গনা নাম ফোংদোক্লক্কনি, মাদুতা নত্তনা শ্রীরাধা-গতা লোইনাদুনা সান্নবসু ফোংদোক্লক্কনি। অদুম অদুম্নদি ওইদুনসু মুখ্যাবৃত্তি-নদি শ্রীরাধানি, হাঙ্গরোই, লক্ষণাবৃত্তিতনা মরম ওইদুনা হাঙ্গ। মরমদি— প্রয়োজনবতা লক্ষণাদি ব্যঙ্গজননীনি, ধ্যঙ্গার্থতনা কাব্যদা ফজৈ, উত্তম কাব্যগী হোনবনি। থোইদোকপা মরমদি—শ্রীরাধাকৃষ্ণগী রহস্যলীলাদি রহস্যনীয়নি; মপান্দা ফোংলকপদি রসাভাসনি। অদুনা কনাগুম্বনা করিগুম্বদসু মা মাগী রহস্যলীলাবু মচিন্না পম্না সভা মমাংদা হাঙ্গবা হোনদে। অদুনা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী রহস্যলীলাদি করিগী সভাদা ফোংনা হাঙ্গগদগে ? ।১১।

পৃচ্ছতেমা লতা বাহূনপ্যাশ্লিষ্টা বনস্পতেঃ।
নূনং তৎকরজস্পৃষ্টা বিভ্রত্যুৎপুলকান্যহো ॥১৩॥

---

ইমাঃ লতাঃ ( উরীসীং অসিদা ) পৃচ্ছত ( নখোইনা শ্রীকৃষ্ণবু হংউ ) বনস্পতেঃ ( উ পানবী মপুন্নোইবা ওইবসীংগী ) বাহূন্ ( মশা মরেংগী মশক ওইবা পাম্বোম খিবিকপু ) আশ্লিষ্টাঃ অপি ( কোনবা ওইদুনসু ) উৎপুলকানি ( তুজুংববু ) অহো ( ওম্বোকপনি ) বিভ্রতি ( মাখোইনা পুরি ) তৎ ( শ্রীকৃষ্ণগী ) করজস্পৃষ্টাঃ নূনং ( খুজিন্না শোকতুনা তৌবা ওইগনি )। ৩।

---

থংবা খুৎনা চান্নবীগী এৎ থংবা লেংদা হাপতুনা মফম অসিদা লেংখিবদা নখোইনা খুরুজহৌবদা ইবুঙোনা তরাম তরাম তৌদুনা ওকপিরম্বরা ? ।১২। *

কনাগুম্বী গোপীসীংনা গোপী ময়ামদা হাঙ্গৈরকই,—"ইতাসা ! উরীসীং অসিদা শ্রীকৃষ্ণ উবরা ? হাঙ্গৈনা হংউ ; মাখোই অসিনা মাখোইগী মপুন্নোইবা উপানগী পাম্বোম ওইবা মশাদা চেৎনা কোন্দুনা মতু চুংদুনা খাংলিবা অসি শ্রীকৃষ্ণগী খুজিন্না শোক্লম্বগী মতু চুংহৌবা ওইগনি ।১৩। †

* শ্রীকৃষ্ণনা মফম অদুমক্তদা লৈরে, হাঙ্গৈবগী খুদম অমসু উরে, মাদুবু গোপীসীংনা মহৈ মহৈ এংনরতুনা "সোইদরে" হাঙ্গৈদুনা উসীংদা মাখোইনা শ্রীকৃষ্ণবু খুরুমজবা অদু ওকপিরম্বরা ? হাঙ্গৈদুনা হংলিবনি। মাদুম্না হংলগা নখোইগুম্বা সাত্ত্বিক লোকতদি কদাইদগীনিংথিনা তৌরমগদবনো, শ্রীকৃষ্ণদি রামগী মনাওনি, অঙাওবনি। অদুনা মাগা লোইনরিবী প্রিয়াগী লেংবানদা মখুৎ হাপতুনা ইবুঙো মাগী চিন্দগী থোকখিবা মুখ-গন্ধ তাদুনা তুলসীবনগী খোইমু ময়াম পাইশিনলকপগী খুৎ এৎনা লীলাকমল পাইদুনা তাম্বোকপনি। মাদুম তৌদুনা মাগী চান্নবীগী সেবা তৌবতদা পুকনিং চংখিদুনা নখোইনা খুরুমলিবা অসি ওকপিরমলোই, হাঙ্গৈবা ভাবনি ।১২।

† খুথক অদুদা কনাগুম্বী গোপী খরনা শ্রীকৃষ্ণগা শোক্লরম্বা খুদম অম্না অমোকসু উরদুনা গোপী ময়ামদা আলোচ্য শ্লোক অসি হাঙ্গৈরিবনি, মাদুদি উরীসীং অদুনা তৌরিবা মওং অদু শ্রীকৃষ্ণনা মাখোইবু শোকখিবা নত্তনদি মাদুমনা কদৌম্নুংদসু তৌরোই, হাঙ্গৈদুনা ঙাংনরিবনি ।১৩।

ইত্যুন্মত্তবচো গোপ্যঃ কৃষ্ণান্বেষণকাতরাঃ।
লীলা ভগবতস্তাস্তা হ্যনুচক্রুস্তদাত্মিকাঃ ॥১৪॥

---

ইত্যুন্মত্ত-বচঃ ( অসিগুম্বা অঙাওবনা ঙাংবগুম্না রা ঙাংলবী ) কৃষ্ণান্বেষণ-কাতরাঃ ( শ্রীকৃষ্ণ থিবমক্তনা ৱারবী ) গোপ্যঃ ( গোপীসীংনা ) তদাত্মিকাঃ ( মাখোইবু কৃষ্ণগী মশক ওইনা নিংলহ্না ) ভগবতঃ ( শ্রীকৃষ্ণগী ) তাঃ তাঃ ( অহু অহুগুম্বা ) লীলাঃ ( লীলাবু ) অনুচক্রুঃ ( মতৌ তমখি ) ।১৪।

---

মাস্মুম তৌহ্না অঙাওবনা ঙাংবগুম ঙাংলহ্না শ্রীকৃষ্ণবু থিবা মক্তনা ৱারবী গোপীসীংনা শ্রীকৃষ্ণমক্তবু নিংবনা মশা অহু লৈবা কাওথরহ্না মা-খোইবু কৃষ্ণনি, হাঙ্গনা নিংখরে, অহুদগী ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা তৌবা অহু অহু-গুম্বা লীলাবু শ্রীকৃষ্ণনা তৌবগুমনা গোপীসীংনা তৌখি।১৪। *

---

* মাস্মমনা ঙাংহ্না ঙাংহ্না শ্রীকৃষ্ণবু খিবমক্তনা রারে, হাঙ্গবদি মাহুম্না মথং অমা থিগদবদা প্রেমগী মৈনা চাকপনা থিবা ঙমদরে, হাঙ্গবনি। অহু-দগী ভগবান্গী লীলা অহু অত—পুতনাবধনাচিংববু মতৌ তমহ্না তৌখি। অসি হাঙ্গবগী অর্থদি— শ্রীকৃষ্ণনা অন্তর্দ্ধান ওইখরবদা মথক্তা হাঙ্গখরে,—খোঙ্জেন ৱাংনা ঈশৈ ছকখি, ঈশৈসীং অহুনা হাঙ্গরিবা শ্রীকৃষ্ণগী পুতনাবধ নাচিংবা অহুবু অভিনয় তৌবগুম্না সাহ্না লীলাসীং অহুগী মতৌ তম্বখি। মাসিদা চিংনগদবা লৈ মাহুদি— গোপাসীংনা ন্মুমিৎচুপপা শ্রীকৃষ্ণমক্তবু থনথিবা অহুদা শ্রীকৃষ্ণগুম্না গোপীনা সারকপদি ফৈ, কৃষ্ণবু নিংলগা শ্রীকৃষ্ণবু ফত্তনবা তৌগে, লাকপা পুতনানাচিংববু গোপীনা মান্নবা সাবদি— করি-গীনো? পুতনাদি শ্রীকৃষ্ণবু ফত্তনবা তৌগে হাঙ্গবনি, মাগী মতৌ তমবদি ভক্তি ফাইদরা? অসি চিংনফম থোকই। মাসিগী মরমদা শ্রীসনাতন পাদনা তোষণীদা ব্যাখ্যা তৌই, মাহুদি— "পুতনানাচিংবগী মতৌ তম্বদি কৃষ্ণনা বিষয় ওইবা অমসু শ্রীকৃষ্ণনা হেতু ওইবা জয় ওইবনা কৃষ্ণগী মতৌ ওইবনি" হাঙ্গবদি পুতনা ওইবা ভাব অহু গোপীসীংদা লৈতে। অহুনা গোপীসীংদা মহোৗশানা ওইরিবা কৃষ্ণ ওইবা ভাব অহু কাইদে। মাহুদি— কৈনা লাবে তৌরবদা অকিবা মীনা কৈগী মতৌ তমই, মাহুগুম্বনি। অহুনা গোপাসীংনে

কস্যাশ্চিৎপূতনায়ন্ত্যাঃ কৃষ্ণায়ন্ত্যপিবৎস্তনম্।
তোকায়িত্বা রুদত্যন্যা পদাহন্ শকটায়তীম্ ॥১৫॥
দৈত্যায়িত্বা জহারান্যামেকা কৃষ্ণার্ভভাবনাম্।
রিঙ্গয়ামাস কাহপ্যংঘ্রী কর্ষন্তী ঘোষনিস্বনৈঃ ॥১৬॥

---

কৃষ্ণায়ন্তী ( কৃষ্ণ সাবী কনাগুম্বী গোপী অমনা ) পূতনায়ন্ত্যাঃ ( পূতনা সাবী ) কস্যাশ্চিৎ ( কনাগুম্বী গোপী অমগী ) স্তনম্ ( স্তনবু ) অপিবৎ ( থক-খিরমই ) অন্যা ( অতোপপী গোপী অমনা ) রুদন্তী ( কপতূনা ) তোকায়িত্বা ( অঙাং মচা পিশক শারদুনা ) পদা ( খোঙনা কাওখৎতুনা ) শকটায়তীম্— ( কাং শারিবী গোপী অমাবু ) অহন্ ( কাউখি ) ।১৫।

একা ( গোপী অমনা ) দৈত্যায়িত্বা ( হিংচাবা তৃণাবর্ত্ত সাদুনা ) কৃষ্ণার্ভ-ভাবনাম্ ( শ্রীকৃষ্ণনা অঙাং ওইরিঙৈগী মশক সাবী ) অন্যাম্ ( অতোপ্পী গোপী

---

কনাগুম্বী গোপীনা শ্রীকৃষ্ণনা অঙাং ওইরিঙৈগী মূর্ত্তি সারে, পূতনা সাবী কনাগুম্বী গোপী অমগী স্তন থকখি, কনাগুম্বী গোপী অমনা অঙাং ওইবা শ্রীকৃষ্ণ সারে, অদুনা, কাং শারিবী কনাগুম্বী গোপী অমদা খোঙনা কাওখি ।১৫।

কনাগুম্বী গোপী অমনা তৃণাবর্ত্ত হিংচাবা সাদুনা কৃষ্ণনা অঙাং ওইবগী

---

— ব্যাখ্যা— তন্ময়ভাব - কৃষ্ণগী মতৌ ওইদুনা লৈবনা কাইনবা ভাব লৈতে। কনাগুম্বী গোপী অমনা যশোদা সাই, মাদুস্থ গোপী অদুগী রতি কৌবা মাপী ভাবনা যশোদা সাবা নত্তে। মরমদি মত্তম অদুদা মহাকী রতি ভাবপু শ্রীকৃষ্ণবু অঙাং ওইনা নিংলুবা অদুনা কুপশিনখরবননি। অদুম্বদি ওইরগা, অমস্থ শ্রীকৃষ্ণ সারিবী গোপী অদুনস্থ মানা হান্না তৌবা ভাব মশেন মাম্নবা, ঐ কৃষ্ণনি, হাঙ্গৈনা নিংবনা কৃষ্ণগী অঙাং ওইরিঙৈদা য়মাবু কিবা অদু খোরকপনা যশোদা সারিবী গোপীদা কিবা ভাব ওই। অদুনা কৃষ্ণ সাবী গোপীগা যশোদা সাবী গোপীগা অনিমক মাতৃভাবকা পুত্রভাবকা শোরুদে। মরম অনিনা কৃষ্ণভাব ভাক্তা ওইনবনা শোকনবা য়াদবা ভাব অনিগী শোকনবা ওইদে ।১৪।

কৃষ্ণরামায়িতে দ্বে তু গোপায়ন্ত্যশ্চ কাশ্চন।
বৎসায়ন্তী হন্তি চান্যা তত্রৈকা তু বকায়তীম্ ॥১৭॥
আহূয় দূরগা যদ্বৎ কৃষ্ণস্তমনুকুর্ব্বতীম্।
বেণুং ক্বণন্তীং ক্রীড়ন্তীমন্যাঃ সংসন্তি সাধ্বিতি ॥১৮॥
কস্যাঞ্চিৎ স্বভুজং ন্যস্য চলন্ত্যাহাপরা নমু।
কৃষ্ণোঽহং পশ্যত গতিং ললিতামিতি তন্মনাঃ ॥১৯॥

---

অমাবু ) জহার ( হুড়্না পুখি ' কাপি ( কনাগুম্বী গোপী অমনা ) ঘোষ-নি-স্বনৈঃ ( কিঙ্কিণীগী ফজবা খোঞ্জেন থোকহন্দুনা ) অঙ্ঘ্রিম্ ( খোঙবু ) কর্ষতী ( চিংহুনা ) রিঙ্গযামাস ( উপ্না ইন্দুনা চৎপা অহু তমখি ) ।১৬।

দ্বে তু ( গোপী অনিনা ) কৃষ্ণরামাথিতে ( অমনা কৃষ্ণ অমনা বলদেব সারে ) কাশ্চন ( কনাগুম্বী গোপীসীংনা গোপ সখা সারে ) অন্যা ( অতোপ্পী অমনা ) বৎসায়তীম্ ( বৎসাস্থর সাবীবু ) তত্র ( অনিগী মরক্তা ) একা— ( অমনা ) বকাযতীম্ ( বকাস্থব সাবীবু ) হন্তি ( হাৎলি ) ।১৭'

কৃষ্ণঃ ( শ্রীকৃষ্ণনা ) দূরগাঃ ( লাপনা চৎখরবা যণবু ) যদ্বৎ ( মাহুমনা তৌবা ) তম্ ( মাহুবু ) অনুকুর্ব্বতীম্ ( মতৌ তমলিবী ) বেণুম্ ( বেণুবু ) ক্বণন্তীম্ ( খোংলিবী ) ক্রীড়ন্তীম্ ( শ্রীকৃষ্ণগী মতৌ তমহুনা সান্নরিবীবু ) অন্যাঃ (অতোপ্পী গোপীসীংনা) সাধু ইতি সাধু সাধু হাঙ্গইহুনা) স সন্তি ( থাগৎলি) ।১৮।

অপরা ( অতোপপা গোপ্পী অমনা ) স্বভুজম্ ( মাগী পাম্বোম্বু ) কস্যাঞ্চিৎ ( কনাগুম্বী গোপী অমদা ) ন্যস্য ( হাপতুনা ) চলন্তী ( চৎলহুনা ) আহ—

---

মূর্ত্তি সারিবী গোপী অমাবু হুখি, কনাগুম্বী গোপী অমনা শ্রীকৃষ্ণনা অঙাং ওইরিঙৈদা খোঙগী কিঙ্কিণী মখোন হৌহন্দুনা উপ্না ইন্দুনা চৎপাহু তমখি ।১৬।

গোপী অনিনা অমনা কৃষ্ণ, অমনা রাম সারে, অতৈ গোপীসীংনা গোপমচা সারে, অনিগী মরক্তা অমনা বৎসাস্থর সাবীবু, অমনা বকাস্থর সাববু হাৎলি।১৭।

শ্রীকৃষ্ণনা লাপ্না চৎখরবা এণবু বেণু খো হুনা কৌশনববু কনাগুম্বী গোপীনা বেণু খোংহুনা তমই, মাহু উরগা গোপীসীংনা সাধু সাধু হাঙ্গনা থাগৎলি ১৮।

কনাগুম্বী অতোপ্পী গোপী অমনা মহাককী পাম্বোম্বু অতোপ্পা গোপী

মা ভৈষ্ট বাতবর্ষাভ্যাং তত্ত্রাণং বিহিতং ময়া।
ইত্যুক্ত্বৈকেন হস্তেন যতন্ত্যুন্নিদধেঽম্বরম্ ॥২০॥
আরুহ্যৈকা পদাক্রম্য শিরস্যাহাপরাং নৃপ।
দুষ্টাহে গচ্ছ জাতোঽহং খলানাং ননু দণ্ডধৃক্ ॥২১॥

---

( হাঙ্গৈ ) ননু ( হে গোপীসা ! ) অহম্ ( ঐ ) কৃষ্ণঃ ( কৃষ্ণনি ) ললিতাম্ গতিম্ ( ফজবা খোঙচৎ অসি ) পশ্যত ( নখোইনা এংউ ) ইতি ( অসুম্না ) তন্মনাঃ ( শ্রীকৃষ্ণমক্তা খনখরবী গোপীনি )। ৯।

বাতবর্ষাভ্যাং ( নুসিৎনে নোংনে অনিদগী ) মা ভৈষ্ট ( নখোই কিগনু ) তৎ ত্রাণম্ ( মাতুদগী ঙাক্লববু ) বঃ বিহিতম্ ( নখোইনা হান্ননা তৌখরে )— ইত্যুক্ত্বা (মাসি হাঙ্গৈদুনা) একেন হস্তেন ( খুৎ নাম্মতনা ) যতন্তী ( যত্ন তৌনা হোৎনরবী গোপী অমনা ) অম্বরম্ ( ফি অমবু ) উন্নিদধে ( থাঙ্গৎখি )২০।

অপরা ( অতোপপী গোপী অমনা ) একাম্ ( গোপী অমবু) পদাক্রম্য ( খোঙনা নেৎথুদুনা ) শিরসি ( কোক্তা ) আরুহ্য ( কাখৎতুনা ) আহ (হাঙ্গৈ) ননু দুষ্টাহে ( হে ফত্তবা লীন ! ) ননু দুষ্ট ( হে ফত্তবা ! ) ননু অহে ( হে কালিয় লীন ! ) গচ্ছ ( চৎলো ) খলানাম্ ( নখোইগুম্বা ফত্তবাসীংগী ) দণ্ডধৃক্ ( দণ্ড পাইবা = দণ্ড তৌবা = লাকশিনবা ঙম্বা ) অহম্ ( কৃষ্ণ—ঐ ) জাতঃ ( পোকলে ) ।২১।

---

অমগী লেংবান্দা হাপলগা চৎলদুনা হাঙ্গৈরকই,—হে গোপীসা ! ঐ কৃষ্ণনি, ঐগী ফজবা খোঙচৎ অসি এংউ, অসুম্না শ্রীকৃষ্ণমক্তা খনখবী গোপী অদুনা হাঙ্গৈরকই ১৯।

নোং নুংসিৎ কিগনু, মাতুদগী ঙাক্লবা উপায়দি নখোইনা পূজা তৌদুনা হান্ননা সেমখরবনি, অসি হাঙ্গৈদুনা খুৎ নাম্মতনা যতন তৌনা ফি অমা থাঙ্গৎখি ।২০।

কনাগুম্বী গোপী অমনা কনাগুম্বী গোপী অমদা খোঙনা নেৎদুনা— মকোকতা কাখৎলগা হাঙ্গৈরকই,—"হে ফত্তবা কালিয় কৌবা লীন ! নখোইগুম্বা ফত্তববু দণ্ড পীবা ঐ পোকলে, চৎলো ।২১।

তত্রৈকোবাচ হে গোপা দাবাগ্নিং পশ্যতোল্বণম্।
চক্ষুংষ্যাশ্বপিদধ্বং বো বিধাস্যে ক্ষেমমঞ্জসা ॥২২॥
বদ্ধান্যয়া স্রজা কাচিৎ তন্বী তত্র উলূখলে।
বধ্নামি ভাণ্ডভেত্তারং হৈয়ঙ্গবমুষস্ত্বিতি।
ভীতা সুদৃক্ পিধায়াস্যং ভেজে ভীতিবিড়ম্বনম্।২৩॥
এবং কৃষ্ণং পৃচ্ছমানা বৃন্দাবনলতাস্তরূন্।
ব্যচক্ষত বনোদ্দেশে পদানি পরমাত্মনঃ ॥২৪॥

---

তত্র ( গোপীসীংগী মরক্তা ) একা ( গোপী অমনা ) আহ ( হাঙ্গৈ ) রে গোপাঃ ( হে গোপসা ! ) উল্বণম্ ( অকিবগী মশক ওইবা ) দাবাগ্নিং ( লম্মৈ-চাকপবু ) পশ্যত ( নখোইনা এংউ ) চক্ষুংষি ( মীৎ পুম্নমকপু ) আশু ( থুনা ) অপিধধ্বম্ ( উইসিনলু ) বঃ ( নখোইগী ) ক্ষেমম্ ( ফনববু ) অঞ্জসা ( সং স্যংনা ) বিধাস্যে ( তৌগে )।২২।

তত্র ( গোপীসীংগী মরক্তা ) কাচিৎ ( কনাগুম্বী ) তন্বী ( গোপী অমবু ) অন্যয়া ( অতোপ্পা গোপী অমনা ) উদূখলে ( সুম্বনদা ) স্রজা ( লৈপরেং—অমনা ) বদ্ধা ( পুনখি ) ভাণ্ডভেত্তারম্ ( চফু থুগাইবা ) হৈয়ঙ্গবমুষম ( মাখন হুবা নংবু ) বধ্নামি ( পুনগে ) ইতি ( অসুম্না হাঙ্গৈ ) ভীতা ( কিরবী ) সুদৃক্ আস্যম্ ( ফজবা মীৎ ওইব মাইথোংবু ) পিধায় ( খুমজিল্লহনা ) ভীতি-বিড়ম্বনম্ ( কিবগী মতৌ তম্ববু ) ভেজে ( তৌখি )২৩।

বৃন্দাবন-লতা-তরূন্ ( বৃন্দাবনদা হৌরিবা উরী, উ পুম্বদা ) কৃষ্ণং ( শ্রী-

---

গোপী ময়ামগী মরক্তা কনাগুম্বী গোপী অমনা গোপী ময়ামদা গোপ ওইহন্দুনা হাঙ্গৈরকই,—হে গোপসা ! এংউ, অকিবগী মশক ওইবা লম্মৈ চাক্লক্লে, মীৎ উইসিল্লু. এনা নখোইগী ফনবা সোইদনা তৌগনি ।২২।

গোপীসীংহুগী মরক্তা কনাগুম্বী গোপী অমনা যশোদা সাহনা শ্রীকৃষ্ণ সারিবা গোপী অমবু সুম্বন্দা লৈপরেংনা পুনশিল্লে, "চফু থুগাইবা, মঙোম হুরানবা নংবু পুনগে" অসি হাঙ্গৈরবদা কৃষ্ণ সারিবী অহনা ফজবা মীৎনা—নির্ঘিরবা মাই অহু লোৎলহনা কিবগী মতৌ তমই ।২৩।

বৃন্দাবনগী লতা তরু—উরী, উপান পুম্বদা শ্রীকৃষ্ণবু হংদুনা থিরিবী—

কৃষ্ণবু ) এবং পৃচ্ছমানাঃ ( মাস্নম তৌহ্না হংলিবী গোপীসীংনা ) বনোদ্দেশে ( বনগী মচি অমদা ) পরমাত্মনঃ ( শ্রীকৃষ্ণগী ) পদানি ( খোঙগুন খিবিকপু ) ব্যচক্ষত ( উখি ) ।২৪।

গোপীসীংনা করিগুম্বা বন মচি অমদা পরমাত্মা ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী চরণচিহ্ন তারম্বা উরে ।২৪ *

* শ্রীকৃষ্ণনা অন্তর্দ্ধান ওইখরবদা গোপীসীংনা তৌহৌবা পুম্বা অধ্যায়সিদা শ্রীভাগবতনা মথং মথং হাঙ্গিরি ; পুম্নমক অহ্ন রস-শাস্ত্রগী মতুংইন্না ব্যাখ্যা তৌগদবনি। মাতগী অসম্বদি উজ্জ্বলরসনা মখল অনি থোকই। মাহুদি— চান্নবগা লৈমন্নববু সম্ভোগ কৌই, কাঙ্গনবা মতম্মু বিপ্রলম্ভন কৌই। “বিপ্রলম্ভন” কৌবা অবস্থাদা “উন্মাদ”—ঙাওই। ঙাওরবদা মথন্তবু কাউই— মশাবু মশানা খংজদে। মতম অহুদা স্বপনগী চান্নবতবু খনখিহুনা মাখোইনা চান্নবহু ওইখি, মাহুবু অধ্যায়গী হৌগংপদা, অহানবদা হাঙ্গীখরে— “প্রিয়াঃ প্রিয়স্য প্রতিরূঢ় মূর্ত্তয়ঃ”— “অসাবহস্ত্বিতি…”। মতম অহুদা গোপীসীংনা মশাপুম্বা কাউখিহুনা শ্রীকৃষ্ণতবু খনখিবনা হাক্কনখিহুনা শ্রীকৃষ্ণনা তৌরম্বা পুম্বা তৌই অহুগা “ঐ কৃষ্ণনি” হাঙ্গী। উন্মাদ—ঙাওবা অহ্ন খর হন্থরক্তুনা ময়াই ওইনা ঙাওরবদা ‘ঐ’ হাঙ্গীবসি খজিক্কুং নিংশংই। মতম অহুদা অনুকরণ—চান্নবগী মতৌ তমই। মাহু—“কৃষ্ণোহং পশ্যত গতিম্” অসিনা চিংবা হাঙ্গীখিবা অহুনি। মাহুম তৌহুনা পুতনাগী খোম থকপা, কালিয়নীন লাকাসিনবা, বকাসুর হাৎপনাচিংবা তৌরিবা পুম্নমক অহু উন্মাদাবস্থাগী ময়াই ওইরবদা তৌবনি। মাহুদগী উন্মাদাবস্থা অহ্ন য়ামনা হন্থখরবদা ঐ হাঙ্গীবসি চান্নবা মহৌশাগুম খংলবদা উ, উরীনাচিংবদা “কৃষ্ণ উ—বরা ?” হাঙ্গীহুনা হংলিবা অহুনি। মাস্নম তৌহুনা কাঙ্গনবা—বিপ্রলম্ভনাবস্থাদা উন্মাদ, ওইবগী মথাং অহুম—খমথেংবা, ময়াই ওইবা অমসু খজিকতা ওইবা, আসগুম্বা মথাং অহুম অসি হাঙ্গীরবা তুংদা ইথং খংহৌদনা শ্রীকৃষ্ণগী পদচিহ্ন চরণগী খুদম পুবা খোঙগুন উববু নৈনরিবা— আলোচ্য শ্লোক অসিনা হাঙ্গীরিবনি। শ্রীকৃষ্ণগী পদচিহ্ন অহু উরগা গোপীসীংনা তৌবা চেষ্টাবু মথংগী শ্লোকনা হাঙ্গী ।২৪।

পদানি ব্যক্তমেতানি নন্দসূনোর্মহাত্মনঃ।
লক্ষ্যন্তে হি ধ্বজাম্ভোজবজ্রাঙ্কুশযবাদিভিঃ।২৫॥

মহাত্মনঃ (উদার চরিত—পুকচেন চাওবা, মনোরথ পূরক—নিংবা থুংবা) নন্দসূনোঃ (নন্দগী মচা শ্রীকৃষ্ণগী) এতানি পদানি (খোঙগুননি) ব্যক্তম্—(লোইদনে) হি (মরম অদুদগীনি) ধ্বজাম্ভোজ বজ্রাদিভিঃ (ফীরান, থম্বাল, বজ্র সাবা ময়ি খিবিকনা) লক্ষ্যন্তে (মাখোই অসিবু শ্রীকৃষ্ণগী পদচিহ্ননি, [illegible]বা থংই)।২৫।

নন্দগী মচা পুকচেন চাওবা, নিংবা থুংদবা লৈতবা, মহাত্মা শ্রীকৃষ্ণগীনি, অসুমনা খোঙগুনসীং অসিনা তশেং তশেংনা ফোংদোকই, মাদুদি—ফীরান সাবা, থম্বান সাবা, বজ্র সাবানাচিংবা ময়ি অসিনা থংবা ঙমই।২৫। *

* গোপীসীংগী উন্মাদ মখন অহুম হাঙ্গীরগা অদুগী মতুদা গোপীসীংনা বনগী মচি অমদা শ্রীকৃষ্ণগী পদচিহ্ন উব্রে। মাদুদগী ইথং থংবগুমনা—[illegible]না ঙাংনববু শ্লোক অসিনা হাঙ্গীরি। পদচিহ্নসীং অদুগী লৈফম অমসু চিহ্ন অদু পুবগী মরম্মুসু স্কান্দদা হাঙ্গী, মাদুদি,—"দক্ষিণস্য পদাঙ্গুষ্ঠমূলে চক্রং বিভর্ত্যজঃ। তত্র ভক্তজনস্যারি ষড়্‌বর্গচ্ছেদনায় সঃ॥"— এৎ থংবা শ্রীচরণগী খোঙবী মরুদা চক্র সাবা ময়ি লৈ ১ মাদুনা ভক্তসীংগ একবা কাম ক্রোধনাচিংবা একবা তরুকপু ককথৎনবনি। "মধ্যমাঙ্গুলিমূলে চ কমলমচ্যুতঃ। [illegible] চিহ্ন দ্বি রেফানাং লোভনায়াতি শোভনম্।"— খোঙজা ময়াইথংবগী [illegible]দা থম্বাল ২ সাবা রেখাবু শ্রীকৃষ্ণনা ধ্যান তৌবসাংগী পুক্নিং খোইমুবু পাম-[illegible] হাঙ্গীদুনা পুই। "পদ্মস্যাধোধ্বজং ধত্তে সর্ব্বানর্থ জয়ধ্বজং,"—থম্বানগী মখাদা ফিরান ৩ সাবা ময়িবু ধ্যান তৌবা ভক্তসীংগী অরেম্বা থবকপু থদৎপদা [illegible]বগী দমক পুই। "কনিষ্ঠামূলতো বজ্রং ভক্ত পাপাদ্রিভেদনম্।"— খোঙ-[illegible]বীগী মখাদা বজ্র ৪, ভক্তগী পাপকী মশক ওইবা চীঙজাও থুগাইনবা পুই। [illegible]মধ্যেঽঙ্কুশং ভক্তচিত্তেভ বশ কারিণম্।"— খোঙচেপকী ময়াইদা ভক্তগী [illegible] অঙাওবা-সামুবু লাকবগী দমক সামু কাটি ৫ সাবা ময়ি পুই। "ভোগ-[illegible] ধত্তে যবমঙ্গুষ্ঠপর্ব্বণীতি।"— খোঙবীগী তাংদা ভোগ সম্পদকী

তৈস্তৈঃ পদৈস্তৎপদবীমন্বিচ্ছন্ত্যোঽগ্রতোঽবলাঃ।
বধ্বাঃ পদৈঃ সুপৃক্তানি বিলোক্যার্তাঃ সমব্রুবন্ ॥২৬॥

তৈঃ তৈঃ পদৈঃ ( অদু অদুগুম্বা পদচিহ্নসাং অদুনা মরম ওইদুনা )—
গোপীসীংনা শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীচরণচিহ্নসীং অদু এংদুনা এংদুনা শ্রীকৃষ্ণবু

—ব্যাখ্যা— মশক ওইবা কৌ ৬ সাবা ময়ি পুই। 'বজ্রং বৈ দক্ষিণে পার্শ্বে' অঙ্কুশো বৈ তদগ্রতঃ।" ইতি—এখবা নাক্তা বজ্র, মথুগী মাংদা সামুকাটি লৈ। অমুমনা স্কান্দদা মকম অদুমক্তদা শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীচরণগী অধিকারদা—হাঙ্গৈ। অদুগা সাম্প্রদায়িকসীংনা হাঙ্গৈবনবু— খোঙনাওবী মরুদা সামুকাটি সাবা লৈ, মথুগী মতোনদা বজ্র সাবা লৈ, অমুমনা হাঙ্গৈ। অদুগা খোঙ-চেপ্তা সামু কাটি সাবা ময়ি লৈবদি শ্রীনারায়ণনাচিংবদনি। মাসিদা চক্র, ধ্বজ, কমল, বজ্র, অঙ্কুশ অমসু যব চিহ্ন তরুক অসিদি শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীচরণ এরুদা লৈবনি। অতোপপা চিহ্ন কয়াসু শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীচরণদা লৈ। মা-খোই অদু বৈষ্ণব তোষণীগী মতু ইন্না হাঙ্গৈরবদি - "খোঙবী অমসু খোঙ-দোনবী অনিগী তাইনবা মফমদগী হৌদুনা শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীচরণ ময়াই ফাউবা "উর্দ্ধরেখা" চিহ্ন লৈ ৭। চক্রগী মতোনদা ছত্র লৈ ৮। শ্রীচরণ খুয়াগী মযাইদা মাইকৈ মরিদা স্বস্তিকচিহ্ন মরি লৈ ৯। স্বস্তিক মরিগী তাইনবা মফম মরিদা হৈজাংগী চিহ্ন মরি লৈ ১০। স্বস্তিক মরি অদুগী ময়াই—কেন্দ্রদা চিথেক নিপান পানবা ( অষ্টকোণ ) অমা লৈ ১। মাসি খাউ-বনা এৎ থ বা শ্রীচরণগী রেখাগীনি। শ্রীকৃষ্ণগী ওইথংবা শ্রীচরণগীদা—খোঙবী মরুদা শঙ্খরেখা লৈ, মাদুনা ভক্ত পুম্বদা বিত্তা পুম্বা খোকহনগে, পীগে হাঙ্গৈদুনা ধারণ তৌবনি ১। খোঙজা ময়াইথংবদা মনুং মপান নাইবা শূন্য মানবা অতিয়াগী চিহ্ন লৈ ২। মাদুগী মখাদা ক্লিড়ী ষাওদবা লীরং লৈ ৩। মাদুগী মথংদা ষণ খোঙ্গুন লৈ ৪। মাদুগী মথংদা ত্রিকোণ ম সাবা লৈ ৫। মাদুগী মপানদা চফু সাবা মরি, করিগুম্বদা অদুম লৈ ৬ ত্রিকোণগী মতোন্দা থা-মচেং সাবা, মাদুগী মতোন্দা মতোন অনি শোক্লবা ত্রিকোণ অনি লৈ ৭। মাদুগী ময়াইদা ঙা সাবা লৈ ৮। মাসুম তৌদুনা এৎ থংবা শ্রীচরণদা ময়ি ১১, ওইদা ৮, পুম্না ১৯ অসি শ্রীকৃষ্ণগী পদচিহ্ননি।২৫।

কস্যাঃ পদানি চৈতানি যাতায়া নন্দসূনুনা।
অংসন্যস্তপ্রকোষ্ঠায়াঃ করেণোঃ করিণা যথা ॥২৭॥

---

তৎ পদবীম্ ( শ্রীকৃষ্ণগী লৈযম্বু ) অন্বিচ্ছন্ত্যঃ ( থিরিবী ) অবলাঃ ( শ্রীকৃষ্ণবু থিবমক্তুনা রাতুনা পাঙ্গন লৈত্রবী গোপীসীংনা ) অগ্রতঃ ( মাংদা ) বধ্বাঃ পদৈঃ ( বধূ অমগী হাঙ্গৈবদি শ্রীরাধাগী খোঙ্গুন থিবিককা ) সুপৃক্তানি ( য়াম্থাইননা তোৎননা তাবা শ্রীকৃষ্ণগী খোঙগুনবু ) বিলোক্য ( উরতুনা ) আর্ত্তাঃ ( রারবী ওইতুনা ) সমব্রুবন্ ( ঙাংনখি ) ।২৬।

করিণা ( সামু লমসা লাবগা লোইননা চৎমিন্নরিবী ) করেণোঃ যথা— ( সামু অমোমগুম্বী ) নন্দসূনুনা ( নন্দগী মচা শ্রীকৃষ্ণগা লোইনাতুনা ) যাতায়াঃ ( চৎলিবী ) অংস-ন্যস্ত-প্রকোষ্ঠায়াঃ ( মাগী লেংবান্দা শ্রীকৃষ্ণগী খুজেং হাপ-লিবী ) কস্যাঃ ( কনাগী ) এতানি পদানি ( পদচিহ্ননো ? ) ।২৭।

---

থিরকপদা শ্রীকৃষ্ণগী চরণচিহ্ন অতুদা কনাগুম্বী বধূ হাঙ্গৈবদি শ্রীরাধাগী— চরণচিহ্নগা য়ান্ননা তাবা উরে, মাতু উরগা চরণচিহ্ন অতুনা খরা পিকথবা অতুদা সুপীগী খোঙগুননি, হাঙ্গৈবা থংলতুনা রারদুনা গোপী ময়াম্না মহৈ মহৈ ঙাংনখি ।২৬। *

সামু লম্সা লাবগা লোইনবী সামু অমোমনা চৎপাগুম্বা শ্রীকৃষ্ণনা—

---

—* চরণচিহ্ন অনি তাবদা অপিকপবু সুপীগী চরণচিহ্ননি, হাঙ্গৈবা থংলতুনা গোপীসীংনা শ্রীরাধাবু মিংদি পন্দনা মহৈ মহৈ ঙাংনরকই। শ্রীরাধাগী চরণ-চিহ্নস্ম উজ্জ্বল নীলমণিগী টীকাদা হাঙ্গৈ, মাতুদি,— শ্রীরাধাগী খোঙবীমরুদা যব ১। মাতুগী মতোন্দা চক্র ২। মাতুগী মতোনদা ছত্র ৩। মাতুগী মতোনদা খুজি সাবা—বলয়রেখা ৪। খোঙবীগা খোঙদোনবীগা ২গী সম্নফমদগী হৌতুনা খোঙ ময়াই ফাউবা উর্দ্ধরেখা ৫। খোঙয়াইগী মতোনদা থম্বাল ৬। মাতুগী মতোনদা পতাকা পানবা ফিরান ৭। মাতুগী মতোনদা উড়ী ৮। লৈ মপান ৯ খোঙনাওবী মতোনদা সামুকাটি ১০। খোঙচেপতা থা-মচেৎ ১১। এৎ থংবা শ্রীরেণদা খোঙবী মরুদা শঙ্খ ১। মাতুগী মতোনদা গদা ২। খোঙনাওবী মরুদা লৈপুঙ ৩। মাতুগী মতোনদা কুণ্ডল ৪। মাতুগী মতোনদা শক্তি ৫। খোঙদোনবীনা চিংবগী মতোনদা চীঙ ৬। চীঙ মতোনদা রথ ৭। খোঙচেপ্তা ঙা ৮। অতুনা ১১+৮=ইবেমাগী চরণচিহ্ন ১৯ নি ।২৬।

অনয়াঽরাধিতো নূনং ভগবান্‌হরিরীশ্বরঃ।
যন্নো বিহায় গোবিন্দঃ প্রীতো যামনয়দ্রহঃ ॥২৮॥

অনয়া ( গোপী অসিনা ) ভগবান্ ( ঐশ্বর্য্য তরুকনা ত্তিনবা ) হরিঃ— ( মনাই ভক্তগী অৱাবা কোকহনবা ) ঈশ্বরঃ ( পুন্নমকপু রায়েনববু ) আরাধিতঃ ( আরাধন তৌখিবনি ) নূনং ( সোইরোই ) যৎ ( মরম অহুদগী ) প্রীতঃ ( মহাকপু পেল্লবা ) গোবিন্দঃ ( শ্রীকৃষ্ণনা ) নঃ ( গোপী ঐখোই পুম্ববু ) বিহায় ( হুপ্লেকতুনা ) রহঃ ( অমত্তা ঙাইরবা অচিকপা মফমদা ) যাম্ ( মাতবু )— অনয়ৎ ( পু বনি ) ।২৮।

মাগী লেংবানদা খুজেং থমহুনা চৎলিবী নুপী কনাগী খোঙগুননো ? ।২৭।

গোপী অসিনা ঐশ্বর্য্য তরুকনা পূর্ণ ওইহুনা লেংদনা লৈবা, মানং তৌবা অমসু মনাই ভক্তগী অৱাবা কোকহনবা শ্রীকৃষ্ণবু আরাধন তৌহুনা পেলহনখি, মরম অহুনা শ্রীগোবিন্দনা গোপী ঐখোই পুন্নমকপু হুন্দোকতুনা— অচিকপা মফমদা মাতবু পুরনা শ্রীকৃষ্ণন 'ৎলিবনি ।২৮। *

* পদচিহ্ননা মরম ওইহুনা শ্রীকৃষ্ণগ' লোইনাহুনা চৎমিন্নবী গোপীবু শ্রীরাধানি হাঙ্গৈবা ৎংলহুনা শ্রীরাধাগী মীচং, মীচং নত্তবী অমসু মীচং নত্তবী মরকী কাংলুপ অসুমনা অহুম থেংক্লিংনী গোপীসীং অহুগী মরক্তা শ্রীরাধাগী মীচং গোপীসীংনা ইবেমাগী 'রাধা' হাঙ্গৈবা নামবু ব্যঞ্জনাবৃত্তিনা ফোংহুনা অমসু শ্লেষার্থনসু খংহন্দুনা শ্রীকৃষ্ণগা লোইনাহুনা চৎলিবী গোপীবু থাগৎলি। মাহুদি,— হে অনয়া ( নীতি খংদবীসা ! অর্থদি— মতিক চাঙবী শ্রীরাধাগা মান্নবীনি হাঙ্গৈনা অরেম্বদা নাপন তৌহুনা হৌনবী নীতি খংদবীসা ! ) নূনং ( সোইদনা ) হরিঃ ( মনাইগী অৱাবা মাংহনবা কৃষ্ণসে ) রাধিতঃ ( রাধাবু ফংহরে ) অর্থ অমদি — অনযা ( গোপী অসিনা মরম ওইহুনা ) হরিঃ— ( মনাইগী অৱাবা মাংহনবা শ্রীকৃষ্ণ অসে ) রাধিতঃ ( রাধাবু ফংখরে, মাসি "পুষ্পে ন পুষ্পিতঃ" হাঙ্গৈবাগুম্বনি ) রাধা হাঙ্গৈবগী অর্থদি—শ্রীকৃষ্ণনা পুহুনা চৎমিন্নরিবী গোপীগী নামনি। মরম অসিদা ব্রহ্মবৈবর্ত্তনাচিংবা পুরাণদা— মহাককী মতিকনা ফাওরিবী শ্রীরাধাগী নামবু ফোংনা হাঙ্গৈদবগী মরমদি

ধন্যা অহো অমী আল্যো গোবিন্দাঙ্ঘ্র্যব্জরেণবঃ।
যান্ ব্রহ্মেশো রমা দেবী দধুর্মূর্দ্ধ্ন্যঘনুত্তয়ে ॥২৯॥

আল্যঃ ( হে সখীসা! ) অমী ( অসিগুম্বা ) গোবিন্দাঙ্‌ঘ্র্যব্জরেণবঃ ( শ্রী-গোবিন্দগী চরণপদ্মদা লৈবা উফুলসীং অসে ) অহো ধন্যাঃ ( ওনথোকনা—লাইপক ফৈ ) যান্ ( উফুনসীং অসিবু ) ব্রহ্মেশৌ ( ব্রহ্মা, মহাদেবনা ) রমা দেবী ( লক্ষ্মীনা ) অঘ ত্তয়ে ( কাইনা মৈচাককী অৱাবা লৈতনবা দমক ) মূর্দ্ধ্নি ( কোকতা ) দধুঃ ( হাপখি ) ।২৯।

হে ইতাস ! শ্রীগোবিন্দগী চরণ পদ্মদা লৈবা—পকপা উফুলসীং অসি ওন্থোকনা লাইপক ফৈ, মাখোই উফুলসীং অসিবু ব্রহ্মা, মহাদেব, লক্ষ্মীনা কাইন-মৈচাক ফদনবগী দমক কোকতা হাপতুনা পুই ।২৯। *

—ব্যাখ্যা— শ্রীরাধাগী মীচং নত্তবী গোপী ময়াম্বু থংহনদবননি। মুনিনসু রাধা নামবু ইফোং ফোংনা হাঙ্গদবগী মরমদি লাইদি পরোক্ষ প্রিয় ওইবনা তৌবনি। থাঙ্গমক শেংবদি কাব্যদ ব্যঞ্জনাবুত্তুনা ফংবা অর্থনা প্রাণ ওই-বদগীসুনি। থাঙ্গশেবদি 'গোপাল তাপিনী' দ, মাতুগী মতুংইনবা গৌতমীয় তন্ত্র, বিষ্ণু পুরাণদা, হরিবংশ পুরাণদসু শ্রীরাধা নাম য়াওদে। মাসুম তৌতুনা তাপিনীগী মতুংইন্না শ্রীভাগবততসু শ্রীরাধা নাম যাওদে। নাম পন্দবা অশি-মক্তনা মরম ওইনা তাৎপর্যবু থোইদোকনা কল্পনা তৌবা চুমই, মাতুনা কাব্যগী প্রণনি ।২৮।

* আলোচ্য শ্লোক অসিনা হাঙ্গরিবদি শ্রীরাধাগী স্বপক্ষ অমসু বিপক্ষ নত্তবী মরককী উদাসীন ওইনী তটস্থ গোপীসীনা হাঙ্গবনি। স্তুতিগী—গোপ সখাসীংগা লোইননা শ্রীকৃষ্ণনা ষণ শেনলুবদা সায়ংদা গোষ্ঠ তাম্না লেংলকপদা স্বর্গদগী ব্রহ্মানাচিংবা লাইনা কুমলকতুনা শ্রীকৃষ্ণগী চরণধূলি লৌববু গোপীসীংনা অট্টালিকাদা এবদা উই, মাত্তবু হাঙ্গবনি। মাতুমক—শ্রীভাগবত অসিদা "বন্দ্যমান চরণং পথি বৃদ্ধৈঃ।" 'বন্দিন স্তমুপদেবগণা যে।" অসিনাচিংবা হাঙ্গরকনি। গোপী এখোইদি ইকাইতুনা শ্রীকৃষ্ণগী চরণধূলিবু কোক্তা হাপহৌদবনা বিচ্ছেদ-বেদনা ফংলিবনি, হাঙ্গবা তাবনি ।২৯।

তস্যা অমূনি নঃ ক্ষোভং কুর্ব্বন্ত্যুচ্চৈঃ পদানি যৎ।
যৈকাপহৃত্য গোপীনাং রহো ভুঙ্‌ক্তেঽচ্যুতাধরম্ ॥৩০॥
ন লক্ষ্যন্তে পদান্যত্র তস্যা নূনং তৃণাঙ্কুরৈঃ।
খিদ্যৎসুজাতাঙ্ঘ্রিতলামুন্নিন্যে প্রেয়সীং প্রিয়ঃ ॥৩১॥

যা একা ( মা মথন্তনা ) গোপীনাম ( গোপী পুম্বগী ) ধনম্ ( লন ওইবা ) অচ্যুতাধরম্ ( শ্রীকৃষ্ণগী অধর=চিনবানবু ) রহঃ ( অচিকপা মফমদা ) অপহৃত্য ( হুদুনা ) ভুঙ্‌ক্তে ( চারিবী ) যৎ ( মরম অদুদগী ) তস্যাঃ ( গোপী—অদুগী ) অমূনি পদানি ( অসিগুম্বা খোঙ্গুনসীং অসিনা ) নঃ ( এখোই পুম্নমক্কী ) ক্ষোভম্ ( লাংতক্নবা নুঙাইতববু ) উচ্চৈঃ (য়াম্না) কুর্ব্বন্তি ( তৌই ) ।৩০

অত্র ( মফম অসিদা ) তস্যাঃ ( বধু অদুগী ) পদানি ( খোঙ্গুন পুম্ববু ) ন লক্ষ্যন্তে ( উদরে। প্রিয়ঃ চান্নবা শ্রীকৃষ্ণনা ) তৃণাঙ্কুরৈঃ ( নাপী মস্তোন অতুম্বনা য়ুদুনা ) খিদ্যৎ-সুজাতাঙ্ঘ্রিতলাম্ ( খুযাদা নারবী ) প্রেয়সীম্ ( চান্নখোইবীবু ) নূনম্ উন্নিন্যে ( সোইদনা পোদুনা পুখরবনি ) ।৩১।

মহাক মথন্তনা গোপী এখোই পুম্নমককী লন ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী অধরামৃতবু অচিকপা মফমদা হুদুনা চারে, মরম অদুদগী মাগী খোঙ্গুনসাং অসিনা গোপী এখোই পুম্নমকপু যামনা নুঙাইহন্দরে— হায়ল্লে ।৩০। *

"মফম অসিদদি মপী অদুগী খোঙ্গুন অদু উখিদরে" অস্তুম্না কনাগুম্বী গোপীসীংনা হাঙ্গৈরবদা কনাগুম্বীসিংনা হাই,— সোইদরে, চান্নখোইবীগী খুয়া তনৌবদা নাপী মতোননা য়ুদুনা নাররিনি, অদুদা চান্নখোইবা শ্রীকৃষ্ণনা—লেংবানদা থাঙ্গৎতুনা পুখরে, সোইদরে ।৩১। †

* আলোচ্য শ্লোক অসি শ্রীরাধাগী বিপক্ষ ওইবী কাংলুপনা হাঙ্গৈবনি, মাদুগী ভাবতি শ্রীকৃষ্ণদি গোপী এখোইগী সাধারণ ওইবা ধননি, অদুগা মা মথন্তনা লোম্না পুথোকতুনা চাথোকপদি এখোইগী পোৎ মাংথিবা থিবদা হুরানবা লৈরে হাঙ্গৈবা খংলগা হুরানববু ফাবা ওমদবাসনা নুঙাইতরে, হাঙ্গৈবা ভাবনি ।৩০।

† শ্রীরাধাগী বিপক্ষ কাংবুনা খোঙ্গৈরাংদুনা ঙাংবা রা তারগা শ্রীরাধাগী কাংবুনা আলোচ্য শ্লোক অসি খুম্লবনি ।৩১।

ইমান্যধিকমগ্নানি পদানি বহতো বধূম্ ।
গোপ্য পশ্যত কৃষ্ণস্য ভারাক্রান্তস্য কামিনঃ ॥৩২॥
অত্রাবরোপিতা কান্তা পুষ্পহেতোর্মহাত্মনা ॥৩৩॥

গোপ্যঃ ( হে গোপীসা ! ) কামিনঃ ( কামী ওইবা ) ভারাক্রান্তস্য ( মৌ পোত্নুা পুবনা লুমথরবা ) বধূম্ বহতঃ ( মৌ পোরিবা ) কৃষ্ণস্য ( শ্রীকৃষ্ণগী ) অধিক মগ্নানি ( য়াম্না কুথনা তারবা ) পদানি ( খোঙ্গুনসীং অসি ) পশ্যত— ( এংউ ) ।৩২।

অত্র ( মাসিদা ) মহাত্মনা ( পুকচেন চাওবা শ্রীকৃষ্ণনা ) পুষ্পহেতোঃ— ( লৈগী মরমগী ) কান্তা ( চান্নবীবু ) অবরোপিতা ( লেংবান্দগী থাখি ) ।৩৩।

---

হে গোপীসা! এঙোই, শ্রীকৃষ্ণগী খোঙ্গুন অসে য়ামনা কুথনা ঙাকতা তারে, কামী ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা মৌ অমা লেংবানদা পোত্নুা পুবদা লুমথ-রহুনা খোঙগুন কুৎনা তারিবনি ।৩২। *

মহাত্মা ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা মাসিদা হাঈবদি অশোকবৃক্ষসিদা লৈ সাৎপগী চান্নবীবু লেংবান্দগী থাখি ।৩৩। †

---

* আলোচ্য শ্লোক অসিবু চক্রবর্ত্তি পাদনা শ্রীরাধাগী বিপক্ষসীংনা হাঈ-বনি, অস্নুমা ব্যাখ্যা তৌই। মাহুদি,—হে চান্নবা মরমদি খ'দনা ঙাংবীসা! নখোইনদি শ্রীকৃষ্ণগা লোইনাহুনা চৎলিবী নুপী অহুগী মখোঙ খুয়াদা নাপী মতোন অতুম্বনা য়হুনা নাৱবদা শ্রীকৃষ্ণনা লেংবানদা হাপতুনা পুখরে, অহুনা নুপী অহুগী খোঙগুন অহু তাত্রবনি। মাহুদা নুপী অহুনা শ্রীকৃষ্ণদা তোং-খিবগী কল্লকতুনা ৱাবা নত্তে, ঐখোইনা খোঙগুন তারিৱৈদা মাহু উৱগা নুঙাই-তবা অহুদগী হুজিক উত্রগনা হেন্না নুঙাইতে। মরমদি—শ্রীকৃষ্ণদি নোঙ্গণ থাংত্রিবনি, অহুবু কৃষ্ণনা মাবু 'বধু' ওইনরে, মাসি ধর্ম্মদা কাইরবনি। অহুগা মাবু লেংবান্দা হাপতুনা পুবা অহুসু পামহুনা কামী ওইনা পুবনা, প্রেমনা প্রিয় ওইহুনা পুবা নত্তে। অহুনা নুপী অতুসু প্রেমবতী নত্তে, কামিনীনি, অসি-গুম্বা ভাব অসি হাঈ ।৩২।

† শ্রারাগী পক্ষনা খুমই, মহাত্মা, হাঈবদি বিদগ্ধ-শিরোমণি ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা অস্নুমা ব্যাখ্যা তৌগনি। লৈগী দমক মাসিদা চান্নবীবু থাখিবা—লেংবানদগী

অত্র প্রসূনাবচয়ঃ প্রিয়ার্থে প্রেয়সাকৃতঃ।
প্রপদাক্রমণে এতে পশ্যতাংসকলে পদে ॥৩৪॥

---

অত্র ( মফম অসিদা— খোঙগুন তারিবা মফম অসিরাইদা ) প্রেয়সা— ( চান্নথোইবা শ্রীকৃষ্ণনা ) প্রিয়ার্থে ( চান্নথোইবীগী দমক ) প্রসূনাবচয়ঃ কৃতঃ ( লৈ হেকখি ) প্রপদাক্রমণে ( খোঙদোননা নেৎপা ) অসকলে (মচেৎ ওইবা) এতে পদে ( খোঙগুন অনিসি ) পশ্যত ( এংউ ) ।৩৪।

মফম অসিদা চান্নথোইবা শ্রীকৃষ্ণনা চান্নবী মহাককী দমক লৈ হেকখি, মরম অদুনা লৈবু লামখৎতুনা হেকপগী হোনবা মপুম ফাদনা খোঙগী— খোঙদোনগী মথৈতা মচেৎ ওইনা তারিবা খোঙগুন অনি অসি এংউ ।৩৪। *

---

—ব্যাখ্যা— মফম অসিদা থাখি, হাঙ্গৈবদি অশোকবৃক্ষ অসিদা চান্নবীবু— নেৎহনখি, অসুমনা হাঙ্গৈবনি, অসুমনা ব্যাখ্যা তৌগনি। মরমদি— কবি সম্প্রদায়গী হাঙ্গৈনবা রা লৈ, মাদুদি-- "সতী ওইবী সুপীনা খোঙদা নূপুর সিদুনা অশোকপাম্বীদা হেক নেৎপগা মপান শাৎলি, অমসু বকুল-পাম্বীদা হেক চুপ্পগা বকুলনা মপান হেক্তা শাংলি। মবমদি—পার্ব্বতীনা হিমালয় মতোনদা মহাদেব ফংগে হাঙ্গৈদুনা, অশোকপাম্বী অমসু বকুলপাম্বীগী মখোঙদা ভপ তৌই। মহাদেব লাকতুনা মফম অদুদা পার্ব্বতীগা উনরবদা পার্ব্বতীনা হাঙ্গৈরমই,— নংগী নখোঙদা ঐগী অরাবা কোকখি, অদুনা নমিং 'অ-শোক' কৌ, সতী ওইবী সুপীনা মখোঙদা নূপুর সিদুনা নেৎপগা নং নপান সাংলু, অমসু বকুল নংবু সতীনা চুপ্পগা সাংলু।" অসুমনা বর পীরমই। অদুনা অশোকনা সতীনা নেৎপগা মপান সাৎলি, হাঙ্গৈবাসি কবিসম্প্রদায়গী চৎনবী অমনি। শ্রীরাধাগী বিপক্ষনা হাঙ্গৈথরে,— কামী ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধাবু পোবনি, সুংশিদুনা—প্রেমনা পোব নত্তে, পামদুনা পোবনি; অদুনা রাধাসু প্রেয়সী নত্তে, কামিনীনি, হাঙ্গৈবা অদুদা শ্রীর'ধাবু সতী সাধ্বীনি, হাঙ্গৈনবু খংহন্নবগী দমক অশোক মপান সাৎপবু শ্রীরাধাগী পক্ষনা খুমলিবনি। টীকা-কারসীংনা শ্লোকার্দ্ধ অসি পূর্ব্বমক্তা পাঠ তৌদে, হাঙ্গৈ।৩৩।

* 'প্রিয়ার্থে'—চান্নবীগী দমক শ্রীকৃষ্ণনা লৈ হেকখি, হাঙ্গৈবসি শ্রীরাধাগী পক্ষনা হাঙ্গৈবনি।৩৪।

কেশপ্রসাধনং তত্র কামিন্যাঃ কামিনা কৃতম্।
তানি চূড়য়তা কান্তামুপবিষ্টমিহ ধ্রুবম্ ॥৩৫॥
রেমে তয়া চাত্মরত আত্মারামোপ্যখণ্ডিতঃ।
কামিনাং দর্শয়ন্ দৈন্যং স্ত্রীণাং চৈব দুরাত্মতাম্ ॥৩৬॥

---

অত্র ( মফম অসিদা ) কামিনা ( কামী ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা ) কামিন্যাঃ—( কামিনী ওইবী নুপী অদুগী ) কেশ প্রসাধনম্ ( শম হাৎপবু ) কৃতম্ ( তৌখি ) তানি ( লৈসীং অদুবু ) কান্তাম্ ( চান্নবীবু ) চূড়য়তা ( চূড়া সাবিদুনা ) ইহ ( মফম অসিদা ) ধ্রুবম্ ( সোইদনা ) উপবিষ্টম্ ( ফমখি ) ।৩৫।

স্বাত্মরতঃ ( মাঙোন্তদা নুঙাইবা ওইবা পূর্ণকাম- নিংবা পুম্বা থুংদুনা লৈবা ) আত্মারামঃ ( মথন্তা সান্নবা ) অখণ্ডিতঃ ( পূর্ণ ওইবা— মপুম ওইবা ভগবান্না ) কামিনাম্ ( কামী ওইবাসীংগী ) দৈন্যং ( অতোনবগী মতৌ ওইববু—হাঙ্গৈজববু ) স্ত্রীণাম্ ( নুপীসীংগী ) দুরাত্মতাম্ ( নিপানা হাঙ্গৈজববু য়াদবগী মশক ওইবা পুকচেনবু ) দর্শয়ন্ ( উৎতুনা, লোকতা খংহন্দুনা ) তয়া সহ ( অদুগুম্বী গোপী—শ্রীরাধাগা লোইনাদুনা ) রেমে ( সান্নখি ) ।৩৬।

---

মফম অসিদা কামী ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা কামিনী অসিগী শম হাৎপিখি, অদুগা লৈ ময়াম অদুনা কামিনীগী চূড়া সাবিদুনা মফম অসিদা সোইদনা শ্রীকৃষ্ণনা ফমখি ।৩৫। *

নুঙাইবনা মঙোন্তদা লৈবা, মন্নম অদুনা মথন্তা সান্নবা, মহাক্তি থাইদোকথনবা মচেৎ নত্তবা মপুম ওইবা, নিংবা থুংদুনা লৈবা, শ্রীভগবান্না—কামী ওইবা নিপানা অতোনবা মতৌ ওইদুনা হাঙ্গৈজববু কামিনী ওইবী নুপীনা

---

* শ্রীকৃষ্ণনা থুকউ অনিনা সৌদুনা ফমখিবগী খুদম উদুনা— আসাবাগী বিপক্ষ ওইবী গোপীসীংনা হাঙ্গৈরি,— মফম অসিদা কামীনা কামিনীগী শম হাৎপিখি, হাঙ্গৈবদি নুপী অদু প্রেমবতী নত্তে, কামিনীনি, মাঙোন্দা শ্রীকৃষ্ণসু প্রিয় নত্তে, কামীনি, হাঙ্গৈবনি। অদুগা লৈনা চূড়া সাবিদুনা কামিনী অদুদা উপ্পী হাঙ্গৈবনা নুপীদুগী পুকচেন নিপা মানবা অদুদা "নংদি নিপা মানবীনি" হাঙ্গৈদুনা কামী কৃষ্ণনা কামিনীদা চূড়া উপ্পীবনি, হাঙ্গৈবা ভাবনি ।৩৫।

ইত্যেবং দর্শয়ন্ত্যস্তাশ্চেরুর্গোপ্যো বিচেতসঃ ॥৩৭॥
যাং গোপীমনয়ৎকৃষ্ণো বিহায়ান্যাঃ স্ত্রিয়োবনে।
সা চ মেনে তদাত্মানং বরিষ্ঠাং সর্ব্বযোষিতাম।
হিত্বা গোপীঃ কাময়ানা মামসৌ ভজতে প্রিয়ঃ ॥৩৮॥

---

বিচেতসঃ (জ্ঞান মাংলবী) গোপ্যঃ ( গোপী পুন্নমকনা) তাঃ ( পুন্নমকপু ) ইত্যেবং ( মাসুমনা ) দর্শয়ন্ত্যঃ ( এংতুনা ) চেরুঃ ( কোঈনা ২ চৎখি ) ৩৭।

কৃষ্ণঃ ( শ্রীকৃষ্ণনা ) বনে ( বনদা ) অন্যাঃ স্ত্রিয়ঃ ( অতোপ্পা নুপীসীংবু ) বিহায় ( হুন্দোকতুনা ) যাম্ গোপীম্ ( গোপী অদুতবু ) অনয়ৎ ( পুখিবা )—তদা ( মতম অতুদা ) সা চ ( নুপী অদুনসু) আত্মানম্ ( মাবু ) সর্ব্বযোষিতাম্ ( নুপী পুম্বগী মনুংদা ) বরিষ্ঠাম্ (অথোইবীনি হাঈনবু ) মেনে ( নিংখি ) অসৌ ( অসিগুম্বা ) প্রিয়ঃ ( চান্নবা অসিনা ) কাময়ানাঃ ( মাবু পাম্বী ) স্ত্রিয়ঃ ( নুপী ওইবী ) গোপীঃ ( গোপী পুম্ববু ) হিত্বা ( হুন্দোকতুনা ) মাং ( ঐতবু ) ভজতে ( নিংই ) ।৩৮।

---

হাঈববুসু য়াদবা পুকচেন ফত্তবা ওইববু লোকতা খংহন্দুনা হে পরীক্ষিৎ ! গোপী অদুমত্তগা লোইনাতুনা সান্নখি ।৩৬। *

জ্ঞান মাংলবী গোপীসীংনা মাসুম তৌদুনা এংতুনা কোঈনা কোঈনা চৎতুনা শ্রীকৃষ্ণবু থিখি ।৩৭।

শ্রীকৃষ্ণনা গোপী অতে পুন্নমকপুদি বনদা হুন্দোক্লমগা মাতমু পুতুনা

---

* শ্লোক অসি পরীক্ষিৎতা শুকদেবনা হাঈবনি, শ্লোক অসিগী তাৎপর্য্যদি শ্রীকৃষ্ণদি পূর্ণতম্ ভগবান্নি, ইবুঙো মানা মহাক্কী নিংবা থুংনবগী দমক অমগী মতেং লৌবা লৈতে, মথন্তা নুঙাইবনি, আত্মারামনি। হাঈবদি মানা নুঙাইংঙিবা অদু মানা খংনিংলগা মখত্তনা সান্নবনি, অদুবু মানা কামী ওইবা মীনা কামিনীদা সুরত-প্রার্থনানাচংবা হাঈজবা হৌনৈ। কামিনীনা মাহুদা ওইনা তান্নতুনা য়াদবা হৌনৈ হাঈবসি রসিকজনসীংদা উৎতুনা শ্রীরাধাগা লোইন্নতুনা সান্নৈ, হাঈবনা শ্লোক অসিগী তাৎপর্য্যনি। মরমদি মাহুম্না তৌরবদি রসপোষণ ওইবা হৌনদে, হাঈবা ভাবনি ।৩৬।

ততো গত্বা বনোদ্দেশং দৃপ্তা কেশবমব্রবীৎ।
ন পারয়েঽহং চলিতুং নয় মাং যত্র তে মনঃ ॥৩৯॥
এবমুক্তঃ প্রিয়ামাহ স্কন্ধমারুহ্যতামিতি।
ততশ্চান্তর্দধে কৃষ্ণঃ সা বধূরন্বতপ্যত ॥৪০॥
হা নাথ রমণ প্রেষ্ঠ ক্বাসি ক্বাসি মহাভুজ।
দাস্যাস্তে কৃপণয়া মে সখে দর্শয় সন্নিধিম্ ॥৪১॥

ততঃ ( অদুগী মতুংদা ) বনোদ্দেশং ( বন মচি অমদা ) গত্বা ( চৎলগা ) দৃপ্তা ( নাপন তৌরবী গোপীনা ) কেশবম্ ( শ্রীকৃষ্ণদা ) অব্রবীৎ ( হাঈখি ) অহং ( ঐ ) চলিতুং ন পারয়ে ( চৎপা ঙমদরে ) যত্র ( মফম অদুদা ) তে মনঃ ( নংগী পুক্নিংনা পাম্বা ) তত্র ( মাদুদা ) মাং ( ঐবু ) নয় ( পুবিয় ) ।৩৯।

এবম ( মাসুমনা ) উক্তঃ ( মাঙোন্দা প্রিযানা হাঈরবা শ্রীকৃষ্ণনা ) প্রিয়াম্ ( চান্নবীদা ) স্কন্ধম্ আরুহ্যতাম্ ( লেংবানদা তোঙউ ) ইতি ( অসুমনা—হাঈ ) ততঃ ( অদুগী মতুংদা ) কৃষ্ণঃ ( শ্রীকৃষ্ণনা ) অন্তর্দধে ( মাংখরে ) সা বধূঃ ( বধু অদুনা ) অন্বতপ্যত ( য়ামনা রাখি ) ।৪০।

হা ( অবাবনি ! ) নাথ ( ঐগী পঞ্চপ্রাণগী মপু ওইবা হে ইবুঙো ! ) হে রমণ ( সুক্নবা বন মনুং অসিদা ঐতবু পুদুনা সান্নরম্মিবা ! ) হে প্রেষ্ঠ ( হে চান্নথোইবা ! ) ত্বং ক্ব অসি ( নহাকপু কদাইদা লৈবগে ? ) হে মহাভুজ ( ইবুঙো নংগী কল্লবা পাম্বোম অনিনা ব্রজগী শিদ-হিদাক ওইবা ! ) হে সখে ( চাওরবা বন মনুংসিদা কুইনা চৎপগী অরাবনা থাংবা ঙমদ্রদুনা. ইবুঙো নঙোন্দা তোনজবী ঐনা ঙাংখিবা অপরাধ পুম্বা অদো মরুপ অমনা ঙাংবা রাবু মরুপ অমনা

---

লোইনরিবী গোপীদুনা "মাবু পামজবী গোপী পুম্ববু হন্দোকতুদা শ্রীকৃষ্ণনা ঐতবু পুদুনা সান্নবি, ঐনা পুম্নমক্তগী অহেনবীনি" অসুমনা খনখি ৩৮।

মাদুগী তুংদা বন মচি অমদা চৎলগা নাপন তৌরবী গোপীনা শ্রীকৃষ্ণদা হাঈরকই,—ঐ চৎপা ঙমদরে, নহাকনা চৎনিংবা মফমদা ঐবু পুবিয় ।৩৯।

মাদুম্না চান্নবীনা হাঈরবা শ্রীকৃষ্ণনা চান্নবীদা হাঈ—"লেংবান্দা তোঙউ" হায়না হাঈরম্লগা মাংখরে, বধু অদুনা অসুতাপ তৌখি ।৪০।

হাঃ ইবুঙো ! হে ঐবু সুঙাইহনবা ! হে পাম্বোম কনবা ! কদাইদা লৈ।

শ্রীশুক উবাচ। অন্বিচ্ছন্ত্যো ভগবতো মার্গং গোপ্যোঽবিদূরতঃ।
দদৃশুঃ প্রিয়বিশ্লেষমোহিতাং দুঃখিতাং সখীম্ ॥৪২॥
তয়া কথিতমাকর্ণ্য মানপ্রাপ্তিং চ মাধবাৎ।
অবমানং চ দৌরাত্ম্যাদ্বিস্ময়ং পরমং যযুঃ ॥৪৩॥

---

সাওদবাগুমনা কোকপিযু হাঙ্গৈদুনা হে সখে।—হে মরূপ! হাঙ্গৈনা কৌজরি, ছজিক্তি ইবুঙো নহাক্না হেক হুঙ্গেক্রম্বা খুথক্তা)— কৃপণাযাঃ (থব্বাই লৈভ-রবা হকচাংগুম্না তোল্লবী) তে দাস্যাং (ননাই ঐগী মবিদা) সন্নিধিং (নহাক্কী ননাক্তবু) দর্শয (উহনবিযু ।৪১।

শ্রীশুকঃ উবাচ (শ্রীশুকদেবনা হাঙ্গৈখি) ভগবতঃ (শ্রীকৃষ্ণগী) মার্গম্ (লম্বেন) অন্বিচ্ছন্ত্যঃ (থিরিবী) গোপ্যঃ (গোপীসীংনা) বিদূরতঃ (অরাপ-পদা) প্রিয বিশ্লেষাৎ (চান্নবগা কাইনবদগী) মোহিতাং (রাম্থরবী) দুঃখি-তাং (অরাবা ফংলবী) সখীম্ (সখীবু) দদৃশুঃ (উখি) ।৪২।

তযা (শ্রীকৃষ্ণনা হুন্দোক্লমতুনা রাম্থরবী গোপী অদুনা) কথিতং (হাঙ্গৈবা) মাধবাৎ (শ্রীকৃষ্ণদগী) মান প্রাপ্তিং (সম্মান ফংববু) দৌরাত্ম্যাৎ (মহাক্কী পুকচেন ফত্তবা মী ওইবদগী) অবমানম্ চ (মাইথিবা ফংববু) আকর্ণ্য—(তারগা) পরমং বিস্ময়ম্ (য়ামনা ঙকপবু) যযু. (ক.খি) ৪৩।

---

কদাইদা লে? হে সখে! তোল্লবী ননাই মুপী ঐবু নহাককী ননাক উহন-বিয়ু ৪১।

শ্রীকৃষ্ণবু কোঙ্গৈনা থিরিবী গোপী মযামনা চান্নথোইবা শ্রীকৃষ্ণগা কাই-নদুনা র.ম্থরবী, রাম্রবী মাথোইগী সখী অদুবু উরে ।৪২।

শ্রীকৃষ্ণনা হুন্দোক্লম্নবী গোপী অদুনা গোপী ময়ামদা তমদুনা মহাক্না শ্রীকৃষ্ণদগী সম্মান ফংবা, অমসু মাগী পুকচেন ফত্তবা মীগী মতৌ ওইবনা মরম ওইদুনা শ্রীকৃষ্ণনা হুন্দোক্লমদুনা মাইথিববু তারগা য়াম্না ঙকখি ।৪৩। *

---

* অদুগী মতুংদা সখীসীংনা কপতুনা হুমাইনাচিংবা হুমদুনা য়ামনা [illegible] হোৎনদুনা শ্রীরাধাগী জ্ঞান লাক্লে, হিঙ্গৎলে। অদুগী মতুংদা শ্রীরাধাদা গোপী ময়ামনা "হে প্রিয়সখী! করম করম তৌবগে? হাঙ্গৈয়ু—" [illegible]

—ব্যাখ্যা— ইবেমানা খুমই,—"অয়ি প্রিয়সখ্যঃ— হা-দি ইতা চান্নবীসা। ঐনা ইতা ময়াম নখোইগা কাইনরুবা অসি ঐদি অপংবীনিনা করিননো, কমদৌননো হাঙ্গীবা খংদে। অতুম্নদি ওইরগা ঐনা শ্রীকৃষ্ণদগী সন্মান ফংলুই, মাতুম্না শ্রীকৃষ্ণনা থিনা তৌবস্থ ফংলুই, অনিমক অতু ঐনা পুকচেন ফত্তবতনা ফংবান, হাঙ্গীনা হুজিক্তি ঐনা লেপই। মাতুদি অসিনি,— নখোই অম্নপ য়ামখরবী ইবুঙো মাতবু মুংশিজবী, প্রেমবতী পুম্নমকপু হুন্দোকতুনা ইবুঙো মাগী কাইনা-মৈচাকনা নখোইবু চাকহনবা অসিনা শ্রীকৃষ্ণগী দৌরাত্ম্যনি। অতুগুম্বা তৌভমদবা লৈত্তবা, মী া লীলা সান্নবা, নিংথৌগী মজা ইবুঙো— মাঙোন্দা অপংবী, তোল্লবী ঐনা "ঐাদ চৎপা ঙমদরে, নংনা চৎনিংবা মফমদা ঐবু পুবিয়্।" হাঙ্গীরুবা অসিনা ঐগী দৌরাত্ম্যনি। মাতু তৌরুবদগী ঐনা অম্নপ য়ামনা মাইথিবা ফংলিবনি। মাসিদা মখন অনিদগী ঐনা য়াম্না রাবা ফংলিবনি।" মাসিদা শ্রীরাধানা মহাককী চান্নথোইবা শ্রীকৃষ্ণদা গোপী— ময়ামদা ইবেমা মশামক্তদস্থ অসূয়া (অফববু ফত্তে হাঙ্গীবা), বিনয় (নোল্-লুকপা), ইবেমা মশাদস্থ দৈন্য ওইববু ফোংদোকই। আলোচ্য শ্লোক অসিদা মুনীন্দ্রনা 'দৌরাত্ম্য' শব্দ প্রয়োগ তৌবা অসিদি শ্রীরাধানা হাঙ্গীবা মা অতুগী অনুবাদ তৌবনি। দৌরাত্ম্য শব্দ অসিগী চান্নবা অর্থদি,—দূরে—অরাপ্পদা আত্মা—মানা লৈববু 'দুরাত্মা' কৌই। মাতুদি— মানা শ্রীকৃষ্ণদগী অরাপ্পদা লৈবা অমস্থ শ্রীকৃষ্ণনা মাঙোন্দগী অরাপ্পদা লৈববুস্থ 'দুরাত্মা' কৌই। মাতুগী মতৌব "দৌরাত্ম্য" কৌই। অতুনদি 'দৌরাত্ম্যাৎ' হাঙ্গীবদি কাইনাবদগী— হাঙ্গীবনি। ইবেমানা হাঙ্গীরিবা অতু তারগা য়াম্না ঙকখরে, হাঙ্গীবদি গোপী ময়ামনা ইবেমাদা হাঙ্গীরি,— "হে প্রিয়সখী। ইবেমা নংগীদি সৌভাগ্য ফংবদা মতিক চপ চাই, মাতুদা শ্রীকৃষ্ণগী দুরাত্মা ওইবা করিস্থ লৈতে। অমস্থ র্যাতলীলাদা রারবী ইতা নংনা স্বাধীন-ভর্ত্তৃকাগী অবস্থাদা চান্নবদা থৌদ.বদি করিস্থ দৌরাত্ম্য নত্তে মাতুদি থাঙ্গেশেংবদা রসাবহনি— রস থোক্লবনি। তৌইগুম্বস্থ অনুকূল নায়কনা মহাককা লোইনাতুনা সান্নমিন্নরগা নায়িকানা হাঙ্গীবদি ইন্দবা অতুদগী অসিগুম্বা কাইনা মৈচাক অসি ফংবনি, মাসিদি— শ্রীকৃষ্ণগী দুরাত্মতা ফোংদোকপনি, রস মাংনবনি, ওন্থোকপনি। ওন্থোকপনি॥

ততোঽবিশন্ বনং চন্দ্রজ্যোৎস্না যাবদ্বিভাব্যতে।
তমঃ প্রবিষ্টমালক্ষ্য ততো নিববৃতুঃ স্ত্রিয়ঃ ॥৪৪॥

তন্মনস্কাস্তদালাপাস্তদ্বিচেষ্টাস্তদাত্মিকাঃ।
তদ্গুণানেব গায়ন্ত্যো নাত্মাগারাণি সস্মরুঃ ॥৪৫॥

---

ততঃ ( অদুগী মতুংদা ) যাবৎ ( অদুপকী মথৈ ) চন্দ্রজ্যোৎস্না ( থাগী—মঙাল—থাবলনা ) বিভাব্যতে ( ঙানলিবা ) তাবৎ ( অদুপকী মথৈ ) গোপ্যঃ ( শ্রীরাধাগা লোইনরবী গোপীসীংনা ) বনম্ ( বন মনুংদা ) অবিশন্ ( চংখি ) তমঃ প্রবিষ্টম্ ( অমম্বা চংলকপবু ) আলক্ষ্য ( উরদুনা ) ততঃ ( অমম্বা মফম অদুদগী ) স্ত্রিয়ঃ ( গোপী পুম্নমকনা ) নিববৃতুঃ ( হন্দোকখি ) ।৪৪।

তন্মনস্কাঃ (মহাক্তবু নিংলবী— শ্রীকৃষ্ণতবু পুক্নিংনা নিংখরবী ) তদালাপাঃ ( শ্রীকৃষ্ণতবু ঙাংলবী—শোল্লবী ) তদ্বিচেষ্টাঃ ( শ্রীকৃষ্ণনা তৌবত্তা মাখোইনা তৌরবী ) তদাত্মিকাঃ ( শ্রীকৃষ্ণগী মশক ওইরবী গোপীসীংনা ) তদ্গুণান্ এব গায়ন্ত্যঃ ( শ্রীকৃষ্ণগী গুণতবু ছকতুনা ) আত্মাগারাণি ( মশাবুস্থ ময়ুম্সু পুম্নমকপু ) ন সস্মরুঃ ( নিংসংখদরে ) ।৪৫।

---

অদুগী মতুংদা থাবলনা ঙাল্লিবা মফমগী মথৈ শ্রীরাধাগা লোইনবা গোপীসীংনা শ্রীকৃষ্ণবু থিরমই, অদুদগী থাবল চংব্রবা বনগী অমমবা মফম মমাম উরগা গোপীংনা অমম্বা বনদগী মপাল্লোমদা— অঙানবা মফমলোমদা হন্দোকখি ।৪৪।

গোপী পুম্নমক অদুনা শ্রীকৃষ্ণতবু পুকনিংনা নিংই—খন্নুনতা লৈ, শ্রীকৃষ্ণতবু ঙাংদুনা শোন্দুনতা লৈ, শ্রীকৃষ্ণনা তৌবত্তা মাখোইনা তৌই চংলি, মাস্নমনা তৌদুনা গোপী পুম্নমকনা শ্রীকৃষ্ণগী গুণতবু ছকতুনা শ্রীকৃষ্ণগী—মতৌ ওইনা মহাক মহাকপু নিংখি, অদুনা মাখোইনা মশাবুস্থ ময়ুম্সু পুম্নমকপু নিংসংখিদরে ।৪৫।

---

—ব্যাখ্য— মহারসিক-শেখর ওইবা, মহাপ্রেমবান্ ওইবা, দয়ানিধি ওইবা, শ্রীকৃষ্ণনবু মাস্নমনা তৌরিবা অসি করিননো ? হাঙদুনা গোপী পুম্নমকনা য়ামনা ঙকখি, মাসি চক্রবর্ত্তি পাদগী ব্যাখ্যানি ।৪৩।

পুনঃ পুলিনমাগত্য কালিন্দ্যাঃ কৃষ্ণভাবনাঃ।
সমবেতা জগুঃ কৃষ্ণং তদাগমনকাঙ্ক্ষিতাঃ ॥৪৬॥

ইতি শ্রীমদ্ভাগবতে মহাপুরাণে পারমহংস্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাম্
দশমস্কন্ধে রাসক্রীড়ায়াং ত্রিংশত্তমোঽধ্যায়ঃ ॥৩০॥
( রাসে দ্বিতীয় )

—※—

কৃষ্ণ ভাবনাঃ ( শ্রীকৃষ্ণতবু ধ্যান তৌরবী ) তদাগমনকাঙ্ক্ষিতাঃ ( শ্রীকৃষ্ণনা মাথোইগী মনাক্তা হল্লকপতা পাম্লবী গোপীসীংনা ) সমবেতাঃ ( পুনশিনলহুনা—পুল্লপ তিম্নরতুনা ) কালিন্দ্যাঃ ( যমুনাগী ) পুলিনম্ ( মপান্দা ) পুনঃ ( অমোক হন্না ) আগত্য (লাকতুনা) কৃষ্ণম্ ( শ্রীকৃষ্ণবু ) জগুঃ (ছকখি) ।।৪৬।

মাসিনা শ্রীভাগবত দশমস্কন্ধদা রাসক্রীড়াদা কুম্থরাসুবা অধ্যায়নি।

—※—

শ্রীকৃষ্ণবু নিংলবী, শ্রীকৃষ্ণনা লাকপতবু খোরাংনা ঙাইরবী গোপীসীংনা পুল্লপ তিম্নরহুনা অমোক হন্না যমুনা মপান্দা হল্লকতুনা শ্রকৃষ্ণবু ছকখি ৫৬। *

মাসিনা শ্রীভাগবত দশমস্কন্ধদা রাসক্রীড়াদা কুম্থরাসুবা অধ্যায়নি।

—※—

* ওন্থোকপনি। হে ইতাসা। ঐখোইনা কোঈনা কোঈনা চৎতুনা থিরগা শ্রীকৃষ্ণনা মথং মথং চেনখিগনি, চৎতুনা থিবনদি কান্নদরে। ইবুঙো মহাক্না উহল্লগে হাঈরবতদা ঐখোইনা উগদবনি, অহুনা ইবুঙো মানা ঐখোইবু—উহনবিনিংনবা তৌসি। "যমেবৈবং বৃণুতে তেন লভ্যঃ।" অহুমনা শ্রুতিনা হাঈবাবু প্রমাণ ওইনবাগুমনা শ্রীকৃষ্ণনা চাল্লবতদা শ্রীকৃষ্ণবু ফংগনি, ইবুঙো মাবু সংকীর্ত্তন তৌরবতদা মহাক্না চানবিগনি, অস্নমা লেপ্লবগুমনা গোপীসীংনা যমুনা মপান্দা থোরকতুনা শ্রীকৃষ্ণবু ছকখি।৪৬। ইতি—

মাসিদা শ্রীমদ্ভাগবত দশমস্কন্ধগী কুম্থরাসুবা অধ্যায় লোইরে।

—※—

# শ্রীমদ্ভাগবতম।

## দশমস্কন্ধে একত্রিংশোঽধ্যায়ঃ

—*—

গোপ্য উচুঃ। জয়তি তেঽধিকং জন্মনা ব্রজঃ শ্রয়ত ইন্দিরা শশ্বদত্র হি।
দয়িত দৃশ্যতাং দিক্ষু তাবকাস্ত্বয়ি ধৃতাসবস্ত্বাং বিচিন্বতে ॥১।

শ্রীগোপিকাঃ উচুঃ ( শ্রীগোপিকাসীংনা হ'ঙ্গীখি ) দযিত ( হে চান্নবা ! ) তে জন্মনা ( নহাক্না পোকপিবনা মরম ওইদুনা ) ব্রজঃ ( বৃন্দাবননা ) অধিকং ( পুম্নমক্তগী হেনবা ওইদুনা ) জয়তি ( জয ওইদুনা লৈ ) হি ( নংনা পোক-পিবা মরম অদুদগী ) ইন্দিবা ( লক্ষ্মীনা ) অত্র ( ব্রজদা ) শশ্বৎ ( অতৎপা লৈতনা ) শ্রয়তে ( ব্রজবু লৈতেংদুনা লৈ ) মাশুম তৌদুনা ব্রজ বৃন্দাবন পুম্বনা মুঙাইদুনা লৈবা অসিদা,— তাবকাঃ ( নহাককী ওইবী গোপিকা এখোইতদি ) ত্বয়িধৃতাসবঃ ( নহাকপু সেবা তৌদুনা নহাক্তবু মুঙাইজহন্নি দুনা নংগী মরমগী দমক্তা হাঙ্গীদুনা এখোইগী থরাই মংগক অসি মপান থোকখিগদৌরবদা য়াম্না রানা প্রাণ পুদুনা লৈরবীনি। অদুনা,— ত্বাম্ ( নংবু ) দিক্ষু ( মাইকৈ পুম্নমক্তা বিচিন্বতে ( থিজ্ঞার ) মরম অসিদগী— ত্বয়া দৃশ্যতাম্ ( নংনা সংসংনা উবিয়ু ) মাসুমনা হাঙ্গীগনা— দৃশ্যতাং— অস্মাভিঃ ভবান্ দৃশ্যতাম্— ( এখোইনা ইথুভো নংবু উজগে ) মাদু হাঙ্গীদ্রগা— ত্বয়া দৃশ্যতাম্—এতে বি-চিন্বতে ( মাখোই গোপীসীংনা এবু থিজরি, হাঙ্গীবা নংনা এ বিয়ু ) ।১।

একত্রিংশে নিরাশাস্তাঃ পুনঃ পুলিনমাগতাঃ।
কৃষ্ণমেবানুগায়ন্ত্যঃ প্রার্থয়ন্তে তদাগমম্ ॥

শ্রীভাগবত দশমস্কন্ধদা অধ্যায় কুন্থবামাথোঽসুবদা গোপিকাসীংনা— অমোক হম্না যমুনা পুলিনদা লাকতুনা শ্রীকৃষ্ণমক্তবু ছকতুনা শ্রীকৃষ্ণনা মা-খোইগী নাক্তা লাকপবু প্রার্থনা তৌই।

গোপীসীংনা হাঙ্গী,— দযিত—হে চান্নবা ! ইবুঙো নহাকনা পোকপিবা অসিমক্তনা মরম ওইদুনা ব্রজ বৃন্দাবন অসিনা পুমনমক্তগী ইহেন হেননা

অনুবাদ— জয় ওইহুনা লৈ, মরম অহুনা লক্ষ্মীনা ব্রজ অসিদা মতম পুন্নমক্তা অতৎপা লৈতনা ব্রজবু লৈতেংহুনা লৈ, অসুপ মুঙাইরবা ব্রজ বৃন্দাবন অসিদা নহাককী ননাই ওইবী গোপিকা ঐখোইতদি নহাকপু সেবা তৌহুনা নহাকপুদা মুঙাইহন্নিংহুনা নহাকী দমক্তা হাঙ্গীহুনা, নহাককা কাইনবদগী মপান থোকখিগদৌরবা থরাই অসিবু কাহুনা য়াম্না রানা লৈ ; অহুনা ইবুঙো নংবু মাইকৈ পুন্নমক্তা কোঙ্গনা থিজরি, মরম অসিদগী ইবুঙো নহাকনা এংবিয়ু, ঐখোইনা ইবুঙোবু উজগে, গোপীসীং অসিনা ঐবু থিজরি, হাঙ্গংহু ইবুঙো নংনা এংবিয়ু।১। *

* হে দয়িত—চান্নবা! নংনা পোকপিবনা মরম ওইহুনা ব্রজ বৃন্দাবননা পুন্নমক্তগী ইহেন হেনবা ওইরি, মাসুপ য়াম্না ব্রজনা পুন্নমক্তগী হেনবা অসি বৈকুণ্ঠলোকমক্কবু বৃন্দাবন মরুম পুন্নমক্তগী হেনবা ফংদে, ভাব অসি ফোংদোক্লবগী দমক "শ্রয়তে ইন্দিরা"—ব্রজ অসিদা লক্ষ্মীনা মতম পুন্নমক্তা সেবা তৌহুনা লৈ, হাঙ্গৈ। মাহুগী ভাবতি,— লক্ষ্মীবুদি বৈকুণ্ঠনা মবেমা ওইবনা সেবা তৌহ। বৈকুণ্ঠগী মবেমা অহুনাদ ব্রজবু সেবা তৌবনিনা বৈকুণ্ঠবু ব্রজ বৃন্দাবননা হেনবদি মাসুপকী মতিক হেনলি, হাঙ্গবনি। হে দয়িত—চান্নবা! হাঙ্গহুনা শ্রীকৃষ্ণবু কৌরি, মাসিগী ভাবতি। হালাগী গাথা সপ্তশতীদা প্রাচীন গাথা অমনা ছকই, মাহুদি,— "কৈ অব রহিঅং পেম্মং নহ্ব চিটঠ মানবে লোএ। জই হোই কস্স বিরহো বিরহে হোওন্মি কো জিঅই॥" অর্থদি— মীওইবা লোকতা তাৎ য়াওদবা মুংশিবা লৈতে, মুংশিবা লৈরবদি থাইনবা মতমদা হিংলোই। অসিনি। গোপিকা নখোইনা ঐবু মুংশিরবদি ঐগা কাইনবা ওইরোইদৌবনি। ঐগা কাইনরগা নখোইনা হিংবনিনা—নখোইনা ঐবু মুংশিদে, অমুম্না শ্রীকৃষ্ণনা হাঙ্গগদবদা গোপীসীংনা হাঙ্গরি, মাহুদি,— "ত্বয়িধৃতাসবঃ" অর্থদি— ইবুঙো, নংগা কাইনবগা ঐখোই শিরবনি, ঐখোইগী প্রাণ অসি মপান্দা থোক্লবনি। "ত্বয়িধৃতাসবঃ"— ইবুঙো নহাককী সেবা তৌহুনা ইবুঙো নহাকপু মুঙাইহনগে, হাঙ্গবগী দমক্তা মপান থোক্লরবা থরাইবু কন্না ফাহুনা থম্লিবনি। প্রাণবু ফাবা অহুদা কাইনবগী দুঃখনা চাকপগী অরাবা অসি ঐখোইনা পুবা ঙমদরে, মাহুবু "দৃশ্যতাম্"—

শরদুদাশয়ে সাধুজাতসৎসরসিজোদরশ্রীমুষা দৃশা।
সুরতনাথ তেঽশুল্কদাসিকা বরদ নিঘ্নতো নেহ কিং বধঃ ॥২॥

হে সুরত-নাথ ( হে সম্ভোগপতি ওইবা। ) বরদ ( হে বর পীবা। )— শরদুদাশয়ে ( শরদ্ ঋতুগী পুখ্রীদা ) সাধুজাত সৎসরসিজোদর-শ্রীমুষা ( নিংথিনা সাৎলবা থম্বালগী মনুংবু হেন্না ফজবা ) দৃশা ( মীৎনা মরম ওইদুনা ) অশুল্ক-দাসিকাঃ ( মমল্ তিংদনা—লেম্না ননাই ওইবী ঐখোইবু ) তে ( নংনা ) নিঘ্নতঃ হাৎলে ) ইহ ( মাসিদা ) কিং ( করিনা ) ন বধঃ ( হাত্তবা ওইবগে? হাঙ্গৈবদি সংসংনা হাৎপনি ) ।২।

হে সুরতনাথ! হে বরদ! শরদ্ঋতুদা নিংথিবা পুখ্রীদা ফজনা সাৎলবা থম্বালগী মবুক মনুংবু হেন্না ফজবা নহাককী মীৎনা মরম ওইদুনা মমল্ পীদনা—লেম্না ননাই ওইবী গোপী ঐখোইবু নহাকনা হাৎলে, মাসিদা করিনা হাৎতবা কৌগদগে? খুৎলাইনা হাৎপতবু হাৎপা কৌবরা? ।২। *

—ব্যাখ্যা— ইবুঙো নংনা এংবিয়ু। "বিষবৃক্ষোঽপি সংবর্দ্ধ্য স্বয়ং ছেত্তুমসাম্প্রতম্।"—হু-পানবীমক ওইরবসু মথূৎনা থাদুনা চাওহনলগা মথূৎনা য়াম্বুৎপা হোঁনদে। ইবুঙো নংনা পোকপীদুনা ব্রজবু বৈকুণ্ঠনাচিংবা ধামদগী হেননা লাইপক ফহনলগা, গোপী ঐখোই পুম্নমকপুসু নংগী সেবা ফংহন্দুনা লাইপক ফহনলগা অমোকসু নহাকনা লোৎতুনা ঐখোইবু কাইনা-মৈনা থাদুনা হাৎপীগনু। ঐখোইনা শিদুনা ব্রজ অসিদা লৈরবদি ব্রজ বৃন্দাবন অসিসু—লাইপক করম্বদগী অমঙ্গলগী মশক ওইদুনা ধাম পুম্নমক্তগী অতোনবা ওইরগনি। নংনা ফহনলগা নংনা মাংহনবা তৌবিগনু, ঐখোইনা রারিবা অসি ইবুঙো নংনা উবিয়ু, অসি হাঙ্গৈনা নিংদুনা "জয়তি" না হৌবা পদ্য অসি গোপীসীংনা ছকলি। অধ্যায় অসিবু 'গোপী-গীত' কৌই। গীতগী লক্ষণ অদু বোপদেবগী মুক্তাফল-টীকাদা মহাককী লক্ষণ অদু তাকই। মাদুদি,— "জয়তি তে..." না হৌবা শ্লোক অসিদা পাদ খুদিংদা দ্বিতীয়াক্ষর মায়ৈ। মাসুম তৌদুনা অধ্যায় অসিদা শ্লোক অরাম্বদা মাদুমনা তৌবা অদু উগনি। সম্লোকপদি মুক্তাফলদা হাঙ্গৈ ।১।

* হে গোপিকাসা! ঐনা নখোইবু করম্না হাহনলবগে? হাঙ্গৈয়ু, অম্মা

বিষজলাপ্যয়াদ্ব্যালরাক্ষসাদ্বর্ষমারুতাদ্বৈদ্যুতানলাৎ।
বৃষময়াত্মজাদ্বিশ্বতোভয়াদৃষভ তে বয়ং রক্ষিতা মুহুঃ ।।৩।।

ঋষভ ( হে পুন্নমক্তগী হেনবা, থোইবা ইবুঙো ! ) বিষজলাপ্যয়াৎ ( কালিয় লীনগী হুনা চাকতুনা শিরগদবদগী ) ব্যাল-রাক্ষসাৎ ( অঘাসুরনা য়োৎতুনা শিরগদবদগী ) বর্ষ-মারুতাৎ ( ইন্দ্রনা নীরকপা—ইন্সিল্লকপা নোং নুংসিৎতগী ) বৈদ্যুতানলাৎ ( নোংথাং লম্মৈদগী ) বৃষময়াত্মজাৎ ( অরিষ্টাসুরদগী, ব্যোমাসুরদগী ) বিশ্বতো-ভযাৎ ( অতৈ অতোপপা অকিবা ময়ামদগী ) তে—( নংনা ) বয়ম্ ( ঐখোইবু ) মুহুঃ ( হন্না হন্না ) রক্ষিতাঃ ( কণবিখরবনি ) ।৩।

হে ইবুঙো পুন্নমক্তগী হেনবা ! ইবুঙো নহাকনা ঐখোইবু কালিয় লীনগী হুনা থল্লবা ঈসি দগী, অঘাসুরগী গর্ভদা গর্ভগী মৈনা চাকপদগী,

—ব্যাখ্যা.— শ্রীকৃষ্ণনা হংগদবদা গোপীনা খুম্লিবনি, মাহুদি,— ইবুঙো নংনা ঐখোইবু থাঙ্গৈহেক শেংনা হাৎপনি। ইবুঙো নহাকনা মীত্তনা এংতুনা ঐ-খোইদা সুবতবু নাথ অসিনি খংহনলি। অদুনা হে সুরতনাথ ! অদুগী মথংদা নহাককী মীৎ অদুনা ঐখোইগী অপান্থবুসু পী—পোকহল্লি, অমসু নহাককী মীৎ অদুনা প্রেমগী মৈচাক মপে অমা হুঞ্জন্দুনা—হাপ্লিদুনা মমন তিংদনা—লেপ্পা ননাই ওইবী ঐখোইবু নহাকনা হাৎলে। খুৎলাইনা হাৎপতবু হাৎপা কৌবরা ? মীৎনা এংদুনা হাৎপসু হাৎপনি। ঐখোইদি অশুল্কদাসীনি—মমন পীদুনা লৈবা ননাই-নুপী নত্তে, ইপা ইমানা থাজদুনা বিবাহ তৌদুনা ননাই ওইবসু নত্তে, ঐখোই ইশানা ইবুঙো নংগী ননাই ওইবনি। মাসুপ থীমা রাহন্দুনা ইবুঙো নংনা হাৎকদৌরিবনি, হাঙবদি ঐখোইনা পংবনিমা খংলুদয়ে। শরদ্ মতমগী ঈশিং লুরবা পুখ্রী ফজবদা সাৎপা নিংথিরবা—থম্বানগী মনুংবু হেন্না ফজবা ইবুঙো নহাককী মীৎনা— মোহন, উন্মাদন—শুম্নাৎপিবা, ডাওহনবিবা হিদাক চাইশিনবিদুনা শুম্নাৎলবী ( ডক্লবী ) ডাওরবী ঐখোইনা সুরতগী মশক ওইবা লনবু, প্রাণবুসু পুদুনা ইবুঙো নহাককী শ্রী-চরণদা কচ্চথরবীনি। অদুনা মাসুমনা ঐখোইবু শিহনলবদি পর-স্ত্রী ময়াম শিহনবগী—নুপী হাৎপগী পাপ পুগনি, মাসিনা ধ্বন্যর্থনি। পাপ অদু কিরবদি ঐখোইদা ইবুঙো নংবু উহনবিয়ু, মাসিনা অদুধ্বনিনি ।২।

ন খলু গোপিকানন্দনো ভবানখিলদেহিনামন্তরাত্মদৃক্।
বিখনসার্থিতো বিশ্বগুপ্তয়ে সখে উদেয়িবান্সাত্বতাং কুলে ॥৪॥

সখে ( হে সখা ! ) ভবান্ ( ইবুঙো নহাক অসে ) গোপিকা-নন্দনঃ— ( যশোদাগী মচা ) খলু নৈব ( নত্তে ) অখিল দেহিনাম ( দেহ পানবা পুম্বগী ) অন্তরাত্মদৃক্ ( অন্তরাত্মাগী সাক্ষীনি ) বিশ্বগুপ্তয়ে ( বিশ্ব—তাইবংপানববু ঙাক্ত-বগী দমক ) বিখনসা ( ব্রহ্মানা ) অর্থিতঃ ( হাঙ্গৈজহ্নুনা ) সাত্বতাং কুলে— ( সাত্বতগী খাবাদা যদুবংশদা ) উদেয়িবান্ ( নংনা উদয় ওইবনি ) ।৪।

ইন্দ্রনা ব্রজ মানবা শীরকপা নোংঙুংসিন্ডুগী নোংথাদগী, লম্মেনা চাকপদগী অরিষ্টাসুরদগী, ব্যোমাসুবদগী, অতৈ অতোপপা অকি অকিবা পুমনমকতগী ঐখোইবু হন্না হন্না কনবিখরবনি, হৃজিক্তি কামদেবনা হাৎপা অসিদগী কন-বিররোইদরা ? নংতনা কনবিরকতুনা হিংলবী ঐখোইবু হৃজিকসু কনবিদবা চুমদে ।৩। *

হে সখে ! ইবুঙো নহাকি যশোদাগী মচা নত্তে, মুপসোই সোইদবনি, মাদুদি— হকচাং পুম্নমক্তা থমোই পুম্বগী নংনা সাক্ষনি, জীব জগৎ অসিবু

* মাসিদা অরিস্ট অমসু ব্যোম হিংচাবা অনি হাৎপদি কোম্ন তৌরক্-কদবনি। অতুবু রাসদা গোপীসীংনা হৌখববা ওইনা হাঙ্গৈরি, মাদুদি গো-পীসীংদি শ্রুতিনা অবতার তৌবসু য়াংরি। শ্রীকৃষ্ণগী ব্রজলীলা পুম্বদি— শ্রুতিদা হান্ননা হাঙ্গৈদুনা লৈবা ঙাক্তনি, অদুনা গোপীসীংনা কোম্না তৌরক্-কদবসু হান্ননা খংই, অসুম্ন সম্প্রদায়সীংনা ব্যাখ্যা তৌই। চতুর্থ স্কন্ধদা— শ্রীভাগবতনা হাঙ্গৈরে, মাদুদি— বেদদা য়াওদবা লৈতে, মাদুবু খংনবগী-দমক যোগ, তপস্যা তৌদুনা উবা মী অদুগী পদরজবু ঐনা কোক্তা হাপই। মরমদি পদরজ অদুবু কোক্তা হাপ্নদা মী অদুদা অফবা পুম্নমক্তী শুংনৰম ওই, অসুমনা আদিরাজ পৃথুন মহাককী প্রজাসাংদা ঙাকথি। তোষনীদা সনাতন পাদনা হাঙ্গৈবদি "বরাহ তোকো নিরগাৎ" হাঙ্গৈবাগুমনা— কোম্না থোরক্কদববু হাঙ্গৈবনি, অসুমনা ব্যাখ্যা তৌই। অতৈ অতৈনা হাঙ্গৈবনাবু গর্গনাচিংবনা হাঙ্গৈদুনা কোম্না থোরক্কদববু খংদুনা হান্না হাঙ্গৈবনি, অসুমনা ব্যাখ্যা তৌই ।৩।

অনুবাদ— হিংছুনা পানবা য়ানবগী দমক এক্মানা হাঙ্গৈজছুনা যছ-ষাগৈদা, সাত্বতগী ধারাদা নংনা অবতার তৌবনি ।৪। *

* হে হন্না এংদনা ঙাংবী গোপীসা। নখোইনা ঐবু জীব পুম্বগী আনন্দ কন্দ ওইবা, নন্দ নন্দন ঐবু মুপী হাংপা, বিশ্বাসঘাটকনি, অসুমনা খনগে। মরম অছুনা মচি অমদা চথোকতুনা নখোইবু উহন্দনা তুমিন্না লৈরগে;— নখোইগী নপোক অসিমাগী ঐবু মুপউ উহল্লবোই, অসুমনা শ্রীকৃষ্ণনা কিহনছুনা হাঙ্গৈগদরা ? অসি খন্দুনা ব্বারবী গোপী পুম্বনা শ্রীকৃষ্ণবু লৈসি লৈথোনছুনা আলোচ্য শ্লোক অসি হাঙ্গৈ,— "ইবুঙো, নহাক্তি গোপিকাগী মচা নত্তে, থরাই পানবা পুম্বগী থমোইদা সাক্ষী ওইনা লৈবা অন্তরাত্মানি। হাঙ্গৈবদি থরাইপানবা পুম্বনা খল্লিবা, বিচার তৌরিবা, খংলিবা, ঙাংলিবা, থবক তৌরিবা পুম্নমক নংনা তৌহনবা ঙাক্তনি। অসুমনা ভগবতী পৌর্ণমাসীনাচিংবনা ভাকতুনা ঐখোইনা খংই। অছুনদি গোপিকা ঐখোইনা খনলিবা, ঙাংলিবা পুম্নমক অসি ইবুঙো নহাকনা তৌহনবা ঙাক্তনি, অছুনা ঐখোইবু ইবুঙোনা সাওবা তৌবিগনু। নংনা ইনসিন্দ্রবদি অসুমনা ঐখোইনা হাঙ্গৈগদরা ? হাঙ্গৈরোইদবনি, থৌজানবিয়ু। ইবুঙো নহাক্না পোকপীরবগী মরমসু ঐখোইনা তাই, মাছুদি,— ব্রহ্মানা বিশ্বজগৎ অসি ঙাকপীনবগী দমক হাঙ্গৈজছনা যছ-ষাগৈদা, সাত্বত-ধারাদা, নংনা ঙান্থোকপিন্নবনি, ঙানবা মফমনা যশোদাগী গর্ভ উদয়-চীঙদা থোক্লবনি।" অছুদি গোপী নখোইনা অসুমনা খংলগদি করিগী অথাবা রা হাঙ্গৈবগে ? অসুমনা হাঙ্গৈগদবদা গোপিকাসীংনা হাঙ্গৈরি, মাছুদি,— "হে সখে!" অসিনি। অর্থদি— ঐখোইদি সখ্যরসার্ণবদা লুপতুনা লৈরিবী ঙাক্তনি, হাঙ্গৈবনি। অছুনা গোপী ঐখোইসু বিশ্বজগৎকী মন্থুংদা লৈবনি নদি বিশ্বজগৎ ঙাক্লবা পোকপনি। অছুনা হে সখে!— ঐখোইবুসু নংনা ঙাকফম থোকই. ঐখোইবু ঙাকপিয়ু।" বিশ্বজগৎ অসিগী মন্থুংদা মাগী চান্নবীনা মাসুপ য়াম্না রারবদা নিঙাইদনা লৈথোকপা ঙমগদবা জীবদি মীদা, শাইদা, সা, উচেকসু লৈবা হৌনদে—লৈতে। মাছদি নংগী নমাই— নংতনা থন্নাই ওইনা হিংজন্নিবা গোপী ঐখোইনা ঐখোইগী হৃকচাংদগী প্রাণ অসিনা মপান থোক্কদবগী থৌরাং পুম্বা লোইন্নবা কাউবা অসিদা

—ব্যাখ্যা— নিঙাইবা লৈতনা ইবুঙো নংনা লৈথোকপা অসি মীস্থ, লাইস্থ সাস্থ ওয়্রোই, নহাক্তনা ওস্বনি। অসিগুম্বা ইবুঙো নংগী তৌঙমদবা লৈতবা মভৌ অসি উবদা ঐখোইনা নহাকপু খন্দবা ওমদে, মাহুদি— ইবুঙো নহাকতি যশোদাগী মচা নত্তবামাল্লে খল্লি। মরমদি যশোদাদি মী অতোপ-পগী অর্বাবা উবা য়াদে, মানা হেননা রাবীনি। যশোদাগী মচা ওইরবদি যশোদাগী মীরুংশিহৈবা অহু মরিক অমত্তংদা ওইরবস্থ লৌগদবনি। অহু ওইরবদি কৃষ্ণ ঐদি কনানো? হাঙ্গৈগনি। ইবুঙো নংদি থরাইপানবা জীব পুম্নমককী অন্তরাত্মানি, অস্থমনা ঐখোইনা খনলি। মরমদি অন্তরাত্মানা জীব অহুনা য়ামনা রারবা মক্তদা অরাবা জীব অহুদা অন্তর-আত্মা মহাক্না ইন্নুং মুংঙাইনা অত্তম লৈথোকই। হে ইবুঙো,— থৌওইদনা লৈথোকপা ওস্বসীংগী কোকথককী মণি—লৈতেং ওইবা। ইবুঙো, নংনা অবতার তৌবা অসিগী মরমস্থ ঐখোইনা খংদে। মাহুদি—বিখনসা—ব্রহ্মানা, 'বিশ্বগুপ্তয়ে' অর্থদি—বিশ্বজগৎ অসি চাওখৎনবগী দমক বিশ্ব—তাইবংপানবদা, গুপ্তয়ে—ঙাক্নবগী দমক, অর্থ অমদনা— নহাকপু খংহন্দনা লোৎতুনা লৈহন্দুনা জীব অতৈনা তাইবংদা হন্না হন্না পোকপা, ননাই ভক্তসীংতনা ইবুঙো নহাকপু খংনবগী দমক্তা হাঙ্গৈদুনা নঙোন্দা ব্রহ্মানা হাঙ্গৈজহুনা জীবসীংদা খংহন্দনা থুপতুনা লৈরিবা অসিনি। অহুনা ইবুঙো নহাকপু ঈশ্বরনি হাঙ্গৈবা খংদবা-সীংনা ঈশ্বরবু ফনা নিংতুনস্থ জরাসন্ধনাচিংবনা হিংচাবা ওইনা লৈগনি। অহু ওইরবদি ব্রহ্মাগী সৃষ্টি অসি লানত্ত্রবনিনা জীব য়াম্নগনি, চাউখৎকনি, অহুনা ব্রহ্মানা হাঙ্গৈজহুনা নংবু খংহন্দে। মাস্থম তৌদুনা ব্রহ্মানা হাঙ্গৈজহুনা— নংনা অবতার তৌবা মরমনা ব্রহ্মাগী নিংবা থুংনবগী দমক পরদার অমস্থ পরদ্রব্য লৌবা, মাৎসর্য্য—মুংনাংবা, হিংসা তৌবা, নাপন তৌবা অসিনা-চিংবা ইবুঙো নহাক্না পক্নবা য়াদবা থবক ধর্ম্মসীংবু ইবুঙো নহাকপু খংহন-লোই হাঙ্গৈহুনা ইবুঙো নহাকনা তৌগে নিংহুনা থাদোকপা হৌনদবা নংগী লীচৎপু, অমস্থ অমস্থ ইয়েং য়েংদব ঔদাসিন্যবুস্থ ইবুঙো নংনা থাদোক্লবনি। অহুগা যহুগী বংশদা, সাত্বতগী ধারাদা নংনা পোকপনি। ইবুঙো নহাকপু ঐখোইনা 'সখে' হাঙ্গৈনা কৌজরে, পরদার লৌবদগী পরদার ওইবী ঐখোইগা সখ্য ওইরে, হাঙ্গৈবা ভাবনি, অস্থম্না ব্যাখ্যা তৌবা চক্রবর্ত্তি পাদনা পাম্নই ।৪।

বিরচিতাভয়ং বৃষ্ণিধুর্য্যং তে চরণমীয়ুষাং সংসৃতের্ভয়াৎ।
করসরোরুহং কান্তকামদং শিরসি ধেহি নঃ শ্রীকরগ্রহম্ ॥৫॥
ব্রজজনার্তিহন্বীরযোষিতাং নিজজনস্ময়ধ্বংসনস্মিত।
ভজ সখে ভবৎকিঙ্করীঃ স্ম নো জলরুহাননং চারু দর্শয় ॥৬॥

বৃষ্ণিধুর্য ( বৃষ্ণিবংশগী অথোইবা ) কান্ত ( হে চান্নবা ! ) সংসৃতেঃ ভয়াৎ ( তাইবংপানবদা হন্না হন্না পোকপগী অৱাবব্ কিবদগী ) তে চরণমীয়ুষাম্— ( নংগী শ্রীচরণদা চরণদা চংজবা ভক্তসীংগী ) বিরচিতাভয়ম্ ( কিদবা ওইহনবিবা ) কামদম্ ( অপাম অপাম্বা পীনবিবা ) শ্রী-কর গ্রহম্ ( লক্ষ্মীগী খুজেং পাইবা ) কর-সরোরুহম্ ( নখুং থম্বানবু ) নঃ (ননাই ওইবী ঐখোইগী) শিরসি ( কোক্তা ) ধেহি ( হাপ্পিয়ু ! ।৫।

ব্রজজনার্তিহন্ (ব্রজবাসীসীংগী অরাবা মাংহনবা ! ) বীর (হে অকনবা !) নিজজনস্ময়ধ্বংসনস্মিত (হে ননাই ওইবসীংগী নাপন মাংহনবা মীনোক ওইবা !) সখে ( লে সখা ! ) ভবৎ কিঙ্করীঃ ( নন ই ওইবী ) নঃ ( গোপী ঐখোইবু ) ভজ ( নিংবিয়ু ) চারু ( ফজবা ) জলরুহাননম্ ( মাইথোং থম্বালবু ) যোষিতাম্ ( নুপী ওইবী ঐখোইগী মড়ীদা ) দর্শয় ( উহনবিয়ু ) ।৬।

---

হে বৃষ্ণি-অথোইবা ! হে কান্ত— চান্নবা ! তাইবংপানবদ হন্না হন্না পোকপবু কিবদগী নংগী নখোঙ-থম্বালদা চংজরিবা ননাই ভক্তসীংগী মড়ীদা অকিবা মাংহনবা, ভক্তগী নিংবা পীনবা, লক্ষ্মীগী খুজেং পাইবা, ইবুঙো নহাককী নখুং-থম্বালবু— তোল্লবী গোপী ঐখোইগী কোক্তা হাপ্পিয়ু ।৫। *

হে ব্রজজন পুম্নগী অরাবা মাংহনবা ! হে অকনবা ! হে ননাই ওইবা-

---

* হে রাওাং-ফজবী গোপীসা ! নখোইগী প্রেমগী অসাওববু তাগে, হাঙীহুনা ঐ অন্তর্দ্ধান তৌহুনা উহন্দবনি। হে রাওাং-ফজবীসা ! হুজিকতি ঐ পেন্নে, নখোইগী প্রেমনা সাওহুনা হাঙীবা তারে, ঐ নিংবা থুংলে—পেন্নে। মংনা নংনা পাম্বা হাঙীরো, ঐ বর পীরগে, অসুমনা থৌজান্দুনা হাঙীবিরে, অসুম হাঙীনা গোপীসীংনা ভাবনা সাতুনা তোঙান্না গোপীসীংনা শ্লোক অসিদগী হৌনা শ্লোক মরিনা শ্রীকৃষ্ণদা প্রার্থনা তৌরি— ।৫।

প্রণতদেহিনাং পাপকর্ষণং তৃণচরানুগং শ্রীনিকেতনম্।
ফণিফণার্পিতং তে পদাম্বুজং কৃণু কুচেষু নঃ কৃন্ধি হৃচ্ছয়ম্ ॥৭॥
মধুরয়া গিরা বল্গুবাক্যয়া বুধমনোজ্ঞয়া পুষ্করেক্ষণ।
বিধিকরীরিমা বীর মুহ্যতীরধরসীধুনাঽপ্যায়য়স্ব নঃ ॥৮॥

প্রণত-দেহিনাম্ ( খুরুমজবা পুম্নমক্কী ) পাপকষণম্ ( পাপ মাংহনবা ! ) তৃণচরানুগম্ ( নাপীচাবা ষণনাচিংবগী তুংইন্দুনা লে বা ) শ্রীনিকেতনম্ ( লক্ষ্মীগী চংনফম ওইবা ) ফণি ফণাপিতম্ ( কালিয় লীনগ মতোক্কা হাপ্না ) তে—পদাম্বুজম্ ( নখোঙ-থম্বালবু ) নঃ কুচেষুঃ ( ঐখোইগী থবাক্তা ) কৃণু ( হাপপিয়ু ) হৃচ্ছয়ম্ ( ঐখোইবু চাকলিবা কামগী মৈবু ) কৃন্ধি ( মুথৎপিয়ু ) ।৭।

পুষ্করেক্ষণ ( হে মীংনা থম্বানবু ঙমজপা ! ) বীর (হে অকনবা ! ) মধুরয়া ( নিংথিজবা ) বল্গুবাক্যয়া ( ফজবা রাহৈ ওইবা ) বুধ মনোজ্ঞবা ( পণ্ডিতকী পুকনিং হুনবা ওইবা ) গিরা ( নয়াথংনা ) মুহ্যতীঃ ( ঙক্লবী ) নঃ ( ঐখোই পুম্নমকপু ) অধর-সীধুনা ( অধরামৃতনা মরম ওইহনা ) অপ্যায়স্ব ( হিংহনবিয়ু ) ।৮।

সীংগী নাপন মাংহনবা মীনোক নোকপা ! হে সখে ! ইবুঙো নংগী ননাই ওইবী ঐখোই পুম্নমকপু নিংবিয়ু, ফজরবা মাইথোং-থম্বান অহু মুপী ওইবী ঐখোইদা উহনবিয়ু ।৬। *

খুরুমজবা ননাই পুম্বগী পাপ কোকথিবা, নাপীচাবা ষণনাচিংবগী তুংইন্দুনা লেংবা, লক্ষ্মীগী চংনফম ওইবা, কালিয় কৌবা লীনগী মতোক্কা হাপ্না ইবুঙো নংগী নখোঙ-থম্বালবু ঐখোইগী কুচদা হাপ্পীয়ু, অহুগা কন্দর্পগী—মৈচাক অসি কোকহনবিয়ু ।৭।

হে মীংনা থম্বালবু ঙমজবা ! হে অকনবা ! পণ্ডিতসীংনা ঙক্লবা ওইবা !

* "যোষিতা" পদ অসি চক্রবর্ত্তি পাদনা 'যোষিতাং মধ্যে ( মুপী ওইবীসীংগী মরক্তা ) ব্রজজনার্ত্তিহন্ ( ব্রজদা পোকপাসীংগী অরাবা মাংহনবা )" অগুম্না অন্বয় তৌহনা লাইনাচিংবগী মুপীসীংগীদি নাপন মাংহনবা মীনোক ওইদবা, অমুমনা ব্যাখ্যা তৌই ।৬।

তব কথামৃতং তপ্তজীবনং কবিভিরীড়িতং কল্মষাপহম্।
শ্রবণমঙ্গলং শ্রীমদাততং ভুবি গৃণন্তি তে ভূরিদা জনাঃ ॥৯॥

যে ( অতুগুম্বা মীনা ) তপ্তজীবনম্ ( অধ্যাত্মিকনাচিংবা তাপ অহুমনা—চাক্লবা জীবসী গী হিংননবা ওইবা ) কবিভিঃ ( কবিসীংনা ) ঈড়িতম্ ( লৈসি-লৈথোনবা ) কল্মষাপহম্ ( পাপ কোক্লবা ওইবা ) শ্রবণ-মঙ্গলম্ ( তাজবত-দা মঙ্গল ওইবা ) শ্রীমৎ ( নিংথিজবা, য়াম্না শান্ত ওইবা ) তব কথামৃতম্—( ইবুঙো নংগী কথাগী মশক ওইবা অমৃতবু ) ভুবি ( পৃথিবীদা ) আততং ( সন্দোকহুনা ) গৃণন্তি ( ছক শোনলিবা ) তে জনাঃ ( অহুগুম্বা মীসীং অদো) ভূরিদাঃ ( পূর্ব্বজন্মদা দাননাচিংবা য়ামনা তৌরকলবনি )। শ্লোক অসিদা বিশ্বনাথ পাদগী অর্থ অমসু লৈরি। মাহ্লাদ,—

২। গোপীসী না নিংই, "ইবুঙো, নংনা ঙাংবা কথা ৱাগী মাধুর্য্যগী মহিমা বুদি কনানা হাঙ্গৈহুন. মাসুপ ফজে হাঙ্গৈনা সীংথাবা ঙমগদগে ? নংগী কথাবু মী অতোপপনা ঙাংবতমসু অমৃত মথন অনিদগী হেন্না স্বাদু- হাওই।"— অসুমনা "তব কথামৃতং…" না হৌবা পদ্য অসিনা হাঙ্গৈরি,— তব (নহাক্কী) কথা ( মীনা ছক্ল-শোন্নরিবা অসে ) অমৃতম্ ( অমৃতনি- শিদ হিদাকনি,—জীববু মুঙাইহনবনি ) তপ্ত-জীবনম্ ( মহারোগনা চাক্লবা জীববু অনাবা অত কোকহুনা হিংহনলি অমসু ইবুঙো নংগা কাইনাবগী মৈনা চাক্লবা জীববুসু নংগী কথানা হিংহনলি। মরম অসিনা স্বর্গগী লাইতনা থকপা অমৃত—অমসু জ্ঞানীসীংনা ফংবা মোক্ষগী মশক ওইবা অমৃতদগীসু নংগী কথা ওইবা অমৃতনা হেনলি, অসিনা ভাবার্থনি ) কবিভিঃ ( ধ্রুব, প্রহ্লাদনাচিংবনা )—ঈড়িতম্ ( "যানির্ব্বৃতিস্তনুভৃতাম্" অসিনাচিংবা ৱাহৈনা নংগী কথাবু হাঙ্গৈহুনা ইবুঙো নহাক ) লৈসি লৈথোনলি,—স্বর্গগী লাইনা থকপা অমৃত অমসু

ফজবা ৱাহৈনা তিনবা, নিংথিজরবা নয়াথংনা ঙক্লবী ঐথোইবু নহাক্না চিন-বানগী মশক ওইবা অমৃত পীহুনা হিংহনবিয়ু।৮।

১বা— হে ইবুঙো, প্রাণনাথ। ইবুঙো নহাককী গুণ ফোংদোকপা ৱাফমদি অমৃতমকনি, আধিভৌতিক, আধিদৈবিক অমসু আধ্যাত্মিক কৌবা তাপ অহুমনা চাক্লবা জীবসীংগী হিংননবনি, মরম অসিনা বাল্মিকী, ব্যাসনা-

অন্বয়-- মোক্ষনা ফংবা অমৃত, অমৃত মথন অনি অচুদি হাওতে। মরম অচুনা কবিসীংনা হাঈ,-"সা ব্রহ্মণি নাথমাভূৎ কিম্বন্তকাসি ললিতাৎ পন্ত-তাং বিমানাৎ" অসিনাচিংবা ৱাহৈদগী খংই) কল্মষাপ'ম্ (প্রারব্ধ পাপ—ফাউবা লোইনা পাপ পুম্নমকপু ইবুঙো নহ'ককী কথামৃতনা মা'হনলি, স্বর্গ-গী অমৃতদি প্রারব্ধ পাপ মাংহনবা ঙমদে, মাদি অহোইনচুম কামনাচিংববু হেনগৎহনলি, অমসু মোক্ষনসু প্রারব্ধ পাপ মাংহনদে, জীবন্মুক্তসীংনা প্রারব্ধ পাপ লোইদরিবামখৈ হুকচাংদা লৈ) শ্রবণ মঙ্গলম্ (তাজবতদা ইবুঙো নংগী কথানা মঙ্গল ওইবা পী, স্বর্গামৃতসু মোক্ষামৃতসু মাখোই অনিদি মাখোইবু তাবদা মঙ্গল পীবা ঙমদে) শ্রীমৎ (নংগী কথামৃতনা প্রেম ফাউববু তাজ-রিবা, শোনজরিবা মীদা পীনবী, অতোপপা স্বর্গামৃত অমসু মোক্ষামৃতদি—প্রেম পীবা ঙমদে) আততম্ (নংগী কথামৃতদি বক্তাসীংনা মাইকৈ পুমবদা সন্দোকই, স্বর্গামৃত অমসু মোক্ষামৃতদি সন্দোকতে) যে গৃণন্তি (মীওইবসীং অচুনা নংগী কথাবু কীর্ত্তন তৌদুনা ছক শোনবা) তে ভূরিদাঃ (মাখোই অচু যামনা দান তৌই, হাঈবদি মাখোইদা অতাবাসীংনা য়ামনা দান তৌ চুমসু মতিক চাবা ওইদে)।

৩। অর্থ অমদি— ইবুঙো নংগী কথাদি মাবু হেক তাবা, ছকপা ঙমসু শোনবা খুত্থক্তা নহাকপু দর্শন তৌবা ফংহৌরবদি কৈ, মাচু নত্রবদি নংগী কথাবু তাবা, ছকপা শোনবদি য়ামনা কান্নদে, ভাব অসিবু আলোচ্য শ্লোক

---

অনুবাদ— চিংবা কবিসীংনা নংগী কথাবু লেংদুনা ছক-শোন্নরিবনি, মাচু তাজবতদ জীব পুম্বগী পাপ কোক্লবিবনি, তারুবা জীবগী মঙ্গল ওইবা অচুম্বা নংগী কথাবু মীওইবনা পৃথিবীদা ছক, শোনবা, তাবা, অচুগুম্বা জীবসীং অচু পূর্ব্বজন্মদা দান য়ামনা তৌরকলবনি।

২বা— হে ইবুঙো। ইবুঙো, নংগী মীওইবনা ছক-শোন্নরিবা কথা অসিদি অমৃতনি, হাঈবদি শিদ হিদাকনি, রোগ, তাপনাচিংবনা চান্নবা জীব-সীংবু নহাককী কথানা হিংহনলি, ধ্রুব, প্রহ্লাদনাচিংবা কবিসীংনা ছকনা-শোন্নরি, ইবুঙো নংগী কথানা জীবগী প্রারব্ধ পাপ মাংহনলি, তাজরিবা জীব-সীংদা মঙ্গল ওইবা পী, অমসু নংগী কথামৃতনা মাবু তাজরিবা জীবসীংদা

অন্বয়— অসিনা হাঙ্গৈরি,— তব ( নহাককী ) কথা ( কথাদি ) মৃতম্ ' শি-নবনি ) মরমদি তপ্তজীবনম্ ( চাকতুনা হিংনবা ওই, মাতুদি,—তপ্তৈতেলে থাংদা ভৌরবা থাওদা ঈসিংনা তৌবগুমই ) অতুদি করিগী পুরাণনাচিংবনদি থাগৎপগে ? মাতুদা হাঙ্গৈ,— কবিভিঃ ( ব্যাসনাচিংবা কবিসীংনা ) ঈড়িতম্ ( থাগৎপনি, হাঙ্গৈবদি কবি হাঙ্গৈবাসিগী অতুগুম্বা অঙকপা অতু হাঙ্গৈবতনা মশিন ওইবগী হাঙ্গৈজবনি ) কল্মসাপহম্ ( কল্মষ—পাপ কোক্লবা ওই, হাঙ্গৈবদি নহাককী কথা ছক শোনলুবা তারুবদা রামনখরতুনা মী অতুগী পাপকী রাগদবা পুম্বা ছক্লখিতুনা তরাবা পীবা পাপ অতু কোকই ) শ্রবণ মঙ্গলম্ ( মীওইবনা হেক তাবতদা মঙ্গল ওই, অতুনদি তাদ্রগা তাবা তোক্পগীদি মঙ্গল ওইদে, অতুনা নংগী কথাদি তাতুনতা লৈরগা ফবনি। মরম অসিনা জ্ঞানলৈবা অসিংবাসীংনা তাদ্রগা ওইগদবা অরাবা অতু কীতুনা তানদে ) শ্রীমদাততম্ ( এনাক থুনবাসীংনা হাঙ্গৈবদি— শেল লৈতুনা ময়াই কারবা, মী মাংগনি, হাঙ্গৈবা থংদবাসীংনা মী পুম্নমকপু মা হনগে, হাঙ্গৈতুনা শেল য়ামনা তিংনা লৈপাক লৈপাকতা, থূন থুন থূদিংদা পুরাণ হাঙ্গৈবাসীং থমতুনা নংগী কথাবু সন্দোকই, তে জনাঃ ভুরিদাঃ ( মাখোই মী অতু কথা তাবা মী পুম্নমকপু মাংহনবনি, হাঙ্গৈবদি কথা তাবাসীং অতুনা তারিবামখৈ হুঙাইতুনা পংতা মতাবা, হোরেন তাদ্রগদি ঙাওতুনা মচাক মরন পুম্বা ছন্দোকতুনা নংগী কাইনা-মৈচাকনা চাকতুনা মীসীং অতু মশা মাংই ) মাসিগুমনা ভ্রমর-গীত দগ্ন হাঙ্গৈরক্কনি,—"যদনুচরিতলীলা" অসিনাচিংবনি। মাসিনা—রাকম অসি হাঙ্গৈরিবা অতুগী ইশ্বরাঙ্গদগী হেনবনি, হাঙ্গৈবা ফোংদোকপা ব্যাজস্তুতিনি।৯।

অনুবাদ— প্রেমগী মশক ওইবা অমৃতবু পীনবী, অসিগুম্বা ইবুঙো নহাক্কী কথামৃতবু ছক শোনলিবাসীং অতুনা তাইবংপানবদা দান তৌবা অথোইবনি।

তবা— ইবুঙো ! নহাককী কথাদি থরাইপানবগী শিনবনি, মরমদি নহাককী কথা তারুরগা থাও অসাবদা ভৌরবাগুমনা চাকতুনা হিংবা ঙমদে, মাতুবু ব্যাস বাল্মীকিনা চিংবনা ছক শোনবদি কবিগীদি অতুগুম্বা অতু রচনা তৌবনা মহোশা ওইতুনা তৌবনি। মাবু তারুরগা মানুপকী মতিক রাই,

প্রহসিতং প্রিয় প্রেমবীক্ষণং বিহরণং চ তে ধ্যানমঙ্গলম্ ।
রহসি সম্বিদো যা হৃদিস্পৃশঃ কুহক নো মনঃ ক্ষোভয়ন্তি হি ॥১০॥

প্রিয ( হে চান্নবা । ) কুহক ( হে তাৎ তৌবা ! ) ধ্যান-মঙ্গলম্ ( ধ্যান তৌদুনা নিংসংবতনা মঙ্গল পীবা ) প্রহসিতম্ ( মীনোক – কন্না নোকপা )— প্রেম-বীক্ষণম্ ( প্রেমগা লোইননা এবা মীৎএং ) বিহরণম্ চ ( নহাককী বিহার সান্নবা যাঃ ( অদু অদুগুম্বা ) রহসি ( অচিকপা মফমদা ) হৃদিস্পৃশঃ ( থমোই শোকপা ) সংবিদঃ সঙ্কেত তৌদুনা নর্ম্ম পরিহাস তৌবা ) তাঃ— ( পুন্নমক শদুনা ) নঃ অস্মাকম্ ( ঐখোইগী ) মনঃ ( পুকনিংবু ) হি ( মরম অদুদগী ) ক্ষোভয়ন্তি ( লাংতক্লহনলি, অদুনা ইবুঙো নংগী কথাতনদি ঐখোই-গী শান্তি ওইবা ঙমদে ) ।১০

---

রামনখিদুনা মী অদুগী মতুংদা ওইরককদবা পাপকী অব্রাবা পুমনমক ছক-চিনখরে,—কোকখি। অদুগা নহাককী কথাদি হেক তাদদি মঙ্গলনি। অদুনা হেক তাদবদা মঙ্গল ওইদে, প্রোক শ্লোক টাকই, পৃথিবী অসিদা এনাক খুনবাসীংনা নংগী কথাবু অহৈবা কবিসীংদা সন্দোকহন্দুনা মী ময়াম্বু তাহনলি, মাদুম তৌদুনা নংগী কথা তারুবাসীং অদু তাবা হেক তোকপদা কথাগা কাইনা মৈনা চাকতুনা তাইবংপানবদা মাংনবা ওই ।৯।

হে প্রিয়! হে কুহক—তাৎ তৌবা ! ধ্যান তৌবতদা মঙ্গল পীবা নংগী ফজবা মীনোক, প্রেমগা লোইননা এবা মীৎএং, নহাককী বিহার অমম্বু— অদু অদুগুম্বা পুকনিং শোক্লবা, অচিকপদা সঙ্কেত তৌদুনা সান্নবা, পুন্নমক অসিনা ঐখোইগী পুকনিংবু লাংতক্লহনলে, অদুনা নংগা কাইনবা মতমসিদা ইবুঙো নহাককী কথাতা ছক শোনবতনা লেনবা ঙমদরে ।১০। *

* গোপিকা ঐখোই পুন্নমক্তি ইবুঙো নংবু উবা নত্তুনদি ঐখোইগী চান্নবা মঙ্গল ওইনবা মরম অমা লৈত্তবে, ভাব অসি ফোংদোকতুনা "প্রহসিতম্" না হৌবা পদ্য অসি হাঈরি। মাসিগী অসম্বা ভাবতি ইবুঙো নহাকনা তৌরম্বা থবক, ঙাংলম্বা বা, নোক্লম্বা, চৎলম্বনাচিংবা পুম্নমক অদু ঐখোইনা নিংসংলুবদা খুথক্তা ধ্যান অদুদা ইবুঙো নংনা ঐখোইবু মুত্তাইহল্লে, অদুগা

চলসি যদ্‌ব্রজাচ্চারয়ন্‌পশূন্‌নলিতসুন্দরং নাথ তে পদম্‌।
শিলতৃণাঙ্কুরৈঃ সীদতীতি নঃ কলিলতাং মনঃ কান্ত গচ্ছতি ॥১১॥

নাথ (হে ইবুঙো!) কান্ত (হে চান্নবা!) যৎ (মতম অদুদা) পশূন্‌ চারয়ন্‌ (ষণন'চিংবা পৃশুবু শেনদুনা) ব্রজাৎ (ব্রজদগী) চলসি তদা (লেং-খরবা মতমদা) তে (ইবুঙো নহাককী) নলিন-সুন্দরম্‌ (থম্বালগুম ফজবা) পদম্‌ (শ্রীচরণনা) শিল-তৃণাঙ্কুরৈঃ (শুকধান্যগী মমুমা, তৃণ নাপী, অঙ্কুর—ময়োন না য়ুদুনা) সীদতি (নাররিনি) ইতি (অসুমনা খন্দুনা) নঃ মনঃ—(ঐখোইগী পু'কংনা) কলিলতাম্‌ হুঙাইতবনা অরাববু) গচ্ছতি (ফংই)।১১।

হে নাথ! হে কান্ত! ইবুঙো নহাকনা ষণনাচিংবা শাসীংবু শেন্নবগী-দমক ব্রজদগী বনদা লেংখরবদা য়ুমদা লৈহৌবী গোপী ঐখোইনা ইবুঙো নহাককী থম্বালবু ভমজবা থোৎলবা শ্রীচরণদা শুকধান্যগী মমুনা, নাপীগী—মতোন্না থিন্দুনা নাররিনি, মাঙ্গৈনা খনবদা গোপী ঐখোইগী পুকানংনা—হুঙাইতবা অরাবা ফংই।১১। *

---

--ব্যাখ্যা— মাদুনা (নহাকনা তৌরম্বা ময়াম অদুনা) ঐখোইবু লাংতক-নহন্দুনা অরাবা পী, অদুনা ইবুঙো নহাকনা থোরকতুনা ঐখোইবু মপানদা ইথীৎ অসিনা উহনবিয়ু। মাদু নত্তনদি— সুপনগী নহাককী কথাবু ছকপা শোনবতনদি ঐখোইগী মঙ্গল ওইনবা মরম অমা লৈতে।১০।

* গোপীসীংনা পদ্য অসিদা হাঙ্গৈরিবা ভাবাত,— হে নাথ! ইবুঙো নংনা গোপী ঐখোইবু রাহনগে নিংদুনা ইবুঙো নহাকনা রারে। ঐখোইনা ঐ-খোইগী অরাবা অসিদি খাংবা মওয়গে, হাঙ্গৈববু ইবুঙো নহাকনা রারিবাদু খল্লুবদা মাদুগী দমক্তি ঐখোইনা প্রাণ অসি পুবা ভমদে। মাদুদি অসিনি, ইবুঙো নহাকনা ষণ শেন্নবগী দমক ব্রজদগী বনদা চৎখরবদা, য়ুমদা লৈহৌ-রিবা গোপী ঐখোইনা থম্বানদগী হেন্না নৌবা নখোঙ থম্বালবু তুম্বৌনাচিংবনা য়ুমহুনা রাররিনি, হাঙ্গৈনা খল্লুদুনা ঐখোইগী পুকনিং অসিনা খাংবা ভমদনা লাংতক্কনা রাখরবনি মাদু মুাতগীনি, ইবুঙো নংনা খ.বিরিবনি। অদুগা—কদাই হুজিক্তি, অহিং আসদা— সা, কৈ, লীননা থোগন ভোবা অহিংদা

দিনপরিক্ষয়ে নীলকুন্তলৈর্বনরুহাননং বিভ্রদাবৃতম্।
ঘনরজস্বলং দর্শয়ন্মুহুর্মনাংসি নঃ স্মরং বীর যচ্ছসি ॥১২॥
প্রণতকামদং পদ্মজার্চিতং ধরণিমণ্ডনং ধ্যেয়মাপদি।
চরণপঙ্কজং শন্তমঞ্চ তে রমণ নঃ স্তনেষ্বর্পয়াধিহন্ ॥১৩॥

বীর (হে অকনবা!) দিন-পরিক্ষয়ে (সায়ং কালদা) নীলকুন্তলৈঃ আবৃতম্ (অমুবা শমজোঙ্গনা কোঙ্গশিনবা—কুপশিনবা) ধন-রজস্বলম্ (ষণ খোঙ্গুনগী উফুলনা তৈরবা) বনরুহাননম্ (খোইমু ইনবা লৈরিকনা থল্লবা থম্বাল মানবা মাইথোংবু) বিভ্রৎ (পুত্না) দর্শয়ন্ (মাইথোং থমবালবু উ-হন্দুনা) নঃ (গোপী ঐখোইগী) মনসি (পুকনিংদা) স্মরং (কামবু) যচ্ছসি (নহাকনা পী)।১২।

রমণ (হে রমণ!) আধিহন্ (আধিভৌতিকা আধিদৈবকনাচিংবা পুক্নিংগী অৱাবা মাংহনবা!) প্রণত-কামদম্ (খুরুমজবা—চংজবাসীংগী অপাম্বা পীবা) পদ্মজার্চ্চিতম্ (ব্রহ্মানা থমোইদা হাপতুনা লাৎলিবা) ধরণি-মণ্ডনম্ (পৃথিবীগী লৈতেং ওইবা) আপদি-ধ্যেযম্ (অৱাবা তারবদা নিংনবা ওইবা) শন্তমম্ (নিংসংজবতদা মঙ্গল ফংনবা ওইবা) চরণ-পঙ্কজম্ (নখোঙ থম্বানবু) নঃ (ঐখোইগী) স্তনেষু (থবাক্তা) অর্পয় (হাপপীয়ু)।১৩।

---

হে বীর। সুমিৎ তারকলবা সায়ংদা ইবুঙো নহাককী শমজোইনা—খোইমুগুম্না লহী চুপ্পা কোঙ্গরবা—ওমশিল্লবা, যণগী মখোঙগী উফুলনা লৈ-রিক ওইদুনা ৱাওরবা মাইথোং থম্বাল পুত্না, মাহৎ গোপী ঐখোইব হন্না হন্না এংহন্দুনা গোপিকা ঐখোইদা কামদেববু হন্না হন্না ইবুঙো নংনা পী।১২।

হে রমণ! হে আধিহন্—পুকনিংগী অৱাবা কোকহনবা ইবুঙো। হে খুরুমজরিবা ভক্তসীংগী নিংবা থুংহনবা। ব্রহ্মানা লাৎনরিবা, পৃথিবী মণ্ডনগী

---

--ব্যাখ্যা— তিঙ্খং মরক্তা নৌরবা ইবুঙো নংগী শ্রীচরণনা নেৎতুনা ঐখোইবু উহল্লোইদবগী লেংবদা নাররিনি, হাঙ্গনা খল্লুবদা গোপী ঐখোইনা ইংথনা লৈবা ওমদরে। ইবুঙো, নহাকনা থোরকতুনা নহাককী মাইথোং-থম্বালবু ঐখোই গোপীদা উহনবিয়ু, হাঙ্গবা ভাবনি।১১।

সুরতবর্ধনং শোকনাশনং স্বরিতবেণুনা সুষ্ঠু চুম্বিতম্‌ ।
ইতররাগবিস্মারণং নৃণাং বিতর বীর নস্তেঽধরামৃতম ॥১৪॥
অটতি যদ্ভবাহ্নি কাননং ত্রুটির্যুগায়তে ত্বামপশ্যতাম্‌ ।
কুটিলকুন্তলং শ্রীমুখং চ তে জড় উদীক্ষতাং পক্ষ্মকৃদ্দৃশাম্‌ ॥১৫॥

---

বীর ( হে অকনবা ! ) সুরত বর্দ্ধনম্‌ ( সম্ভোগসুখবু চাওখৎ'নবা ! )—শোক নাশনম্‌ ( কাইনা মৈচাকপু মাংহনবা ) স্বরিত বেণুনা ( ফজবা খোঞ্জেন ওইবা বেণুনা ) সুষ্ঠু চুম্বিতম্‌ ( নিংথিনা চুপপা ) নৃণাম্‌ ( মীওইবাসীগী )—ইতররাগ বিস্মারণম্‌ ( মচা মরন্‌নাচিংববু নিংবতা কাওহনবা ) তে ( নহাক্কী ) অধরামৃতম ( চিনবানগী মশক ওইবা অমৃতবু ) নং ( গোপী ঐখোইদা )—বিতর ( পীনবিয়ু ) ।১৪।

যদ্‌—যদা ( মতম অদুদা ) অহ্নি ( দিবাদা ) ভবান্‌ ( ইবুঙো নহাকনা ) কাননম্‌ ( বৃন্দাবনদা ) অটতি ( লেংবা ) তদা ( মতম অদুদা ) ত্বাম্‌ অপশ্যতাম্‌ ( নংবু উত্রবীসীংগী মড়ীদা ) ত্রুটি ( পীকথরবা মতম্না ) যুগায়তে ( যুগ অমা গুমই ) তে ( নংগী ) কুটিলকুন্তলম্‌ ( খোঙ্গী খোঙ্গীবা শমজোঙ্গনা লৈতেংবা ) শ্রীমুখং চ ( শ্রীমুখবুসু ) উদীক্ষতাম্‌ ( এংলিবসীংগী ) দৃশাম্‌ ( মীৎকী ) পক্ষ্মকৃৎ ( পা সেম্বা ব্রহ্মাদো ) জড়ঃ ( ফত্তবনি ) ।১৫।

---

লৈতেং ওইবা, অরাবা মতমদা নিংনবা ওইবা, অফবা মঙ্গল ফংনবা ওইবা, ইবুঙো নহাককী নখোঙথম্বালবু গোপী ঐখোই পুন্নমককী স্তনদা হাপ্পিয়ু ।১৩।

হে অকনবা ! সম্ভোগসুখবু হেনগৎহনবা ! কাইনা মৈচাক কোকহনবা, খোঞ্জেন ফজবা বেণুনা নিংথিনা চুপপা, মীওইবগী মচাক মরন্‌ পাম্ববু কোকহনবা, ইবুঙো নহাককী অধরামৃতবু ঐখোইদা পীনবিয়ু ।১৪।

ইবুঙো, নহাকনা দিনাদা ব্রজ বৃন্দাবনদা লেখিবা মতমদা ইবুঙো—নহাকপু উত্রবাসীগী মড়ীদা পীকথরবা মতম ত্রুটি অমনা যুগ অমা ওইনা থোকই, ইবুঙো নহাককী খোঙ্গী খোঙ্গীবা শমজোঙ্গনা লৈতেংবা মাইথোংবু এংজরিবা মীগী মীৎতা পা সেম্বা ব্রহ্মা অদু জড়নি ।১৫। *

---

* পদ্য আস অতোপপা অর্থ অমসু হাঙ্গীবা য়াই। মাদুদি,— দৃশাম্‌—( মীৎকী ) পক্ষ্মকৃৎ ( কুপপা তোকতুনা ) অজরঃ ( হৈসিংবা মীনা ) উদীক্ষতাম্‌ ( এংসনু ) ঐখোইদি মাদু ফংত্রবনা মুর্খ লাইপক-থীবা ওক্লুরে ।১৫।

পতিসুতান্বয়ভ্রাতৃবান্ধবানতিবিলঙ্ঘ্য তেন্ত্যচ্যুতাগতাঃ।
গতিবিদস্তবোদগীতমোহিতাঃ কিতব যোষিতঃ কস্ত্যজেন্নিশি ।।১৬।।

রহসি সংবিদং হৃচ্ছয়োদয়ং প্রহসিতাননং প্রেমবীক্ষণম্।
বৃহদুরঃ শ্রিয়ো বীক্ষ্য ধাম তে মুহুরতিস্পৃহা মুহ্যতে মনঃ।।১৭।।

---

অচ্যুত ( হে অচ্যুত ! ) কিতব ( হে কিতব—লৌনম তৌবা ! ) গতি-বিদঃ ( ঈশৈগী গতি হৈবা, অর্থ অমদা ঐখোইনা লাকপস্থ খংবা ! ) তব—( নহাক্কী ) উদ্‌গীতেন ( রাংনা বেণুদা ছকপা ঈশৈনা ) মোহিতাঃ ( ঙকলবী—শুমহৎলবী— অান মাংলবী ঐখোইনা ) পতিসুতান্বয-ভ্রাতৃ-বান্ধবান্ ( ইপু-রোইবা, ইচা, ঘাগৈ, ইবুং-ইপ্‌া, বন্ধুবর্গ পুম্নমকপু ) অতিবিলঙ্ঘ্য ( হন্দোক-তুনা ) তে অন্তি ( ইবুঙো নহাককী নাক্তা ) আগতাঃ ( লাকচরবী ) যোষিতঃ ( নুপীবু ) নিশি ( অহিংদা ) কঃ ( কনানা ) ত্যজেৎ ( হন্দোকপা হৌ-নবরা ? ) ।১৬।

তে—তব ( নহাকনা ) রহসি ( অচিকপা মফমদা ) সম্বিদং ( রতি প্রার্থনা তৌববু খংহনবা রাঙাং ) হৃচ্ছযোদয়ম্ ( থমোই মনুংদা লৈবা কামগী মপানদা থোকনবা ওইবা ) প্রহসিতাননম্ ( চঙ্খোম্না ফজনা নোক্লিবা মাইথোং ) প্রেম-বীক্ষণম্ ( প্রেমগা লোইননা এংববু ) শ্রিযঃ ( লক্ষ্মীগী ) ধাম ( মফম ওইবা ) বৃহৎ উরঃ ( পাক্লবা থবাকপু ) বীক্ষ্য ( উরগা ) মুহুঃ ( হন্না হন্না ) অতিস্পৃহা ( থোইদোকনা পামই ) মনঃ ( পুকনিংনা ) মুহ্যতে ( ঙকই ) ।১৭।

---

হে অচ্যুত! হে কিতব! ঐখোইনা লাকপস্থ খংবা অমস্থ ঈশৈগী—খোঙচৎ পুম্বা খংবা নহাককী রাংলবা বেণুগী ঈশৈনা শুমহৎলবী ঐখোইনা ইপুরোইবা, ইচা, ঘাগৈ, ইবুং-ইপ্‌া পুম্নমক হন্দোকতুনা ইবুঙো নহাককী নাক্তা লাকচরবীনি, অদুগা অহিংদা নুপীবু কনানা হন্দোকপা হৌনবগে? ।১৬।

ইবুঙো, নহাকনা অচিকপা মফমদা রতি-প্রার্থনা তৌবা খংহনবা রাঙাং, থমোই মনুংদা হিপলিবা কামদেববু মপানদা থোরকহনবা মীনোক অমস্থ মীৎএং, লক্ষ্মীগী মফম ওইবা পাক্লবা নহাককী থবাকপু উরগা হন্না হন্না পামই; পুকনিংনা ঙকই ।১৭।

ব্রজবনৌকসাং ব্যক্তিরঙ্গ তে বৃজিনহন্ত্র্যলং বিশ্বমঙ্গলম্।
ত্যজ মনাক্‌চ নস্ত্বৎস্পৃহাত্মনাং স্বজনহৃদ্রুজাং যন্নিষূদনম্।।১৮।।

যত্তে সুজাতচরণাম্বুরুহং স্তনেষু ভীতাঃ শনৈঃ প্রিয় দধীমহি কর্কশেষু।
তেনাটবীমটসি তদ্ব্যথতে ন কিং স্বিৎকূর্পাদিভির্ভ্রমতি ধীর্ভবদায়ুষাং নঃ।।১৯।।

অঙ্গ ( হে প্রভু ইবুঙো ! ) তব ব্যক্তিঃ ( ইবুঙো নহাকনা অবতার তৌবদি ) ব্রজবনৌকসাম্ ( ব্রজ বৃন্দাবনদা লৈবাসীং অমসু যনদা লৈবাসীংগী ) বৃজিনহন্ত্রী ( পাপ হাঙ্গৈবদি অরাববু মাংহনবনি ) অলং বিশ্ব মঙ্গলম্ ( থোইদোক্নমক বিশ্ব পুম্বগী মঙ্গল ওইবনি ) ত্বৎ স্পৃহাত্মনাম্ ( নহাক্তা মড়ী লৈনবামক্তা পান্নবী ) নঃ ( ঐখোইগী ) স্বজন হৃদ্রুজাম্ ( নহাককী মী ওইবা মড়ী ওইবাসীংগী থমোই মনুংদা ন্নারিবা অসিবু ) যৎ নিষূদনম্ ( মানা কোকহনবা নংগা মড়ী লৈনবগী মশক ওইবা অথুপ্পা অদুবু ) মনাক্ ( খজিক্কুং ) ত্যজ ( থাদোকপীয়ু ) ।১৮।

প্রিয় ( হে চান্নবা ! ) তে—তব ( নহাককী ) সুজাতম্ ( নৌরবা ) চরণাম্বুরুহম ( নখোং থম্বালবু ) কর্কশেষু ( কনলবা ) স্তনেষু ( থবাক্তা ) ভীতাঃ ( ইবুঙোনা নাগনি হাঙ্গৈনা কিরবী ঐখোইনা ) শনৈঃ ( কাইদং কাইদ'না )—দধীমহি ( ঐখোইনা হাপই ) তেন ( মাদুগুম্না নৌরবা নংগী শ্রীচরণনা )—অটবীম্ ( নাপী মরক্তা ) অটসি ( নংনা চৎলিবা ) তৎ ( মাদো ) বূর্পাদিভিঃ ( সুংকুপ মতোন তুখৌনাচিংবনা য়্যুনা ) কিং স্বিৎ ( কন্নিনো ? ) ন ব্যথতে ( নাদবরা ? ) ভবদায়ুষাম্ ( নহাকনা পুনসি ওইজন্নিবী ) নঃ ( ঐখোইগী ) ধীঃ ( বুদ্ধিনা ) ভ্রমতি ( ঙকলে ) ।১৯।

---

হে ইবুঙো ! নহাকনা ব্রজ বৃন্দাবনদা অবতার তৌবদি ব্রজবাসী বনবাসী পুম্নমককী অরাবা মাংহনবনি, অমসু বিশ্বজগৎ পুম্বগী মঙ্গল ওইরিবনি, ইবুংঙা নহাক্তবু পাঁমজবী ননাই গোপী ঐখোইগী থমোই মনুদা মংগা মড়ী লৈনবা অথুপ্পবু ইবুঙো নহাকনা পামুবা থাদোকতুনা খজিক্তং পীনবিয়্ন ।১৮।

হে ইবুঙো ! ইবুঙো, নহাককী নৌরবা নখোঙ থম্বাল অদুবু ঐখোইগী

অনুবাদ— থবাক্তা নাখিগনি, হাঙ্গৈনা কিডুনা কাইদং কাইদংনা হাপচৈ; অডুগুম্বা নখোও থম্বাল অডুনা বন মমুংদা ইবুঙো নহাকনা লেংলিবা অডুবু মুংকুপ মতোন অতুম্বনা য়ুডুনা নাদ্রনে? মাডুবু নারিগনি হাঙ্গৈনা খনমুবদা ঐখোইগী বুদ্ধি অসি ডাওরডুনা ওকলে।১৯। *

* হে গোপিকাসা! হে রসিকাসা! নখোইনা প্রার্থনা তৌরিবা ঐহাক্কী খোঙদি হুজিক বনদা মুঙাইনা কোঙ্গৈডুনা লৈরে, নখোইগী থবাক্তা ঐগী খোঙ হাপপা সংদে, অমুমনা শ্রীকৃষ্ণনা হাঙ্গৈরে, অমুমনা পুকনিংনা থন্দুনা গোপী-সীংনা "যত্তে ··" হাঙ্গৈবনা হৌবা আলোচ্য শ্লোক অসি হাঙ্গৈরিবনি। ইবুঙো নহাককী নৌরবা নখোও থম্বাল অডুবু গোপী ঐখোইনা ঐখোইগী থবাক্তা হাপচবদা নাখিগনি, হাঙ্গৈনা কিডুনা কাইদং কাইদংনা হাপচরিবনি। অডুম্বা নখোও থম্বাল অডুনা হুজিক বনদা মুংক্রেং তুম্বৌ মরক্তা লেংলিবা অডুবু— নাদবরনে? ওম্বোক্রম্র তৌওমদবা লৈতেন্দকো ইবুঙো। "অডুদি নখোইনা ঐগী খোঙবু নাখিগনি, হাঙ্গৈনা করম্না কি?" অমুমনা হাঙ্গৈগদবদা গোপী-সীংনা হাঙ্গৈরি,— "কর্কশেষু"— ঐখোইগী থবাক্তদি য়াম্না কনবা, ইবুঙোগী চরণনদি য়ামনা নৌবননি" হাঙ্গৈবনি। "অডুদি করি তৌডুনা ঐগী খোঙবু অকনবা নথবাক্তা হাপপগে?" অসি হাঙ্গৈগদবদা গোপীসীংনা,— "ইবুঙো, নহাকনা গোপী ঐখোইগী থবাক্তা হাপলগা পেল্লি, অডুনা নংগী পেনবা উডুনা হাপ্লনি" অসি হাঙ্গৈবা ভাবনি। "অমম্র মতম অডুদা ইবুঙোগী চরণনা ঐখোইগী অকনবা খবাক্তা নেৎতুনা লৈরগা ইবুঙোনা মুঙাই, পেল্লি. হাঙ্গৈবা ঐখোইনা সংসনা উই। অড়মকপু নখোও থম্বালনদি নৌমনবা অডুদা গোপী ঐখোই। ইবুঙোগী শ্রীচরণ অসে নারমগনি, হাঙ্গৈনা ঐখোইনা রাদবা ওমদে। অডুন নখোও থম্বাল অডুদা নাখিগনি, হাঙ্গৈডুনা নখোও থম্বালবু "শনৈর্দ-ধীমহি'—কাইদং কাইদংনা হাপই।" মাসিদ শ্রীকৃষ্ণগা সংসংনা লৈমিন্নরিরৈমক্তদা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা তৌবা শ্রীকৃষ্ণনা পেল্লি, হাঙ্গৈবম্র খংনা খংনা— "শ্রীকৃষ্ণনা নারমগদ্রা?" অমুমনা গোপীসীংনা রাবা অসিদি মহাভাববতী ওইবীসীংগী হৌনবীনি। অডুনা গোপীসীংনা হাঙ্গৈরি,— "ইবুঙো, নহাকক্তা লৈমিন্নরিডৈদম্র ঐখোইগী ইবুঙো নহাককী মড়ীদা অরাবা নংই, নং কাইনরে

ইতি শ্রীমদ্ভাগবতে মহাপুরাণে পারমহংস্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাম্‌ দশমস্কন্ধে রাসক্রীড়ায়াং গোপীগীতং নাম একত্রিংশোঽধ্যায়ঃ ॥৩১॥

( রাসে তৃতীয় )

—:৹:—

মাসনা শ্রীভাগবত দশমস্বন্ধদা রাসক্রীড়াদা গোপীগীতদা ৩১সুবা অধ্যায়নি।

—*—

মাসিনা শ্রীভাগবত দশমস্কন্ধদা রাসক্রীড়াদা গোপীগীতদা ৩১সুবা অধ্যায়নি।

—*—

—ব্যাখ্যা— অরাবা নংই, মাসিনদি ব্রহ্মানা ঐখোইগী লাইপক্তা রাতুনতা লৈয় হাঙ্গৈহনা ইখরবোইদো। হাঙ্গৈবনা ধ্বন্যর্থনি।

ঐখোইনা তপ তৌহনা ব্রহ্মাদা করি হাঙ্গৈনা হাঙ্গৈজগনি। মরমদি ঐখোইগী অকনবা থবাক অসি থোংহনবিয়ু হাঙ্গৈজরগা ইবুঙোগী মুঙাইবদি ওইররোই, অদুগা ঐখোইগী থবাক অসি কনহল্লগসু ইবুঙোগী চরণদা নাগনি। অদুনা মরম অনিমক্তা ঐখোইগীদি রানবতা মওইরে, মাসিনা অনুধ্বনিনি। ইবুঙো নহাক্তি তৌনিংবতা মতৌবা ওইহনসু কররা অনাবা থাংলিগবা? চরণ অদুনা বনদা লেংলিবসে— চংপা য়াবরনে?" অসি হাঙ্গৈহনা য়াকহংপা রাহৈ ফোংদোকপনি। "হে গোপীসা! ঐদি নিংবতা তৌই, মাদুদা নখোইদা ঐনা কৈদৌরবগে?" মাসি হাঙ্গৈগদবদা গোপীসীংনা হাঙ্গৈরি, মাদুদি,— "ইবুঙো, নংগী চরণ অদুনবু "কিং স্বিৎ ন ব্যথতে"—নাবু নাত্ররনে? নাবা-মকনি। ইবুঙো নহাক্তি ঐখোইবু চান্দবাগুমনা ইবুঙো নহাককী— হকচাংদসু চান্দে, হাঙ্গৈবান। ইবুঙোনদি ঐখোইনা রাবা অদু উরগা মুঙাইহনা ঐখোইবু রাহনগদবগী ইবুঙোনা বনদা কোঙ্গৈনা লেংলি; মাদুদা ইবুঙোনা পুনসি ওইজবী গোপী ঐখোইনদি ইবুঙোগী শ্রীচরণদো নাহনা রাররিগনি, অসুমনা নিংসংলুবদা ঐখোই পুন্নমক ঙাওরে, জ্ঞান মাংখরে।১৯।

মাসিদা শ্রীমদ্ভাগবত দশমস্বন্ধগী ৩১সুবা অধ্যায় লোইরে।

—*—

## দশমস্কন্ধে দ্বাত্রিংশোঽধ্যায়ঃ।

—*—

শ্রীশুক উবাচ। ইতি গোপ্যঃ প্রগায়ন্ত্যঃ প্রলপন্ত্যশ্চ চিত্রধা।
রুরুদুঃ সুস্বরং রাজন্‌কৃষ্ণদর্শনলালসাঃ ॥১॥
তাসামাবিরভূচ্ছৌরিঃ স্ময়মানমুখাম্বুজঃ।
পীতাম্বরধরঃ স্রগ্বী সাক্ষান্মন্মথমন্মথঃ ॥২॥

---

শ্রীশুকঃ উবাচ ( শ্রীশুকদেবনা হাঙৈখি ) গোপ্যঃ ( গোপীসীংনা ) ইতি ( মাসুম তৌনা ) চিত্রধা ( মথন য়ামনা ) প্রগায়ন্ত্যঃ ( খোঞ্জেন বাংনা ছক-তুনা ) প্রলপন্ত্যঃ চ ( তেংথাহুনসু ) কৃষ্ণদর্শনলালসাঃ ( শ্রীকৃষ্ণমকবু য়ামনা উনিংলবী ওইহুনা ) সুস্বরং ( নিংথিজবা খোঞ্জেম্না ) রুরুদুঃ ( কপখি ) ।১।

তাসাম্‌ ( কপলিবী গোপীসীং অদুগী ) মধ্যে ( ময়াইদা ) স্ময়মান-মুখা-

---

দ্বাবিংশে বিরহালাপ-বিক্লিন্ন-হৃদযো হরিঃ।
তত্রাবির্ভূয় গোপীস্তা সান্ত্বযামাস মানযন্‌ ॥
স্বপ্রেমামৃত-কল্লোল বিহ্বলীকৃত চেতসঃ।
সদয়ং নন্দয়ন্‌ গোপীরুদ্ভূতো নন্দনন্দনঃ ॥

শ্রীভাগবত দশমস্কন্ধদা কুন্থরানিথোইসুবা অধ্যায়দা গোপীসীংগী কাই-নবগী তেংথাহুনা ভাংবনা থমোই পেৎলবা শ্রীকৃষ্ণনা গোপী পুম্নমক্কী ময়াইদা থোরকতুনা গোপীসীংবু সন্মান তৌতুনা থেমজিনখি, ইবুঙো মহাক্কী প্রেমা-মৃতগী ঈপক্কা আনমাংলবী গোপী পুম্ববু নন্দ-নন্দন শ্রীকৃষ্ণনা য়াম্না থৌজান-বিহুনা লেংলকতুনা নুঙাইহনখি।

শ্রীশুকদেবনা হাঙৈ,— গোপীসীংনা মাসুমনা মথন মথা য়ামনা খোঞ্জেন বাংনা ঈশৈ ছকতুনা তেংথাহুনা শ্রীকৃষ্ণতবু উনিংবনা থাংবা ওমত্রহুনা কজবা খোঞ্জেলনা কপখি ।১।

কপলিবী গোপী পুম্নমককী ময়াইদা শ্রীকৃষ্ণনা মোয়োন নোকপনা থম্বাল

স্তোজঃ ( মোমোন নোকপনা মাইথোং থম্বাল সাংকাইরবা ) পীতাম্বরধরঃ—( সনা ফীগে থোনবা ) স্রগ্‌বী ( বনমালা থোনবা ) সাক্ষাৎ-মন্মথ-মন্মথঃ—( তাইবংপানববু মানা সুমহৎপা কামদেববু ইবুঙো মানা সুমহৎপা ) শৌরিঃ ( শ্রীকৃষ্ণনা ) আবিরভূৎ ( থোরকখি ) ।২।

---

সাংকাইবা মানবা মাইথোং থম্বান ওইদুনা, সনা ফীগে থোন্দুনা, বনমালা থোনলদুনা তাইবংপানবা পুম্ববু সুমহৎপা কামদেববু সুক্কৎতুনা থোরকখি ।২। *

---

* আলোচ্য শ্লোক অসিদ শ্রীশুকদেব মুনিনা শ্রীকৃষ্ণবু "শৌরি" কৌই । মাদুদি শূরগী ধারাদা যদুবংশদা পোকপা, হায়বনি । "ইবুঙো, নহাকনা—মপুক কোনবা ক্ষত্রিয় জাতিদা পোকতুনা তৌবা ওইরে,— প্রেমবতী ওইবী, মপুক তিংবী গোপীসীংবু মাসুপ য়ামনা রাহল্লিবা !" অসুম্বা ধ্বন্যর্থ অসিদা 'শৌরি' পদ লেংবনি । পুকচেন খোঙ্গবগী হৌনবীনি,—মাদুপ য়াম্না রারবী প্রাণ থাগদবতা ঙাইরবী গোপীসীংগী ময়াইদা থোররুগা "স্ময়মান মুখাম্বুজঃ" মমাই থম্বালনা সাংকাইবগুম মোমোন নোকপা, অসুমনা হায় । পীতাম্বর-ধরঃ—সনা ফীগে থোনবা, হায়বদি— খ্বাঙদা সনা ফীগে অমা থোনবনা—নোং অনৌববু ঙমজবা শ্রীঅঙ্গদা গুঞ্জানা নোংথাং কুপ্পা ওইনা হাই হুমবা, সনা ফীগে অমনা লেংবানদা য়াম্বগী মতোন অনিবু শ্রীহস্ত অনিনা পাইর-দুনা সাল্লবা মীনা "ঐ লাললে" হায়জব । সুমনা— "হে গোপীসা । ঐ লাল্ল-বনি" হায়জবা ওইনা উহনবা হায়বনি । স্রগ্‌বী—বনমালা থোনবা হায়-বদি— রাসদা প্রেয়সী—শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণগী ওক্তা হুকতুনা বরিখিবা লৈ-পরেংনি । মাদু থোল্লকপা উহন্দুনা ইবেমাবু খোঞানহনগে হায়বগী দমক্তনি । সাক্ষাদ্‌-মন্মথ-মন্মথঃ—সংসংবা মন্মথ—কামদেব ময়ামগী + মন্মথঃ—পুকনিংবু নোইহৎপা হায়বগী অর্থদি— কামদেবনা তাইবপানবগী জীব পুম্ববু সুমহৎ-তুনস্থ ইবুঙো মহাকনা কামদেববু সুপীগী ভাব ওইহন্দুনা রাসগী ময়াইদা—থোরকলিবা শ্রীকৃষ্ণবু উবদা পাম্বনা মপুকনিং সুমহৎপিদুনা গোপী ময়ামগী মমাংদা শ্রীকৃষ্ণনা থোরকই, হায়বান । মাদুনা থংহনলিবদি শ্রীকৃষ্ণদু গোপী-পুরনাকমচাঙবা অরূপ ওইরবা কন্দর্পগী তেনজা থাদুনা রাসলীলা সান্নে ।

তং বিলোক্যাগতং প্রেষ্ঠং প্রীত্যুৎফুল্লদৃশোঽবলাঃ।
উত্তস্থুর্যুগপৎসর্ব্বাস্তন্বঃ প্রাণমিবাগতম্ ॥৩॥

প্রেষ্ঠং ( চান্নথোইবা ) তম্ ( শ্রীকৃষ্ণবু ) আগতম্ ( লাকপবু ) বিলোক্য ( উরদুনা ) প্রীত্যা ( পেনবনা ) উৎফুল্ল-দৃশঃ ( মীৎ মকা ফন্না এংলবী )— অবলাঃ ( গোপীসীংনা ) আগতম্ ( লাক্লবা ) প্রাণম্ ( প্রাণবু ) তন্বঃ ( খোঙ খূৎনাচিংবা ইন্দ্রিয়সীংনা ) ইব ( তৌবাগুমনা ) সর্ব্বাঃ ( পুম্নমক্না ) যুগপৎ— উৎতস্থুঃ ( চপ মান্ননা হৌগৎখি ) ।৩।

চান্নথোইবা শ্রীকৃষ্ণনা লেংলকলে, হান্নবা উরদুনা নুঙাইবমক্তনা মীৎ লাওনা পাংলবী গোপী পুম্নমকনা খোঙ, খূৎনাচিংবা ইন্দ্রিয়সীংনা প্রাণবু— তৌবগুমনা গোপী পুম্নমকনা চপ মান্ননা হৌগৎখি ।৩। *

—ব্যাখ্যা— অতগা অচম্বা কামদেব মানা তাইবংপানববু সুমহৎপা অদুদি রাসদদি অধিকার লৈতে, চংবা ঙমদে, অসুমনা খংনগনি মতম অদুদা— সংসংবা কন্দর্পবু সুমহৎপা, ইবুঙো মাগী মাধুর্য্যবু পুথোকতুনা গোপীসীংবু ইবুঙো মাগী বিরহ-দুঃখ অদু কোকহনগে, হায়দুনা তৌবনি, ভাব অসুমনা খংনগনি ।২।

* "আগতম্" · অহানবদদি করিগুম্বা উৎকম্বা—উননিংদুনা খোরাংবনা— খুখক্তা অরাপপদা থোরকলগা মথং মথং চংলকতুনা মহাক মহাককী মনাক্তা চংলকপা শ্রীকৃষ্ণবু বিলোক্য—চথোননা উরদুনা, অসুমনা ব্যাখ্যা তৌগনি। মাসুমনা শ্রীবিষ্ণুপুরাণনা হায়,— "অতো দদৃশুরায়ান্তং বিকাশি মুখপঙ্কজম্" — মাদুগী মতুংদা মাইথোং থম্বাল মকা ফন্না সাৎকাইবা মনাক্তা চংলকলবা শ্রীকৃষ্ণবু উরে, হায়। মাসিদা আসমাসু খংনগনি, মাদদি,— গোপী ময়াম অদুগী ময়াইদা শ্রীকৃষ্ণনা চংখিবা ওইনা গোপীসীংনা উবা নত্তে। গোপী পুম্নমক অদুনা মহাক মহাককী মনাক্তা চংশিনলকপা শ্রীকৃষ্ণবু উই, মাদুনা শ্রীকৃষ্ণ ময়াম ওইনদি গোপীসীংনা উদে, মহাককী মনাক্তদা শ্রীকৃষ্ণনা— চংলকলে, হায়না উই। বিলোক্য—উদুনা হায়বগী অর্থদি— হায়দি কাইনা মৈনা চাকপগী তাইবং পুম্নমক অসি শূন্য ওইনা উক্লবী ইবেমাসীংদি, কৃষ্ণনা

কাচিৎকরাম্বুজং শৌরের্জগৃহেহঞ্জলিনা মুদা।
কাচিদ্দধার তদ্বাহুমংসে চন্দনভূষিতম্ ॥৪॥

কাচিৎ ( কনাগুম্বী গোপী অমনা—চন্দ্রাবলীনা ) মুদা ( হরাওদুনা )—

কনাগুম্বী গোপী অমনা— চন্দ্রাবলীনা য়ামনা্ মুঙাইদুনা মহাককী থৃৎ

—ব্যাখ্য— অরাপপা মফমদগী লেংশিনলকপা অদুদা মশেন মরাংনা উরম্বা অদুদগী বিলোক্য, বিশেষণ—আলোকা—নক্লদুনা তশেং-তশেংনা উরে। মাদুদা ইবেম্মাসীংনা মনাক মনাকতা চংলক্লে, হাঙ্গৈনা মীৎ থম্বাল সাৎকাইদুনা এংবদা চান্নবা থাঙ্গৈশেংনা উরে, হাঙ্গৈবনি। "অবলাঃ" হাঙ্গৈবদি পাঙ্গল শোনলবী কাইনা-মৈচাকনা চাকপনা পাঙ্গল লৈত্রবী, অস্মুমনা থংনগনি। গোপিকা-সীংনা শ্রীকৃষ্ণবু হেক উবগা চপ মান্নবা হৌগৎপগী মরমদি— "প্রেষ্ঠম্" চংন্নথোইববু উবা অদুনান। চান্নবা হাঙ্গৈবদি— শিরবস্ম হিংলবস্ম মহাক্তনা ওইববু চান্নবা কৌই। শ্রীকৃষ্ণগা গোপীসীংগা উনদবা মতম অতৈদদি— শ্রীকৃষ্ণনা গোপীসীংদা স্ফূর্ত্তি হেক হেক ফাওরকই। মাদুদা গোপীসীংনা শ্রীকৃষ্ণবু আলিঙ্গন তৌই। মাদুদি শ্রীকৃষ্ণনা মুংথিন্দা বনদা গোচারন তৌ-দুনা লান্নারিভেদা য়্মদা লৈহৌবী ইবেমাসীংনা শ্রীকৃষ্ণনা মাথোইদা স্ফূর্ত্তি ফাওরকই, মাদুবু ইবেমাসীংনা চেৎনা কোল্লি, অস্মুমনা মথক্তা হাঙ্গৈথরবা অদুনি। মাদুমনা শ্রীকৃষ্ণনা মথুরাদা লেংখরবা মতমদস্মু ইতৎতত্তনা শ্রী-কৃষ্ণনা ব্রজবাসীজনদা স্ফূর্ত্তি ওইনা লেংলকতুনা শ্রীকৃষ্ণগা লোইনাদুনা—অদুম্মক লৈ, মপানদা শ্রীকৃষ্ণগা কাইনরে, হাঙ্গৈনা থম্বরগা অব্বাবা ওইবতনি, মাদুস্মু ভ্রমর-গীতনাচিংবদা শ্রীভাগবতনা হাঙ্গৈরক্লনি। হন্দক রাস সান্নরিভেদা শ্রীকৃষ্ণনা অন্তর্দ্ধান ওইবা মতম থন্না অসিদি মগুংদা স্ফূর্ত্তি ওইদে, অদুনা ইবেমাসীংনা মাস্মুপ ম্নান্না ন্নারুবনি। অমস্মু শ্রীকৃষ্ণবু উরগা গোপীসীংনা চপ মান্নবা হৌগৎপা অসিবু রসশাস্ত্রগী মতুংইন্না ব্যাখ্যা তৌরবদি ইবেমঃ-সীংগী চেষ্টা অসিবু রস-শাস্ত্রনা বিলাস কৌবা অনুভাব অদুনি, অস্মুমনা থংনগনি। "গতি স্থানাসনা দীনাং মুখনেত্রাদি কর্ম্মণাম্। তাৎকালিকন্তু বৈ-শিষ্ট্যং বিলাসঃ প্রিয়সঙ্গিতঃ ॥"—চান্নথোইবগা তিন্নরগা চৎপা, লৈবা, ফম্বদা চীন, মীৎকী থবক অথোইবা অমা তৌথোক্লকপবু বিলাস কৌই।৩

কাচিদঞ্জলিনাঽগৃহ্ণাত্তন্বী তাম্বুলচর্বিতম্।
একা তদঙ্ঘ্রিকমলং সন্তপ্তা স্তনয়োরধাৎ ॥৫॥

অঞ্জলিনা ( খুজোক সারদুনা ) শৌরেঃ ( শ্রীকৃষ্ণগী ) করাম্বুজম্ ( খুৎ-থম্বালবু ) জগ্রাহ ( লৌখৎখি ) কাচিত্তু ( কনাগুম্বী গোপী অমনা—শ্রীরাধাগী সুহৃৎ—শ্যামলানা ) চন্দন-ভূষিতম্ ( চন্দননা লৈত্তেংলবা, 'লিপ্তম্' অশুম্নসু পাঠ লৈ, অর্থসু চপ মান্নে ) তদ্ বাহুম্ ( শ্রীকৃষ্ণগী পাম্বোমবু ) অংসে ( মহাক্কী সাগন্দা ) দধার ( হাপখি ) ।৪।

তন্বী কাচিৎ ( কনাগুম্বী গোপী অমনা— চন্দ্রাবলীগী সখী শব্যানা )—অঞ্জলিনা ( মাগী খুজোকনা ) তাম্বুল চার্ব্বিতম্ ( শ্রীকৃষ্ণগী পানা শাইরিববু ) অগৃহ্ণাৎ ( লৌখি ) সন্তপ্তা ( শ্রীকৃষ্ণগা কাইনরুবনা চাকলুরবী ) একা—( গোপী অমনা—চন্দ্রাবলীগী সখী পদ্মানা ) তদঙ্ঘ্রিকমলম্ ( শ্রীকৃষ্ণগী চরণ-পদ্মবু ) স্তনয়োঃ ( মহাককী থবাক্কী মফম অনিদা ) অধাৎ ( হাপখি ) ।৫।

অনিনা খুজোক সারগা শ্রীকৃষ্ণগী খুৎ লৌসিনখি, কনাগুম্বী অমনা – শ্রীরাধাগী সুহৃৎ ওইবী শ্যামলানা চন্দন তৈত্থনা লৈত্তেংবা শ্রীকৃষ্ণগী পাম্বোমবু মহাক্কী সাগনদা হাপখি ।৪। *

কনাগুম্বী গোপী অমনা—মহাক্তি চন্দ্রাবলীগী সখী শ্যামলানা মহাক্কী খুৎনা খুজোক সারগা শ্রীকৃষ্ণনা শাইরিবা পানাবু লৌখি, কনাগুম্বী অমনা

---

* আলোচ্য শ্লোক অসিদা হাঙ্গৈরিবী গোপী অনি অসিগী অহানবা হাঙ্গৈরিবা গোপী অসি মহাককী খুৎ অনিনা খুজোক সাত্থনা শ্রীকৃষ্ণগী এৎথংবা খুৎপু লৌথৎখি, অসুমনা খংনগনি। গোপী অসিনা বিনয়— নোলুকপা, মৈত্র—মিত্র— মরূপকী মতৌনা তত্নবা ওইবদগী অমসু শ্রীকৃষ্ণবু শোরুবগী সুগাইবা ওইরনসু মাসুমনা তৌবনি। অহুনাদ অহানবা গোপী অসিগী ভাব অসিবু রসশাস্ত্রগী মতুংইন্না ব্যাখ্যা তৌরবদি মাসুমনা হাঙ্গৈবা তারে, মাস্কুদি "ইয়মাদরময় সংস্পর্শাৎ তদীয়তাময় ঘৃতস্নেহবতী কান্ত-পরাধীনা দক্ষিণা চ প্রাথম্যাৎ সর্ব্বজ্যেষ্ঠা।"—গোপী অসিনা শ্রীকৃষ্ণবু লুনা তৌত্থনা শোকনরা মরম্বা তদীয়তাময় ( এৈদি শ্রীকৃষ্ণগী চাম্নবীনি, হাঙ্গৈনা নিংবী ) ঘৃতস্নেহবতীনি,

একা ভ্রুকুটিমাবধ্য প্রেমসংরম্ভবিহ্বলা ।
ঘ্নন্তীবৈক্ষৎকটাক্ষেপৈঃ সংদষ্টদশনচ্ছদা ॥৬॥

একা ( গোপী অমনা — শ্রীরাধানা ) ভ্রুকুটিম্ ( পীশুম খোঙ্গৈবাবু — থেকপবু ) আবধ্য ( তৌদুনা ) প্রেম-সংরম্ভ-বিহ্বলা ( প্রেমগী অসাওবনা মরম ওইদুনা ওক্রবী ওইদুনা ) সন্দষ্ট দশনচ্ছদা ( খা চিকতুনা ) কটাক্ষেপৈঃ ( মীচ্চিনা

হাঙ্গৈবদি চন্দ্রাবলীগী সখী পদ্মানা শ্রীকৃষ্ণ কাইনবগী মৈনা চাকলুরবী ওইদুনা শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীচরণ পদ্মবু লৌখৎতুনা মহাককী থবাক অনিদা হাপখি ।৫। *

গোপী অমনা হাঙ্গৈবদি শ্রীরাধানা পীশুম থেকতুনা প্রেমগী অসাওবনা

—ব্যাখ্য — কান্তগী মথাপোনবীনি, দক্ষিণানি— ইতিং তিংবা পুকচেননি, অমসু মাগী প্রেমসেবাবুনা শ্রীভাগবতনা হায়া হাঙ্গৈবা মরম্না গোপী পুম্নমক্কী মহাকনা হনবীনি, অসুমনা খংনগনি । অদুনদি ময়েকনা তারে,— গোপী অসি চন্দ্রাবলীনি । মথংগী অনিসুবী গোপী অসিদি মহাক্না শ্রীকৃষ্ণবু আদর তৌবসু য়াওই, অদুগা মানা শ্রীকৃষ্ণবু পাইদুনা লৌশিল্লি । অদুনদি ঘৃত-স্নেহগা মধু-স্নেহগা মান্নৈ, অদুগা শ্রীকৃষ্ণদা সখ্যভাব লৈববুসু, লেঙ্গোননবা মতৌনসু ফোংদোকই । কান্তনা— চান্নবা শ্রীকৃষ্ণনা খজিক্কংসু মাগী মথাপোনবা ওইনাসু তৌই । মাদুগী মথক্তা গোপী অসি দক্ষিণানি, বামা ওইদে, মরম অসিদগী অনিসুবী গোপী অসি "শ্যামলানি" অসুম্না খংনগনি ।৪।

* অদুমসুবী কনাগুম্বী গোপী অসিনা মথুৎনা খুজোক সাদুনা শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীমুখারবিন্দদগী অসাইবা পানা লৌবা অসিদা "ঐদি শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনি" হাঙ্গৈনা নিংবগা লোইননা শ্রীকৃষ্ণদা মিত্রতা—মরুপ ওইনসু নিংই । অদুগা মহাক্তি চান্নবা শ্রীকৃষ্ণগী মথাপোনবা ওইনা নিংই । দক্ষিণা— মপুক তিংথোকই, অদুনা চন্দ্রাবলীগী সখী শৈব্যানি, অসুমনা খংনগনি । মরিসুবী গোপী অসিদি মানা লৈপাক্তা হিপথরগা শ্রীচরণবু লৌখৎতুনা মথবাক্তা হাপপনি, অদুনদি ময়েকনা তারে,— "ঐদি শ্রীকৃষ্ণগী মরুপ ওইনা মনাই ওইবীনি" অসুমনা ইবেমা অসিনা নিংই, শ্রীকৃষ্ণগী মথা পোল্লি, মপুক তিংই । মরম অসিদগী মরিসুবী গোপী অসিবু চন্দ্রাবলীগী সখী পদ্মানি, অদুম্না খংনগনি ।৫।

অপরানিমিষদৃগ্‌ভ্যাং জুষাণা তন্মুখাম্বুজম্‌।
আপীতমপি নাতৃপ্যৎসন্তস্তচ্চরণং যথা ॥৭॥

এংবনা তেন গুমনা ) স্বস্তী ইব ( থাবাগুম্না ) ঐক্ষৎ ( শ্রীকৃষ্ণবু এংখি )।৬।

অপরা ( অতোপ্পী গোপী অমনা - ললিতানা ) অনিমিষ দৃগ্‌ভ্যাং ( কুপ-ভবা মীৎ অনিনা ) আপিতম্‌ অপি ( চাগদগুম মুম্না এংনিনী ওইহৃনম্নু ) তন্মু-খাম্বুজম্‌ ( শ্রীকৃষ্ণগী মুখ কমলবু ) জুষাণা হম্না হম্না থোগল তৌহৃনস্নু, লেপ্পুনা এংহৃনস্নু ) সন্তঃ ( সাধুসীংনা ) তৎ-চরণং যথা ( শ্রীকৃষ্ণগী চরণবু তৌবগুমই— শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীচরণবু লেপ্পুনা সেবা তৌহৃনস্নু পেনবা লৈতবা অহৃগুমই )।৭।

ওকথরবী ওইহৃনা খা চিকতুনা মীচ্চিনা তেন ওইনা কৃষ্ণদা থাহৃনা এংখি।৬। *

অতোপপী গোপা অমনা হাঙ্গৈবদি ললিতানা মীৎ অনিনা ইকুপ কুপ্পুনা শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীমুখবু এংনা এংনা পেনবা লৈখিদে, মাহৃদি সাধুসীংনা শ্রীকৃষ্ণগী

* গোপী অনিনা প্রেমগী অসাওবনা ওকখিহৃনা পীগুম্না লীরুং ওইনহৃনা মীচ্চিনা তেন ওইনা খা চিকতুনা কৃষ্ণদা কাপ্লি, মাসিদি শ্রীবৃষভানু নন্দিনী রাধানি। ইবেম্মদি মদীয়তা-প্রেমবতীনি,— চন্দ্রাবলীগুম্না ' ঐ শ্রীকৃষ্ণগী মনাই নুপীনি" হাঙ্গৈনা নিংদে,— "শ্রীকৃষ্ণ অসি ঐগী ইবুঙোনি" হাঙ্গৈনা নিংই, অহৃনা শ্রীরাধাগী প্রেমবু 'মদীয়তা প্রেম' কৌই। চন্দ্রাবলীদি তদীয়তা প্রেমনি,— "ঐ শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনুপীনি" নিংই। শ্রীরাধাগা চন্দ্রাবলীগা অনিগী খেন্নবদি মাসিনি। মাসিবু সম্না হাঙ্গৈরগা,— শ্রীরাধানা কৃষ্ণবু 'ঐগীনি' নিংবা, চন্দ্রা-বলীনা ঐ 'কৃষ্ণগীনি' নিংবা, অসিনা মকোক্তা ভাব তিন্নদবনা প্রেমগী মতোন্দা য়াম্ন লাপনা খেন্নে। শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণবু নুংশিবা মপুংশিবু রসশাস্ত্রনা মধু-স্নেহ অমুম্না খোইহিগী মহাওদা চাংদন্নে। খোইহিদি মণানা অহৃম্মক হাও-জবনি, অমগা য়াম্নরগা হাওবা নত্তে, মৈদা লোল্লবস্নু চুহিগুমনা চিনিগুমবা ওল্লক্তে লেপতুনা অহৃম্মক লৈ। ইবেমা চন্দ্রাবলীগী প্রেমদি ঘৃতস্নেহ কৌই। ঘী হাঙ্গৈবাসিনা থাক্লবদা অচাপোৎ পুম্নমকপু হাওহল্লি, মথন্তা চারবদি হাওতে। অহৃনা চন্দ্রাবলীগী প্রেমদি অতৈগা ভিন্নরগা হাওবনি। ইবেমানা শ্রীকৃষ্ণবু 'ঐগীনি' নিংবনা ইবেমানা শ্রীকৃষ্ণদা কৌতল্যবতী ওই। শ্রীরাধা চন্দ্রাবলী ইবেমা অনিগী খেন্নবদি মাসিগী মথৈনি।৬।

তং কাচিন্নেত্ররন্ধ্রেণ হৃদি কৃত্বা নিমীল্য চ।
পুলকাঙ্গ্যুপগুহ্যাস্তে যোগীবানন্দসংপ্লুতা ॥৮॥

কাচিৎ ( কনাগুম্বী অমমা— শ্রীরাধাগী সখী বিশাখানা ) নেত্র-রন্ধ্রেন ( মীংকী অহোবনা থোং ওইহ্নুনা ) তং ( শ্রীকৃষ্ণবু ) হৃদিকৃত্য ( থম্মোই মন্থুংদা পুশিন্দুনা ) উপগুহ্য ( চেৎনা আলিঙ্গন তৌহ্নুনা ) নিমীল্য চ ( মীৎ অশিন্থ উইশিন্দুনা ) পুলকাঙ্গী ( মশা পুম্বা তু চুংহ্নুনা ) আনন্দ-সংপ্লুতা ( মুঙাইবনা থল্লহ্নুনা ) যোগী ইব ( যোগীগুমনা ) আস্তে ( লৈ ) ।৮।

শ্রীচরণবু লেপ্তুনা নিংবনা সেবা তৌহ্নুনস্থু পেনবা নাইদবা অদুগুম্বনি ।৭। *

কনাগুম্বী অমনা, বিশাখা সখীনা মহাক্কী মীৎকী অহোবনা থোং ওইহ্নুনা শ্রীকৃষ্ণবু হৃদিদা থম্লগা চেৎনা কোল্লি, মতম অদুদা মশা পুম্বা তুজুলকই, মুঙাইবনা মশা পুম্বা থন্দুনা যোগীগুম্না লৈ ।৮। †

* শ্রীরাধাগী মীচ্চিগী তেম্না থারবদা ইবেমা অদুতদা শ্রীকৃষ্ণনা মুম্না এংহ্নুনা লৈখরে, পুকনিংস্থু চংখরে। অদুনা মাঙোন্দা শ্রীকৃষ্ণনা পুক্লিং চংদ্রিবৈঙে অদুদা মহাকনা শ্রীকৃষ্ণবু মুন্না এংবা ঙম্বনি, অস্থুমনা খংনগনি ।৭।

† গোপী অসি মদীয়তাময় মধুস্নেহবতীনি, সুসখ্যাস্থু ওই, স্ববশীকৃত কান্তাস্থু ওই, শ্রীরাধাগী সখী বিশাখানি, হাঙ্গৈনা খংনগনি। মাস্থুম তৌহ্নুনা প্রেম সেবা তোঙান তৌরিবী গোপী তরেৎপু হাঙ্গৈখরে। মাদু বৈষ্ণব-তোষনীগী মতুংইন্না ব্যাখ্যা তৌরবদা ১ চন্দ্রাবলী, ২ শ্যামলা ৩ শৈব্যা, ৪ পদ্মা, ৫ শ্রীরাধা, ৬ ললিতা অমস্থু বিশাখা গোপী তরেৎনি। মাসিদা নিপানস্থুবী ভদ্রা কৌবী গোপীগী প্রেমসেবাদি হাঙ্গৈদরে। মাদুদি বিষ্ণুপুরাণদগী খংবা ঙমই, মাদুদি,— "কাচিদায়ান্তমালোক্য গোবিন্দমতি-হর্ষিতা। কৃষ্ণ কৃষ্ণেতি কৃষ্ণেতি প্রাহ নান্যত্তদৈব যদ্ ॥"—কনাগুম্বী গোপী অমনা গোবিন্দ লেংলক্লে, হাঙ্গৈবা উরদা হরাওমনখিদুনা করি অমত্তা তৌখিদরে, কৃষ্ণ! কৃষ্ণ! কৃষ্ণ! হাঙ্গৈহ্নুনা নামজা হাঙ্গৈহ্নুনা কৌই। বিষ্ণুপুরাণদা হাঙ্গৈরিবা গোপী অসি ভদ্রা কৌই, অস্থুমনা ফশেংনা হাঙ্গৈদ্রবস্থে, মথক্কী গোপী তরেত্তা "থবকনা মীশক লেপ্পা" অদগুম্না গোপী অসি ৮ ভদ্রানি, অস্থুমনা খংনগনি ।৮।

সর্বাস্তাঃ কেশবালোকপরমোৎসবনির্বৃতাঃ।
জহুর্বিরহজং তাপং প্রাজ্ঞং প্রাপ্য যথা জনাঃ ॥৯॥
তাভির্বিধূতশোকাভির্ভগবানচ্যুতো বৃতঃ।
ব্যরোচতাধিকং তাত পুরুষঃ শক্তিভির্যথা ॥১০॥

---

তাঃ সর্বাঃ ( অদুগুম্বী গোপী পুম্নমক অদুনা ) কেশবালোকপরমোৎসব-নির্বৃতাঃ ( শ্রীকৃষ্ণ উবনা নুঙাইখিদুনা ) জনাঃ ( মীওইবনা ) প্রাজ্ঞং— ( ঈশ্বরবু, অর্থ অমদি পণ্ডিতপু ) প্রাপ্য ( ফংলগা ) যথা ( তৌবগুমনা ) বিরহজম্ ( বিরহদগী থোক্লকপা ) তাপং ( অৱাববু ) জহুঃ ( থাদোকখি ) ।৯।

তাত ( হে পরীক্ষিৎ ! ) পুরুষঃ ( পরমাত্মানা ) শক্তিভিঃ ( সত্ত্বনাচিংবগা লোইনরগা, অর্থ অমদি বিমলা-উৎকর্ষিনীনাচিংবনা কোইরগা ) যথা ( তৌবগুমনা ) মান্নমনা হাঙ্গীদ্রগা— পুরুষঃ ( উপাসক— উপাসনা তৌবা মীনা ) শক্তিভিঃ ( জ্ঞান, বল, বীর্যনাচিংবা পাঙ্গল লৈরগা ) যথা ( তৌবগুম্না ) মান্নমন্না হাঙ্গীদ্রগা— পুরুষ, ( অনুশয়ী পুরুষ। ) শক্তিভিঃ ( প্রকৃতিনাচিংবা— উপাধিসীংগা লোইনরগা ) যথা ( তৌবাগুম্না ) মান্নমন্না হাঙ্গীদ্রগা— পুরুষঃ ( নিপা ওইবনা ) শক্তিভিঃ ( ইন্দ্রিয়গী পাঙ্গন ময়ামন্না তিল্লগা ) যথা ( তৌবগুমনা ) বিধূত শোকাভিঃ ( অৱাবা কোক্লবী ) তাভিঃ ( গোপী পুম্নমকনা ) বৃতঃ ( কোঙ্গীরবা ) ভগবান্ ( ঐশ্বর্য তরুকনা তিনবা ) অচ্যুতঃ ( শ্রীকৃষ্ণনা ) অধিকং ( থোইদোক হেন্দোকনা ) ব্যরোচত ( নিংথিজখি ) ।১০।

গোপী পুম্নমকনা শ্রীকৃষ্ণবু উবগী নুঙাইবমক্তনা মীওইবনা ঈশ্বরবু-নত্রগা পণ্ডিতপু ফংলগা তৌবগুম্না কাইনা-মৈচাক পুম্না কোকথরে ।৯।

হে তাত— পরীক্ষিৎ ! পরমাত্মানা সত্ত্বনাচিংবগা লোইনরগা, নত্রগা— বিমলা উৎকর্ষিনীনাচিংবগা লোইনরগা নিংথিবা গুমনা, অর্থ অমদা হাঙ্গীদ্রগা ঈশ্বরবু উপাসনা তৌবা মীনা জ্ঞান, বল বীর্যনাচিংবা পাঙ্গল লৈরগা নিংথি-জবা অদুগুমনা, মান্নমনা হাঙ্গীদ্রগা পুরুষনা প্রকৃতিনাচিংবা উপাধিসীংগা— লোইনরগা তৌবগুমনা, মান্নমন্না হাঙ্গীদ্রগা— নিপা ওইবনা ইন্দ্রিয়গী পাঙ্গল লৈরগা নিংথিবা অদুগুম্না কাইনা-মৈচাককী অৱাবা কোকলবী গোপীসীংগা

তাঃ সমাদায় কালিন্দ্যা নির্বিশ্য পুলিনং বিভুঃ।
বিকসৎকুন্দমন্দারসুরভ্যনিলষট্পদম্ ॥১১॥
শরচ্চন্দ্রাংশুসন্দোহধ্বস্তদোষাতমঃ শিবম্।
কৃষ্ণায়া হস্ততরলাঽচিতকোমলবালুকম্ ॥১২॥

বিভুঃ ( শ্রীকৃষ্ণনা ) তাঃ ( গোপী পুম্নমকপু ) সমাদায় ( পুরত্নুনা )— বিকসৎ-কুন্দ-মন্দার-সুরভ্যনিল-ষট্পদম্ ( সাংবাইরবা কুন্দ, মন্দারনাচিংবা লৈ ময়ামগী মনম পুবা নুংসিৎ সিংপা, থোইমু মযাম ইনবা ) শরচ্চন্দ্রাংশু সন্দোহ ধ্বস্ত দোষাতমঃ ( শরৎকালগী লৈচীন থাংদবা অশেংবা আকাশদা থোকপা থাগী মঙালনা অহিংগী অমম্বা কোকলবা ) শিবম্ ( মুঙাইরবা ) কৃষ্ণায়াঃ— ( যমুনাগী ) হস্ততরলাচিত কোমলবালুকম্ ( খুৎ কুম্বা ঈথকনা সন্দোকলবা অমেংবা লৈঙোই লৈবা ) কালিন্দ্যাঃ ( যমুনাগী ) পুলিনম্ ( মপান্দা ) নিবি'শ্য ( কুমত্নুনা ) [ ব্যরোচত—নিংথিজখি ]।১১—১২।

লোইনাত্নুনা থোইদোক হেন্দোকনা ঙানথোকতুনা নিংথিজখি।১০। *

শ্রীকৃষ্ণনা গোপী পুম্নমক পুরত্নুনা যমুনাগী মপানদা কুম্নত্নুনা নিংথি- জখি, যমুনা মপান অত্নুদি,— কুন্দ, মন্দাবনাচিংবা লৈ ময়ামগী মনম নুংসিৎনা পুবা তাবদা থোইমু ময়ামনা কোঈপাই পাইবা, শরৎঋতুগী লৈচীন পক্তবা অশেংবা অতিযাদা থোকপা পূর্ণিমাগী থাবলনা অহিংগী অমম্বা কোকথরে, অত্নুনা মুঙাইরবা মফমনি, মাত্নুদ যমুনাগী খুৎ ওইবা ঈথকনা লৈঙোই ময়াম অত্নু পাকনা সন্দোক্লবা, মেঙলবা—মোল্লবা লৈঙোইনা তিল্লবা যমুনা মপান্দা কুমত্নুনা থোইদোকনা নিংথিজখি।১১—১২।

* বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তি পাদনা সারার্থ-দর্শিনীদা গোপীসীংগী মসিং থারমই, গোপী কোটি চত্নুমনি। শ্রীকৃষ্ণগা সান্নমিন্নরিবী গোপীসীং অসিগী মনুংদা লীসিং তরাতরুকনা লুচিংবীনি, মাত্নুগী মনুংদা লীসিং অমনা লুচিংবী ওই; লীসিং অত্নুগী মনুংদা নিপাননা অথোইবীনি, নিপান অত্নুগী মনুংদা শ্রীরাধা অমসু চন্দ্রাবলীনা অথোইবীনি, অনি অত্নুগী মনুংদা শ্রীরাধানা পুম্নমকপগী অথোইবীনি।১০।

তদ্দর্শনাহ্লাদবিধুতহৃদ্রুজো মনোরথান্তং শ্রুতয়ো যথা যযুঃ।
স্বৈরুত্তরীয়ৈঃ কুচকুঙ্কুমাঙ্কিতৈরচীক্লৃপন্নাসনমাত্মবন্ধবে ॥১৩॥

তদ্ দর্শনাহ্লাদ-বিধুত হৃদ্রুজঃ ( যমুনা পুলিনদা শ্রীকৃষ্ণনা নিংথিজবা অহু উরগা পুকনিংগী অৱাবা পুম্বা কোক্লবী গোপীসীংনা ) শ্রুতয়ঃ ( বেদসীংনা ) যথা ( তৌবগুমনা ) মনোরথান্তম্ ( পুকনিংনা পামহুনা খনবা পুম্নমকক। অরোইববু ) যযুঃ ( ফংখি ) কুচকুঙ্কুমাঙ্কিতৈঃ ( থবাক্তা তৈবা কুমকুম চন্দন চুৱবা ) স্বৈঃ উত্তরীয়ৈঃ ( মহাক মহাককী ঈনফী খিবিক্লা ) আত্মবন্ধবে ( মহাককী চান্নথোইবগী দমক ) আসনম্ ( ফিদাবু ) অচীক্লৃপন্ ( সেমখি ) ।১৩।

গোপিকা পুম্নমকনা যমুনা-পুলিনদা শ্রীকৃষ্ণনা ৱাম্থোইরিবা অহু উবদা মাখোইগী পুকনিংনা পামহুনা খনবা পুম্নমক থুংখরে, মাহুদি বেদসীংনা—তৌবগুমই, গোপীসীংনা মাখোইগী থবাক্তা তৈবা কুমকুম চন্দন চুৱবা ঈনফিনা মাখোইগী চান্নথোইবা শ্রীকৃষ্ণগী দমক আসন থাখি। ৩। *

* শ্রুতি—বেদসীংনা তৌবগুমনা পুকনি না নিংবা পুম্বা থুংখরে, হায়বগী অর্থদি— বেদসীংনা কর্ম্মকাণ্ডদদি ঈশ্বরবু উদহুনা মা মানা নিংবা কামনা পুম্বা অহুনা অপাম্বা লোইদবাগুমনা ওইরমই জ্ঞানকাণ্ড য়োৱবা মতমদদি পরমেশ্বরবু উরহুনা মাহুগী মুণ্ডাইবনা পূর্ণ ওইরহনা পাম্বদগী নিংলম্বা পুম্বা থাদোকপা মাহু গুমই। মাস্তুম তৌহুনা গোপীসীংনা নিংবা পুম্বা থুংলবমক্তদা প্রেমনা মরম ওইহুনা শ্রীকৃষ্ণতবু নিংথি, অম্নুমনা হায়বনি। অমসু যমুনা মপানদা শ্রীকৃষ্ণগী নিংথিজবা অহু উবদা গোপী পুম্বা পুকনিংদা ফংনিংহুনা ৱারম্বা পুম্বা কোকথরে। মাখোইগী থবাক্তা লিৎসিবা ফুরিৎকী মথকতা—ইল্লিবা ঈম্নফিনা চান্নথোইবা শ্রীকৃষ্ণগী দমক আসন থাখি, মাহুদি শ্রুতিসীংনমু মাখোইগী পুকনিংনা পামজবা পুম্বগী খমথেংবা লমখৈ ফ খি, মাহুদগী হেনবা অমা লৈত্রবা পুকনিংগী পাম্বগী অরোইবাবু ফংখরে, হায়বগী অর্থদি "ঐখোইমু ব্রজদা গোপী ওইনা পোক্লগা গোপীনা তৌবা অসিগুম্না শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীচরণসেবাবু পামখি।" মাসিদা গোস্বামীপাদসীংনা হায়,—পূর্ব্বকল্পদা মাস্নুম্না উপাসনা তৌরকপী শ্রুতিসীংনা গোপী ওইনা রাসদা য়াওরি। শ্রুতিদি—লোইবা লৈতবা মরমনা - হন্দককী কল্পদা মাস্নুমনা নিংখিবা শ্রুতিসীংনা

তত্রোপবিষ্টো ভগবান্স ঈশ্বরো যোগেশ্বরান্তর্হৃদিকল্পিতাসনঃ।
চকাস গোপীপরিষদ্গতোর্চিতস্ত্রৈলোক্যলক্ষ্ম্যেকপদং বপুর্দধৎ॥১৪॥

তত্র ( গোপীনা থাবা আসন অদুদা ) উপবিষ্টঃ ( ফমলবা ) গোপী-পরিষদ্ গতঃ ( গোপীগী সভাদা ফমলবা ) অর্চ্চিতঃ ( গোপীসীংনা পুজা তৌ-রবা ) ভগবান্ ( ঐশ্বর্য তরুকনা নিত্য ওইনা লৈবা ) ঈশ্বরঃ ( পুমনমকপু — রাএন তৌবা ) যোগেশ্বরান্ত হৃদি-কল্পিতাসনঃ ( যোগেশ্বর পুম্বনা ইবুঙো মাগী আসনবু থম্মোই মনুংদা থানবা ) ত্রৈলোক্য-লংক্ষ্ম্যক পদম্ ( মরোল অহুমকী নিংথিবা মহালক্ষ্মীগী তুংনফম ওইবা ) বপুঃ ( শ্রীঅঙ্গবু ) দধৎ ( পুবা শ্রীকৃষ্ণ না ) চকাস ( ঙানখি )। ৪।

গোপীনা থারবা আসনদা শ্রীকৃষ্ণনা ফমলে গোপী ময়ামনা সেবা— তৌরে, ঐশ্বর্য তরুকনা লেংদনা লৈবা, পুমনমকপু ইবুঙো মহাকনা রাএন তৌবা, যোগেশ্বর পুম্বনা মহাক মহাককী থমোইদা মহাককী আসন থাবা, শ্রীকৃষ্ণনা মরোম অহুমগী মবেমা লক্ষ্মীগী তুংনফম ওইবা শ্রীঅঙ্গবু পুমতুনা ঙানখি।১৪। *

—ব্যাখ্যা— মতুংগী কল্পদা গোপী ওইনা পোকতুনা মাখোইস্থ প্রেম সেবা ফংগনি।১৩।

* গোপী কোটি চহুমনি, মাখোই পুম্নমকনা মাখোইগী থাখুম মথক্তা ইনথা ইন্নফিনা মমাংদা শ্রীকৃষ্ণগী আসন থাচুনা মাহুদা শ্রীকৃষ্ণপী ফমফম সেমই। শ্রীকৃষ্ণস্থ আসন কোটি চহুম অহুদা চপ মান্ননা ফমই। অতুনা শ্রীভাগ-বতনা শ্রীকৃষ্ণবু "ঈশ্বর"— মনিং তৌবা, পুম্নমকপু রাএন তৌবা, হায়ির। 'ভগবান্'—ভগনা তিনবা হায়িনি ( ভগং শ্রীকাম মাহাত্ম্যো, অসুজনা অমররনা হায়ি )। শ্রীকৃষ্ণনা, গোপী পুমনমকনা মা মাগী আসন অতুনা ফমহল্লংবা অপাম্বা কাম অদু উতুনা ইবুঙো মহাককী ঐশ্বর্য শক্তিনা মরম ওইদুনা— যোগমায়ানা মরম ওইদুনা ইবুঙোনা আসন খুদিংদা চপ মান্ননা ঙানখোকচুনা ফমই। তৌইগুম্বস্থ শেষ, শঙ্কর, ব্রহ্মানাচিংবা যোগেশ্বর পুম্নমকনা ইবুঙো মহাককী দমক মাখোইগী থমোইদা, মরোল অহুমদা লৈতবা মমন নাইদবা আসন খাতনা থমজিবনি। গোপীসীংগি মাখোইগী থমোইগী স্বপানদা— মা

সভাজয়িত্বা তমনঙ্গদীপনং সহাসলীলেক্ষণবিভ্রমভ্রুবা।
সংস্পর্শনেনাঙ্ককৃতাঙ্ঘ্রিহস্তয়োঃ সংস্তুত্য ঈষৎকুপিতা বভাষিরে ॥১৫॥
গোপ্য উচুঃ। ভজতোঽনুভজন্ত্যেক এক এতদ্বিপর্যয়ম্।
নোভয়াংশ্চ ভজন্ত্যন্য এতন্নোব্রূহি সাধু ভোঃ ॥১৬॥

অনঙ্গ-দীপনম্ ( কাম—প্রেম চাওখৎহনবা ) তম্ ( শ্রীকৃষ্ণবু ) সহাস-লীলেক্ষণ-বিভ্রম-ভ্রুবা ( মোমোন নোকতুনা মীচ্চিনা লীলাগা লোইননা এংবা, পীশুম থেকপা বিলাস কৌবা অনুভাবনা ) অঙ্ককৃতাঙ্ঘ্রিহস্তয়োঃ ( মতম্পাক্তা থাঙ্গৎতুনা থমলিবা শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীহস্ত শ্রীচরণবু ) সংস্পর্শনেন ( নিংথিনা—মোইহুনা ) সংস্তুত্য ( নিংথিনা লৈসি লৈথোন্দুনা ) ঈষৎ কুপিতাঃ ( প্রেমনা খজিক্তুং সাওরবী গোপীসীংনা ) বভাষিরে ( শ্রীকৃষ্ণদা হাঙ্গৈখি ) ।১৫।

গোপ্যঃ উচুঃ ( গোপীসীংনা হাঙ্গৈখি ) ভোঃ ( হে কৃষ্ণ ! ) একে (কনাগুম্বনা)

---

প্রেম চাওখৎহনবা শ্রীকৃষ্ণবু মীনোক, লীলাগী মীৎএং, বিভ্রম ওইবা পীশুম থেকপা অসিগা লোইননা মতম্পাক্তা থাঙ্গৎলবা শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীচরণ, শ্রীহস্তবু তপনা নোইর নোইরদুনা শ্রীকৃষ্ণবু লৈসি লৈথোন্দুনা প্রেমনা খজিক্তুং সাওরদুনা গোপীসীংনা শ্রীকৃষ্ণদা হাঙ্গৈখি ১৫।

গোপীসীংনা শ্রীকৃষ্ণদা হাঙ্গৈ,— হে কৃষ্ণ ! কনাগুম্বাসীংনা মাবু নিংববু

---

—ব্যাখ্যা— মাগী ইন্নাফ নির্মাল্য বস্ত্র মাগী লুখাক ওইরবনা মনম নুংশিবা চন্দননাচিংবনা আসন সাহুনা ইবুঙো মাঙোন্দা ফম্বিয়্, হাঙ্গৈনা কৎলি। অহু-গুম্বা গোপীনা কৎপা আসন অদুদা শ্রীকৃষ্ণ স্বয়ং ভগবান্‌মকনা সংসংনা—লেংসিন্দুনা ফমই। চুম্নগী ফম্বতা নত্তে,— "চকাশ"— ঙানখি। ইবুঙো মাদি ব্রহ্মা, মহাদেবনাচিংবগী সভাদা ক্ষীরোদ সমুদ্র-মপাননাচিংবদা স্তুতিনা-চিংবা তৌরবদা ইবুঙো মাবু ফংগদবা ওইনা পুকনিংদা ঙাহাক্তুং ফাওরক্লবদা ইন্দ্রিয়না ফংবদি ওইদনা ঙহাক্তুং লৈবিবা ইবুঙো মহাকনা গোপীগী সভাদা সংসংনা থোরকতুনা ঙানথোইবিরে। মাহুবু "গোপী-পরিষদ্-গতঃ ( গোপী—পুম্নমককী সভাদা লৈবা অহুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণবু ) অর্চিতঃ ( পূজা তৌই, হাঙ্গৈ-বদি ভক্তসীংনা ব্রহ্মানাচিংবনা গোপীগী সভাদা গোপীসীংনা সেবা তৌরিবা

শ্রীভগবানুবাচ। মিথো ভজন্তি যে সখ্যঃ স্বার্থৈকান্তোদ্যমা হি তে।
ন তত্র সৌহৃদং ধর্ম্মঃ স্বার্থার্থং তদ্ধি নান্যথা ॥১৭॥
ভজন্ত্যভজতো যে বৈ করুণাঃ পিতরৌ যথা।
ধর্ম্মো নিরপবাদোঽত্র সৌহৃদং চ সুমধ্যমাঃ ॥১৮॥

---

ভজতঃ ( মাবু নিংববু ) অনুভজন্তি ( মী অদুনা মাবু নিংবগী মতুংইন্না নিংই ) একে ( কনাগুম্বাসীংনা ) এতৎ বিপর্যয়ম্ ( মাসিবু ওন্ননা তৌই ) অন্যে—( অতোপপাসীংনা ) উভয়ান্ ( অনিমক হাঙ্গৈবদি মাবু নিংববুসু নিংদববুসু—অনিমকপু ) ন ভজন্তি ( নিংদে ) এতৎ ( মাসিবু— নিংনবসীংগী মাসিনা ফৈ, ফত্তে হাঙ্গৈবনাচিংবা গুণ দোষ ফলমাচিংববু ) নঃ ( এখোইদা ) সাধু ( নিংথিনা ) ব্রুহি ( হাঙ্গৈবিয়ু ) ।১৬।

শ্রীভগবান্ উবাচ ( শ্রীকৃষ্ণনা হাঙ্গৈখি ) সখ্যঃ ( হে সখীসা! ) যে—( মাখোইনা ) মিথঃ ( মহৈ মহৈ ) ভজন্তি ( নিংই ) তে ( মাখোই অদু ) স্বার্থৈককান্তোদ্যমাঃ ( মা মাগী কান্নবা থৌরাং তৌবনি ) তত্র ( মাদুদা ) সৌহৃদং ( চান্নবা ) ধর্ম্মঃ ( ধর্ম্ম ) ন ( ওইদে ) হি ( মরম অদুদগী ) তৎ ( মাদুদি ) স্বার্থাৎম্ ( মাগী কান্নবগী দমক্তনি ) অন্যথা ( মাদু নত্তবা অতোপপা অমা ন ( লৈতে ) ।১৭

সুমধ্যমাঃ ( হে খ্বাং ফজবী গোপীসা! ) যে ( মাখোই অদুনা ) অভজতঃ

---

নিংই, কনাগুম্বনা মাসিগী ওন্ন তৈননা তৌই—মাবু নিংববু নিংদে, কনাগুম্বাসীংনা মাবু নিংববু নিংদববুসু নিংদে, মাসিগী মরমদা মাসিনা ফৈ, ফত্তে হাঙ্গৈবা নিংবগী গুণ, দোষবু এখোইদা ম্নামনা নিংথিনা তাকপিয়ু ।১৬।

শ্রীভগবান্না হাঙ্গৈ,— হে সখীসা! মাবু নিংববু নিংবদি মাখোইগী—মহৈ মহৈ মশা গী কান্নবা নিংনবনি, মাদুদি চান্নবা নত্তে, ধর্ম্মসু ওইদে, মরম অদুদগী মা মাগী কান্নবা তৌবা নত্তনা করি অমত্তা লৈতে ।১৭।

হে খ্বাং ফজবী গোপীসা! মাবু নিংদববু নিংবদি মমা মপানা মচাবু

---

—ব্যাখ্যা— শ্রীকৃষ্ণবু পূজা তৌনৈ, হৃদিদা মাদুগুমনা শ্রীমূর্ত্তিবু থমলগা মানসিক-সেবা তৌই ) অনুমনা খংনগনি ।১৪।

ভজতোঽপি ন বৈ কেচিদ্ভজন্ত্যভজতঃ কুতঃ।
আত্মারামা হ্যাপ্তকামা অকৃতজ্ঞা গুরুদ্রুহঃ ॥১৯॥
নাহং তু সখ্যো ভজতোঽপি জন্তূন্ভজাম্যমীষামনুবৃত্তিবৃত্তয়ে।
যথাঽধনো লব্ধধনে বিনষ্টে তচ্চিন্তয়াঽন্যন্নিভৃতো ন বেদ ॥২০॥

---

( মাবু নিংদববু ) বৈ ( লেপনা ) ভজন্তি ( নিংই ) তে ( মাখোইনা ) পিতরৌ যথা ( মমা মপানা তৌবগুমই ) করুণাঃ ( থৌজানবনি ) সৌহৃদং চ ( মুংশিবসু ওই ) তত্র (মাসিদা) নিরপবাদঃ ( অপনষা লৈত্রবা ) ধর্ম্মঃ (ধর্ম্ম ওই) ।১৮।

কেচিৎ ( কনাগুম্বাসীংনা ) ভজতঃ অপি ( মাবু নিংববুসু ) ন ভজন্তি—( নিংদে ) অভজতঃ ( মাবু নিংদববু ) কুতঃ ( করিদগী নিংগনি ? ) আত্মারামাঃ ( আত্মারামনি ) আপ্তকামাঃ ( নিংবা থুংলবনি ) অকৃতজ্ঞাঃ ( তৌবিমন খংদবনি ) গুরুদ্রুহঃ ( গুরুগুম্বা মী—মাবু উপকার তৌববু হিংসা তৌবনি ) ।১৯।

সখ্যঃ ( হে সখীসা ! ) অহং তু ( ঐদি ) অমীষাম্ ( ঐবু নিংবাসীংগী )

---

নিংবগুম্বনি, মাদুদি করুণানি, চানবনি, মাদুদা চানবতা নত্তনা মুংশিবসু ওই, মাসিদা ধর্ম্মসু ওই ।১৮। *

কনাগুম্বাসীংনা মাবু নিংববু নিংদে, মাখোই অদু মী মখল মবিনি,—১ আত্মারাম—ব্রহ্মানন্দ ফংলবা আত্মারামসীংনা তৌই, ২ নিংবা থুংলবা মী অমা মাদুম তৌই, ৩ তৌবিমন খংদবাসীং অমা তৌই, অমসু ৪ মাবু উপকার তৌবা মীদি গুরুগুম্বনি, অদুবু হিংসা তৌবা মীনি ।১৯।

হে সখীসা ! ঐদি ঐবু নিংবসীংবু ইতৎতত্তনা ঐবু নিংহনগে হাইদুনা ঐনা মাবু নিংদবা ওইনা লৈ, মাদুদি লাইরবনা লন ফংলগা মা খরবদা—

---

* আলোচ্য শ্লোক অসিদা গোপীসীংবু "সুমধ্যমা" হাইনা কৌরি, অর্থদি ময়াই ফজবী হাইবনি। মাদুদি মখল অনি থোকই,— হকচাংগী ময়াইদি খ্যাংনি, থরাং ফজবী হাইবনি। শ্লেষার্থদা মথাই হাইবদি গোপীনা শ্রীকৃষ্ণদা হংবা রাহং অহুমনি, মাদুগী মমুংদা অনিসুবা রাহংনা মকোকসু নত্তবা—মমৈসু নত্তবা—ময়াইনি। ময়াইথংবা রাহংনা গোপীসীংনা হংবদা ফজবা, চান্নবা রাহংনি, হাইবা খংহনলি ।১৮।

অনুবৃত্তিবৃত্তয়ে ( ঐবু নিংবা অদু ভত্তনা নিংনবগী দমক ) ভজতঃ ( ঐবু নিংবা) জন্তূন্ অপি ( জীবসীংবুসু ) অহম্ ন ভজামি ( ঐনা নিংদে ) যথা ( মাহুমনা ) অধনঃ ( লাইরবনা ) লব্ধধনে ( অফংবা লন ) বিনষ্টে ( মাংখরবদা ) তৎ চি- ন্তয়া ( মাংখিবা লন অদুতা খন্দুনা ) নিভৃতঃ ( মাহুদা লুপখিদুনা ) অন্যৎ ন বেদ ( অতোপপা অমা খংদে ) ।২০।

মাংখিবা লন অদুতা খন্দুনা লৈখিদুনা পুম্নমক কাউই, মাহুগুমনা— ঐবু অমোক্তং ফংখিবনা ঐবুমক্তা খনবদা অতৈ অতোপপ' অমা খংদে ।২০। *

* আলোচ্য শ্লোক অসিদা শ্রীকৃষ্ণনা গোপিকাদা "ঐবু নিংববু ঐনা— নিংদে" অসুমনা ব্যাখ্যা তৌবা য়াদে। মরমদি গীতাদা শ্রীকৃষ্ণনা হাঈ,— "যে যথা মাং প্রপদ্যন্তে তাংস্তথৈব ভজাম্যহম্।"—মীওইবনা ঐঙোন্দা নিংবা মাহু ওইনা ঐনা মাখোই অদুবু নিংই। অসুমনা হাঈবা ভগবান্গী য়াথং- দগী খংবা ঙমই। ইবুঙো মাবু মী অদুনা নিংবা মনিং অদু ইবুঙোনা ওইবা মবন্না ইবুঙোবু নিংলবদি মাবসু ইবুঙোনা নিংই। মরম অসিনা আলোচ্য শ্লোককী ৱাহৈ অসিবু মাসুমনা ব্যাখ্যা তৌগনি, মাহুদি,— শ্রীকৃষ্ণবু নিংবা ভক্তদি মখন অনি থোকই, মাগুদি,— ১ শ্রীকৃষ্ণবু নিংলবা অদুগা শ্রীকৃষ্ণ- বুদি ফংদরিবা অমা, অমসু ২ শ্রীকৃষ্ণবু অমোক্তি ফংখরবা অমা অসুমনা মখন অনি থোকই। অসিগুম্বা ভক্ত মখন অনি অসিবু আলোচ্য শ্লোক অসিনা হাঈরি। মাহুদি,— "জন্তূন্—জীব পুম্নমক অসিবু, ভজতঃ অপি— ঐবু ফংগে নিংলবসু, অমীষাম্—মাখোই অদুগী, অনুবৃত্তিবৃত্তয়ে— ঐবু নিংবা ভজন অদু তত্তনা ওইনবগী দমক, ন ভজামি—ঐনা মাখোইবু নিংদে, হাঈ- বদি— ঐবু ফংগে হাঈদুনা তাল্লিবা ভক্তিদি চান্নবা ফংদ্রিবাসীংনা ঐবু— ফংদ্রবদা ফংনিংবনা হাকমন্দুনা "ঐদি অপরাধ লৈরা ওইবনা ইবুঙো মাবু ফংদরে" অসুম হাঈবগী অরাবনা ক্ষণ ক্ষণ খুদিংদা নির্বেদ, দৈন্যনাচংবা চাওখৎলকতুনা কাম, ক্রোধনাচিংবা মাংখিদুনা ভক্তি চাওখৎলকই, ওাল্লকই, অদুগা ঐবু ফংগদবনি। অদুনা ঐবু ফংননবগী দমক অহানবদা ঐনা— মাখোইবু নিংদে, ভক্তি ফংলবাসীংনা ঐবু ফংলে, অদুগা— ঐনা অমোক মাখোই অহবু হুন্দোকই—নি দে। মাহুসু মাখোইনা লাইরবনা লন ফংলগা

এবং মদর্থোজ্ঝিতলোকবেদস্বানাং হি বো ময্যনুবৃত্তয়েঽবলাঃ।
ময়াপরোক্ষংভজতা তিরোহিতংমাঽসূয়িতুংমার্হথতৎপ্রিয়ংপ্রিয়াঃ ॥২১॥
ন পারয়েঽহং নিরবদ্যসংযুজাং স্বসাধুকৃত্যং বিবুধায়ুষাপি চ।
যাঽমাভজন্দুর্জরগেহশৃঙ্খলাঃ সংবৃশ্চ্য তদ্বঃ প্রতিযাতু সাধুনা ॥২২॥

---

অবলাঃ ( হে অবলাসা ! ) প্রিয়াঃ ( হে চান্নবীসা ! ) মদর্থোজ্ঝিত-লোকবেদস্বানাম্ ( ঐতবু ফংনবগী দমক্তা হাঙ্গৈদুনা মীওইবা লোককী চৎনবী, বেদগী অয়াবা য়াদবা অমসু সাগৈগী ধর্ম্ম পুন্নমক থাদোক্লবী ) বঃ ( নখোই পুন্নমককী ) ময়ি ( ঐঙোন্দা ) অনুবৃত্তয়ে ( ঐবু নিংবা অদু তত্তনা ওইহনগে হাঙ্গৈবগী দমক ) পরোক্ষং ( উহন্দনা ) ভজতা ( নখোইবু নিংবা ঐহাকনা ) তিরোহিতম্ ( মাংলুবনি ) তৎ ( মরম অদুদগী ) প্রিয়ম্ ( নখোইগী চান্নবা )— মা ( ঐবু ) অসূয়িতুম্ ( দোষ তৌগদবদা ) মা অর্হথ ( মতিক ওইদে ) ।২১।

নিরবদ্য সংযুজাম্ ( তাৎ য়াওদনা ঐবু নিংবা ) বঃ গোপী নখোইগী ) স্ব-সাধুকৃত্যম্ ( ঐনা নিংথিবা তৌদুনা লম্মন সিনবা ) বিবুধায়ুষা অপি ( শিদবা লাইগী পুনসিনসু ) অহম্ ন পারয়ে ( ঐনা ঙম্ল.রাই ) যাঃ ( অদুগুম্বী গোপী নখোইনা ) দুর্জরগেহশৃঙ্খলাঃ ( থদৎপা ঙমদ্রবা য়ুমগী য়োৎহ্লিংবু ) সংবৃশ্চ্য

---

হে অবলাসা ! হে চান্নবীসা ! নখোইনা ঐতবু ফংগে, হাঙ্গৈদুনা-- মীওইবা লোককী চৎনবী থাদোকখরে, বেদগী ধর্ম্মসু থাদোকখরে, নখোইগী জাতি কুল হুন্দোকলে, অসিগুম্বী নখোইনা নিংলিবা সেবা অদুবু ঐনা— তত্তনা তৌহনগে হাঙ্গৈদুনা উহন্দনা খংহন্দনা নখোইবু নিংদুনা লৈবনি, ঐদি নখোইবু চানবনি, অদুনা চান্নবা ঐঙোন্দা দোষ তৌগনু ।২১।

ঐবু তাৎ য়াওদনা নিংবী নখোইগী ঐনা নিংথিবা থবক অমা তৌদুনা লম্মনথৃম্বা শিদবা লাই ওইবগী পুনসিনা ঙম্লোই, নখোইনা থদৎপা য়াদবা য়ুমগী অফা অপুন পুন্নমক থদৎদুনা ঐবু নিংবনি, নখোইগী নিংথিবা অদুতনা

---

—ব্যাখ্যা— মাংখরবদা মরল মাংখিবা অদুতা খন্দুনা অতৈ পুন্নমক কাউ-খিদুনা লৈবা অদুগুম্মা ঐবুতা খন্দুনা লৈ, অদুগা মাখোইগী ঐবুতা নিংবা ভক্তি অদুনা ঐবু লেংদনা ফংই ।২০।

ইতি শ্রীমদ্ভাগবতে মহাপুরাণে পারমহংস্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাম্
দশমস্কন্ধে রাসক্রীড়ায়াং ভগবদ্দর্শন নাম দ্বাত্রিংশোঽধ্যায়ঃ ॥৩২॥
( রাসে চতুর্থ )

—:০:—

## শ্রীমদ্ভাগবতম।

### দশমস্কন্ধে ত্রয়স্ত্রিংশোঽধ্যায়ঃ।

—*—

শ্রীশুক উবাচ। ইত্থং ভগবতো গোপ্যঃ শ্রুত্বা বাচঃ সুপেশলাঃ।
জহুর্বিরহজং তাপং তদঙ্গোপচিতাশিষঃ ॥১॥

---

( ককথৎতুনা ) মা = মাম্ ( ঐবু ) অভজন্ ( নিংখি ) বঃ ( নখোইগী ) সাধুনা ( অফবা অত মকতনা ) তৎ ( অহুগুমবা অহু ) প্রতিষাতু ( লম্মনথুম্বা ওই-সনু ) ।২২।

মাসিনা শ্রীভাগবত দশমস্কন্ধদা রাসক্রীড়াদা ভগবদ্দর্শন কৌবা
কুন্থ্রানিথোইস্নুবা অধ্যায়নি।

—*—

শ্রীশুকঃ উবাচ ( শ্রীশুকদেবনা হাঙ্গখি ) গোপ্যঃ ( গোপীসীং অহুনা )

---

গোপী নখোইনা তৌবগী ( ঐবু নিংখিবগী ) লম্মনথুম্বা ওইসনু ।২২।

মাসিনা শ্রীভাগবত দশমস্কন্ধদা রাসক্রীড়াদা ভগবদ্দর্শন কৌবা
কুন্থ্রানিথোইস্নুবা অধ্যায়নি।

—*—

ত্রয়োস্ত্রিংশে ততো গোপী-মণ্ডলী মধ্যগো হরিঃ।
প্রিয়াস্তা রময়ামাস হ্রদিনী বনকেলিভিঃ ॥

শ্রীভাগবত দশমস্কন্ধদা অধ্যায় ৩৩দা গোপীসীংগী মণ্ডলীময়াইদা লৈবা শ্রীকৃষ্ণনা জলকেলী, বনভ্রমণনাচিংবা তৌহুনা প্রিয়া গোপীসীংবু মুঙাইহনখি।

শ্রীশুকদেবনা হাঙ্গি,—গোপী পুম্নমকনা শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীঅঙ্গ পুম্বনা শোক-

তত্রারভত গোবিন্দো রাসক্রীড়ামনুব্রতৈঃ।
স্ত্রীরত্নৈরন্বিতঃ প্রীতৈরন্যোন্যা বদ্ধবাহুভিঃ ॥২॥

---

তদঙ্গোপচিতাশিষঃ ( শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীঅঙ্গ খিবিকনা শোকতুনা মাখোইগী মশাদা অপাম্বা আশিষ ময়াম ওইরহুনা ) ভগবতঃ ( ভগবান্‌গী ) সুপেশলাঃ ( ফজ-রবা ) বাচঃ ( রা পুন্নমকপু ) ইত্থম্ ( মাসুমনা ) শ্রুত্বা ( তারহুনা ) বিরহজম্ ( কাইনবদগী খোকপা ) তাপম্ ( মৈচাকপু ) জহুঃ ( থাদোকখি ) ।১।

তত্র ( যমুনা পুলিন অহুদা ) অনুব্রতৈঃ ( শ্রীকৃষ্ণগী পুকনিংগী মতুং ইন-লিবী ) প্রীতৈঃ ( পেনলবী ) অন্যোন্যবদ্ধ-বাহুভিঃ ( মহৈ মহৈ পাম্বোমদা— পাইনা সন্নরবী ) স্ত্রীরত্নৈঃ ( অথোইবী নুপী গোপীসীংনা ) অন্বিতঃ ( তুং ইন-লিবা ) গোবিন্দঃ ( শ্রীকৃষ্ণনা ) রাসক্রীড়াম্ ( রাসক্রীড়াবু ) আরভত ( হৌ-গৎখরে ) ।২।

---

পীহুনা পুকনিংনা পাম্বা নিংবা পুন্নমক থুংলহুনা কাইনা-মৈচাক পুম্বা থাদোক-খরে—কোকখরে ।১।

যমুনা মপান অদুদা শ্রীকৃষ্ণনা খুত্তম চন্নবী, পেন্নবী মহৈ মহৈ পাম্বোম মশেন পাইনরবী গোপীসীংনা শ্রীকৃষ্ণনা নিংলিবা পুকনিংগী মতুং ইন্দুনা— শ্রীগোবিন্দনা রাসক্রীড়া সান্নবা হৌগৎখি ।২। *

* "যমুনা-পুলিনদা রাসক্রীড়া সান্নবা হৌখরে।" হায়বা অসিনা ইবুঙোনা সান্নবা রাসক্রীড়াদি যমুনা-পুলিনদা সান্নবনা চান্নবা রাসক্রীড়ানি, অসুমনা খংনৈ (১)। "রাসক্রীড়া" কৌবদি,—"নৃত্য, গীত, চুম্বন, আলিঙ্গন-নাচিংবা রস ময়ামগী পুল্লপ তিন্নববু রাস কৌই, অহুগুম্বা রস ময়ামগী মশক ওইবা সান্নবা—খেলাবু "রাসক্রীড়া" কৌই। চুম্নগী জগোই মখন অমবুসু ইথবাইনা রাসক্রীড়া কৌনৈ, মাহুদি নাট্যশাস্ত্রনা হায়,— "নটৈর্গৃহীতকণ্ঠী-

---

(১) গোস্বামী পাদসীংনসু যমুনা পুলিনদা সান্নবনা রাসক্রীড়ানি, অসুম্না তোষণীদা মমাংদসু হায়রকখিগনি। মিতৈরোনদা কুঞ্জদা সান্নবা রাসবু— কুঞ্জরাস কৌই, মাহুদা রাসগী অঙ্গ সুদে, ভাগ্যচন্দ্রনা মাহুবু মেরা থাখিনবদা শ্রীগোবিন্দদা কৎলমই।

রাসোৎসবঃ সংপ্রবৃত্তো গোপীমণ্ডলমণ্ডিতঃ।
যোগেশ্বরেণ কৃষ্ণেন তাসাং মধ্যে দ্বয়োর্দ্বয়োঃ॥
প্রবিষ্টেন গৃহীতানাং কণ্ঠে স্বনিকটং স্ত্রিয়ঃ।৩।
যং মন্যেরন্... ... ... ... ... ... ...

যং ( শ্রীকৃষ্ণবু ) সব্বাঃ স্ত্রিয়ঃ ( গোপী পুন্নমকনা ) স্ব নিকটম্ ( মহাক মহাক্কী মনাক্তা লৈবা ওইনা ) মন্যেরন্ ( নিংখি ) তেন ( অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণনা ) তাসাম্ ( রাস-জগোইগী মকোঙ্গীদা কোঙ্গীদুনা জগোই সারিবী গোপীসী দুগী ) দ্বয়োঃ দ্বয়োঃ মধ্যে ( অনি অনিগী মযাইদা ) প্রবিষ্টেন ( চংলবা ) যোগেশ্বরেণ ( খল্লুদুনা লাম্বা ফংদবা শক্তিনা ময়াম ওইনা থোক্লবা ) কৃষ্ণেন ( শ্রীকৃষ্ণনা ) কণ্ঠে গৃহীতানাম্ ( খোড়ীদা শ্রীকৃষ্ণনা কোনবীরবা সীংগী ) গোপীমণ্ডল-মণ্ডিতঃ ( গোপীসীংগী মকোঙ্গীনা কোঙ্গীবনা লৈতে লদুনা ফজরবা ) রাসোৎসবঃ ( রাস কুমৈ ) সংপ্রবৃত্তঃ ( হৌগৎখরে )।৩।

গোপীগী মকোঙ্গীনা কোঙ্গীসিন্দুনা শ্রীকৃষ্ণনা মযাইদা লৈবা রাস-কুমৈ হৌগৎখরে. যোগেশ্বর ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা ইবুঙো মহাক্কী খল্লুদুনা লাম্বা ফংদবা —ব্যাখ্য— নামন্যোন্যাত্তকরশ্রিযাম্। নর্ত্তকীনাং ভবেদ্রাসোমণ্ডলীভূয— নর্টনম্॥"—নট—জগোইসাবা নিপানা খোড়ীনা কোল্লবী জগোইসাবী সুপী-সীংনা খুজেং খুজেং পাইনাদুনা (১) মকোঙ্গী (মণ্ডলী) ওইনা কোঙ্গীদুনা জগোই সাদুনা সান্নববু রাসক্রীড়া কৌই, অমুমনা হাঙ্গী। মাসিদা নাট্যশাস্ত্রনা— নর্ত্তকীসীংনা "খুৎকা খুৎকা পাইনাদুনা হাঙ্গীবসিদা শ্রীভাগবতনা "বদ্ধবাহুভিঃ" —পাম্বোম পাম্বোম সন্নবা, অমুমনা হাঙ্গী। মামুমনা মান্নদবাসিদা তোবগীদা শ্রীসনাতন পাদ-নদি "বাহবোহত্র কবা জ্ঞেযাঃ"—শ্রীভাগবতনা বাহু—পাম্বোম হাঙ্গীবা অসি কর—খুৎ, পাইনাদুনা অমুমনা ব্যাখ্যা তৌ, হাঙ্গীনা তাকই।

তৌইগুবমু মণিপুর রাসদা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌনা শ্রীশ্রী৺গোবিন্দ জীউদা কৎলম্বা রাসদদি শ্রীভাগবতকী "বদ্ধ-বাহুভিঃ"=পাম্বোমদা খুৎ ওই থমদুনা অমসু এথংবা খুৎনা মণ্ডলী ময়াইদা ওক্সিন্দুনা খুৎয়াইগী মরুদা—খুৎনী থমদুনা খুৎ অমোক উপ্সিন অমোক তিংথোকতুনা জগোই সাই।২।

(১) মাসি মণিপূরীয় নৃত্যদদি "থাবল-চোংবী" কৌই।

অনুবাদ— পাঙ্গননা মপান্দা কোঙ্গৈরিবী গোপীশীং অতুদা অনি অনিগী মরক্তা চংতুনা গোপীসীংগী ঙকশমদা কোনখি, মতম অতুদা— গোপীসীংনা মহাক মহাককী মনাক্তা ইরেং লেংদনা শ্রীকৃষ্ণবু লৈ, অসুমনা নিংখি।৩। *

* আলোচ্য শ্লোক অসিনা রাস কুমৈবু গোপী ময়াম্না কোঙ্গৈতুনা হৌগংখরে, অসুমনা হাঙ্গৈরি। মাতুদা গোপীসীংনা মণ্ডলী সাদুনা কোঙ্গৈবদা ত্তোবা মণ্ডলী মশাবু পরাণরনা হাঙ্গৈ,— "রাসমণ্ডলীবন্ধোঽপি কৃষ্ণপার্শ্বমনুজ্ঝতা। গোপীজনেন নৈবাভূদ্ একস্থান স্থিরাত্মনা॥ হস্তে পৃগৃহ্যচৈকৈকাং গোপিকাং রাসমণ্ডলীং। চকার তৎকরস্পর্শ-নিমিলিতদৃশং হরিঃ। ততঃ প্রবর্ত্ততে রাসশ্চলদ্বলয় নিস্বনঃ॥" গোপী পুম্নমকনা মহাক মহাককী মাংদা থাবা আসনদা ফমতুনা লৈবা শ্রীকৃষ্ণবু হুন্দোক্লমতুনা রাসগী মণ্ডলীদা কোঙ্গৈরুরগা শ্রীকৃষ্ণনা মাখোইগী নাক্তা চংলকতুনা গোপী অমমম্নু খুজেংদা পাইতুনা মণ্ডলীদা গোপীসীংনা কোঙ্গৈ। মাতুদা শ্রীকৃষ্ণনা মহাক মহাককী খুজেং পাইরবদা মাতুগী নুঙাইবনা মীৎ উইসল্লবী গোপীসীংনা মণ্ডলী কোঙ্গৈ। গোপী অনিগী মরক্তা শ্রীকৃষ্ণনা লৈ, হাঙ্গৈরবদি মফম অমদা গোপী অনি লৈবদা শ্রীকৃষ্ণ অমত্তা লৈবা ওইগদবনি। "দ্বয়োঃ দ্বয়োঃ"— গোপী অনি অনিগী মরকতা হাঙ্গৈবনা গোপী অমা = কৃষ্ণ অমা, অসুমনা গোপীখুদিংগী কৃষ্ণ অমমম লৈ, অসুমনা খংনগনি। মরম অতুনা বিল্বমঙ্গলনা হাঙ্গৈ,— "অঙ্গনামঙ্গনামন্তরা মাধবো মাধবং মাধবং চান্তরেণাঙ্গনা। ইত্থমাকল্পিতে মণ্ডলে মধ্য গঃ সংজগৌ বেণুনা দেবকীনন্দনঃ॥" অসুমনা তোযণীনা হাঙ্গৈ। কবিকর্ণপুর কবিনদি— মহাককী দশমস্কন্ধ পূর্ব্বার্দ্ধ টীকা—আনন্দ বৃন্দাবন চম্পূদা মতা অমা ওইনা হাঙ্গৈ,— "এবং সব্যাপসব্যভ্রমণ কৌতুকে,— বামাবর্ত্তেন কৃষ্ণো ভ্রমতি যদি তদা দক্ষিণাবর্ত্তরীত্যা, তন্বঙ্গ্যো মণ্ডলস্থা বিদধতি নটনং সম্মুখিনাং ক্রমেণ। ইত্থং তাং সোঽপি শশ্বৎ সরস সকৌতুকং প্রতিলোমানুলোম্য— স্বীকারেণৈব ভ্রমতি নটনকলা কেলি পারং স্ম গা তে॥" ভাবার্থদি— রাসমণ্ডলীদা— শ্রীকৃষ্ণনা ওইরোমদা কোঙ্গৈতুনা জগোই সাই, গোপীসীংনা জগোই সাবগী হৌনবী মতুংইন্না এৎলোমদা কোঙ্গৈতুনা জগোই সাই। মাসুমনা রাসমণ্ডলীদা কোঙ্গৈতুনা—চংতুনা জগোই সাই, অসিনি। মাতুদা গোপীনা এৎলোমদা,

—ব্যাখ্য— কৃষ্ণনা ওইরোমদা কোঈডুনা জগোই সাবা অদুনা কাব্যগী গো-মুত্রিকা-বন্ধনগুমনা রাসগী জগোই সাই, হাঈবনি। মাদুদা শ্রীকৃষ্ণনা জগোইগী খোঙচত্ত' লেংবা অদু মায়েপকী মতিক থুখরে,— গোপীসীং অদুনা শ্রীকৃষ্ণবু মহাক মহাক্কী মনাক্তদা লৈ, হাঈনা নিংঈ। এৎলোমদা কোঈরিবী গোপী অনিগী মরক্তা শ্রীকৃষ্ণনা লেকতুনা নাক এৎকী গোপী অনিদা খুৎ অনিনা কোল্লম্বা অদু থাদোকতুনা মথংদা গোপী অনি অমদা চংতুনা জগোই সাতুনা কোল্লম্বা অসুমনা চৎথিবা অদুনা থুমন্দুনা গোপীসীংনা শ্রীকৃষ্ণবু মহাক—মহাককী নাক্তদা লৈবা ওইনা নিংঈ, অসুমনা কবিকর্ণপুরনা ব্যাখ্যা তৌবা পামডুনা চম্পূদা ইরমই। মাসিদা কবিকর্ণপুরনা হাঈরিবা অসি মাখোইগী লৈপাককী চৎনবীগী মতুংইন্না— শ্রীমদ্ভাগবতকী ব্যাখ্যা তৌডুনা হাঈবনি। মাসি মণিপুরীসীংনা লৌবা য়াদে। মরমদি— মণিপুরীদি জগোই সাবদা ওইরোমদা কোঈডুনা চৎপা জাতিনি, অদুনা এখোইনা শ্রীমতী রাসলীলাবু ধ্যান তৌবদা গোপীসীংনা রাসমণ্ডলদা ওইরোমদা কোঈডুনা জগোই সাই, হাঈনা উই মরম অদুনা ভাগ্যচন্দ্র জয়সিংহ নিংথৌনা মাগী সমাধিদা—রাসদা গোপীসীংনা রাসমণ্ডলদা ওইরোমদা কোঈডুনা জগোই সাবা উথি। মাড ওইনা মণিপুরী রাসদসু ওইরোমদা কোঈডুনা জগোই সাই। থাঙ্গ-শেংবসু জগোই সাবদা ওইরোমদা কোঈডুনা সাবা অসিনা অচুম্বনি। মরমদি অনাদি বেদনা আদিত্য স্তুতিদা আদিত্যসীংনা ওইরোমদা কোঈডুনা কক্ষা-বৃত্তদা চৎপবু জগোই সাবনা চৎপাগুমই, হাঈ। মাডুদি,—

"যদ্দেবা অদঃ সলিলে সুসংবদ্ধা অতিষ্ঠত।
অত্রাবো নৃত্যতামিব তীব্রো রেণুরপায়ত॥"

(ঋগ্বেদঃ ১০।৭২।৬)

হে লাইসা! তাইবং সেম্বগী অহানবা মতমদা ঈশিং মথকতা নখোই ময়াম লৈরমই, নখোইনা ঈশিং অদুগী মথক্তা জগোই সাবগুমনা চৎপদগী য়ামনা কনবা উফুন ময়াম থোকখি। আদিত্যসীংনা কক্ষাবৃত্তদা ওইরোমদা চৎলি, হাঈবদি অচম্বা মী ফাউবা থংই, অদুবু জগোই সাবনা চৎপগুমনা

(যং মন্যেরন্) নভস্তাবদ্বিমানশতসঙ্কুলম্।
দিবৌকসাং সদারাণাং মত্ত্যৌৎসুক্যভৃতাত্মনাম্ ॥৪॥
ততো দুন্দুভয়ো নেদুর্নিপেতুঃ পুষ্পবৃষ্টয়ঃ।
জগুর্গন্ধর্ব্বপতয়ঃ সস্ত্রীকাস্তদযশোঽমলম্ ॥৫॥

তাবৎ (মতম অদুমক্তদা) নভঃ (আকাশ পু'।) মত্ত্যৌৎসুক্যভৃতাত্মনাম্ (রাস কুমৈ অদু এংনিংবনা পুকনিং লাংতক্লববা) সদারাণাম্ (মহাক মহাককী ভার্যাগা লোইনবা) দিবৌকসাম (লাইসী গী) বিমানশত সঙ্কুলম্ (বিমান চামা চামানা থল্লবা) নভঃ (অতিযানা ওইখি) ৪।

ততঃ (রাস হৌগৎলবা তুং অদুদা) দুন্দুভযঃ (লাইনা যৈবা দুন্দুভি—

শ্রীকৃষ্ণনা রাসমণ্ডলীদা জগোই হেক সাবদা এংনিংবনা লাংতক্লরবা লাইসীংনা মা মাগী ভার্যাগা লোইনন' লাকপগী বিমানশিনা অতিযা থনখরে।৪।
শ্রীরাসলীলা হৌগংলবদা লাইসীংনা দুন্দুভি যৈখি লৈনা নোং ওইনা

—ব্যাখ্যা— চৎপনি, অস্তুমনা অনাদি বেদনা হাঙ্গৈবা অসিনদি মৈতৈনা—জগোই সাবগী চৎপা অসি বেদগী সম্মতনি। গৌড়দেশনাচিংবদা জগোই সাবগা হরি সঙ্কীর্ত্তন তৌবগা রঙ্গপীঠ পরিভ্রমণদা এংলোম ঙাক্তদা মণ্ডলীদা চৎপা উই। মাসিগী মবমদি বিষ্ণুশাস্ত্রদা হাঙ্গৈ, মাদুদি,— ইন্দ্রনা ব্রহ্মাদা হাঙ্গৈজদুনা জগোই সাবদা মুপী শূদ্রসু সানা য়ানবা বেদদগী থৈদোকপীয়ু, হাঙ্গৈদুনা নাট্যবেদদা বেদদগী হোংদোকই, হাঙ্গৈ। হোদোকপা অদুদা ওই-রোমদা কোঙ্গৈদুনা জগোই সাবা অসি ভৌগোলিক সংস্থানগী মতুংইন্না থরা থরা থৈদোকপদা গৌড়দেশদসু শোকল্লুবা ওইরমগনি। মবমদি অনাদি—বেদদা সংসংনা য়াওবগা মান্নদনা গৌড়দেশগুম্বনা ওন্নবা হৌনদে। বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তিনা তৌবা ব্যাখ্যাদা মণ্ডলীগী ময়াইদা শ্রীরাধাকৃষ্ণ যুগলনা জগোই সাদুনা লৈ, অদুগা জগোইগী খোঙচৎকী মতুংইন্না মণ্ডলীদা গোপী অনি অনিগী মরক্তা চংদুনা জগোই সারুই, অদুগা অমোক মযাইদা শ্রীরাধাগা—জগোই সামিন্নে। মাদুদা খোঙচৎ অদু পরমাণু অমরোমতদা লেংবা জগোই সাবা অদুগী থুমনখিবনা মৈহুম পাইদুনা উরুরু লৈরগা পরেং সানা উবা অদুগুমনা শ্রীকৃষ্ণ ময়াম থোকপা উই, অস্তুমনা ব্যাখ্যা তৌই।৩।

বলয়ানাং নূপুরাণাং কিঙ্কিণীনাং চ যোষিতাম্ ।
স প্রিয়াণামভূচ্ছব্দস্তুমুলো রাসমণ্ডলে ॥৬॥
তত্রাতিশুশুভে তাভির্ভগবান্দেবকীসুতঃ ।
মধ্যে মণীনাং হৈমানাং মহামারকতো যথা ॥৭॥
পাদন্যাসৈর্ভুজবিধুতিভিঃ সস্মিতৈর্ভ্রূবিলাসৈর্ভজ্যন্মধ্যৈশ্চলকুচপটৈঃ
কুণ্ডলৈর্গণ্ডলোলৈঃ ।

খিবিকনা ) নেছ্ন ( নিনখি ) পুষ্প বৃষ্টয়ঃ ( লৈগী নোংনা ) নিপেতুঃ ( চুথখি ) সস্ত্রীকাঃ ( নুপীগা লোইনবা ) গন্ধর্ব্ব পতয়ঃ ( গন্ধর্ব্ব অথোইবাসী না ) তৎ ( শ্রীকৃষ্ণগী ) অমলম্ ( মক্তবা ) যশঃ ( যশবু ) জগুঃ ( শকখি ) ।৫।

রাসমণ্ডলে ( রাসমণ্ডলদা ) সপ্রিযানাম্ ( শ্রীকৃষ্ণগা লোইনবী ) যোষিতাম্ ( গোপীসীংগী ) বলয়ানাম্ ( বলয়া ) নূপুরাণাম্ ( নূপুরগী ) কিঙ্কিনীনাম্ চ ( কিঙ্কিনী সীংগীসু ) তুমুলঃ ( নিন খে লেবা ) শব্দঃ ( খোঞ্জেলনা ) — অভূৎ ( ওইখি ) ।৬।

তত্র রাসমণ্ডল অতুদা ) হৈমানাম্ ( সনানা থামলবা ) মণীনাম্ ( মণি শীংগী মরক্তা ) মহামারকতঃ ( ইন্দ্রনীল মণিনা ) যথা ( তৌবগুমনা ) ভগবান্ ( ষড়ৈশ্বর্যনা পূর্ণ ওইবা ) দেবকীসুতঃ ( শ্রীকৃষ্ণনা ) অতি শুশুভে ( থোইদোক্না নিংথিজখি ) ।৭।

পাদন্যাসৈঃ ( খোঙথাং খিবিকনা ) ভুজবিধৃতিভিঃ ( অমগা অমগা পাইশিন্দুনা লৈরম্বদগী অভিনয তৌনবা খুৎ হাইদোকপদা পাম্বোমগী হাই হুম্বা

---

চুখি, অপ্সরাগা লোইনাহুনা গন্ধ বিপতিসীংনা শ্রীকৃষ্ণগী মক্তবা যশকীর্ত্তিবু ছকখি ।৫।

রাসমণ্ডল অতুদা শ্রীকৃষ্ণগা লোইননা সান্নরিবী গোপীসী গী খুদাংদা সিন্নিবা বলয়াসীং, খোঙদা সিন্নিবা নূপুর অমসু কিঙ্কিনী পুম্নমক্কী খোঞ্জেননা য়াম্মনা নিন-খোংখি । রাসমণ্ডল অতুদা সনানা থামলবা মণিসীং অনি অনিগী মরক্ত ইন্দ্রনীলমণিনা ফজবাগুমনা ভগবান্ ওইবা দেবকীগী মচা শ্রীকৃষ্ণনা থোইদোকনা ফজখি ৬—৭

শ্রীকৃষ্ণগী প্রিয়া ওইবী গোপীসীংনা জগোই সাবগী মথন মথা য়াম্নবা

স্বিদ্যন্মুখ্যঃ কবররশনাগ্রন্থয়ঃ কৃষ্ণবধ্বো গায়ন্ত্যস্তং তড়িত ইব তা মেঘচক্রে বিরেজুঃ ॥৮॥

উচ্চৈর্জগুর্নৃত্যমানা রক্তকণ্ঠ্যো রতিপ্রিয়াঃ।
কৃষ্ণাভিমর্শমুদিতা যদ্গীতেনেদমাবৃতম্ ॥৯॥

খিবিকনা ) সস্মিতৈঃ ( মোমোন নোকপগা লোইনবা ) ভ্রূবিলাসৈঃ ( পীশুম অনিগী মথেক নিংথিজবা খিবিকনা ) ভজ্যমধ্যৈঃ ( তেক্কদবগুম নৌবা থেক কোল্লিবা খ্বাং খিবিকনা ) চলকুচপটৈ ( হাই হুমলবা থবাক অমসু মথক্তা লৈবা ফী থিবিকনা খুদম ওইদুনা ) স্বিদ্যন্মুখ্যঃ ( জগোই সাবগী হুমাং সোরবী মাইথোং ওইবী ) কবর-রসনা-গ্রন্থয়ঃ ( শম্বুন অমসু থৌড়ী মচানা মফম মফমদা চেৎনা পুল্লবী ) কৃষ্ণবধ্বঃ ( শ্রীকৃষ্ণগী চান্নবী গোপীসীং ) তম্ ( শ্রীকৃষ্ণবু )— গায়ন্ত্যঃ ( ছকতুনা ) তাঃ ( মাখোই পুম্নমকনা ) মেঘচক্রে ( নোংগী মপৈদা ) তড়িতঃ ইব ( নোংথাংগুমনা ) বিরেজুঃ ( নিংথিখি ) ।৮।

নৃত্যমানাঃ ( জগোই সারিবী ) রক্তকণ্ঠ্যঃ ( রাগ ময়ামনা মাখোইগী— খোনাওদা চুরবী ) রতিপ্রিয়াঃ ( শ্রীকৃষ্ণনা পেনবতা পাম্বী ) কৃষ্ণাভিমর্ষমুদিতাঃ ( শ্রীকৃষ্ণনা শোকপীবা অতুনা নুংঙাইরবী গোপীসীনা ) উচ্চৈঃ খোঞ্জেন— রাংনা ) জগুঃ ( ছকখি ) যদ্গীতেন ( গোপীসীংগী ঈশৈ শক্তুনা ) ইদম্ ( বিশ্ব অসি ) আবৃতম্ ( কুপশিনখরে, হায়বদি গোপীগী ঈশৈনা তাইবংপানবাসি সিনথুংখি, অর্থ অমনা গোপীনা ছকপা ঈশৈ অদুবু ছক্কবনা তাইবংপানবা পুম্বা থুংনা সন্দোকখি ) ।৯।

খোঙথাং, অভিনয় তৌনবা পাম্বোম মহাই ময়াম, মোমোন নোকপগা লোই-নবা জগোই, জগোই সাবদা তেক্কদবগুম উরবা খ্বাগী জগোই, জগোইগী হাই হুম্নবা থবাক অমসু শেৎলি ইল্লিবা ফিগী হাই হুম্বা, পুম্নমক অসিনা খুদম ওইদুনা গোপীসীংনা শম অমসু লংসুংনা চেংনা পুল্লদুনা শ্রীকৃষ্ণবু ছক-লদুনা নোং ময়ামদা নোংথাংনা তৌবগুমনা নিংথিজখি ।৮।

জগোই সারিবী, রাগ পুম্নমকনা মাখোইগী খোনাওদা চুহুনা লৈরবী, শ্রীকৃষ্ণনা পেনবতা পাম্বী, শ্রীকৃষ্ণনা মাখোইবু শোকপীবা অতুদা পেনলবী, ইবেমা গোপিকাসীংনা খোঞ্জেল রাংনা শ্রীকৃষ্ণবু থারদুনা ঈশৈ ছকখি,—

কাচিৎসমং মুকুন্দেন স্বরজাতীরমিশ্রিতাঃ।
উন্নিন্যে পূজিতা তেন প্রীয়তাং সাধুসাধ্বিতি।
তদেব ধ্রুবমুন্নিন্যে তস্যৈ মানং চ বহ্বদাৎ ॥১০॥

কাচিৎ ( কনাগুম্বী গোপী অমনা - বিশাখা সখীনা ) মুকুন্দেন-সমং— ( শ্রীকৃষ্ণগা ঈশৈ চপ মান্ননা ছকমিন্নদুনা ) অমিশ্রিতাঃ ( শ্রীকৃষ্ণনা ছকপা খোন্থাংগা মান্নহন্দদুনা তোঙান্নহল্লবা ) স্বরজাতীঃ ( স্বরজাতি খিবিকপু )— উন্নিন্যে ( মথক্তা পুখৎখি ) ঈশৈ অদু তাদুনা— প্রীয়তা ( পেল্লবা ) তেন ( শ্রীকৃষ্ণনা ) সাধু সাধু ইতি ( সাধু সাধু হাঙ্গৈদুনা ) পূজিতা ( বিশাখা সখীবু থাগৎখি—ইন্নাফনাচিংবা থাদুনা সম্মান তৌখি ) কনাগুম্বী অতোপপী গোপী অমনা—বিশাখা সখীনা— তদেব ( স্বরজাতি খিবিক থাঙ্গৎখিবা অদুবু )— ধ্রুবম্ উন্নিন্যে ( ধ্রুব কৌবা তাল অদুদা থাঙ্গৎখি ) তস্যৈ ( মাদুন্না তৌরিবী গোপী - বিশাখাদা ) মানং ( সম্মান - ফি, সনানাচিংবা মমন্ য়াম্বা পোৎ ) বহু ( য়ামনা ) অদাৎ ( শ্রীকৃষ্ণনা পীখি হাঙ্গৈবদি থাখি )।১০।

গোপীসীংগী ঈশৈ অদুনা জগৎ পুমনমক ভসি সিনবা থুংখি।৯। *

কনাগুম্বী গোপী অমনা হাঙ্গৈবদি— শ্রীরাধাগী সখী বিশাখানা শ্রীকৃষ্ণগা রাগ অমত্তদা চপ মান্ননা ঈশৈ ছবমিন্নরগা শ্রীকৃষ্ণনা ছকপা স্বরগী—

* আলোচ্য শ্লোক অসিদা "নৃত্যমানা" হাঙ্গৈবা অসি অর্থ অমদা 'ও গোপ সাবদা ফজদুনা শ্রীকৃষ্ণনা সম্মান তৌরবীনি" অম্মুমনা খংনগনি। 'রক্ত-কণ্ঠ্যঃ'—রাগ ময়ামনা মাখোইগী গৌড়ীদা চুরবী হাঙ্গৈবগী অর্থদা সঙ্গীতসারনা হাঙ্গৈ,— "তাবন্ত এব রাগাঃ স্যুঃর্যাবত্যো জীবজাতয়ঃ। তেষু ষোড়শ সাহস্রী পুরা গোপী কৃতা বরাঃ॥"—ব্রহ্মাগী সৃষ্টিদা পোকপা জীব জাতি পুম্নমককী রাগ তোঙান তোঙাননা লৈ ( সামুগী মীগী, উচেকী অম্মুম হাঙ্গৈবা জীবসীং অসিগী তোঙাননা খোঞ্জেন লৈ ), অদুগুম্বা জীবসীংগী রাগসীং অদুগী মনুংদা রাগ লীসিং তরাতরুক্না পুম্নমক্তগী হেল্লি, মরমদি মাখোই অদুদি রাসক্রীড়াদা ছকখিবা ঈশৈসীং অদুগী রাগনি। "যদ্ গীতেন ইদম্ আবৃতম্"— গোপীনা ছকখিবা ঈশৈসীং অদুগী রাগসীং অদুদা তাইবংপানবা পুম্নমক্না ঈশৈ ছক্লে, মাদুদা য়াওদবা রাগুদা জীবনা ঈশৈ ছক্তে; অম্মুন্না খংনগনি।৯।

কাচিদ্রাসপরিশ্রান্তা পার্শ্বস্থস্য গদাভৃতঃ।
জগ্রাহ বাহুনা স্কন্ধং শ্লথদ্বলয়মল্লিকা ॥১১॥

রাস-পরিশ্রান্তা ( রাস সান্নবনা চোকথ-হুইথহুনা রারবী ) শ্লথদ্বলয়-মল্লিকা ( খৃত্তা সিবা বলয, কোক্তা থেৎপা মল্লিকা নাম্বোকতুনা কেল্লবী )— কাচিৎ ( কনাগুম্বী গোপী অমনা—শ্রীরাধানা ) পার্শ্বস্থস্য ( মাগী নাক্তা লৈবা )

জাতিদা মথাং অমা হাইগৎতুনা শ্রীকৃষ্ণদগী তোঙান্না তাহনখি, মাহু তাবদা শ্রীকৃষ্ণনা পেল্লহুনা "সাধু সাধু" হাঈনা থাগৎলগা ফি, সনানাচিংবা থাহুনা সন্মান তৌই। কনাগুম্বী গোপী অমনাবু— শ্রীরাধাগী সখী ললিতানা, বিশাখানা থাঙ্গৎখিবা স্বরজাতিসীং অহুবু 'ধ্রুব' কৌবা নাট্যশাস্ত্রনা হাঈবা তালদা থাঙ্গৎখি, মাহুদস্থ শ্রীকৃষ্ণনা পেল্লহুনা য়ামনা সনা, মণি, ফিনাচিংবা থাখি।১০। *

রাসদা জগোই সাহুনা রারবী, মাধুর্য কৌবনা নিংথিজবী অহুনা খৃত্তগী

* আলোচ্য শ্লোক অসিনা 'স্বরজাতি' হাঈবগী অর্থনা স্বর মখল তরেৎনি, মাহুদি,— "ষড়জর্ষভৌ চ গান্ধারো মধ্যমঃ পঞ্চমস্তথা। ধৈবতশ্চ নিষাদশ্চ সর্ব্বেস্যুঃ শ্রুতিসম্ভবাঃ॥"— ষড়জ, ঋষভ, গান্ধার, মধ্যম, পঞ্চম, ধৈবত অমস্থ নিষাদ মাখোই তরেং আসনি। 'ময়ূর চাতকচ্ছাগ ক্রৌঞ্চ কোকিল দর্দুরাঃ। মাতঙ্গশ্চ ক্রমেণাহ স্বরানেতান্ সুতুর্গমান্॥"— ষড়জ স্বরবু ব্রা-হোংনা, ঋষভবু নোঙ্গৌবীনা, গান্ধারবু হমেংনা, মধ্যমবু ক্রৌঞ্চ—শানুথঙ্গোং-না, পঞ্চমবু কোকিলনা, ধৈবতপু হঙোইনা অমস্থ নিষাদবু সামুনা খোংই। স্বর তরেৎ অসিগী জাতিদি তরানিপাননি। মাহুদি,— "রাগস্তু জায়তে যস্যাঃ সা জাতিরভিধীযতে। শুদ্ধা চ বিকৃতাচেতি সা দ্বিধা পরিকীর্ত্তিতা॥ শুদ্ধাঃ স্যুর্জাতয়ঃ সপ্ত তাঃ ষড়জাদি স্বরাভিধাঃ। তা এব বিকৃতাঃ সত্যো জাতা বিকৃতি সংজ্ঞয়া। ষড়জ্যার্ষভী চ গান্ধারী মধ্যমা পঞ্চমী তথা। ধৈ-বতী চাথ গান্ধারী মধ্যমা পঞ্চমী তথা। ধৈবতী চাথ নৈষাদী শুদ্ধা এতাস্তু জাতয়ঃ॥" রাগগী থোকফমবু জাতি কৌই। মাহু শুদ্ধা অমস্থ বিকৃতা অসুমনা মখল অনি থোকই। ষড়জনাচিংবা স্বর তরেৎপু শুদ্ধাজাতি কৌই, মাখোই তরেৎ অহুনা মশক ওয়োকপাবু বিকৃতা কৌই।১০।

তত্রৈকাংসগতং বাহুং কৃষ্ণস্যোৎপলসৌরভম্।
চন্দনালিপ্তমাঘ্রায় হৃষ্টরোমা চুচুম্ব হ ॥১২॥

গদাভৃত্যঃ ( গদা পাইবা— শ্রীকৃষ্ণগী ) স্কন্ধম্ ( সাগনবু ) বাহুনা ( পাম্বোমনা কোনসিন্দুনা ) জগ্রাহ ( পাইখি )।১১।

তত্র ( পুম্নমককী মরক্তা কনাগুবী গোপী অমনা - শ্যামলানা ) অংসগতম্

বলয়া, কোক্তগী মল্লিকা পরেং নান্থেকতুনা তারবী গোপী অমা হাঙ্গৈবদি— শ্রীরাধানা ইবেমাগী নাক্তা লৈবা গদা পাইবা শ্রীকৃষ্ণগী লেংবান্দা ইবেম্মগী পাম্বোমনা কোনসিন্দুনা পাইখি। ১। *

গোপী ময়াম অতুগী মরক্তা শ্যামলানা মহাককী লেংবানদা হাপলিবা

* আলোচ্য শ্লোক অসিদা হাঙ্গৈরিবী গোপী অসিনা গোপী পুমনমকতগী ইহেন হেনবী শ্রীরাধানি। ইবেমানা জগোই সাবদা রারগা ওইরকপা— ফজববু নাট্যশাস্ত্রনা 'মাধূর্য্য' কৌই, মাদুবু বর্ণনা তৌরি। ইবেমানা জগোই সাবদা রারবদা ইবেমাগী শ্রীহস্তনা নাকতা লৈবা শ্রীকৃষ্ণবু কোনসিনখি। শ্রীকৃষ্ণদি মতম অতুদা নটসংগী মকোক লুচিংবনা পাইবা হৌনবা— গদা মানবা চৈ পাই, অদুনা শ্রীকৃষ্ণবু "গদাভৃতঃ" গদা পাইবা, অদুম্না হাঙ্গৈ। মাসিনা খংহনলিবদি,— গোপী ময়াম্না কোঙ্গৈরিবা রাস-মণ্ডলী ময়াইদা— লুচিংবা নট শ্রীকৃষ্ণনা লৈ, মাতুদা কনাগুম্ব গোপী অমনা পাম্বোম্না কোনখি, হাঙ্গৈবা অসিনা গোপী অসিম্থ জগোই সারিবী গোপী পুম্বগী লুচিংবী— আথাইবীনি, হাঙ্গৈবা ময়েকনা তারে। অদু ওইরবদি ময়েকনা তারে, গোপী পুম্বনা মকোঙ্গৈ ওইতুনা কে ঐবগা ময়াইদা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা যুগলমূর্ত্তি ওইতুনা জগোই সাই। ইবেমানা রাসজগোই সাবদা রাবতুনা নাক্তা লৈবা শ্রীকৃষ্ণদা কোল্লি। মতম অতুদা ইবেমাগী পাম্বোমদা থোনবা বলয়া অমসু কোকতা থোনবা মল্লিকা পবেং হুকথতুনা নানথৈ, অসুমনা হাঙ্গৈরি। মাসিগী ফজবা অসিবু অলঙ্কার শাস্ত্রনা 'মাধূর্য্য' কৌই। অসিগুম্বা ইবেমাগী মাধুর্য্য অসিবু ব্যাসদেবগী মপা পরাশরনাসু বর্ণনা তৌবমই,-- "পরিবর্ত্ত শ্রমেণৈকা চলদ্ব লয়লাপিনীং। দদৌ বাহু লতাং স্কন্ধে গোপীমধুনিঘাতিনঃ ॥" অসিনি। সনাতন

কস্যাশ্চিন্নাট্যবিক্ষিপ্তকুণ্ডলত্বিষমণ্ডিতম্।
গণ্ডং গণ্ডে সংদধত্যা আদাত্তাম্বুলচর্ব্বিতম্ ॥১৩॥
নৃত্যন্তী গায়তী কাঽপি কূজন্নূপুরমেখলা।
পার্শ্বস্থাচ্যুতহস্তাব্জং শ্রান্তাঽধাৎস্তনয়োঃ শিবম্ ॥১৪॥

( মাগী লেংবানদা লৈবা ) উৎপল-সৌবভম্ ( উৎপলগী মনম নম্বা ) চন্দনা-লিপ্তম্ ( চন্দন তৈবা ) কৃষ্ণস্য বাহুম্ ( শ্রীকৃষ্ণগী পাম্বোমবু ) আঘ্রায় ( মনম নমহুনা ) হৃষ্টরোমা ( তু চুংহুনা ) চুচুম্ব হ ( তশেং তশেংনা চুপখি ) ।১২।

নাট্য-বিক্ষিপ্ত-কুণ্ডলত্বিষ মণ্ডিতম্ ( জগোই সাবনা মরম ওইহুনা হাই-হুমলবা কুণ্ডল—নাইন অনিগী মঙাননা নিংথিজববা ) গণ্ডম ( মাগী খজাইবু সংদধত্যাঃ ( হাপ্লিবী ) কস্যাশ্চিৎ ( কনাগুম্বী গোপী —শৈব্যাদা ) তাম্বুল চর্ব্বিতম্ ( শ্রীকৃষ্ণনা হারিবা তাম্বুলবু ) প্রাদাৎ ( শ্রীকৃষ্ণনা ইনবিখি ) ।১৩।

নৃত্যতী ( জগোই সারিবী কনাগুম্বী গোপী অমনা—চন্দ্রাবলীনা ) গায়তী

---

শ্রীকৃষ্ণগী পাম্বোম উৎপল— থয়োগী মনম নম্বা, চন্দন তৈববু মনম নমগা মুঙাইবনা মতু-চুংহুনা ইফোং ফোংনা চুপখি ।১২। *

কনাগুম্বী গোপী—শৈব্যানা জগোই সাবনা হাই হুমহুনা ফজরবা কুণ্ডল নাইননা নিংথিজরবা মাগী খজাইবু শ্রীকৃষ্ণগী খজাইদা হাপখি, মতম অহুদা ইবুঙোনা হারিবা পা-ন অহু গোপিকা অহুদা ইনবিখি ।১৩।

জগোই সারিবী কনাগুম্বী গোপা অমনা—চন্দ্রাবলীনা, ঈশৈ হুকলিবী

—ব্যাখ্যা— পাদনা "গদাভৃতঃ" পদ অসিবু "গদতি বর্ণাত্মকং শব্দং বদতি" অসুম্না ব্যুৎপত্তি তৌহুনা গদাবু বেণুসু খংনগনি, হাঈ ; মাহুনা রাসমণ্ডলীগী ময়াইদা লৈবা ফোংদোকই ।১১।

* আলোচ্য শ্লোক অসিদা হাঈরিবা গোপী অসি অধ্যায় মথক্তা হাঈ-খিবগা মান্নবনা শ্যামলানি, হাঈনা খংনগনি। শ্রীকৃষ্ণগী পাম্বোম চুপ্পা অসিবু রসশাস্ত্রনা 'প্রাগ্‌লভ্য' কৌবা অনুভাবনি, হাঈ। মাহুদি,— "নিশঙ্কত্বং প্রয়োগেষু বুধৈরুক্তা প্রগ্‌লভতা।"—নায়ক নায়িকা অনিগী সম্ভোগ প্রয়োগ তৌবদা "ঐবু করি হাঈখিগদগে ?" হাঈবা চিংনবা লৈতনা নিপানা ভোগ-দবু মহাকনা তৌববু প্রাগ্‌লভ্য কৌই ।১২।

গোপ্যো লব্ধ্বাঽচ্যুতং কান্তং শ্রিয় একান্তবল্লভম্।
গৃহীতকণ্ঠ্যস্তদ্দোর্ভ্যাং গায়ন্ত্যস্তং বিজহ্রিরে ॥১৫॥

( ঈশৈ ছকলিবী ) কাচিৎ ( কনাগুম্বী গোপী অমনা— পদ্মানা ) কূজন্নূপুর-মেখলা (জগোই সাবগী তাল থাবগী লেং ওৎপনা নূপুব অমসু মেখলানা মখোন থোক্লবী ) শ্রান্তা ( জগোই সাত্নুনা র ববী ওইদুনা—মাধূর্য অনুভাবনা লৈতেং-লবী ওইদুনা ) শিবম্ ( মঙ্গলগী মশক ওইবা ) অচ্যুত-হস্তাব্জম্ ( শ্রীকৃষ্ণগী খুৎ থম্বালবু ) স্তনযোঃ ( থবাক অনিদা ) অধাৎ ( হাপখি ) ।১৪।

শ্রিযঃ একান্তবল্লভম্ ( লক্ষ্মীগী খমথেংনা চান্নবা ) অচ্যুতং ( শ্রীকৃষ্ণবু ) কান্তম্ ( চান্নবা ওইববু ) লব্ধ্বা ( ফংলদুনা ) গোপ্যঃ ( গোপীসীংনা ) দো-র্ভ্যাম্ ( পাম্বোম অনিনা ) তম ( শ্রীকৃষ্ণবু ) গৃহীত-কণ্ঠ্যঃ ( শ্রীকৃষ্ণগী খৌড়ী-দা কোন্দুনা ) গ বন্ত্যঃ ( ঈশৈ ছকতুনা ) বিজহ্রিবে ( সান্নখি ) ।১৫।

কনাগুম্বী গাপী অমনা— পদ্মান, জগোই সাবা, ঈশৈ ছকপা, খোঙদা—সিবিবা নূপুব, খবাদা সিবিবা মেখলান তালগী মতুংইন্না মখোন থোকলবী ওইদুনা বাবদুনা জগোই সান সনা, ঈশৈ শরা শরা চংলকতুনা শ্রীকৃষ্ণগী খুৎ-থম্বালবু মাখোইগ থবাক অনিদ। হাপখি।১৪। *

লক্ষ্মীগী খমথেংনা চান্নবা শ্রীকৃষ্ণবু মাখোইগী চান্নবা ওইবা ফংলবী গোপীসীংনা শ্রীকৃষ্ণবু মাখোইগী পাম্বোন অনিনা কোল্লদুনা শ্রীকৃষ্ণমক্তবু থাগৎতুনা ঈশৈ ছকতুনা সান্নখি।১৫।

* "গায়ন্তী" অমসু "নৃত্যন্তী" অনিমক তুম্ আগম তৌদবা আর্বনি, অমসু গায়ন্তীদি গাযন্তী অসুমনা তুম তৌবা পাঠও লৈ। পদ অনি অসিনা—শ্রীচন্দ্রাবলী অমসু পদ্মা অনিনি, অসুমনা খংনগনি, অসুমনা গোস্বামীপাদ-সীংগী ব্যাখ্যানা হাঈ। ইবেমা অনিমক থবক-- প্রেমসেবাদা চপ মান্নবা মরমনা বিশেষণদা এক বচন ওইবনি। মাসুম তৌদুনা গোপী নিপানগী—মসুংদা তবেত্তি মথং মথং হাঈগরে, মুপ্নগী নিপানসুবী গোপীবুদি মতাং অসি-দসু হাঈদবে, মাদুদি ইবেমা ভভ্রান, অসুমনা খংনগনি। মহাক্কী প্রেম-সেবাদি ব্যাখ্যাদা এখোইনা লৌখৎখিবা অদুনি, অসুমনা খংনগনি, মাদুমনা তোষণীদা শ্রীসনাতন পাদনা ব্যাখ্যা তৌই।১৪।

কর্ণোৎপলালকবিটঙ্ককপোলঘর্মবক্ত্রশ্রিয়ো বলয়নূপুরঘোষবাদ্যৈঃ ।
গোপ্যঃ সমন্তগবতা ননৃতুঃ স্বকেশস্রস্তস্রজো ভ্রমরগায়করাসগোষ্ঠ্যাম্ ।১৬॥
এবং পরিষ্বঙ্গকরাভিমর্শস্নিগ্ধেক্ষণোদ্দামবিলাসহাসৈঃ ।
রেমেরমেশোব্রজসুন্দরীভির্যথাহর্ভকঃস্বপ্রতি বিম্ববিভ্রমঃ ।১৭॥

কর্ণোৎপলাল-অলকবিটঙ্ক-কপোলঘর্ম্ম-বক্ত্রশ্রিয়ঃ ( নাকোদা শ্রীকৃষ্ণনা চিনবীবা থরো, লাইপক অকোইবদা তারকলবা শমজোইনা উচেক্কী তোংফমগুম সাবা, খজাইদা হুমাং সোবকপা, পুন্নমক তসিনা নিথজববী মাইথোং—ওইবী ) স্বকেশস্রস্তস্রজঃ ( জগোই সুঙাইদুনা শম্না থাব-গুমন শমদগী লৈপরেং নাম্থোকত্তুনা লৈপাক্তা তারবী ) গোপ্যঃ ( গোপীসীংনা ) বলয়-নূপুর-ঘোষবাদ্যৈঃ ( খুদাংদা সিরিবা বলয়, খোঙদা সিরিবা নূপুর, পুন্নমককী খোঞ্জেলনা বাদ্যযন্ত্র ঘৈরবা ওইদুনা ) ভ্রমর গায়ক রাস-গোষ্ঠ্যাম্ ( খোইমু খোংবনা ঈশৈ ছকপা ওইরবা রাস সান্নফমদা ) ভগবতা সমম্ ( শ্রীকৃষ্ণগা লোইনাত্তুনা ) ননৃতুঃ—( জগোই সাখি ) ।১৬।

রমেশঃ ( রমাগী মবুঙো শ্রীকৃষ্ণনা ) পরিষ্বঙ্গ-করাভিমর্শ-স্নিগ্ধেক্ষণ উদ্দাম বিলাস হাসৈঃ ( আলিঙ্গন তৌবা, খুৎনা থবাকনাচিংবদা শোকপা, অনুরাগগা লোইননা এংবা, অথোইবা বিলাসগা লোইননা নোকপা, পুন্নমক তসিনা মরম ওইদুনা ) ব্রজসুন্দরীভিঃ ( ব্রজসুন্দরী গোপীসীংগা লোইনদুনা ) স্বপ্রতিবিম্ব-বিভ্রমঃ ( মুংশেন মন্নংদা তাবিবা মহাককী প্রতিবিম্বগা সান্নবা ) অর্ভকঃ যথা ( অঙাংনা তৌবগুমনা ) এবং ( মাসুমনা ) রেমে ( সান্নখি ) ।১৭

গোপীসীংনা শ্রীকৃষ্ণগা লোইননা খোইমুগী খোঞ্জেলনা ঈশৈ ছকপা ওইবা রাস গোষ্ঠীদা গোপীসী গী খোঙদা সিবা নূপুর, খুত্তা সিবা বলয়া•••, মাখোইগী খোঞ্জেলনা পুংনাচিংবা যন্ত্রগী খোঞ্জেল ওইত্তুনা জগোই সাখি, মত্তম অত্তুদা গোপীসীংগী নাকোদা শ্রীকৃষ্ণনা চিনবীবা থরো, মাইদা তারকপা শমজোইনা উচেক তোংফমগুমনা কোইনা কোইনা তাবা, জগোই সাবদা—কোক্তা থেৎপা লৈপরেংনা থাব গুম্ন কেন্দুনা তাবদুনা নিংথিজরি ।১৬।

রমাগী মবুঙো শ্রীকৃষ্ণনা গোপীসীংবু আলিঙ্গন তৌবা, গোপীসীংগী থবাকনাচিংবদা খুৎনা শোকপা, থোৎনা অনুরাগগা লোইননা এংবা, অথোইবা

তদঙ্গসঙ্গপ্রমদাকুলেন্দ্রিয়াঃ কেশান্দুকূলং কুচপট্টিকাং বা।
নাঞ্জঃ প্রতিব্যোঢ়ুমলং ব্রজস্ত্রিয়ো বিস্রস্তমালাভরণাঃ কুরুদ্বহ ।১৮।।
কৃষ্ণবিক্রীড়িতং বীক্ষ্য মুমুহুঃ খেচরস্ত্রিয়ঃ।
কামার্দিতাঃ শশাঙ্কশ্চ সগণো বিস্মিতোঽভবৎ ।।১৯।।

কুরূদ্বহ ( হে পরীক্ষিৎ ! ) তদঙ্গসঙ্গ প্রমুদাকুলেন্দ্রিযা: ( শ্রীকৃষ্ণগী— শ্রীঅঙ্গগা তিন্নবগী নুঙাইবনা মাখোইগী হকচাং পুম্বা লাকসিনবা ঙমদ্রবী ) বিস্রষ্ট-মালাভরণাঃ ( লীকনাচিংবা মালা আভবণ পুম্বা নাম্থোক্লবী ) ব্রজস্ত্রিযঃ ( ব্রজগোপীসীংনা ) কেশান্ ( শম্ খিবিকপু ) দুবূলম্ ( ইন্নফি ) কুচপাট্টিকাম্ বা ( থাখুম্মুম ) প্রতিব্যোঢ়ুম্ ( সেমজিনবা শেৎচনবাবু ) অঞ্জঃ ( সংসংনা ) ন অলম্ ( ঙমখিদে ) ।১৮।

খেচরস্ত্রিযঃ ( লাইগী মুপী পুম্নমকনা ) কামার্দিতা: ( কামনা রাব্রবী ওই-দুনা ) কৃষ্ণবিক্রীড়িতম্ ( শ্রীকৃষ্ণনা সান্নববু ) বীক্ষ্য ( উরগা ) মুমুহু: (ঙকখি) সগণঃ ( মহাককী কাংলুপ থরান্মচাকসীংগা লোইনবা ) শশাঙ্কঃ চ ( চন্দ্রমু ) বিস্মিতঃ অভবৎ ( ঙকখি ) ।১৯।

বিলাসগা লোইননা নোকপা, আসনাচিংবা তৌদুনা ব্রজসুন্দরী গোপীসীংগা লোইনদুনা অঙাংনা মুংশেনদা তাবা মমিগা সান্নবগুম সান্নখি ।১৭।

হে পরীক্ষিৎ ! গোপিকা পুম্নমক শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীঅঙ্গগা শোক্লব' তিন্নবগী মুঙাইবনা হাম্নখিদুনা মাখোইগী ইন্দ্রিয পুম্বা চোকথা দুইথখরে, মাখোইগী হকচাংদা সিব্রিবা লীক, লৈপরেংনাচিংবা আভরণ পুম্বা মফম মফমদগী নান-থোক্লে, শম, ইন্নফি, থাখুম সেমজিনবা থাক্লশেংনা ঙমদরে ।১৮।

লাইগী মুপী পুম্নমকনা কামনা মাখোইবু নোইহৎতুনা শ্রীকৃষ্ণনা সান্নবা অদু উরগা ঙকখি, থরাম্মচাক ময়ামগা থোক্লিবা থাম্ম ঙকখি ।১৯। *

* মতাং অসিদা নক্ষত্রসীংগা লোইনবা চন্দ্রনা ঙকখি, হায়বদি— শ্রীকৃষ্ণগী রাসলীলা উবদা মাদুবু এংগদবগী জ্যোতিষচক্র অসি মাগী উরু-রু লৈবা অদু লেপতুনা থাম্ম লেংদনা লৈখি, হায়বনি। মরম অদুনা রাসগী অহিং অদু ওইথোক্লবা মওংদা শাংদোকখি। মাদুগী মরমদা মমাংদা হায়রকখিগনি,

কৃত্বা তাবন্তমাত্মানং যাবতীর্গোপযোষিতঃ।
রেমেসভগবান্‌স্তাভিরাত্মারামোঽপিলীলয়া ॥২০॥
তাসামতি'বহারেণ শ্রান্তানাং বদনানি সঃ।
প্রামৃজৎকরুণঃ প্রেম্না শন্তমেনাঙ্গ পাণিনা ॥২১॥

যাবতীঃ গোপযোসিতঃ ( গোপিকাসীং মসিং মাতুপকীমথৈ ওইবা ) তাবন্তম্ ( মাতুপকী মথৈ ) আত্মানম্ ( মহাকপু ) লীলয়া ( ইরাই লাইনা )—কৃত্বা ( তৌতুনা ) সঃ ভগবান্ ( অতুগুম্বা ভগবান্‌না ) আত্মারামঃ অপি—( আত্মারাম ওইতুনসু ) তাভিঃ ( গোপীসীংগা লোইনাতুনা রেমে (সান্নখি) ।২০।

অঙ্গ ( হে পরীক্ষিৎ ! ) অতি বিহারেণ ( য়ামনা সান্নবনা ) শ্রান্তানাম্ ( রাতুনা েকথা তুইথরবী ) তাসাম্ ( গোপীসীংগী ) বদনানি ( মাইথোংবু ) করুণঃ ( থোজানবিরবা ) সঃ ( শ্রীকৃষ্ণনা ) প্রেম্না ( নুংশিনা ) শন্তমেন—(মঙ্গল অথোইবা ওইবা) পাণিনা (শ্রীহস্তনা) প্রামৃজৎ (শেংদোকপিখি) ।২১।

শ্রীকৃষ্ণনা আত্মারাম ওইতুনসু ইরাই লাইনা গোপীসীংগী মসিং অতুপ ইবুঙোম্ব ওইতুনা গোপী খুদিংগা শ্রীকৃষ্ণ অমামম লোইনাতুনা সান্নখি ।২০। *

হে অঙ্গ—পরীক্ষিৎ ! য়াম্না সান্নবনা ব্বারবী গোপীসীংগী মাইথোংবু—

---

—ব্যাখ্যা— মাতুদি,—"ব্রহ্মরাত্র উপাবৃত্তে"—ব্রহ্মাগী অহিং অমা হৌখরবদা অসিনাচিংবনি। মাতুদি সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর অমসু কলি, যুগ মরিবু মহাযুগ অমা কৌই। মহাযুগ অতু লীসিং অমগী পরিমাণবু ব্রহ্মাগী অহিং অমা কৌই। অতুনা শ্রীকৃষ্ণনা রাস সান্নবা অহিং অতু ব্রহ্মাগী অহিং অমা—শাংদোকখি অসুমনা চক্রবর্ত্তি পাদনাচিংবনা ব্যাখ্যা তৌবা পামই ।১৯।

* মথক্তা হান্নবা গোপীসীংগা লোইনাতুনা সান্নৈ হাঙৈখরবামক্তদা অমোক হম্না 'সান্নৈ' হাঙৈবা অসিগী ভাবতি,— হান্নগীনা রাসগী জগোই সাতুনা সান্নবগীনি আলোচ্য শ্লোক অসিদা হাঙৈরবা আসনা অথুপ্পা মফম— কুঞ্জদা পে'খাতুনা সান্নবনি, অসুমনা খংনগনি. মাতুদা গোপী পুম্নমক মীপুমতিংনা শ্রীকৃষ্ণ অমামমগা লোইনাতুনা গোপী খুদিংগী কুঞ্জ অমামম ওইতুনা শ্রীকৃষ্ণনা গোপীসীংগা লোইনাতুনা সান্নৈ, অসুমনা হাঙৈরি।২০।

গোপ্যঃ স্ফুরৎপুরটকুণ্ডলকুন্তলত্বিড়্‌গণ্ডশ্রিয়া সুধিতহাসনিরীক্ষণেন।
মানং দধত্য ঋষভস্য জগুঃ কৃতানি পুণ্যানি তৎকররুহস্পর্শপ্রমোদাঃ ।২২।
তাভির্যুতঃ শ্রমমপোহিতুমঙ্গসঙ্গঘৃষ্টস্রজঃ স কুচকুঙ্কুমরঞ্জিতায়াঃ।
গন্ধর্বপালিভিরনুদ্রুত আবিশদ্বাঃ শ্রান্তো গজীভিরিভরাড়িব ভিন্নসেতুঃ ।২৩।

---

তৎকররুহস্পর্শপ্রমোদাঃ ( শ্রীকৃষ্ণগী খুৎনা শোকপদা থোইদোকনা—পেল্লবী ) গোপ্যঃ ( গোপীসীনা ) স্ফুরৎ-পুরত-কুণ্ডল কুন্তলত্বিড়্‌গণ্ডশ্রিয়া ( ইরং লংলবা সনগী কুণ্ডল নাযিন অমসু শমজোইনা ঙানহল্লবা চাইরুংগী ফজবনা ) সুধিতহাস নিরীক্ষণেন ( অমৃতগী মশক ওইবা ফজববা মীনোক, মীৎএংনা মরম ওইদুনা ) ঋষভস্য ( মবুঙো শ্রীকৃষ্ণগী ) মানং দধত্যঃ ( সম্মান তৌরিবী ওইদুনা ) কৃতানি ( শ্রীকৃষ্ণনা তৌখববা লীলাবু ) পুণ্যানি ( পুণ্যগী মশক ওইবা খিবিকপু ) জগুঃ ( ছকখি ) ।২২।

কুচকুঙ্কুমরঞ্জিতাযাঃ ( মাখোইগী থবাক্তা তৈবা কুমকুম চন্দননা চুরবা ) থোজানবিবা শ্রীকৃষ্ণনা মঙ্গলগী মশক ওইবা শ্রীহস্তনা যামনা নুংশিনা তৈথোকপিখি ।২১ *

স্বাধীন-ভর্তৃকাবস্থাদা শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীহস্তনা শোকপীবদা হবাওরবী গোপী-সীংনা ফজববা সনা কুণ্ডল নাযিন অমসু শংজোইনা ফজবা মচালনা চাইরুং অনিগী ফজবা অদুনা অমসু অমৃত ওইববা মীনোক, মীৎএংনসু মবুঙো—শ্রীকৃষ্ণবু সম্মান তৌদুনা শ্রীকৃষ্ণনা তৌখিবা লীলাবু ঈশৈ ওইনা ছকখি ।২২। †

গোপীসীংগী থবাক্তা তৈবা কুমকুম চন্দন চুদুনা ঙাংজুনরবা, গোপীসীংগী

* "তাসামতি বিহারেণ" হাঈবা আলোচ্য শ্লোকশিদা "তাসাং রতি বিহারেণ" অমুম্না পাঠ লৈ। শ্লোক অসিনা গোপী খুদিংগী স্বাধীনভর্তৃকা-বস্থাবু বর্ণন তৌবনি, হাঈনা খংনগনি ।২১।

† স্বাধীন-কান্তা ওইবী গোপীসীংনা কান্তনা সেৎপী ইনবিরবা রত্ন অল-ঙ্কার পুমমক তৌদুনা মহাক মহাককী কুঞ্জদগী মপান থোরকতুনা রাসলীলা লোইবা ফোংদোকপা মঙ্গল গান তৌববু আলোচ্য শ্লোক অসিনা হাঈ। মরম অসিনা রাসলীলানা মাসিদা লোইরে, অমুম্না খংনগনি ।২২।

**অঙ্গসঙ্গঘৃষ্টস্রজঃ** ( মাখোইগী হকচাং সম্নবা মরমনা—নোইথেক্লবনা লৈপরেংগী মনম তাহ্নুনা লাকপা ) গন্ধর্বপালিভিঃ ( গন্ধর্ব অথোইবাগুমনা ঈশৈ ছকলিবা খোইমুসীংনা ) অনুদ্রুতঃ ( ইবুঙো মাগী মতুং ইন্দুনা পাইবা ) সঃ ( শ্রীকৃষ্ণনা ) তাভিঃ ( গোপীসীং অতগা ) যুতঃ ( লোইনাতুনা ) ভিন্নসেতুঃ ( পল নমখাইরবা ) ইভবাট্ ইব ( সামু অথোইবনা তৌবগুমনা ) বাঃ—( যমুনাগী ঈসিংদা ) শ্রান্তঃ ( সান্নবনা ৱাবনা ) শ্রমম অপোহিতুম্ ( অৱাবা পোপথোক্লবগী দমক ) আবিশৎ ( কুমখি ) ।২৩।

হকচাংগা তরুকরবা শ্রীকৃষ্ণগী বনমালা,— মাহুগী মনম তাডুনা গন্ধর্ব-অথোইবাগুম্না ঈশৈ ছকপা খোইমুসীংনা ইবুঙো মহাক্কী মতুং-ইন্না পাইরবা শ্রীকৃষ্ণনা গোপীসীংগা লোইনবতুনা পন থুদেকতুনা সামু অথোইবনা তৌবগুমনা সান্নবনা বাবতুনা অৱাবা পোপথোকনবগী দমক যমুনাগী ঈসিংদা কুমখি ।২৩। *

* বৈদিকযুগতা যাগ তৌবা লোইববদা অবভৃত কৌবা স্নান অমু তৌই, মাতু তৌরগা তৌখববা যাগ অমু সাঙ্গ ওইদুনা পুণ্য ওই। শ্রীভাগবত—অসিদম্ম হঙ্গৈরক্নি,— সূর্য্যগ্রহণগী দমক লাকপদা কুরুক্ষেত্রদা শ্রীকৃষ্ণগা ব্রজগোপীসীংগা উনৈ, মাতু লোইরবা তুংদা বসুদেবনা যাগ তৌই, লোইরগা অবভৃত স্নান তৌই। অসিগুম্বা অবভৃত স্নান অমু তৌবগুমনা — জলকেলী তৌনবগী দমক রাসলীলা সান্নবা লোইববদা গোপী মযাম পুদুনা শ্রীকৃষ্ণনা যমুনাদা কুমখরে। স্বাধীন ভর্তৃকাবস্থাদা শ্রীকৃষ্ণগা লোইনাডুনা সান্নবদা—শেংননবগী দমক স্নান তৌবদি নত্তে, মবমদি জলকেলি তৌবা মতমদা অরুণোদয় ওইদরি। অরুণোদযগী মমাংদদি স্নানবেলা নত্তে, হাঙ্গৈবদি স্নানবেলা নত্তবদা শেংনবা স্নান তৌবা যাদে। অমুনা শ্রীকৃষ্ণনা গোপী মযামগা—লোইনতুনা যমুনাদা কুম্বদি অবভৃত স্নানগুমনা সান্নবনি, অস্নম্না খংনগনি। মাসিদা খংগদবদি রাসগী ভজনদদি—জলকেলী, মাতুগী মথংদা বন-ভ্রমণ... ফাউবা অসি শ্রীমতী রাসলীলাগী অঙ্গনি, অসুমনা শ্রীসনাতন পাদনা—তোষণীদা হাঙ্গৈ ।২৩।

সোঽম্ভস্যলং যুবতিভিঃ পরিষিচ্যমানঃ
প্রেম্ণেক্ষিত প্রহসতীভিরিতস্ততোঽঙ্গ।
বৈমানিকৈঃ কুসুমবার্ষিভিরীড্যমানো
রেমে স্বয়ং স্বরতিরত্র গজেন্দ্রলীলঃ।।২৪।।

ততশ্চ কৃষ্ণোপবনে জলস্থলপ্রসূনগন্ধানিলজুষ্টদিক্তটে।
চচার ভৃঙ্গপ্রমদাগণাবৃতো যথা মদচ্যুদ্দ্বিরদঃ করেণুভিঃ।।২৫।।

অঙ্গ ( হে নিংথৌ ! ) প্রহসতীভিঃ ( কন্না নোক্লবা ) যুবতিভিঃ ( যুবতী-সীংনা ) ইতস্ততঃ ( মাইকৈ পুম্বদা ) অলম্ ( থোইদোক্না ) পরিষিচ্যমানঃ—( ঈসিং চাইসিল্লবা ) প্রেম্ণেক্ষিতঃ ( ইবুঙো মাবু প্রেমগা লোইননা এংলবা ) কুসুম-বার্ষভিঃ ( লৈ পাইদুনা চাইথরিবা ) বৈমানিকৈঃ ( অতিয়াদা বিমান—তোংদুনা লৈবা লাইসীংনা ) ঈড্যমানঃ ( স্তুতি তৌরবা ) স্বয়ং স্বরতি ( মহাক্তি আত্মারাম ওইবা ) গজেন্দ্রলীলঃ ( সামু অথোইবাগুম্না সান্নরিবা ) সঃ ( অদু-গুম্বা শ্রীকৃষ্ণনা ) অম্ভসি ( ঈসিংদা ) অত্র ( গোপীসীংগী মণ্ডল অদুদা ) অলং ( থোইদোকনা ) রেমে ( সান্নখি ) ।২৪।

ততঃ চ ( জলকেলি লোইরবা তুংদা ) জল-স্থল প্রসূন-গন্ধানিলজুষ্টদিক্-তটে ( ঈসিংদা সাংপা, কংফালদা সাংপা লৈগী মনম পুবা নুংসিৎ নামিবনা কোঈনা হুন্নবা ) যমুনোপবনে ( যমুনা মপানদা লৈবা উপবনদা ) ভৃঙ্গ-প্রমদা-গণাবৃতঃ ( খোইমুনে অথোইবা নুপীনে মমনা কোঈরবা শ্রীকৃষ্ণনা ) মদচ্যুৎ ( মচুম তারিবা ) দ্বিরদঃ ( সামুনা ) করেণুভিঃ যথা ( সামু অমোমগা লোইননা সান্নবাগুমনা ) চচার ( কোঈনা চৎতুনা সান্নখি ) ।২৫।

হে পরীক্ষিৎ নিংথৌ ! শ্রীকৃষ্ণবু ঈসিংদা গোপীসীংনা কোঈসন্দুনা,—প্রেমগা লোইননা এংদুনা, য়ামনা কন্না ঈসিং চাঈসিল্লি, আতয়াথক্তা বিমান তোংদুনা এংলিবা লাইসীংনা লৈগী নোং চুথরকই, লৈসিলৈথোক্লকই, মাস্তুম তৌদুনা আত্মারাম ওইদুনামকপু সামু অথোইবনা তৌবগুম গোপীসীংগা—লোইননা শ্রীকৃষ্ণনা যমুনাদা গোপীময়াম্না কোঈদুনা জলকেলি তৌই ।২৪।

জলকেলি লোইরবা তুংদা ঈসিংগী লৈ, কংফালগী লৈনম পুবা নুংসিৎ

.. এবং শশাংস্কাংশুবিরাজিতা নিশাঃ স সত্যকামোহনুরতাবলাগণঃ।
সিষেবে আত্মন্যবরুদ্ধসৌরতঃ সর্ব্বাঃ নিশাঃ শরৎকাব্যকথারসাশ্রয়াঃ ॥২৬॥

এবং ( মাসুম তৌদুনা ) সত্যকামঃ ( অপাম্বা থুংদবা লৈতবা ) অনুরতাবলাগণঃ ( নুপী পুম্নমকনা ইবুঙো মাবু পেল্লবা ) আত্মনি ( মাঙোনদা ) অবরুদ্ধ সৌরতঃ ( চন্নমধাতু থিংদুনা থম্বা— বীর্য্য তাবা লৈতবা, হায়রিবদি— কামজয় ওইবা ওম্বা শ্রীকৃষ্ণ ) অর্থ অমদি— আত্মনি ( পুকনিংদা ) অবরুদ্ধ সৌরতঃ ( নুরতগী সম্বান্ধ ওইবা হাব ভাবনাচিংববু থম্বা শ্রীকৃষ্ণনা ) শশাঙ্কাংশু বিরাজিতাঃ ( থাবলগী মঙালনা ঙাল্লবা ) শরৎ-কাবাকথা রসাশ্রয়াঃ ( শরৎতা ওইবা কাব্যদা হায়রিবা রসসীংগী তুংনফম ওইবা ) সর্ব্বাঃ নিশাঃ ( অহিং— পুম্নমকপু ) সিষেবে ( সেবন তৌখি ) অর্থ অমদি,—"নিশাঃ" অত্যন্ত সংযোগ অর্থদা দ্বিতায়া বিভক্তি ওহবনি। শৃঙ্গার রসদা আশ্রয় ওইবা, শরৎতা প্রসিদ্ধ ওইবা কাব্যদা লেংবা কথা পুম্নমকপু সেবন তৌখি। গোস্বামীপাদসীংনা অর্থ অমসু হায়রি, মাদুদি,— "শরৎকাব্যকথারসাশ্রয়াঃ" ( শরৎ হায়রিবদি চহি অমদা ওইবা কাব্যকথাগী রসদা লৈবা ) সর্ব্বাঃ নিশাঃ ( অহিং পুম্নমক— থা তরানিখোইগী শুক্লপক্ষ, কৃষ্ণপক্ষ তিথি পুম্নমক ) শশাঙ্কাংশু বিরাজিতাঃ ( থাবল ফবা মাচুনা নোং তাদবা অচুগুম্বা অহিং পুম্নমকতা ) সিষেবে ( রাসগী রীতি অসি সান্নদুনা সেবন তৌখি— রাস-রসবু আস্বাদন তৌখি ) ।২৬।

নামিবনা লৈতেংলবা যমুনাগী উপবনদা শ্রীকৃষ্ণনা খোইমুগা লোইননা নুপী অখোইবী গোপীসীংনা কোঙ্গরদুনা মচুম তাবা সামু অখোইবনা তৌবগুম সামু অমোমসীংগা লোইননা সান্নবগুমনা কোঙ্গনা চৎখি।২৫।

মাসুম তৌদুনা গোপী পুম্নমক ইবুঙো মাবু পেল্লবা, মাঙোন্দা চন্নমধাতু-বুদি থিংদুনা থমদুনা কামবু জয় তৌবা শ্রীকৃষ্ণনা ইবুঙো মাঙোন্দা নুরতগী মড়ীদা ওইবা হাব ভাবনাচিংবা থমদুনা থাবল ফবা— নোং তাদবা শরৎতা কবিসীংনা কাব্যদা লেংবা রস পুম্নমক তিনবা অহিং পুম্নমকপু সেবন তৌখি, মাদুগী মুঙাইবা অচু শ্রীকৃষ্ণনা লৌখি।২৬।

রাজোবাচ। সংস্থাপনায় ধর্ম্মস্য প্রশমায়েতরস্য চ।
অবতীর্ণো হি ভগবানংশেন জগদীশ্বরঃ ॥২৭॥
স কথং ধর্ম্মসেতূনাং বক্তা কর্ত্তাঽভিরক্ষিতা।
প্রতীপমাচরদ্‌ব্রহ্মন্‌পরদারাভিমর্শনম্ ॥২৮॥

---

রাজা উবাচ ( নিংথৌ—পরীক্ষিৎনা হাঙ্গৈখি ) হি ( মরম অদুদগী )—জগদীশ্বরঃ ( জগৎ পুম্বগী মপু ) ভগবান্ ( ভগবান্‌না )— ধর্ম্মস্য ( ধর্ম্মগী ) সংস্থাপনায় ( লেংদনা লৈহন্নবগী দমক ) ইতরস্য ( পাপকী ) প্রশমায় ( লৈতনবগী দমক— কোক্লবগী দমক ) অংশেন ( বলদেবগা লোইনাদুনা ) অবতীর্ণঃ ( অবতার তৌখি ) ।২৭।

ব্রহ্মন্ ( হে শুকদেব ! ) ব্রহ্মন্ ( হে ব্রহ্ম ! ) সঃ ( শ্রীকৃষ্ণনা। ধর্ম্মসেতূনাম্ ( ধর্ম্মগী মযাদা খিবিককী ) বক্তা ( হাঙ্গৈবা ) কর্ত্তা ( মশানমক তৌবা )—অভিরক্ষিতা ( অকাইবা লৈহন্দনা ঙাকপনি ) পরদারভিমর্শনম্ ( মরা লৈবা নুপীগা সান্নবা ) প্রতীপম্ ( ধর্ম্ম কাইবা পাপপু ) কথম্ ( করম্না ) আচরৎ—( চৎখিবগে ? ) ।২৮।

---

নিংথৌ পরীক্ষিৎনা হাঙ্গৈ,— জগৎপতি শ্রীভগবান্‌না ধর্ম্ম কাইহল্লোই, পাপ লৈহল্লোই, হাঙ্গৈবগী দমক বলদেবগা লোইনাদুনা অবতার তৌই ।২৭। *

হে ব্রহ্মন্—শুকদেব ! ধর্ম্মগী মর্যাদা মাসমপকী মথৌনি, হাঙ্গৈনা তাকপীবা, মশানমক তৌবা, ঙাকসু ঙাকপীবা শ্রীকৃষ্ণনা পরদারগা নুঙাইনবা ধর্ম্ম কাইববু করম্না তৌখিবগে? ।২৮। †

---

* শ্রীভাগবত তারিবা পরীক্ষিৎনা অমগা অমগা মত মান্নদবা শ্রীভাগবত তারিবা সভাগী পুর্কান দা চিংনবা কোকহনগে, হাঙ্গৈদুনা রাহং অসি শুকদেবদা হংলিবনি ২৭।

† "পরমেশ্বরনা তৌববু পাপ হাঙ্গৈবা লৈবা হৌনবরা ?" অসুমনা খুমক্কদবদা আলোচ্য শ্লোক অসি হংলিবনি। মাদুগী ভাবতি,— পরমেশ্বরনা তৌবদা মাসিদি পাপনি, হাঙ্গৈবা লৈতে, চুমই, পরমেশ্বরসু অরেম্বা কান্নদবা থবকতি তৌফম থোক্তে। পরমেশ্বর শ্রীকৃষ্ণনা পরদারগা নুঙাইনবা অসিগী

আপ্তকামো যদুপতিঃ কৃতবান্বৈ জুগুপ্সিতম্।
কিমভিপ্রায় এতং নঃ সংশয়ং ছিন্ধি সুব্রত ।।২৯।।

শ্রীশুক উবাচ। ধর্ম্মব্যতিক্রমো দৃষ্ট ঈশ্বরাণাং চ সাহসম্।
তেজয়িসাং ন দোষায় বহ্নেঃ সর্ব্বভুজো যথা ।।৩০।।

সুব্রত ( হে সুব্রত মুনি! ) আপ্তকামঃ ( নিংবা থুংবা ) যদুপতিঃ ( শ্রী-কৃষ্ণনা ) জুগুপ্সিতম্ ( নিন্দা তৌনবা ওইবা থবকপু ) বৈ কৃতবান্ ( থাঙ্গৈ-শেংনা তৌখি ) কিম্ অভিপ্রায়ঃ ( করি তৌগে নি হুনা তৌখিবনো ) নঃ — ( অতাবা ঐখোইগী ) সংশয়ম্ ( চিংনবা অসিবু ) ছিন্ধি ( ককথৎপিয়ু হাঙ্গৈবদি কোকহনবিয়ু ) ।২৯।

শ্রীশুকঃ উবাচ ( শ্রীশুকদেবনা হাঙ্গৈখি ) ঈশ্বরাণাম্ ( তৌবা ঙমদবা লৈতবাসীংগী—প্রজাপতি, ইন্দ্র, মিত্রনাচিংবাসীংগী ) ধর্ম্ম ব্যতিক্রমঃ ( ধর্ম্মগী মর্যাদা থাদোকপা ) সাহসম্ (পরদারদা অভিমর্শন তৌবনাচিংবা— খংহৌদনা তৌনিংলকপা থবক তৌববু ) দৃষ্টঃ ( উই ) তেজীয়সাম্ ( মতিক চাওবা— কর্ম্মফলনা শোকপা ঙমদবাসীংগী মড়ৌদদি ) দোষায় ন ( দোষগী দমক ওইদে, দোষ লৈতে ) সর্ব্বভুজঃ ( পুম্নমক চাবা ) বহ্নেঃ ( মৈগী ) যথা ( মতৌ অদু-গুম্বনি ) ।৩০।

হে সুব্রত মুনি! যদুপতি শ্রীকৃষ্ণদি নিংবা থুংহুনতা লৈবনি, অদুগা ইবুঙো মানা করিগী নিন্দা তৌনবা ওইবা থবক অসি তৌখরিবনো? করি-গুম্বা অমা তৌগে নিংহুনা তৌরমগনি, ঐখোইগী চি নবাসি কোকহল্লু ।২৯। *

প্রজাপতি, ইন্দ্র, মিত্রনাচিংবা তৌবা ঙম্বাসিংনা তৌবা ধর্ম্ম কাইবা

--ব্যাখ্যা — কান্নবা অমা লৈরম্বা তাই, কান্নবা অদু তাকপিয়ু, অসুমনা হংলিবনি ।২৮।

* পরমেশ্বরগীদি পরদারগা সান্নবা অসি দোষ লৈতে, হাঙ্গৈরবসু পরদারগা সান্নববু করি তৌগে হাঙ্গৈহুনা সান্নবনো? মরম তাকপিয়ু। অবতার অসি-দদি অসিগুম্বা ফত্তবা অসি তৌনবনি, হাঙ্গৈগদবদা হাঙ্গৈ,— 'যদুপতি"— ধর্ম্মখংবা যদুগী বংশগী মপুনা মাহুগী দমক তৌবা হৌনদে, হাঙ্গৈবনি ।২৯।

নৈতৎসমাচরেজ্জাতু মনসাপি হ্যনীশ্বরঃ ।
বিনশ্যত্যাচরণমৌঢ্যাদ্‌যথা রুদ্রোঽব্ধিজং বিষম্‌ ॥৩১॥
ঈশ্বরাণাং বচঃ সত্যং তথৈবাচরিতং ক্বচিৎ ।
তেষাং যৎস্ববচো যুক্তং বুদ্ধিমাংস্তৎসমাচরেৎ ॥৩২॥

অনীশ্বরঃ ( ঈশ্বর নত্তবা কর্ম্মফলগী মখাপোনবনা ) জাতু ( কদৌমুংদসু ) এতৎ ( শাস্ত্রনা য়াদবা অসিবু ) মনসা অপি ( পুকনিং মক্কসু ) ন আচরেৎ ( তৌফদে—পুকনিংমক্কসু তৌনিংফদে ) হি ( মরম অদুদগী ) মৌঢ্যাৎ ( খংদবা পংবদগী ) আচরন্‌ ( তৌরুবনা ) অরুদ্রঃ ( মহাদেব নত্তবনা ) অব্ধিজম্‌—( সমুদ্রদগী থোকপা ) বিষম্‌ ( হুবু ) যথা ( চারুরগা মাংবা অদুগুম্না ) বিনশ্যতি ( মাংই ) ।৩১।

ঈশ্বরাণাম্‌ ( জ্ঞান, বৈরাগ্যনাচিংবনা মতিক চাওবাসীংগী ) বচঃ ( য়াথং ঈশ্বরনা হাঙ্গৈবা রাদি ) সত্যম্‌ ( সাধুসীংগী ফনবনি অদুনা প্রমাণসু ওইনৈ )

থবকসাং তৌখি, হাঙ্গৈবা ইখ্বাইনা উনৈ, মাদু মতিক চাওবাসাংনা তৌবদি কর্ম্মগী দোষনা মাখোইদা শোকপা ঙমদে, অদুনা মৈনা পুম্নমক চাকপগুম্না দোষ লৈতে ।৩০। *

মানা মানা তৌবা কর্ম্মফলগী মখাপোনবা, ঈশ্বর নত্তবা জীব-নদি—শাস্ত্রনা য়াদবা পরদার এংবনাচিংবা থবকপু তৌবদি থম্নদুনা পুক্নিংনাফাউবা নিংবা য়াদে, মাসিবু খংদদুনা তৌরবদি মহাদেব নত্তবনা সমুদ্রদগী থোরকপা হুবু চারুরগা মাংবগুম্না মা ই ।৩১। †

জ্ঞান বৈরাগ্যনাচিংবনা মতিক চাওবাসীংগী পাওতাক—যাথংদি চৎকদবনি,

* ব্রহ্মা, রুদ্র, ইন্দ্র মিত্রনাচিংবা ঈশ্বরসীংনা পরদারগা মুডাইনবা ফত্তবা থবক, খংহৌদনা তোশ্বিবা এখোইনা তাই, মাদু মৈনা পুম্নমক চাকপগুম্না ঈশ্বরসীং অদুনা তৌবদি দোষ লৈতে । অদু ওইরবদি পরমেশ্বরনা তৌবদা করিগী দোষ লৈগদগে ? হাঙ্গৈবা ভাবনি ।৩০।

† "যদ্‌ যদাচরতি শ্রেষ্ঠস্তত্তদেব" হাঙ্গৈবা মরমনা অথোইবনা তৌবদি—মতৌ তপ্পা হৌনৈ, হাঙ্গৈদুনা ঈশ্বরনা তৌবা তম্নবদি মহাদেব নত্তবনা হুবু

কুশলাচরিতৈনৈষামিহ স্বার্থো ন বিদ্যতে।
বিপর্যয়েণ বাহনর্থো নিরহঙ্কারিণাং প্রভো ॥৩৩॥

তেষাম্ ( ঈশ্বর ওইবাসীংগী ) আচরিতম্ ( লীচৎতি ) ক্বচিৎ ( করিগুম্বদা ) তথৈব ( মাতুম্না ওই, হান্নবদি প্রগাণ ওই ) তেষাম্ ( ঈশ্বরসীংগী ) যৎ ( অতু-গুম্বা চরিত অত ) স্ববচো যুক্তম্ ( মহাকনা তৌ হাঙ্গিতুনা তাকপা য়াথংগা লোইনবা ) তৎ ( মাতুবু ) সমাচরেৎ ( মীওইবনা নিংথিনা চৎকনি ) ।৩২।

প্রভো ( হে প্রভু—পরীক্ষিৎ ! ) নিরহঙ্কারিণাম্ ( ঐ হাঙ্গৈবা অধ্যাস লৈতবা ) এষাম্ ( ঈশ্বরসীগী ) কুশলাচরিতেন ( মীওইবাসী বু তৌহনগে—হাঙ্গিতনা মানা অফবা তৌবনা ) ইহ চ ( ইহলোকতা পরলোকতসু ) অর্থঃ ( কান্নবা, সুঙাইবা ) ন বিদ্যতে ( লৈতে ) বিপর্যযেণ বাথ ( পাপ তৌবনসু ) অনর্থঃ ( কান্নদবা অরাবসু ওইদে ) ।৩৩।

প্রমাণসু ওইনগদবনি, ঈশ্বরনা চৎপা লীচৎতি করিগুম্বদা প্রমাণ ওইনবা—চৎনবা ওই, মাতুদি ঈশ্বরনা তাকপগা লাইনবা লীচৎপুদি ঈশ্বর নত্তবনা চৎকদবনি ।৩২। *

হে প্রভু! ঐ হাঙ্গৈবা অধ্যাস অসি লৈতবা ঈশ্বরসীগীদি অফবা পুণ্য

---

—ব্যাখ্যা— চাকুরগা শিবাগুমনা মাংই, হাঙ্গৈবদি মহাদেবনা ছু চাবদি—ছনা চাকতুনা শিরগদবা জীববু কনবিগে, হাঙ্গিতুনা চাবনি, কান্নবা লৈ, ঈশ্বর নত্তবনা তৌবদি— থংদবদগী তৌবাননা মী অতুগী মাংনবতা ওই ।৩১।

* তৌবাঙম্বা মতিক চাওবনা চৎখিবাদ সদাচারনি। সদাচারসু চৎপা য়াত্রবরা ? হাঙ্গিগদবদা আলোচ্য শ্লোক অসিনা হাঙ্গিরি,— জ্ঞান, বৈরাগ্য-নাচিংবনা মাঙোন্দা লৈতুনা মতিক মগুণ চাওবাসীংনা হাঙ্গৈরম্বা ময়াথংদি—সাধুসীংগী ফনবনি, মাতুদি প্রমাণ-আদর্শ ওইনা লৌগদবনি। মাতুদা মা-খোইগী লীচৎতি করিগুম্বদা অফবা ওই, অতুনদি করম তৌগদগে ? অসি হাঙ্গৈরবদা মাতুগী ব্যবস্থা'দ - মাখোইনা মাসিদি অফবনি, হাঙ্গৈনা তাকপা অমসু মাখোইনা চৎখিবা অতু লৌগদবনি। মাসিদা ঈশ্বরনা তাকপা চৎকনি 'হাঙ্গৈবা' অতুসু ঈশ্বরগী রা অতুদা তাৎপযগী অর্থদা লৌগদবনি। থুদমগীদমক প্রথমস্কন্ধদা হাঙ্গৈথরে,— শ্রীকৃষ্ণন ৺ । অনবু অশ্বত্থামা হাৎলু, হাঙ্গৈ ; অর্জুননা

কিমুতাখিলসত্ত্বানাং তির্য্যঙ্মর্ত্ত্যদিবৌকসাম্।
ঈশিতুশ্চেশিতব্যানাং কুশলাকুশলান্বয়ঃ ।।৩৪।।
যৎপাদপঙ্কজনিষেবতৃপ্তা যোগপ্রভাববিধুতাখিলকর্ম্মবন্ধাঃ।
স্বৈরংচরন্তিমুনয়োঽপিননহ্যমানাস্তস্যেচ্ছয়াঽত্তবপুষঃকুতএবঃবন্ধঃ।৩৫।

---

ঈশিতব্যানাম্ ( মাখোইবু ৱাএনগদবা ওইহৌনসু অহঙ্কার লৈত্রবা জীব-সীংগী ) কুশলাকুশলান্বয়ঃ ( পাপ পুণ্যগী মড়ী লৈনদবা ওইবদা ) তির্য্যঙ্-মর্ত্ত্যদিবৌকসাম্ ( সা, উচেক, মী লাই পুম্নমককী ) অখিলসত্ত্বানাম্ ( জীব—পুম্নমককী) ঈশিতুঃ (ৱাএনবা শ্রীকৃষ্ণগীদি) কিমুত (করিদবু হাঙ্গৈগদগে ?) ৩৪।

যৎপাদপঙ্কজপবাগনিষেবতৃপ্তাঃ ( ইবুঙো মহাককী শ্রীপাদপদ্মগী লৈরিকপু ভক্তি তৌজবনা পেল্লবা ) যোগপ্রভাব বিধুতাখিল-কর্ম্মবন্ধাঃ ( যোগগী প্রভাব মতিকনা কর্ম্মগী মশক ওইবা বন্ধন কোক্লবা ) মুনয়ঃ অপি ( মুনিসীংনাসু ) ন নহ্যমানাঃ ( অফা অপুন কোকতুনা ) স্বৈরং চরন্তি ( মনিং তৌনা চৎলি ) ইচ্ছযা আত্ত বপুষঃ ( মনিং তৌনা মীগী দেহ লৌরিবা ) তস্য ( শ্রীকৃষ্ণগী ) কুতঃ এব বন্ধঃ ( কবমনা সংসারদা বন্ধন ওইগনি ? ) ।৩৫।

---

তৌবনা ইহলোক পরলোক অনিগী করিসু কান্নদে, পাপ— ফত্তবা তৌবনসু অন্নাবা—নরকনাচিংবা ফংবসু ওইদে ।৩৩।

মাখোইবুদি ৱাএন তৌগদবা ওইহৌনসু অহঙ্কার— ঐ হাঙ্গৈবা ন.পল লৈত্রবা সাধুসীংদদি পাপনা অ াবা, পুণ্যনা মুঙাইহনবা ঙমদবদা জীব পুম্ন-মক মী, লাই, সা, উচেকনাচিংবা জীব পুম্নবু ৱাএনবা শ্রীকৃষ্ণনা পাপ পুণ্য তৌবা লৈবা হৌনবরা ? ।৩৪।

ইবুঙো মহাককী শ্রীপাদ পদ্মগী লৈরিকপু ভক্তি তৌজবতনা পেনলবা, যোগ তৌবগী পাঙ্গলনা কর্ম্মগী মহৈ— পাপ পুণ্য লৈত্রবা মুনিসীংনাসু— মাখোইবু পাপ পুণ্যনা ফাবা লৈতবা ওইহৌনা মনিং তৌনা তৌনিংবতা তৌই, মনিং তৌনা মীওইবগী মূর্ত্তি লৌরিবা শ্রীকৃষ্ণবুদি পাপ পুণ্যনা করমনা—পুনগদগে ? ।৩৫।

---

— ব্যাখ্যা— তাৎপর্য্য খংহৌনা হাৎতে। রাস অসিদসু শ্রীকৃষ্ণনা গোপীসীংবু নয়মদা চৎলো হাঙ্গৈ : গোপীসীংনা চক্রে ।৩২।

গোপীনাং তৎপতীনাঞ্চ সর্ব্বেষামেব দেহিনাম্।
যোঽন্তশ্চরতি সোঽধ্যক্ষঃ ক্রীড়তেনেহ দেহভাক্ ॥৩৬॥
অনুগ্রহায় ভক্তানাং মানুষং দেহমাস্থিতঃ।
ভজতে তাদৃশীঃ ক্রীড়া যাঃ শ্রুত্বা তৎপরো ভবেৎ ॥৩৭॥

---

গোপীনাম্ (গোপীসীংগী) তৎপতীনাম্ চ (গোপীসীং অদুগী পতিসীংগীসু) সর্ব্বেষাম্ এব (পুম্নমককী) দেহিনাম্ (দেহ পানবা পুম্নমককীসু) যঃ (মানা) অন্তঃ চরতি (মনুংদা রাএন তৌবা ওইদুনা লৈবা) সঃ (অদুগুম্বা) অধ্যক্ষঃ (মপু অদুনা) ইহ (মপান— তাইবংপানবদা) ক্রীড়নেন (সান্নদুনা) দেহভাক্ হকচাং পানবা ওইনা লৈবনি)।৩৬।

ভক্তানাম্ (ভক্তসীংবু) অনুগ্রহায় (থৌজানবিগে হাঙ্গবগী দমক)— মানুষম্ দেহম্ (মাওইবগী হকচাংবু) আশ্রিতঃ (লৌবা ইবুঙো মহাকনা) তাদৃশীঃ (অদু অদুগুম্বা) যাঃ ক্রীড়াঃ (লীলা খিবিকপু) ভজতে (তৌবা) যাঃ (লীলাসীং অদুবু) শ্রুত্বা (তায়রগা) তৎপরঃ ভবেৎ (শ্রীকৃষ্ণদা একান্ত ওইনা চংজবা ওই) অর্থ অমসু,— যাঃ (মাখোই অদুবু) শ্রুত্বা (তায়রগা) তৎপরঃ ভবেৎ (শ্রীভগবান্‌দা পরায়ণ ওইবা) তাদৃশীঃ (অদুগুম্বা) ক্রীড়াঃ (লীলাবু) ভজতে (ভগবান্‌না তৌই হাঙ্গবগী অর্থদি,— কর্ম্ম, জ্ঞান অমসু যোগগী আধকারী ওইবাসীংবু কর্ম্ম, জ্ঞান অমসু যোগবু ইবুঙো মহাকনা তৌই. বহির্ম্মুখ ওইবা জীববুসু ইবুঙো মাঙোন্দা ভক্তি তৌহনগে হাঙ্গবগী দমক রাসলীলাবুসু সান্নখিবনি। রাসলীলা অসিদি রস পুম্বগী মশকনি। মহাকপু তাজবা সাজবা, এংজবতদা অপংবা তাইবংপানবগী মায়াদা লৈরবা জীববু শ্রীকৃষ্ণগী চরণদা সোইদনা চিংসিনবী)।৩৭।

---

গোপীসীংগী, মাখোইগী মপুরোইবাসীংগীসু— ইবুঙো মহাকনা মনুংদা লৈবা পরমাত্মানি, মাতনা হকচাংগা লোইনবা জীব পুম্বগী আত্মানি, অদুম্বা মপু অদুনা তাইবংপানবা অসিদা সান্নদুনা হকচাং পানব লৈবনি ৩৬। *

মনাই ভক্তসীংবু থৌজানবিদুনা মী ওইনা পোকপীদুনা ইবুঙো মহাক্না

---

* তাইবংপানবা লেংলি-পাল্লিবা পুম্নমক অসি পুম্নমকী মপু অন্তর্যামী ওইবা

নাসূয়ন্খলু কৃষ্ণায় মোহিতাস্তস্য মায়য়া।
মন্যমানাঃ স্বপার্শ্বস্থান্স্বান্স্বান্দারান্ব্রজৌকসঃ ॥৩৮॥

ব্রহ্মরাত্র উপাবৃত্তে বাসুদেবানুমোদিতাঃ।
অনিচ্ছন্ত্যো যযুর্গোপ্যঃ স্বগৃহান্ভগবৎপ্রিয়াঃ ॥৩৯॥

তস্য মায়য়া ( শ্রীকৃষ্ণগী মায়ানা মরম ওইদুনা ) মোহিতাঃ ( ঙকলবা ) ব্রজৌকসঃ ( ব্রজবাসীসীংনা ) স্বান্ স্বান্ দারান্ ( মহাক মহাককী ভার্যাসীংবু ) স্বপার্শ্বস্থান্ ( মহাক মহাককা মনাক্তা লৈ হাঙ্গনা ) মন্যমানাঃ ( নিংদুনা )— কৃষ্ণায় ( শ্রীকৃষ্ণবু ) ন অসূয়ন্ ( নিন্দা তৌখিদে ) ।৩৮।

ব্রহ্মরাত্রে ( ব্রাহ্মমুহূর্ত্তনা ) উপাবৃত্তে ( উরবদা ) অর্থ অমদি— ব্রহ্মরাত্রে ( মহাযুগ লীসিং অমনা সাবা ব্রহ্মাগী অহিং অমগী পরিমাণনা ) উপাবৃত্তে ( হৌখরবদা ) বাসুদেবানু-মোদিতাঃ ( শ্রীকৃষ্ণনা রারদুনা চৎলো, হাঙ্গনা— য়াথং পীরবী ) ভগবৎ-প্রিয়াঃ ( শ্রীকৃষ্ণগী প্রিয়া ওইবী ) গোপ্যঃ ( গোপীসীং অদুনা ) অনিচ্ছন্ত্যঃ ( চৎনিংবা লৈত্রবসু ) স্বগৃহান্ ( মহাক মহাককী য়ুমদা ) যযুঃ ( চৎখি ) ।৩৯।

---

সান্নখিবা লীলা পুম্নমক তারগা মীওইবনা শ্রীভগবান্দা পরায়ণ ওই ।৩৭।

শ্রীকৃষ্ণগী মায়ানা সুমহৎলবা ব্রজবাসী—গোপসীংনা মহাক মহাককী ভার্যা – গোপীসীংবু মা মাগী নাক্তা লৈ, হাঙ্গনা নিংদুনা শ্রীকৃষ্ণদা নিন্দা তৌখিদে ।৩৮।

ব্রহ্মাগী অহিং অমা হাঙ্গবদি মহাযুগ লীসিং অমগী পরিমাণ— মতম হৌখরবদা নোংপোক মাইকৈদা চীথ্নে ছুনবগী মুমিৎকী মঙান অঙাংবা—

—ব্যাখ্য— ভগবান্দগী তোঙানবা মহাক নত্তবা অমত্তা লৈতে। তাইবং পুম্নমক অসিগী মনুংস্থ মহাকনি, মপানস্থ মহাকনি, অদুনা মপান্দা আলিঙ্গন-নাচিংবা তৌরগা করি দোষ লৈবগে ? পুকনিং লৌসিংনাচিংবাবু মানা রা-এল্লিবা ইবুঙো মহাকনা মপানথংবা হকচাংবু মনুংদা লৈবা মানা উরগা করি দোষ লৈগদগে ? ব্রজমণ্ডল অসিদা গোপ-মচা সাদুনা হকচাং অমা পান্দুনা সাম্নবনি ।৩৬।

বিক্রীড়িতং ব্রজবধূভিরিদঞ্চ বিষ্ণোঃ
শ্রদ্ধান্বিতোঽনুশৃণুয়াদথ বর্ণয়েদ্‌যঃ।
ভক্তিং পরাং ভগবতি প্রতিলভ্য কামং
হৃদ্রোগমাশ্বপহিনোত্যচিরেণ ধীরঃ ॥৪০

ব্রজবধূভিঃ ( ব্রজ-গোপীসীংগা লোইনাদুনা ) ইদং ( অসিগুম্বা ) বিষ্ণোঃ ( শ্রীকৃষ্ণগী ) বিক্রীড়িতম্ ( সান্নবা রাসলীলা অসিবু ) শ্রদ্ধান্বিতঃ ( থাজবগা ( লোইনরবা ) যঃ ( মী মহাক অদুনা ) অনুশৃণুয়াৎ ( মথং মনাও কাইদনা—তাগদবা ওই ) অথ ( অদুগী মতুংদা ) বর্ণয়েৎ ( চিন্নসু ছক-শোনগদবা ওই ) সঃ ধীরঃ ( মী অদুনা ধীর=জিতেন্দ্রিয়=লাংতক্লবা পুক্নিংবু জয় তৌরবা=পুকনিং লৈতারবা ওইদুনা ) হৃদ্-রোগম্ ( থমোই মন্নুংদা লৈবা লাঈনা ওইবা )

---

থোরকলবদা ভগবান্‌গী প্রিয়া ওইবী গোপিকাসীংনা মাখোইবু শ্রীকৃষ্ণনা য়ারদুনা "চৎলো" হাঈনা য়াথং পীরদুনা চৎনিং চৎনিংদনা মহাক মহাককী য়ুমদা হনখি।৩৯। *

ব্রজগোপীসীংগা লোইনাদুনা শ্রীকৃষ্ণনা সান্নবা রাসলীলা অসিবু মী-ওইবনা থাজনা—শ্রদ্ধা তৌনা তাগদবনি অমসু চিন্নসু লীগনি—হাঈগদবনি,

---

* তন্ত্রস্যায়না "ব্রহ্মরাত্রে" হাঈবা পদ অসিবু অর্থ অনি থোক্লা হাঈরগা অর্থ অনিমক অদুনা অমত্তা ওইনা তিন্ননা হাঈরি, মাদুদি,—ব্রহ্মাগী অহিং ব্রহ্মরাত্র অমগী পরিমাণ লোইরবদা, ব্রহ্মরাত্র—চীথৈ হুনবা মতম ওইরবদা অস্নমনা অথ অনিনা অমত্তা ওইনা তিন্নবনি। ব্রহ্মাগী অহিং হাঈবদি—সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর অমসু কলি যুগ মার অসিবু চৎনবীদা 'মহাযুগ' অমা কৌই; মহাযুগ অসি লীসিং অমদা মনু ১৪ তরামরি পাল্লি—লৈ; মাদু স্নরবদা ব্রহ্মানা তাইবংপানবা পুন্নমকপ্ন মহাককী গর্ভদা হাপচিন্দুনা—মহাযুগ অদু লীসিং অমগী পরিমাণ চুপনা তুমদুনা লৈ, মাদুবু— ব্রহ্মাগী অহিং অমা কৌই। অদুনা নোং ওাল্লমদাইদা— হুমিৎনা থোকদবা অংশ ১৮ মাৎলিভৈদা হুমিৎকী মওান অওাংবনা নোংপোক মাইকৈদা থোরকই; মতম অদুবসু ব্রহ্মাগী মুহূর্ত্ত=ব্রাহ্মমুহূর্ত্ত কৌই।৩৯।

ইতি শ্রীমদ্ভাগবতে মহাপুরাণে পারমহংস্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাম
দশমস্কন্ধে রাসক্রীড়াবর্ণনং নাম ত্রয়োস্ত্রিংশোহধ্যায়ঃ ।।৩৩।।
( রাসে শেষ পঞ্চম )

—❀—

কামম্ ( কাম কৌবা রিপুবু ) অচিরেণ ( খিন্দনা ) অপাহনোত্তি ( থাদোক-হনলি—কোকহনলি ) ।৪০।

মাসিনা শ্রীভাগবত দশমস্কন্ধদা রাসক্রীড়া বর্ণন তৌবদা
কুন্থাহুমদোইস্নুবা অধ্যায়নি ।

—✱—

মাহুন্না তোরবদি মী অত ইন্দ্রিয় লাকসিনবা ঙম্বা— জিতেন্দ্রিয় ওইহুনা— বিবেক বুদ্ধি লৈদুনা থমোইদা লৈবা লাইনা ওইবা কাম কৌবা রিপুবু থুনা থাদোকই ।৪০।

মাসিনা শ্রীভাগবত দশমস্কন্ধদা রাসক্রীড়া বর্ণন তৌবদা
কুন্থাহুমদোইস্নুবা অধ্যায়নি ।

—✱—

সম্পূর্ণম্ ।